# লৈঙাক্লোনগী লম্বীদা লময়ানবা ইরাবত



শুনচন্দ্রা কক্‌চিংতাবম

**ꯂꯩꯉꯥꯛꯂꯣꯟꯒꯤ ꯂꯝꯕꯤꯗꯥ ꯂꯝꯌꯥꯟꯕꯥ ꯏꯕꯥꯕꯠ**

**লৈঙাক্লোনগী লম্বীদা লময়ানবা ইবাবত**


অইবা অমসুং খোমজিঞ্জবা . গুনচন্দ্রা ককচিংতাবম





ফোঙজবা · ইবাবত ফাউন্দেসন মণিপুর

অহানবা খুৎনম · ২০১৩

কপি মশিং : ৫০০

লাইরিক ফংফম ·

শিন্দম বুক হাউস, শিংজমৈ অমসুং পাওনা কৈথেল।

বাজেস বুক ষ্টোর, গভর্ণর রোড।

মমল ·

মখুম অথাবা (লাইব্রেরি ইডিসন) ২৩০

মখুম অপাবা (মার্কেট প্রাইজ) · ১৮০

লাইরিক নম্ফম . দিজিনেট ওফসেট প্রিন্তরস, থোংজু বোবোই মখোঙ॥

হায়গৎসি ব্রাংনা ফিবাল'সি ঙাংলবা

লায়ববশিংগী ঈনা।

ঙাংখিবা মালেম কনাগী ঈনো

লায়ববশিংগী মায় ঙাকপদা

লেনিন্না কশতা লানঙমদুনা

জগত্তা পুরকপা কনাগী মায়

লায়ববশিংগী ঈনা।

লাক্লো লৌমী শিন্মী লাক্লো

নহাক্কী সভা মপাঙ্গল হাপলবো

ইমা লৈবাকপু মনিং তমহল্লো

ঙাকপা ঙমগনি লায়রবগী মায়

লায়ববশিংগী ঈনা।

# ৱামাং য়ানবা

কুনশুবা শতাব্দীগী ওইবা লৈবাক অসিগী ইতিহাসতা খ্বাইদগী ফাওবা মীওই অসি কনানো হায়না নৈনবা মতমদা থোকলক্কদৌবা পাওখুমদি হিজম ইবাবতনী হায়না লৌবদা কবিমতা য়েৎনবা লৈবোই। হৌখিবা চহি কয়ায়াম অসিদা মীওই কয়া কয়ানা মানা মানা উজবা মীৎয়েং অমদি ৱাখল্লোনদা য়ুম্ফম ওইবগা মহাকপু খংননবা হোৎনৈ। মসিদা অমনা অমবু লানলি নৎত্রগা চুম্মী হায়না য়েৎনবগী থোইনা কান্নবা লৈবোই মবমদি মহাক লৈবাক অসিগী অচৌবা লুচিংবা অমনি। ৱাফম অসিমদি মীয়াম পূন্নমক্না য়ান্নববা ৱাফম অমনি। মীয়াম্না মহাকপু নৈনরিবা অসিমক্না মহাক্কী তোপ তোপ্না মগুন অদুবু মশক তাকপনি। লুচিংবা হায়বসি কবিনো, কবম্না মীওইবু ঐখোইনা লুচিংবা কৌগদগে, লুচিংবা অমদা কবম কবম্না মগুন চেনগদগে? কবিগীদমক্তা মহাকপু ঙসিগী মীবোলনা মীয়ামগী লুচিংবা নৎত্রগা লুচিংপুবেলনি হায়বগী মবম কবিনো হায়না নৈনবদা মহাক্কী অশেংবা শক্তম খংননবা হোৎনবদা অচৌবা মতেং ওইগনি খনলি। মহাক্কী মতমদা লৈবাক অসিদা মীওই কয়া পোকখি। মখোই খবা অমসু লৈবাক্কী ওইবা ৱাফম কয়াদা অচৌবা শকক য়াখি। হৌজিক্কী মতমদা চৎনরিবা ৱাখল্লোন্দগী য়েংলবদি মখোই খরা অমদি ইরাবতগী হেন্না লাইরিক্কী মঙাল ফংখি। অদুবু মখোই অদুদি মীয়ামগী লুচিংবা হায়না ঙসিগী মীবোলনা কৌবা ঙমম্রিবগী মবম করিগীনো? ৱাফমশিং অসি নৈনবনা হেন্না মবম চাবা ওইগনি খল্লি। ঐ লুচিংবা ওইগে হায়রগা মীয়াম্না হেক্তা য়াগদবা নত্তে। লুচিংবা হায়বা অসিদি মীয়াম্না মহাক্না তৌরিবা থবক অদু ময়েক শেংলগা খঙলবা অমদি উরবা মতম্দতা ওইরক্কদৌবা শক্তম অমতংদি লুচিংবা অমদা চেন্দ্রবা য়াদ্রবা মগুন ময়ামগী মনুংদা মীয়ামগী

মফমদা অনৌবা ৱাখল্লোন, অচৌবা মীৎয়েং, অনৌবা থৌনা পীবা ঙম্বা ওইবা তাবনি। লোইননা মীযামবু অমত্তা ওইবা লিচিং অমগী মখাদা মাইকৈ কয়াদগী লাকপা য়াবা অকনবা শাফু অমদি অথিংবা কযা অদু নমখাইবগা অনৌবা পঙ্গুংফম অদু য়ৌবগী পুবা ঙম্নবা হোৎনবা অদুসু লুচিংবা অমগী মগুন্নী। অদুনা মহাক্লা তৌদবা য়াদবা ৱাফম অমদি মীযাম পুম্নমকপু পুনশিনহল্লগা অচুম্বা অমদি অনৌবা মাইকৈবোমদা চৎননবগী অশা পিবা ঙম্বা অদুনী।

ৱাফম খবসি মাংদা থমলগা ঐখোইনা নৈনগদবা ৱাফমদি হাযবিবা পোৎলমশিং অসি মঙোন্দা য়াওববা হাযবসিনি। মসিগী মতাং অসিদদি মহাক্লা তৌবল্লিবা থবক অসিগী নুংগী ওইবা ৱাফমশিং খংননবা হোৎনবা তাবনী। মহাক্লা তৌবমখিবা থবকশিং অসি যেংবা মতমদা ঐখোইনা খঙবা ঙম্বদি মহাক্কী মশাদা মবৈবাক নুংশিবগী ইচেল যাওই। মীখা পোন্নীংদবগী মিহুন হুনলি। লোইননা মফম মতমগী মতুং ইন্না ৱাবেপ লৌবা ঙম্বগী মথৌনাসু লৈ। লোইননা মীযামগী মফমদা অচুম্বা তৌনিংবগী ৱাখল্লোনসু চেনলী। হায়বিবা পুম্নমকসি মহাক্কী নহা ওইবিঙৈগী মতমদা উৎথ্রবা ৱাফম ঙাক্কনী। থবক তৌবদা মফম মতম যেংনা তৌগদবনী তহ্া তহ্না তৌবা য়াদে হায়বসিমসু মহাক্লা যাম্না মুন্না খংখি। মীয়ামগী ওইবা অপুনবা য়ুম্ফম অমা থোন্দ্রিমখৈ কৈদৌঙৈদসু চপ মান্নবা ৱাখল্লোন লৈবা ঙল্লোই হাযবসিমসু মানা যাম্না মুন্না খংখি। মসিগী লেংদ্রবা খুদমদি ইং কুমজা ১৯৩৪ দা বাজনিতিগী ওইবা ৱাফম অমত্তা য়াওদনা ধর্ম্ম অমদি সমাজগী ওইবা ৱাফমদা য়ুম্ফম ওইবগা লিংখৎখিবা 'নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা' অসিনি। হায়বিবা মতম অসিদা লৈবিবা মীয়ামগী মীৎয়েং, ৱাখল্লোন পুম্নমক য়েংলুবগা ৱাজনিতিগী ওইবা ৱাফম পুশিনবা য়াবোই হায়বসি মহাক্কী ওইনা নুংগী ৱাখল্লোন্নী হায়বসিদা অবানবা ওইবোই। অদুনা

মীয়ামগী মফমদা অমনা অমবু শক খঙননবগী অফবা তানজা অমা পিনবা হোৎনবদা হাযবিবা মহাসভা অসিবু খুৎলাই ওইনা শিজিন্নবনী। মসিমক অসি লুচিংবা অমা ওইবগী হৈ শিংবা অদু উৎথোকপনি। লোইননা লোইলম সাসন অমদি নিংথৌ পানবগী চৎনবি অসি লৈবিবমখৈদি মীয়ামগী মনিং মখা তমজবগী শক্তম অদু ফংবা ঙমলোই হায়বসিমসু মানা য়াম্না কন্না থাজখি। মসিগী ৱাফম অসি লাকপা মতমদদি বাজনিতিগী ওইবা ৱাখল্লোন অমা থমদবা য়াদবগী তঙাই ফদবা অমা লাকপা অদুনা মবম ওইবগা ইং কুমজা ১৯৩৮ দা 'নিখিল মণিপুব মহাসভা' হায়বা অমা শেমগৎলগা লোইলম অমদি নিংথৌ পানবগী চৎনবিগী অওৎ-মীনৈগী মফমদগী মীয়ামগী মনিংতম্বগী শক্তম অমা লাকহন্নবা হোৎনখিবা অসিনি। অদুনা হায়বিবা মীফম অসিদা মীয়ামনা মীয়ামগী লৈঙাকপগী থবক তৌহনগদবনি হায়বগী ৱাবেপ অসিমক্না মহাক্কী অপাম্বা অদু ময়েক শেংনা থম্বা ঙমলিবনী।

মসিদগীদি মহাক্না মীয়ামগী খনজবিবা ৱাফমশিং অসি মীয়ামগী মফমদা অমদি নাকোংদা য়ৌহন্নবগীদমক্তা তোঙান তোঙানবা শক্লোন কয়া অমা লৌরকখি। মসিদগী ঙসিগী মীরোলনা মহাকপু শান্নবা পামজবা, ঈশৈ পামজবা, দ্রমা পাম্বা মীওইনি হায়না শিংথানবিবা অসিনি। মসিদা লানলি হায়বদি য়াদে অদুবু অপুনবা শক্তম অদুমদি খংদবা য়াদে। অমরোমদা মসি পুন্নমক অসি মীয়ামগী ওইবা অচৌবা ঈহৌ অমা শাগৎপগী তঙাই ফদবা লৈবা অদুদা মতেং পাংবা য়াননবগী থৌবাং অমনি হায়না লৌবদা থোইনা লানগনী খন্দে। মবমদি সমাজ অমদা তোখাই তোখাইবা মীৎয়েং লৈবা মীওই কয়া লৈরিবনী অদুনা মখোয়গী মবক্তা চংলগা মখোইগী তৌজবিবা থবক অদুগী মনুংদা মহাক্কী ৱাখল্লোন থম্নবা হোৎনবদনি। মণিপুর ড্রমাটিক য়ুনিয়নগী খুদমদা 'লাঙ্গোল' য়েক্লিবা অসিনা ড্রামাগা করি মরি লৈনবগে হায়না

নৈনববদি যাম্না ভাব তানদবা শক্তম অমা লাক্কনী অদুবু হায়বিবা ড্রামাগী সংস্থান অসিদা লৈবাক্কী ওইবিবা শক্তমগী মমি অমা তাহনলকপা অসিমদি ইবাবতকী ব্রাখল্লোনগী অচৌবা মাই পাকপা অমনি হায়না লৌবদা অবানবা ওইবোই। লোইননা ইবাবতনা মীযামগী মবক্তা শাগৎলকপা বাজনিতি অমদি সমাজগী ওইবা লুপ খুদিংমক্কী অইদিওলোজিনি, অফবা ব্রাঙাংলোই অমসুনি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা মহাক থোইদোক হেন্দোক্লা মীযাম পুম্নমকপু পুদুনা চৎপা ঙস্বগী ‘কেবিজমেতিক পবর্সনেলিটি’ লৈবা মীওইনি। হাযবিবা মগুণ অহুম অসি অতৈ লুচিংবশিংগী মফমদদি অমমমতা লৈবনি অদুবু মঙোন্দদি অহুম্মক অসি পুন্না য়াওবনি। অদুবু অপিকপা লমদা পোক্লুবা অমা ওইবনা মহাক্কী অসিগুম্বা মগুণ ময়াম অসি মীয়াম্না য়াম্না লাইনা খংবা ঙম্বদগী ব্রাফমদনি। চুম্মী মহাক্কী হিংলিঙৈগী মতম খবগী মনুং অদুদা তোখাই তোখাইবা শক্লোন কযা লৌবগা মীয়ামগী য়াইফনবা থবক কয়া তৌখি। নিংথৌ পানবগী চৎনবিগী মকুমদা পুথোবকখিবা খাংঙমদবা নিতি নিয়মশিংগী মায়োক্তা লেপখি। মীয়ামনা মীযামগী সাসন তৌজগদবনি হায়বগী খোল্লাওগী মখাদা লৈবাক অসিদা লৈবিবা মীওইশিংগী মফমদা দেমোক্রেসিগী ব্রাহম্ভোকপু খংহন্নবা হোৎনখি। লৌউ-শিংউ তৌজবগা হিংজবা মীওইশিংগী মবক্তা চংদুনা মখোইগী পুঙ্গিবোল অদু ফগৎনবা হোৎনখি। চীং অমসুং তমদা লৈবিবা মীওই পুম্নমক লৈবাক অসিগী মীওই ঙাক্তনী হায়বগী ব্রাখলদা অমত্তা ওইনা খেৎনবা লৈতনা হিংমিন্নগদবনী হায়বগী ব্রাফম থমলকখিবনী। লোইননা কবিগুম্বা অনিংবা অমগী মখাদা মখুৎতা খুৎলাই পাইদুনা মশক থোকপা মণিপুব অমা ওইহন্নীংবগী ব্রাখল পুথোকখিবনী। অদুবু মানা তৌখ্রিগা থবকশিং অসিবু চিংদুনা পুবিবা মীয়াম্না মতম অদুদা য়াম্না থুনা খঙবা ঙমখিদবা লংলা অদুদি মবৈবাক নুংশিবা অতোপ্পা

লমশিংগী মীওইগী মফমদা মণিপুরী জাতিগী চহি কয়াদগী লৈবকলবা তোপ তোপ্পা শক্তম অদু উৎনিংবগী ৱাখলশিং অদুনী। অদুনা মহাক মশাগী ওইজবা পুন্নমক থাদোকখিবা, মানা খনজবা মীয়ামগী যাইফগদবা ৱাখল্লোন অদুগা লুহোংখ্রবা অচৌবা লুচিংবা অমনি হায়বদা অবানবা ওইবোই।

অসিগুম্বা লুচিংবা অসিগী মবমদা মীওই কয়ানা লাইবিক কয়া ইদুনা মহাকপু মশক তাক্লবা কনা হোৎনবীবম্বাশিং অদুগী মনুংদা গুনচন্দ্র কক্চিংতাবম্মা ইবিবা লাইবিক 'লৈঙাকলোনগী লম্বীদা লমযানবা ইবাবত' হায়বা অসিসু অমা ওইগদৌবি। লাইবিক অসিগী হান্না তৌনবমদবা অনৌবা মহাও অমদি অইব মবক্তা লৈবাক অসিদা লৈবিবা মীওই কয়ানা মাগী মবমদা মখোইনা থমজবিবা মীৎযেং অদুদা যুম্ফম ওইবগা নৈনখিবা মীৎয়েং অদুদা যুম্ফম ওইবগা নৈনখিবা ৱাফমশিং পুন্না থম্মীন্নবা অসিনি। মবমদি মসিনা অমুক্তদা তোখাইবা ৱাখল্লোনশিং অদু খঙবা ঙম্নবগী খুদোংচাবা অদু পীবি। অনিশুবদা লাইবিক অসি য়াম্না ফজনা দোকুমেন্ট কয়ানা লৈতেং ওইবগা পুথোকপা পোৎনি। অসুম্না ইবকপা লাইবিক অসিনা ইবাবতপু নৈনবদা হেন্না মযেক শেংহনবা য়াবগী য়াম্না ফজবা লম্বী অমা পীবি। মসিনি লাইবিক অসিগী য়াম্না ফজবা মশক্তী। মসিগী লাইবিক অসিনা তুংদা লাক্লিবা অমদি লাক্কদৌবিবা মীওইশিংদা ইবাবতকী মবমদা 'সাইকো এনালাইটিকেল' ওইবা অমদা যুম্ফম ওইরগা হেন্না নৈনবা য়ারগনি হায়বসিমদি অচুম্বা ওইগনী।

ডা. নাওরেম জয়কুমার সিংহ
প্রো. হিস্টোরি ডিপার্টমেন্ত,
মণিপুর ইয়ুনিবর্সিতি

# লাইরিক্কী মরমদা খরদং

'লৈঙাক্লোনগী লম্বীদা লময়ানবা ইবাবত' হায়বা লাইবিক অসিমক হান্না ফোংনখিবা লমযানবা ইবাবতকী লাইবিকশিংদগী খবা তোঙানবা মওং অমদি ওইবে। লাইবিক অসিনা নৈনবিবা তোঙান তোঙানবা মচাকশিং অসি যেংলগদি তুংদা লমযানবা ইবাবতকী অশেংবা মশক অমা তাকপদা চাওনা মতেং ওইবগদবা লাইবিক অমদি শোইদনা ওইগদৌবি। লমযানবা ইবাবতনা মহে মশিং তম্বা, শাগেগী হৌবকফম, নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভাদগী নিখিল মণিপুব মহাসভা, নুপী লাল ফাওবগী মনুংদা থেংনবকপা ৱাবি ৱাখোংগী অকুপ অতা শুগাইনা যাওবি। পাবদা পোথানিংদবা মওং অমদা ইচা গুনচন্দ্রনা খুৎ থাই।

ইচা গুনচন্দ্রগী লাইবিকশিদা মীযাম্না কুপ্না পুথোকপীদ্রিবা চে চাং যাম্না যাওবা থেংনজৈ। লমযানবা ইবাবতকী মবমদা ইবিবা কযানা শেবান্ননা চৎখিবা যাবা কযা শেংদোক্লবা হোৎনদুনা অচুম্বা অশেংবা খুদম চাংদমগা কোন্ননা পুথোকপিবকপা থেংনজৈ। লাইবিকশিগী খ্বাইদগী মশক থোকপা অমদি লময়ানবা ইবাবত কনানো? মহাক্লা কবি পান্নম্মী? মহাক্লা কবিগীদমক মখুৎতা খুৎলায় পাযবগী উপায অসি লৌবকপনো? হাযবগী ৱাহংশিগী পাউখুম থিবকপা অসিনি। মতমদুগী মালেমগী ওইবা কম্যুনিষ্টশিংগী মীৎয়েং, চাইনা অমদি সোভিযেটকী তোঙান তোঙান ইথিল কয়া অমা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিযাদা চংলকপা অদুনা মবম ওইবগা লময়ানবা ইবাবতনা খুৎলায পাযবগী উপায অসি কনাগী কবম্বা লৈপাক্কী মখাদা পুথোবকপনো হাযবদু মশক তাক্লবা হোৎনবিবা অসিনি।

লময়ানবা হিজম ইবাবত অসি লাইবিকশিদা মপুম ওইদা যেংবদা চপ-চানা নেস্নেলিস্ট অমা ওই হায়বগী খুদম চাংদম মবাং কাইনা য়াওবা থেংনৈ, থোইদোক হেন্দোক্লা '৪ শুবা মহাসভা' গী মীফমদা চিংখৎখিবা ফিবাল ওইনদি ফংদ্রবসু চেংলৈ পাংখংবা য়েকপা

ফিবাল ফাওবা অমুক হন্না ময়েক শেংনা যেক্তুনা শুবোল শুথাংগীদমক পুথোকপিবকপা অসিসু অইবা ইচাগী হৈ শিংবা, ইশাগী ইনাৎ, লোনচৎ য়োকখৎপদা পুক্লিং থৌগৎপা পামজবা, অশেংবা ফুকপকী শক্তম অদু উৎথোক্লবা হোৎনবকপা অমনি হায়বদুসু তাকই।

কনা কনাগুম্বা অইবশিংনা খুৎ থাবিবা মতমদা য়াম্না লান্না ইশিনবীবা য়াওই, হান্না লৈবম্বা লাইবিক্তা ইবন্নে হাযদুনসু লাইবিক ইবীবিবা অখং অহৈ খ্বাইনা লান্না চৎথদুনা ইবীবগী মহুৎতা অমুক হন্না হন্না ইবীবন্নিবা লাইবিকশিংদুদা যাওবিবা ব্লাফম, শোক, তাবিক কুপ্না নৈনবগা ইবীবা চংই অদুবু লময়ানবা ইবাবতকী মবমদা নৈনবিবা খুদিংমক্কী মফমদা খ্বাইদগী ব্লাংবা ইকাই খুম্নবা অদুমদি উৎচবি। নৈনবিবিবা ইবীবিবা অখং অহৈশিংনা থম্বীবকপা মমল য়ান্নবা ব্লাফম খুদিংমক লৌশিনবা যাবা ঙাক্তেনি। ময়ামসিগী মবক্তা ইচা গুনচন্দ্রনা পুথোকপীবক্লিবা লাইবিকসি ওম্থোক্লা মচাক য়াওবা লাইবিক অদি শোইদনা ওইবগনি। হেন্না পাক চাওবা লাইবিক অসিগুম্বা কয়া ইচাগী মখুত্তগী থোবকপা ওইবসনু, ইচানা হোৎনবীবা, তৌবীবিবা খুদিংমক ইবৈপাক ইবমদমসিগী ওইবা তুংলমচৎকী মীবোলগীদমক হোৎনবীবিবা অসিমক খ্বাইদগী চাওববা দান অমনি, দান অসিমক মুৎনাইদনা লৈহৌবগনি। লাইবিক অসিমক লময়ানবা ইবাবতকী মবমদা নৈনবা লাইবিক অমা ওইনা নোপ্পবা লাইবিক্কী, য়াম্না শেংনা লময়ানবা ইবাবতনা পামজবম্বা, তৌবীবম্বা কয়া মফম চানা চানা অচুম্বদা যুম্ফম ওইবগা নৈনবা থেংন্নে। তুংদা লাক্কদবা মীবোলদা কান্নবা কয়া পীবগদবা লাইবিক অমা ওইবতা নত্তনা অসিগুম্বা মচাক য়াওববা লাইবিক কয়া পুথোরকপা ওইবসনু হায়না ব্লাফমসি থমজবী।

থৌনাওজম ইবোয়াইমা

থৌনাওজম ইবোয়াইমা

প্রেসিডেন্ট, ইরাবত ফাউন্দেসন মণিপুর

# ৱাফম খরদং

'লৈঙাক্লোনগী লম্বীদা লময়ানবা ইবাবত' হায়বা লাইবিক অসিমক হিষ্টোবিকেল মেটিবিএলিজমগী মীৎয়েংদগী য়েংবা মহাক্কী পোলিটিকেল আউটলুক, নেম্নেলিস্ট, ইন্টবনেম্নেলিস্ট অমা ওইবা অচুম্বা মশক অমা পুথোক্লবা হোৎনবগী অহানবা 'পোলিটিকেল ঠেসিস' অমনি, অশোযবা অবানবা হেঞ্জীনবা নৎত্রগা ৱাখলগী সেন্টিমেন্ট পূম্নমক অইবগী পূক্লিংদা ফাওদবদি নত্তে। লমযানবা হিজম ইবাবতকী পূন্সিগী লীক্লম নৈনবকপদদি মকওইনা মণিপুবগী লৈবিবা ফীভম, বৃটিসকা হান্নদগী লৈনবকপা মবি, বৃটিসনা ইন্দিয়া থাদোক্লমদাই, ইন্দিয়াগী মনিংতম্বা পীবম্বা তোঙান-তোঙানবা হোংলক্লিবা মওং অমদি ফীভম্না বৃটিস কোলোনিগী মখাদা লৈবিবা নিংথৌ পানবা লৈপাকশিংগী মশা-মশাগী ওইবা ফীবেপ য়াম্না ময়েক শেংনা নৈনবগী তঙাইফদবা লাকই। লময়ানবা হীজম ইবাবত মশামক লোইলম লৈঙাক অমদি অসুপ্পা নিংথৌগী ৱায়েলবু পামজদবা, মীনা মীবু ওৎপী নৈবীবা, খেৎনবা লৈতবা মান্নবা খুন্নাই অমগী যুম্ফম মখাদা হীংবা, লৌমীগী লৈপাক্তা শেম্বা পামজবম্মী হায়বশিমদি মহাক্কী বাজনীতিগী ওইবা ফীবেপশিংনা খঙবা ঙম্মী। অওনবা খুনাই অমা পুবক্লবা হোৎনবদা খুনাই মনুংদা হীংলিবা মীয়ামগী পূন্সিবোলদা অচৌবা খুবৌ অমা থাংলকপা, অবিবা অপং থাজনবীগী চেকপলনা খাজিন্দুনা থম্বনা মীযামগী কোকথক্তা চুদুনা লৈবিবা থাজনবী অমদি হিংবগী মওং হোংদোক্লবগীদমক 'নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা' শাফোংলকখি, অমাং অশেংগী মায়োক্তা, মহে মশিং তম্বগী লমদা, মীযামগী ওইবা লুপ কয়া তপ্পা তপ্পা শেমগৎলক্তুনা ব্রহ্ম সভাগী মায়োক্তা ফোংনা অমসুং লোন্না লৈঙাক্কী মায়োক্তা থেংনবকখি অমদি

'৪ শুবা চিংঙা সেসন্না' হিন্দু হাযবা ব্রাহৈশি লৌথোক্লুনা বাজনিতি দল ওন্থোকখি। বাজনিতি দল অমত্তা য়াওবা মীওই অমত্তনা সবকাবগী থবক তৌবা য়াবোই হায়বা অহকপা হুকুম ফাওবা থোবকখি, লময়ানবা হিজম ইবাবতকী 'মুগা তিলগুম্বা' চাই হায়দু খঙদবা চাদে হায়বসু উদবা থৌওং অদুদা লৈঙাক ব্রায়েলনা অচেংবা তাঞ্জা থেংখাং কয়াদা থিদুনা লাকখি, মণিপুবগী চেঙ মপালদা থাদোক্লুনা লাম্মীশিংগী চাকথাক ওইনবা বৃটিস অমদি মবব্রাবী কববাববালা কস্তুবীগা মান্নবগা মণিপুবগী ফৌথোক ব্রাৎলগনি হায়বগী মীপাইবা পোক্লকপা মীকুপ্তা ফৌদমশেল থাদদুনা পাক্তক্লনা খোমগৎখি। মণিপুবগী চাকখুম কয়া মৈ মুৎখি, চেংকোক শুবগা হীংজবম্বা, পোৎ য়োল্লগা চেং ব্রাঞ্জবম্বা কয়া অমদি মীয়াম মকোক্তা মখুৎ হাপখি, হৌনকবা তৌদনা টিলিগ্রাফ ওফিসতা থোমজিলক্লুনা ঈখেং পাক্তক্লখি। থৌদোক অসিগা মবি লৈননা মীয়ামগী অচৌবা মীটিং অমদা লময়ানবা ইবাবতনা ব্রাফম কয়া থমখীবা অদুগা মরি লৈননা ফাদুনা চহি অহুম জেলদা থমখী। মরমদম মণিপুব ফাওবা চংহনখীদে। মসিদসু নত্তে পুবর্বাঞ্চল প্রদেশ শেম্বগী মায়োক্তা পুংদোংবমদা খুৎ থোক্লবগী থৌদোক্তা মবী লৈননা সবকাবনা ফাননবা হুকুম থোবকপদগী মহাক মীবোৎ তাখি।

লময়ানবা হীজম ইবাবতকী লৈঙাক্লোনগী মীৎয়েং য়াম্না ময়েক শেংনা থমখী। অহানবা ব্রাফমদা, মনিংতম্বা ভারতকী মনুংদা মনিংতম্বা মণিপুব অমা ওইনা লৈবা অনিশুবা ব্রাফমদা, অদুগুম্বা মনিং তম্বা লৈপাক অদু বৃটিসকা চুক্তী ইনবা ঙম্বা লৈপাক অমা ওইগদবনি অহুমশুবাদনা ভাবত্তা পুনবা নৎত্রগা মীয়ামগী গন-ভোৎনা ওইবা হায়বশিনি।

'লৈঙাক্লোনগী লম্বীদা লময়ানবা ইরাবত' হায়রিবা লাইবিক অসিমক রিছার্সতা য়ুম্ফম ওইবা, তোঙান তোঙানবা দোকুমেন্টশিংদা

থম্বীবম্বা ৱাফমাশং অদুদা যুম্ফম ওইবা লাইবিক্রী, লাইবিক আসেদা যাওবিবা মচাকশিং হেন্না কুপ্না যেংবিনিংবা নৎত্রগা ৱাযেৎ পিবিবা অইবনা হবাওনা লৌজগনি।

লাইবিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মপুং ওইবা নম্বগী দাইত্য লৌবীবিবা ইনাও কিশন, সুবকুমাব, ডিজিনেটকী প্রোপাইটব থিংঙুজম ভুমেশ্বব সিংহ, ওল মণিপুব প্রাইমাবি টিচব এসোসিযেসন (অমতা) গী জেনবেল সেক্রেটবি এইচ সমবেন্দ্রো, প্রসিদেন্ট ওক্রম বসন্ত, ফাইনান্স সেক্রেটবি এইচ দতিবলা অমদি অতৈ ইগজিক্যুটিভ মেম্ববশিংগী মনুংদা বেমবেম, দিনেশ্ববি, অমব্রাবতি, নবজিৎ, বিঙ্কু, দেবজানি, বাকেশ, টিকেন অমদি ইবাবত ফাউন্দেসন মণিপুবগী প্রসিদেন্ট, পাবুং থৌনাওজম ইবোযাইমা অমদি মকওইবা লুপলোয অনিগী মাইকৈদগী শেলগী অঙম্বা মতেং পীবীদুনা লাইবিক পুথোকপদা ঙাক্লৌ ওইখিবা খুদিংমকী পুৱাবিগী লৈমাইদা ইবৈপাক ইবমদমগীদমক অঙম্বা থৌদাং লৌখিবা পুকচেল চাওববা নৈপাকমচা তাবা মীওই ঙাক্তনি হাযবদা হাযমনবা থোক্লোই। থোইদোক হেন্দোক্লা বনানগী অকুপ অতা চুমথোকপীবিবা থৌদাম বঞ্জন সিংহ, হিজম ইন্দুকুমাব, খাঙেম্বম নিশিকান্তগী চাওববা থৌদাংবুসু থাগৎচবি। তুংদা লাক্কদবা চোকথববা খুনাই অসিগী মীকপ থোক্লবগী লম্বীদা লাইবিকশিনা মীযামগী থম্মোইদা যৌহনজবা ঙম্লবদি অইবগী খ্বাইদগী নুংঙাইজবা হাযবদু শোইদনমক ওইগনি।

ঈবৈপাক লমদমশি নোংমদি শোইদনা অচুম্বা অদুদি লেপ্লমক ফংলকখিগনি।

গুনচন্দ্রা ককচিংতাবম

গুনচন্দ্রা ককচিংতাবম



হিজম ইবাবত

(১৮৯৬, সেপ্তেম্বর ৩০ - ১৯৫১, সেপ্তেম্বর ২৬)



হিজম ইবাবত

(১৮৯৬, সেপ্তেম্বর ৩০ - ১৯৫১, সেপ্তেম্বর ২৬)



হিজম ইবাবতনা পীক্লিঁডেদা লৈবন্মা মনেবেম্মা সৌগাইজম ওংবী ইবেতোন দেবীগী য়ুম



পোগোজগী হেড মাষ্টর জুলফাল মোহম্মদনা লময়ানবা
ইবাবতনা মহৈ তমলমই হায়বগী সাটিফিকেট খুৎশিন্নবা
(জনুৱারি ০৯, ইং ২০০৮)

ফোন : ৭১১৯৬১৭

# পোগোজ স্কুল, ঢাকা

স্থাপিত : ১৮৪০ ইং
৬ নং চিত্তরঞ্জন এভিনিউ, ঢাকা-১১০০

সূত্র : তারিখ ৭ ১ ০৪

This is to certify that **Hizam Irabot Sinha** S/o **Hizam Ibungohal Sinha** of Moirangkhom Imphal was a student of this school upto 1914 According to the record of the school he came in this institution with the certificate from **Johnstone School, Monipur** and was admitted in Class VI (Six) in this school in 1913 and he read upto Class VII (Seven) in 1914

May he live long in our memory

7.1.04

POGOSE SCHOOL, DHAKA

পোগোজ স্কুল, ঢাকা তম্লিঙৈগী সর্টিফিকেট
(১৯১৩ - ১৪)







নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী ৪ শুবা চিংঙা সেসন্দা চিংখৎখিবা ফিবাল



ইরাবত শিদ্রঙৈদা সান নিংঙোল তাও তোমিষ্টৈনা সেবা তৌদুনা লৈবগা যুমফম। (ফোটো : হিজম ইন্দুকুমার)




১৯৯৮ - গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়ানা ফোংখিবা ষ্টাম্প।



ইবাবত পোৎলোইশিবা মফম। (ফোটো : হিজম ইন্দ্রকুমাব)



সান নিংঙেল তাও তোমিচৌ। (ফোটো : বিজয় ইন্দ্রকুমার)



অনিশুবা নুপী লাল (টেলিগ্রাফ ওফিস, ডিসেম্বর ১২, ১৯৩৯)



হিজম ইরাবত অমদি লোয়নবী বাজকুমারী খোমদোনস্না
(ফোটো - ই-পাউ)

## য়াওফম তাকপা

## লময়ানবা ইরাবতকী মতাংদা অখণ্ড-অহৈশিংগী মবৈ

## জননেতা ইবাবতপু কালি ভৈশিনবা

### (মিলেনিয়মশিদা জননেতা ইবাবত - জননেতা ইবাবতকী অশেংবা মশক - বি. শর্ম্মা)

মণিপুবদি 'ইন্সবজেন্সী' অসি জাতিগী ওইনা লৈজবক্লবা লাযনানি (Endemic Disease) হাযনা উৎতুনা থাযনদগী নিংথৌ মচা কযা, ত্রাইব কযাগী লালহৌববু খুদম ওইনা পীবম্লগা ঙবাং নহান্তা পোকখিবা শ্রীহিজম ইবাবতপু মণিপুব ইন্সবজেন্সীগী মপানি (মানা হৌদোকপনি) হাযনা পুকচেল শেপত্নবা অইবশিং অসিনা পীবি। ৱাহৈ অদুমক "Hijam Irabot Singh was the Father of Manipur Insurgency" হায়বসিনি মসি কবম্না হায়বা ঙম্মুবিবনো? মথক্তা মখোয়না নৈনবকত্নিবা অর্থগসু Self-Contradictory ওই। শ্রীহিজম ইবাবতকী বাজনিতিগী লম্বী, সিদ্ধান্ত নিতি অমদি পান্দম অদু কনানা পীবা কবম্বা সোর্সতগী কবি কবম্বা নৈনকদুনা মথক্কী ৱাফম অসি হান্না হেক্তা থম্মকত্নিবনো? মণিপুবগী ভুংগী হৌবক্লিবা নহাবোলনা ইতিহাসকি লিক্রম চুম্না লিংখৎলকপদা অইবশিং অসিগী ফম্ফম মণিপুবদা ফংগদবা মান্দে।

জননেতা ইবাবতনা শেমগৎচবম্বা ভাবত কম্যুনিষ্ট পার্টি অসি হেক শাগৎলকপদগী ঙসি ফাওবা খোংফম অমা হন্দনা থেংনবক্লিবা মহাক্তা লোয়নজবম্বা ভেতবান বিভোলুসনবি কয়া ঙসিমক তেক্তা কায়দনা হিংলি। অসিগুম্বা অহল লমনশিং অসি ইবাবতকী য়েৎথংবা পাম্বোম ওইবকপা অকনবা কম্যুনিষ্ট কর্মি ঙাক্তনি। মখোয়মক্লা জ্ঞান তানা হিংলিভৈদা শ্রীহিজম ইবাবত অমদি মাগী পার্টিগী ইতিহাসপু পংইন ইনশিনবা পংহায়

হাযজিনবদি খবা খিত্তং হাকমল্লী। মসিমক্কী Intellectual Insincerity নৎত্রগা Intellectual Proverty গী খুদম্নী।

ইতিহাসকি যুম্ফমদগী বাজনিতি নৈনবিবিবা ক্ষোলাবশিং ওইবিবগা শ্রীহিজম ইবাবতকী 'সোসিযেল বিভোলুসনবু' শেংনা উদবা (নৎত্রগা উশিন্নদবা) অমদি নমশিনগে খন্না থৌবাংবসিমক্তি ইনেতলেকচ্যুএল ইনসিনসবিতীগী খুদম্নী। নৎত্রগা মতম হেল্লবা ফিউদেল সমাজগী প্রথা (Feudal System of Society) মুৎথৎলগা সমাজবাদ শাগৎনবা লময়াল্লম্বা লুচিংবদুবু শেংনা খংবা উবা (Discern) ঙমদদুনা পংই ইথোকখিবা ওইবম্মবদি ইন্তলেকচ্যুএল পোভর্টিগী ব্রাফমনি। মবমদি মখোযনা চেপ্তব সভেল অসিগী অহৌবমক্তা অসুম্না ইথোক্লুবে :- Insurgency is different froi.. revolution, Insurgency usually refers to movements, smaller in sizes and purpose than those decribed by other terms" অদুগা শ্রীহিজম ইবাবতপু "Father of Manipur Insurgency"

মতাং অসিদা মক-হক্লা লুম্না পলহৌদবা যাদবা ব্রাফম অমদি শ্রীহিজম ইবাবতকীদি মতমগা চান্দ্রবা সমাজিক অর্থনিতিগী যুম্ফম (Outmoded Socio-Economic Formation) অমা মক ফুক্লা হোংগে পায়খৎলম্বা সোসিএল বিভোলুসন্নি। অদুনা সংস্কৃতি, অথনীতি অমদি বাজনিতিগী ক্ষেত্র অহুম্মক্তা লান (Struggle) চংশিল্লকখিবনি। অমুক্তসু অসিগুম্বা বিভোলুসন অসি গনতান্ত্রিক ওইবা লম্বীদা শেংনা হান্না চংশিল্লকখি, অদুবু মতমদুগী পাল্লিবা সবকাবদুনা লম্বী অদু থিংখ্রবদা খুৎলাই পাযবগী লম্বীদা (Insurrection) তাখিবনি। ব্রাফম অসি ইতিহাসকী ব্রানি ঙবাংতগী ব্রানি। থোইদোক্লা মীনম্নবা নৎথ্রগা পংই ইশিন্নবদি লানগনি।

মথংদা অইবশিং অসিনা শ্রীহিজম ইবাবত অচৌবা লৌযাম চাবনি হাযনা অসুম্না হায়জিল্লকপা অমুক ঙম্মী .- "He started his political career as an anti monarchial, antifeudal and anti Imperialist, though he was himself a big landlord" লৈবাক পুম্নমক্লা খংই,

শ্রীহিজম ইবাবত লাযববী লুখ্রবীগী মচানি। লুখ্রবী মমাদুসু অঙাং ওইবিঙৈদা ঙস্তা কাযনখিদুনা মনেনা যোকখি, লৌ মচেৎ অমা লৈজবা নত্তে। মমৈদা সাব চুডাচান্দ মহাবাজগী মযাম্বগী মচানুপী লুহোংউবদা অউন লৌ পবি ৫০ ফংখি। মদুসু নিংথৌগী মাযোক্তা লডাই শাগৎলমদাইদা পুল্লপ হন্দোকখি। অসুম্না মহাক্কী বাজনিতিগী পুন্সি হৌখি। ওইজ-ওইথক পুম্নমক থাদোক্নুনা অসুক্কী মতীক শেংনা অনৌবা বাজনিতিগী যাওন অমা মণিপুবদা পুশিল্লকখিবা নিপা অসিবু 'অচৌবা লৌযাম চাবনি'।

অদুগা "Although a Marxist, he was a nationalist" হাযনা মাক্সিষ্ট অমবু ওইববদি মবৈবাক মজাতি নীংবা য়াদবগী অর্থ অমা উৎলদুনা ইবিবসিনা অইবশিং অসিনা মাক্সিজম কযা শেংনা নৈনবিবদুনা ইবিবকইবনো? ব্রাফম অসিদি শেংনা অমুক্তা লৈবাক মীযাম মাংদা অব্রায অখুম খবা তৌনজনীংই, ফোংনা বাৰ্ত্তন তৌনীংই।

মথংদা খ্বাযদগী চাওবা অকিবা লৈতনা অমদি অনীংবা অমা যাওনা 'ইবাবতনা মণিপুববু ভাবত্তা তিনবসি যাবমদে' হায়জিল্লকই। He was opposed to the merger of Manipur with the Indian Union, he desired that Manipur should be Independent with membership in U N অসুম্না হাযজিল্লকইবা ব্রাফমসি অবাযবা ব্রাফম নত্তে। কবম্না Source তগী মতিক চাবা প্রমান ফংদুনা জাতিগী একতাদা শোক্কদবা অসিগুম্বা ব্রাফম অসি ইথোবকপা ঙম্লীনো? Source অদু লৈববদি মদুগী Historical Propriety অমসুং Validity লৈবাক মমাংদা অইবশিংনা উত্তবা য়াবোই। Genuine ওইবমদ্রবদি অইবশিং অসিনা ভাবতকী একতা থুগায়নবা অমদি ভাবত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মণিপুব ষ্টেট যুনিতকী ইতিহাসপু লৈবাক মমাংদা লান্না উহন্নবা হোৎনবম্বগীদমক ঙাকপীফম থোক্তবা মবাল লৈ।

অদুগা "He was opposed to regionalism like the Purbanchal Pradesh, consisting of Manipur, Cachar, Tripura and Lushai Hills" হায়না অমুক্তসু ইতিহাসকী লিখুল অমত্তা খংদনা ইশিল্লকই। মতমদুগী ভাবত সবকাবগী প্লান 'পুবর্বঞ্চল প্রদেস'

শেন্বা হাযবদুদা মণিপুব যাওখিবা তাবম্মবদি ইচম চন্বা জিলা অম: ওইবম্মগদবনি। মশাগী তোপ তোপ্পা সংস্কৃতি কালা, পবম্পবা, সীমানা লৈজবা মণিপুবী শক্তম কন্ননবা, পুবর্বঞ্চল প্রদেশ শেন্বগী মাযোক্তা লডাই তৌবকখিবা ইবাবতনি বিজিনেলিজমগী মাযোক্তা নত্তে। ভাবতকী মনুংদা অতৈ ষ্টেটকা চপ চানা থাক (Status) মান্নবা মপুংফাবা ষ্টেট অমা ওইনা লৈবা মণিপুব অমগীদমক্তনি।

নোংঙাদা খুল (লমলাইদগী কি·মি অমা মখাই অমা চৎখৎলগা উখুল বোডতা লৈবা) দা বাজধানী (হেদক্বাটব) ওইদুনা পালিযামেন্টবী সবকাব লৈবা মনীংতম্বা সোভবেইন দিমোক্রেতিক ষ্টেট অমা ওইবা ইবাবতনা পামই হাযবসিসু Historical Evidence পীনিংঙাই লৈবোই। অইবশিংগী দোক্তবেত উপাধি ফাগী তাগনি।

'অমুক্কসু ইবাবতনা কবো ভেল্লি দাবী তৌবম্মী, মদু ফংনবা বর্মিজ কম্যুনিষ্টশিংগী মতেং নিখি' "He demanded the restoration of Kabaw valley to Manipur To achieve this end he sought the help of Burmese Communists" কবিমত্তা খন্থদনা (কীদনা) হেক্তা মীনম্বশিনবা প্রমান খক তৌবা ঙম্লবোইদবা ৱাফমনি। অসুক থৌনা ফনা মীনম্বা 'হু' গী মশক ওইববা ৱাফম ঙাক্তা পুথোবকপসিনা অইবশিং অমদি মখোযবু মতেং পাংলিবা (মমিং পল্লিবা, পান্দম পূম্নমক) অসিনা মণিপুবগী Separatist Movement তা মতেং পাংনীংই হায়না প্রমান তৌই। আইনগী ওইনা Seditionist Charge মখোয়গী মথক্তা তৌফম থোকপনি।

ৱাফম অমনা "The Political activities of Irawat Singh resulted in his arrest and imprisonment" ইবাবতকী পুন্সিগী ইতিহাসপু কবিমত্তা খংদবা হেক্তা ইশিনবা ৱাহৈনি। ডোক্তবেটকী উপাধিবু খুদিংমক মীয়াম্না হেক্তা থাজগনি খনববা? নোমৈতিভ সাইন্স (Social) তা উপাধি ফংনবকপা পূম্নমক মমল যাওহল্লক্তনবা হোৎনবনি।

অদুগা অবোয়বা ওইনা পুংলান লান্না ইববা লাইবিক অসিগী লমাই ৮২ অনিশুবা পেবাগী অবোইবা ৱাহৈ পবেং Krisak Sabha

adopied antrelious attitude towards Meiteis" হায়বসিসু কবন্না থৌনাদগী কবি শাক্কী লৈদুনা হায়বনো? মতমদুগী কৃষক সভাগী লুচিংবা কয়া ঙসিমক হিংলি। অইবশিংনা তেন্না ইকাইবা নংলোই হায়নিংঙায় লৈতে।

মণিপুরদা কম্যুনিষ্ট মুভমেন্ট নমথনীংবা Anti-Communist Stance অমা লৈবা অইবশিংগী থৌদাং বোল লৈজবা যাই। অদুবু ইতিহাসপু মীনম্বা জননেতা ইবাবতপু কালী তৈগে হোৎনবদি মতম পূম্নমক্তা মায় খুগনি। অবোইবদা, জননেতা ইবাবতকী মবমদা ইবিনিংবা কনাগুম্বশিংনা মহাক্কা লোইনজবম্বা অহল কয়া লৈবিবসি খবদংদা ওইববসু তান্না তিক্লবা দবকাব ওই, হবাওবনসু মতেং পাংজগনি। *(লা: ২৪-২৮)*

# HISTORY OF MODERN MANIPUR (1826-1949, LAL DENA)
# LEFTIST MOVEMENT AND HIJAM IRABOT SINGH - GANGMUMEI KAMEI

G. Kabui's Leftist Movement and Hijam Irabot Singh, 1938-1949, first presented at the 35th session of Indian History Congress, Jadavpur (1974) and publish in the Bulletin of Division of History, Centre of Post Graduate Studies, J N U , Imphal (1975)

**Communist Movement in Manipur:**

On other hand, Irabot Singh worked out his political, economic and social programmed After the departure of British he wanted an independent Manipur with full responsible government elected by people, with the king remaining as constitutional head For the relation between Manipur and India he wanted the same relation or state which Ukraine or Bylo Russia, a state within the USSR, even a membership in United Nations (P 165)

**Merger Movement:**

When the Communist movement had taken a violent form, the Manipur State Congress launched a movement for the abolition of kingship and integration of Manipur with India Irabot Singh was against this movement and tried to preserved sovereignty of Manipur It is said that on this issue he had differences with leadership of the CPI Essentially Irabot was patriot of Manipur to a great extent a nationalist and he used a Communist ideology to delivered the people from the

life of suffering Ultimately, Maharaj Bodhchandra Singh of Manipur, was pressurised to integrate Manipur with India on 15 October Irabot Singh deplored the action of Maharaja Bodhachandra Singh as Maharaja could have consulted his council of ministers or got the merger agreement ratified by Legislative Assembly But under the coercive pressure, the Maharaja was helpless and had to agree to the integration (P 171)

**Difference with the CPI Leaders:**

The first Secretary of Communist Party Shri T Bokul Singh joined the Assembly So the District Organising Committee appointed Thokchom Boro Singh as the Secretary During this period Assam Committee of CPI sent Baasna Singh as an organiser and criticized Irabot Singh that his anti-merger policy was against the official policy of Assam Committee of the CPI which endorsed the Government of India's policy of merger of Manipur within Indian Union Irabot Singh did not agree with CPI leadership His contention was that Manipur was monarchy, a feudal society, and quite different in political experience, economic and social conditions from the rest of India Manipur was a country of peasants and there existed no industry What was required in Manipur was peasant revolution along the Chinese Line For this he was pressurised within the party to confess to Self-Criticisms Irabot in his Self-Criticism confessed that he was following the line of Tito of Yugoslavia But in 1949-50 the CPI rejected the Russia oriented thesis of Ranadive and accepted the Chinese oriented thesis of Rajeswar Rao which was a vindication of Irabot's policy on peasant revolution.

Irabot in 1950 organised the peasant revolution. He wanted a continuing upheaval of peasantry till they attained their social, economic and political goal The real armed struggle started in early 1950 Th. Boro Singh was appointed

the Commander of the Red Guards, the fighting wing of the party The Secretaryship was taken over by N Binoy Singh who was soon arrested and fourth Secreatary L Ibotombi Singh took over the party organisation Thus all the young Communist leaders like Mohendro Singh, Thokchom Boro Singh, Binoy Singh, M Megha and others were in jail by mid-1950 The Police repression was very strong and Irabot Singh went to Burma was seek the help of Burmese Communist in staging a revolution for an independent Socialist Republic in Manipur The life of Hijam Irabot Singh who was called 'Neta' or 'Comrade' Irabot was that of a revolutionary who started his career as an official, fought against the social and political injustices as liberal reformist and emerged as Communist leader who could implant the foundation of leftist movement in Manipur But his Communist ideology is highly cloured with Manipuri nationalism His last dream was probably in curve out an independent Socialist Republic in South East Asia *(P 172 - 173)*

## ভারতকী লোইলম মণিপুর
## (ইরৈবাকমচাশিংদা পান মণিপুর মুথ লীগনা ২৫ শুবা কুমওন্দা তমজবা খুদোল)
## মণিপুর ভারত্তা করম্না তিলহনখি
## (ইং ১৯৭৩ গী সেপ্তেম্বর, লময়ানবা চেফোং)

**প্রজাগী লুচিংবা হিজম ইরাবত :**

মতম অসিগী হবাও-তয়াম্বদা য়াওবা ফংজদ্রবা মীশক অমদি শ্রীহিজম ইবাবতনি। অতৈনা মন্ত্রী ফমগীদমক্তা মিকানৈ, মহাক্না লৈবাক রাযেলগী সদব পঞ্চাযেৎকী ফম থাদোকই, নিংথৌগী মচানুপী লৌবগী খুদোংচাবা পুম্নমক হন্না য়েংউদে। লাযববা লৌমী শিনমীশিংগা তোৎন-তিন্নদুনা মখোয়গী ফনবা মশাগী পুন্সি কৎথোকই। মণিপুব প্রজাগী অশেংবা লুচিংবদি মহাক মতোমতনি। মবম অদুনা দববাবগী মেম্ববশিং, ইন্টবিম কাউন্সিল মেম্ববশিং, কংগ্রেস পার্টিগী নেতাশিং, ভাবত সবকাব-মখোয় লোইনমক্না ইবাবতপু থনুংদা কিবা পোকই অমসুং মহাকপু উপাই অমা তৌদুনা মণিপুবদা থমদনবা কন্না হোৎনৈ। মণিপুবগী নুপী লান্দা য়াওই হায়বগীদমক চহি ৬ মখল মখা অয়াম্বা দণ্ডি পিদুনা ইবাবত মণিপুবদা চংহন্দে। ইং ১৯৪৬ তদা মণিপুবদা চংবা য়াহল্লি। বৃটিশনা ভাবত থাদোকখিবগা লোয়ননা মহাকনা অমনা অমবু তুহৎতবা সমাজ অমদা মণিপুব মনিং মখা তন্বা লৈবাক অমা ওইহনবা পামলম্মী। ভাবতকা মবী লৈনবা তাববসু, সোভিয়েৎ ইউনিয়ন্দা তিন্না তিন্না ইউক্রেন অমসুং বেলোকসিয়ানা ইউ. এন. ও. গী মেম্বব ওইবগুম্না মণিপুবশু থম্বা পামলম্মী। ইং ১৯৪৮ গী মণিপুব এসেমব্লী ইলেক্সন্দসু উৎলৌ কনষ্টিট্যুনন্সিদগী শ্রীইবাবত এম.এল.এ. ওইনা কাবকলম্মী। অদুবু

সেপ্তেম্বব তাং ২১ দা প্রজা মীযামগা পোলিশকা খুৎ থোক্লবদা ইম্ফাল পোলিশ ষ্টেসনগী ও সি শ্রীনবান পুংদোংবমদা শিখি হাযবগী খুদোংচাবা লৌবদুনা ইবাবতপু ফানবা অমুক হোৎনবে। মহাকসু তাইনবিবগনি খণ্ডবদগী, নুমিৎসিদগী হৌনা মণিপুব প্রজাগী লুচিংবা ইবাবত অন্দবগ্রাউন্দ চংখ্রে, পুন্সিগী ওইনা অমুক থোবকখিদ্রে। অতৈনা, মন্ত্রী ওইহৌবা যাও, ঊচি কল্লক্লুনা মযুম মৈ থাবা যাও, অদুম লৈহৌবে। *(লৈ ৩০-৩১)*

## ভাবতকী লোইলম মণিপুর
## (ইবৈবাকমচাশিংদা পান মণিপুব য়ুথ লীগনা ২৫ শুবা কুমওন্দা তমজবা খুদোল)
## মীনাই নৈথাংগী পুন্সি
## (ইং ১৯৭৪ গী ওক্টোবব, লময়ানবা চেফোং)

**থম্মাইগ্নবা বাজনীতি অমসুং ইবাবত :**

লোইলমগী শক্তি খুদিংমক্কা মখোযগী মীচং ওইনবা মীওই কাংলুপ অমা মীনাই ওইববা সমাজ অদুদা যোকখৎপা হাযবসিনা 'দিভাইদ এন্দ রুল' পোলিসি অদুগী মথংদা তৌদবা যাদ্রবা মখৌনি। মসিগী পোলিসি অসিগী মখাদা বৃটিশশিংনা চুড়াচাঁন্দ মহাবাজবু ব্রাংনা থাংগৎখিবনি। মহাবাজগা লোইননা, মতম কুইনদগী ঐখোযগী সমাজদা ওৎ-নৈবা কাংলুপ অমনি খন্দুনা লাকলবা লৌযাম চাবা মযাম অসিবুশু মীচং ওইশিন্দুনা য়োকখৎলম্বনি। তৌইগুম্বসুং, মতমগী যাওন মতুং ইন্না অসিগুম্বা কাংলুপ অসি নত্তবা অনৌবা মীচংশু থীবা তাবনি। খুদম ওইনা, মখোযগী পাউখোল্লোই ওইনবা, কেবানী ওইনবা, অনৌবা মীওই কাংলুপ অমা শেমগৎপা তাবনি। অসিগুম্বা মীওই অসি থোবক্লবগীদমক্তনি বৃটিশশিংনা স্কুল কোলজনচিংবা লিংখৎলন্নিবা অদুগী তশেংবা মবমদি। পৃথিবীগী অতৈ মফমদা তৌবগুম্না, অসিগুম্বা ইবা পাবদি খবা থোক্লবা তৌইগুম্বশুং লমদম অদুগী ইতিহাস অমসুং লৈহাওদগীদি মক ফংনা ফুকতোকপ্রবা, থম্মাইগ্নবা মীওই কাংলুপ অমা কুনশুবা শতাব্দীগী হৌবকপা অহানবা তংখাই অসিদদি মণিপুবদসু থোবকখি। মখোয় অসিদি য়াম্নবদা গৌহাটি, ধাকা, কলকতা ফাওবা লাইবিক তম্বনি হায়দুনা চৎলুববা, ঙমদ্রগনা অম্বাইদা ক্লাস সিক্স পাস তৌবগা তোক্লবসু

অহল-লমনশিংনা মচানুপী থাজগদবগী কোইতান তান্নবিবা, সবকাবগী থবক মচা অমা তৌবগা পুন্সি মতোন লোন্নে খঞ্জবা ঙন্নিবা মীওই কাংলুপ অদুনি।

ভাবত অমসুং পৃথিবীগী মফম অতৈদা তৌবগুম লোইলমগী শক্তি অদুগী মনা-মথুম ফংবদগী অহানবদা মখোযগী মীচং চংলম্বা, প্রজাশিংবু ফদি শুম্বগুম শুম্বদা মতেং পাংলিবা কাংলুপ অদু অসিগুম্বা 'লাইবিক হৈববা' মীওইশিং অসিনি। তৌইগুম্বসুং মমৈথংদদি, লোইলমগী শক্তি অদুগী মাইযোক্তা প্রজাগী ঈহৌ অমগা শাগোন্ননা, মখোয়গী লুচিংবা ওইদুনা মবৈবাক মজাতিগী মনিং মখা তম্বা পুবকখিবশু অসিগুম্বা মীওইশিং অসিগী মবক্তগী থোবকপনি। গান্ধী, নেহরু, সুকাবনো, অং-সান, হো-চি-মিন, মাও-সে-তুং, এনক্রমাহ অসিনচিংবা ময়াম অসি অদুগুম্বা লুচিংবশিংদুনি। মশা মশাগী ওইজবা থাদোক্লবা, নোংচুপলোমদগী ফংলকপা অনৌবা যুগকি 'সাইন্স' অমসুং লৌশিং অদুগা মবৈবাক্কী লীববা ইতিহাস অমদি সমাজগী লৈহাও-অনি অসি যানশিন্নবা ঙম্নবা, অদুগা লমদম অদুগী মীওইশিংগী তোপ-তোপ্পা অনৌবা পুন্সিবোল অমা লৈথক-লৈখা খোন্দুনা পুখৎলকপা ঙমখিবা, মজাতিগী মীনাই য়োহ্লিং থদৎতুনা মবৈবাক্কী মনিং মখা তম্বা পুবকপা ঙমখিবা লমজিংপুবেল ঙাক্তনি।

পীকলবা মণিপুব অসিগুম্বা লমজিংপুবেল অমা লৈবম্মী। মহাক অদু লৈখিদ্রবা মীয়ামগী লুচিংবা হিজম ইবাবত অসিনি। অফা-অপুন্না পিক থল্লবা মণিপুবী সমাজ, ব্রাইকব্বা ধর্ম্মগী মমিংদা মী অমনা অমবু তাথি-তাওই তৌবদা থিংবীনবা লৈত্রবা মণিপুবগী সমাজ, বৃটিশনা পুশিনলকপা ময়াং কাববাবব্রালাশিংনা ঈ চুপ্লবা মণিপুবী সমাজ, খুর্জি য়াওদনা থাদোক্লবা চুডাচাঁন্দ মহাবাজগী মীওৎ-মীনৈনা থল্লবা শাসন, নৌনা মচিন তুমখৎলক্লিবা 'লাইবিক হৈবশিং' - ময়াম পুম্নমক অসিগী মাইয়োক্তা থৌনা ফনা লেপ্তুনা তুহৎপীববা মণিপুবগী প্রজাশিংগী ঙকশমদা থাংলিবা মীনাই কোংজোই অসি লৌথোক্লবা হোৎনবম্বদি ইরাবত মতোমতনি। ইং ১৯৩৯ দগী হৌখিবা 'নুপী লান' অমসুং মতুং তাবকপা

রাজনীতি ঈহৌশিংদা ইবাবতনা মণিপুরদা তৌখিবগুম, অমুক্তদা যেৎ-ওই শুনা হাইদুনা ঐখোয়গী সমাজগী, রাজনীতিগী অফা-অপুন ময়াম থদৎখিবা অমসুং অনম-অহা চুবমলবা প্রজাশিংবু তেল্লবা মতম অমদা মমিৎ পাংহনবা ঙমখিবা অসিগুম্না অতৈ এসিয়াদগী আফ্রিকাগী লুচিংবশিংনা ঙমখিদে হায়না খল্লি। মণিপুরীশিংগীদমক্তদি হিজম ইবাবততা - নেহরু, অং-সান, হো-চি-মিন, মাও-সে-তুং লোইনমক পুল্লবনি। অদুবু হিজম ইবাবত মপুন্সিগী নিংজবম্বা পন্থুং যৌবা ঙমখিদে, মাইথীখি।

হিজম ইবাবতনা মাইথীবা ফংখ্রিবসি শক্তি লৈববা বৃটিশশিংগী মখুত্তা নত্রে, চুডাচাঁন্দ মহারাজগী মখুত্তসু নত্তে। মাগী লোইনবিবা 'থৌনা ফবা' নহারোল ময়াম অদুনা ইবাবতপু মাইথীবা পিবনি, খুবক্কি ঈনা লাই শাখিবনি। লোইলমগী মপু ওইবিবা বৃটিশনা পাউখোল্লোই ওইনবা শেমগৎলকখিবা, ঐখোয়গী সমাজ মনুংদা মখোয়গী ঘি-থাও চাবিবা, 'লাইবিক হৈববা' অনৌবা কাংলুপ অসিগী মখুত্তা ইবাবত তুখিবনি। দ্বিজমনি শর্মা, বংক্কবিহারী শর্মা, লাইশ্রম যোগেশ্বর, সৌগাইজম সমবেন্দ্র, চিংঙাখম পিশক, সিনাম কৃষ্ণমোহনগুম্বা 'লাইবক হৈববা' মীওই কাংলুপ অসিনা ইবাবতপু 'হাৎখিবনি'। ঙসি মণিপুরীশিংনা লাইব-চুদৎনদুনা খুদাং পীখম্লনা হিংলিবা অসি হায়বিবা কাংলুপ অসিনা খঙনা নৎত্রেগা খঙজদনা থোকহনবনি। মখোয়না তেনবাগুম্না তমলুববা লাইবিক, মমিৎনা উবকলবা মনানা তাবক্লবা ভারতকি মনিং মখা তম্বগী ঈহৌ, অনি অদুগা মণিপুরগী লৈহাওগা চুশিন্ননা য়েংবা ঙমখিদবদগী মণিপুরগী প্রজাশিং ঙকশমদা মীনাই কোঙ্গোই অসি থুববিবনি। থম্মাইবগা হল্লক্লবা মখোয়না হিজম ইবামতনা শাগৎলকলিবা প্রজা মীয়ামগী ওইবা ঈহৌ অদুগী খ্বাইদগী চাউববা খুবৌ ওইখি। মখোয়না মশাগী খুদোংচাবা লৌনবা লিংখৎখিবা মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেনা তৌবা নমথিববা কোমজাও অমদা মণিপুরগী প্রজাশিংগী ঙকশম য়ৌনা পুখহনখি। *(লৈ: ৯২-৯৪)*

## পলিটিশন ইবাবত
## (জননেতা ইবাবত অমদি মাগী ৱাখল্লোন ঙাঙোম মহেন্দ্র, এক্স এম.পি.)

ইবাবতনা কম্যুনিষ্ট পার্টি শাগৎলু হ'যবা যাদে হাযবা ৱাফম অসিনা শেল্লেপ ওইবগা নৈনবা মযাম অমসু তত্তনা থোবক্লি। ইং কুমজা ১৯৪৫ দগী ১৯৪৭ ফাওবা ইজবিবা ঐহাকসি গৌহাটিগী কটন কলেজগী ছাত্র ওইখি, মতম অসিদনি ঐগা জননেতা অমসুং কম্যুনিষ্ট পার্টিগা নক্লখিবসু। পার্টি মেম্ববসু ওইজখি। হঙ্গৎ হন্দা আসাম প্রোভিন্সিয়েল কম্মিটি, সি.পি.আই. গী পাও পুদুনা হাপতা খুদিংগী জননেতাগী মনাক্তা চৎখিবসু ঐহাকনি। পার্টি শাগৎলু লিংখৎলু হাযবা অসি ইথৌ থওইদবগুম তৌই, নহাবোল এক্টিভিষ্টশিংশু নুংঙাইজদে। ইবাবতনা পার্টি লিংখৎতবগী মবমদি হায়দুনা পিনবকলিবশিং অসিদি খবা তাইওন্নবে। ভাবনা শাবা মতাঙ কয়া অমা য়াওবে, লাইবক থিবনি। ভাবত কম্যুনিষ্ট প্রসিদেন্ট কলেজদা লাইবিক তমদুনা লৈবা মবমনা জননেতাগা অযাম্বা মতমদা লোযনদুনা লৈবমই, থৌদোক খুদিংমক নিংথিনা খঙই, জননেতাগা বি.তি. বানাডিভেগা যানখিদবা শুকলৈ লৈখিদে, ভাবনা শাগৎপনি। কংগ্রেস মনুং দা বর্ম্মাগী কম্যুনিষ্ট লুচিংবা থাকিন থানা টুনগা উন্নখি, ৱাবি ৱাতাই শান্নখি, অদুমক্তনা মমৈথংদা কান্নবকখি। অদুবু মীওই খবনা, মরু ওইনা, শ্রীছত্রধাবিনা, মহাক্না নৌনা ফোঙজবা লাইবিক 'মণিপুবগী ইতিহাসতা ইবাবত' তা শন্দোক্লা পল্লি, মমাংঙৈদসু ভাবত্তা তিনবগী মতাঙদা জননেতানা যাখিদে হাযনা ইরুবদগী মদুনা অবানবা ইঙ্গীৎ (বোং সিগ্নেল) অমা পীখিবদগী মদুগী খুদোংচাবা লৌনবক্তুনা মহা ওইখি, হৌজিকসু মদুগী মথি ফোংবা লেপত্রি। ঐহাকপু মে তাং ৭, ১৯৫০ দা ফাদ্রিঙৈ ফাওবদা মণিপুবগী ডিষ্ট্রিক্ট ওর্গনাইজিং কম্মিটি, ভাবত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বব ওইখি, খৎনৈ-খোৎনৈ হায়দুনা কাইনথংদা

ইনবকলিবশিং অসি নৈন্না খোৎনবদি লায়বদুনা মমি ফাওবা তাখিদবা ব্রাফমনি, হৌজিক্কী মতমগী ইচেল অমনা নৎত্রগা অমগী পান্দম মাঙদা থল্লগা ওইহন্নিংবা ইবাবত নৈনবনি। কমবেড বাসনাগী মতাঙ কন্না পল্লদুনা ঙাংনবি। মহাক আসাম প্রোভিনসিয়েল কম্মিটিগী মেম্বরমকসু নত্তে, ইনভাইতিনি, মণিপুবদা পার্টি শাগৎলুনবা থাবকপনি, ইবাবত ব্রাবকনবা থাবকখিবা নত্তে।

ইবাবতপু সেল্ফ ক্রিটিসিজম নমদুনা তৌহল্লি হাযবি, মসিমক কম্যুনিষ্টকি ব্রাঙাং নত্তে। সেল্ফ ক্রিটিসিজম হায়বা অসিদি কম্যুনিষ্ট অমনা চেনফদ্রবা মগুননি। মানা মানা পাঙথোকখিবা নৎত্রগা ঙমখিদবা পুথোক্তুনা কমবেডশিংগী মমাঙদা (ফোবমদা) নৈনবা হায়বা অসিমক্তনা কম্যুনিষ্ট পার্টি হিংলিবনি। মগুনগা দণ্ডিগা চপ মান্নবা লৌবা অসিমক্তি লাইবক থিবনি। মতাঙ অসিদা স্নাখ্বা প্রিযব্রত সিংহ, মতম অমগী চীফ মিনিষ্টবমক্লা ফাওবা সেল্ফ ক্রিটিসিজম পিববু (অত্ম সমালোচনা তৌববু) ইগ্নোমিনিনি (ইকাইবা পীবনি) হাযনা লৌবিবি। স্নাখ্বাবুদি কম্যুনিষ্ট নত্তে, অদুবু কম্যুনিষ্ট মক্লা হেকক্তমক মগুনগা দণ্ডিগা নৎত্রগা ইকাইবা পিবগা চপ মান্ননা লৌশিল্লকলবদি লাইবক থিবনি। কাইনথংদা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎলে, ডি.ও.সি. শেম্লে, ফবে কবি তৌববগে, অদুবু ইবাবতনা সেক্রেটবি ওইযু হায়বা যাদে, অদুনা মহাক্লা পার্টিগী অনৌবা খোংজং হায়বদি খুৎলাই পায়বগী লানজং চঙবগী ব্রাফম অদু যাদবা ওইনা পুখৎনবকই। কম্যুনিষ্ট পার্টিগীদি ফমদা, চহিদা নৎত্রগা নেতা অচৌবা ওইববোমদা খন্নদে, থবক অদুগী ঙমগদৌবা মীওই অমা খনবগী ব্রানি, শ্রীবকুলনা ইহান হানবা সেক্রেটবি ওইববসু ইকুই কুইদনা মহাকপু শিনদোকখিবা অদুমক্লা শাক্কিনি।

পার্টি লিংখৎলকপদা ডি.ও.সি. হায়ববা মণিপুব কম্যুনিষ্ট পার্টি হায়ববা হায়বনচিংবা ব্রাহং কয়ামসু হংনবকই। কম্যুনিষ্ট যুনিয়ন, ভিয়েটনাম, কিউবা, পার্টি অসিনা সবকাব-পায়বম্বা অমসুং হৌজিক- হৌজিকমকসু পায়বিবা লমশিং অসিগী পার্টিশিং অদু ঙবাং নহাক্তা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ হায়না মীং থোনখিবা ঙাক্তনি। মীংদা উংখৎনবা হায়বা অসিমক্তী কম্যুনিষ্টকী সংবিধানদা য়াওদে, য়াওকমসু থোক্তে।

পুংদোংবম ঘটনাগী মতাঙদসু কম্যুনিষ্টনা নত্তে হায়বা ব্রাফম কযা মবক-মবক্তা মথি ফোংলকই। কম্যুনিষ্টনা নৎতে হায়ববসু মদুগী মতাঙদা অব্রাবা নংখ্রিবশিং অদুদি কম্যুনিষ্ট ঙাক্তনি, য়ানিংদবা তৌবিগনু, য়াবিয়ু।

জননেতাগী বর্ম্মা খোংচৎশু কম্যুনিষ্ট পার্টিগা মবি লৈনদবা ওইনা উহন্নবা হোৎনবা কযা অমসু যাওবি। বেদ গার্দ লিংখৎপসু শেবান্ননা উহন্নবা খুৎই ব্রাঙাং-শাঙাং হেক্তা থোবকই, অদুসু লাইবিক হৈত্রবা ইবুঙো-ইবেম্মাশিং ঙাক্তা (!), থি হুম্বদি মতৌবিবমগনি হায়ববু ব্রাযেক্কী মথক্তা অনিঙবনা ননশিন্দুনা পুথোবকপা অদুনদি, লাল্লি হায়বদি হাযনিংদ্রবসু, অচুম্বগদি খবা কাথোক্লবে হাযনিংই।

বেড গার্দ লিংখৎখিবসু পার্টিননি, ইবাবত মতোমতনা নত্তে, যুথ লীগ লিংখৎখিবসু অদু মঙাই। ঐহাক ইশামক বেড গার্দ কমান্দব মঙাগী মনুংদা হৌজিক হিংলিবা অমনি। যুথ লীগসু অদু মঙাই, লীগ অসিগী ইহান হেক হানবা সেক্রেটবি জেনবেল ওইজখিবসু ঐহাক্লি। বেড গার্দ লিংখৎখিবগী মবমসু ভাবত্তগী তোঙান্না তান্নবা লালহৌ মালহন্নবা ইনবকপা কাঙবু অমসু লৈবি। পার্টিনা মণিপুবদা বেড গার্দ লিংখৎখিবদি লৌমী শীন্মীগী শ্বার্থ ঙাকচনবনি, লৌয়াম চাবশিং অমদি মীওৎ মীনৈগী মাযোক্তা থেংনজনবনি, ঙমবা ঙমদবনা অতোপ্পা অমনি। শেবান তুবান্না ইনবা যাওবি, মদুনা সোর্স ওইবগা ইনবসু য়াওবি। বেড গার্দ ৫০০ লৈবম্মী, কমান্দব ৬ নিকাশু হাযবি মতাং অসিব্রাইদদি ঐনা ত্রেনিং পীখিবা, ঐনা কমান্দ তৌখিবা বেড গার্দ অদু নত্তবা অমগী ব্রাবিনি অসিবু হাযনা হংনিঙাই। কমান্দবসু তকক নত্তে, মঙা খক্তনি, বেড গার্দসু শুপনতংগী ৩২ খক্তনি, খুৎলাই পায়গদৌবিববু ফাগীবা পংযাম য়াম্বা য়াপোৎলা। বেড গার্দশিং অসিনা মাগী মাগী এলাকাদা ভিলেজ গার্দ হায়না খঙনগদৌবা কাঙবু কাঙবু খবা হন্থবা ত্রেনিং পিদুনা মখোয়বু মতেঙ পাঙনবা শাগৎকনি।

অনিশুবা পার্টি কংগ্রেসনা (কোলকতা ২৮ ফ্রেব্রুব্রাবীদগী ৬ মার্চ্চ ফাওবা ফমখিবা) ১৯৪৭ কী ভাবতকী নিংখা তম্বা খুত্তম অসি

তৌশিন্নবনি হায়না লৌই, অশেংবা নিংতম্বা ফংনবনি হায়দুনা বুর্জুৱা কাংলুপ্পা লুচিংলিবা সম্রাজ্যাবাদী বুর্জুৱা-সামন্তবাদী অহুমগী অপূনবা (ইমপিবিয়েলিষ্ট বুর্জুৱা ফিউদেল কম্বাইন) সবকাব অদুবু ইম্থুনবগী ৱাবেপ লৌখিবগী মতুঙ ইন্না ওইথোকপা যাবা মফম মফমদা খুৎলায পাযবা খোঙজং ফাওবা চঙশিনবা যাগনি হায়না লেপনখিবনি। মফম খবদনা জেনেবেল ষ্ট্রাইক, ডিমোনষ্ট্রেসন, মখল মখলগী আন্দোলন চংশিন্নখি। নোংচুপ বাংলাগী কাকদ্বীপ অমসুং অন্ধ্র প্রদেশকী টেলেঙ্গনাদদি খুৎলাই পাযবগী খোঙজঙ হৌখ্রে, মণিপুবদনা মার্চ ৩, ১৯৫০ দা বেড গার্দ কাউন্সিল লিংদুনা খুৎলাই পায়বা লানজঙ শেম-শাবা হৌখি, মসিগী মতাঙদা যাম্না চাউহন্নিংদুনা মীশিং অমদি খুৎলাই মশিং হেন্না ইশিন্নবসু যাওই, খবা অমনা খুৎলাই পায়ববনিনা ভাবত্তগী তোঙান-তাবগী লালহৌ মালহন্দুনা ইবসু য়াওবি, পূম্নমক অসি তশেংনা থোকখিবগা তাইওন্নবি। জননেতানা বর্ম্মাদা চৎখিবা অদুসু তোঙানতাবগী লালহৌগা মবি লৈনবা মালহন্দুনা ইনবি ঙাংনবি। তশেংবদি বর্ম্মা চৎকদবদি বেড গার্দ কমান্দব ইন চিফ কমবেড বড়গা কমান্দব ঙাঙোম মহেন্দ্রগা অনিনা চৎকদবনি। অদুবু চৎকদবা নুমীৎকী মেগী তাং ৭, ১৯৫০ নুংথিলদা অনিমক ফাখিবনা মবম ওইদুনা মখোয় অনি চৎখিদবনি। চৎকদবগী মবম অমসুং তৌকগদবা থবক্কী মবমসু মন-বুদ্ধি পুবানগী ভাবতা ইনিংবতা ইনবে। মণিপুবদা বেড গার্দ ট্রেনিং তৌফম মতিক চানা লৈতে, ঙাকশেন থৌবাংসু (সেক্যুবিটিস্) ৱাৎলি, খুৎশু খুৎলাই ফংবসু ৱাই, মবম অহুম অসিদগী বর্ম্মাদা চৎতুনা ট্রেনিং তৌফম শীনলুনবা, বর্ম্মাগী কমবেড়শিংগা তাথোক তাশিন তৌদুনা খুৎশু খুৎলাই খোমজিন্নবা শীনলুনবগী ৱানি। অমবোমদা মণিপুবগা থংনবা বর্ম্মাগী এলাকাশিং অসি লিববেটেড এবিয়া ওইখ্রে, মবম অদুনা অশোমগসু নক্লবা কবো ভেলিগী লমদা পূম্নমক শীন্নবগী ৱাফমসু লৈখি। মতমসিদা জননেতাগী হকচাং শোকচিল্লকপা অমদি সেক্যুবিটি বিক্সন অসুম হেনগৎলকপনা মবম ওইদুনা, খবসু পোখাজকনবা অমদি হান্না য়াৎতুনা লৈববা থবকশিং (এসাইনমেন্ট) অদু পাওথোক্লনবা মে থাগী থাখাই চল্লকপমক্তদা বর্ম্মাদা চৎখি, ভারতগী তোঙান তাবগী লালহৌগা মরি শুকলে লৈনদে। স্নাখ্বা প্রিয়ব্রতগী প্রবন্ধ অমদা জননেতানা কবো ভেলিগী

মতাঙদা বর্ম্মাগী কম্ম্যুনিষ্টশিংগা নিগোসিযেট তৌবগী ৱা পনবিবি, মসি অচুম্বনি, কবিগুম্বা বর্মিজ বিপ্লবনা মাই পাক্কন্নবদি শোয়দনা মনা মনিল নাইদনা মণিপুবনা কবো ভেলি ফংলমলগনি। ৱাফম অসি মণিপুব কম্ম্যুনিষ্টশিংগী এজেন্দাদা যাওবা পোৎনি। মসিদা থোইনা বহাদুবি উৎপগী ৱাফম লৈখিদে, লৈতে।

মণিপুবদা কম্ম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখত্তবগী খুদোংচাবা লৌদুনা মখল মখলগী ৱাফম ইনবক্লি, মথক্তসু পনজগ্রে। তাং ১০ ওক্তোবব ১৯৪৯ ইংগী জননেতাগী সেল্ফ ক্রিটিসিজম অসি মুন্না নৈনবিবগা লোইনমক উবগনি, মসিদা টিতো যাওবগী ৱাফম অমুক কোইথোক্তুনা ঙাংনবগী দবকাব লৈতে। ইবাবতনা লিংখত্তবনা মহাক্কা নোম্মিন্নবকপা, মহাকপুদি যাজবা অদুগা কম্ম্যুনিষ্টপুদি কিজবা নৎত্রগা মবম খঙজদনা যাজদবা মযাম অদুগী যেংদুনা লিংখত্তবনি, অদুগা টিতোগী ৱাফমনা অতোপ্পা অমনি, মহাক্কী লৈবাক্কী যেংলিবনি হাযদুনা কুশি বাশি পঙতৌ তৌবা, বাজনৈতিক লোন্দা পুদাদনা "বিফোর্মিজম" হাযনসু খঙনবা, অদুদসু নত্তনা, পৃথিবীগী কম্ম্যুনিষ্টগী সংস্থান, কমিনফোর্মনা হাযবা ইনদবগী মহাকপু তাঙ্হোকপা মদুগী ৱাবি পাকবদগী ভাব তাবে হাযজবিবা অসিবু লান্না উহন্নবা নমদুনা সেল্ফ ক্রিটিসিজম তৌহল্লে হাযনা পুংজাও থিনবা, কম্ম্যুনিষ্ট শাজৎ নত্তে।

মণিপুবগী কম্ম্যুনিষ্টশিংনা ইং কুমজা ১৯৫২ ফাওবা খুৎলাই পাযবগী লাল চৎথৈ, কবিগীনো অতৈ মফমদদি লোইশিনগ্রে হায়বা কোঙ্গাই অমসু যাওবি। ফৈ, খুম্ননবা তাঞ্জা অমা ফংজবিবা অসিসু খিৎকী নত্তে। লাল তৌগে তৌ, তৌবোই তোকউ, ভাবতকী ইহান হানবা লোক সভা মীখল, ইং কুমজা ১৯৫২ গী জনুৱাবি, ফেব্রুৱাবিদা তৌখিঙৈদা, লৈখিদ্রবা ভেটবান কমবেড থোকচোম বীব সিংহনা কম্মিনিষ্টকী ফৌ চবোং থাঙ্গোল য়েকপা মার্কা পাযদুনা ইনব মণিপুব কেন্দ্রদা লেপখি, মদুদা মণিপুব প্রজানা পার্টিবু নুংশিবা অদুম্মক উৎখি, হায়বিবা মতম অসিদা মণিপুবদদি কম্ম্যুনিষ্টকীদি ফিবাল অঙাংবা পাইহন্দুনা খ্বাইবম্বন্দগী মখা দুকান জিমসন বোডতা শ্রীমেনৈগী উগী দুকান্দা অফিস লিংগ্লে। কৈশামপাৎকী কমবেড থাংজম বাবুগা, পুখাউদগী কমৱেড অমখক্কদি

ইর্জবিবা ঐহাক্না ইং কুমজা ১৯৫৬ কী ডিসেম্বব তাং ২০ দা কোলকতাগী আলিপুব জেলদগী থাদোবক্লবা ফাওবদা হল্লক্লমদ্রি, চহি অনি, অহুমগী মতুংদা ইশামক্লা কমবেড অনিমকপু লৌকই। অতৈদা লোইনখ্রগা মণিপুবদা লোইহৌদে হাযবা ৱাফম অসিমক মতম অদুগী ওইবিবা পবিস্থিতি (ওবজেকটিব সিচুযেসন) অদুগা চান্নফাওবা ৱানি।

জননেতাগী মবমদা ইবকপদা ইহৌদবা যাদবগুম গৌহাটিগী ওজা বাওসু মাগী লাইবিক 'এ সেনচুবি অফ গবর্ণমেন্ট এন্দ পোলিটিক্স ইন নোর্থ ইষ্ট ইন্দিয়া, মবিশুবা ভোল্যুম: মণিপুব' দা অসুমনা ইবি "ইবাবতনা মণিপুব ইন্সর্জেন্সিগী মপানি . মাক্সিস্ট অমা ওইজববসু মণিপুবনা ভাবত্তা তিনখিবা যানিংদে, নিং-খা তম্বা যু. এন. গী মেম্বব অমা ওইবা মণিপুব পামজবম্মী ... মণিপুব অসি পার্ল্যামেন্টবি সিস্টেম চৎনবা সবকাব অমা লৈবা, নোঙদাদা হেড কার্টবস ওইবা সভবিন্ট ডিমোক্রেটিক বিপব্লিক অমা ওইহনবা পান্নমই।" ওস্লোকপা বির্ছাসনি, মঙোন্দা মচাকনি হাযদুনা পীবিবা ইবুংঙো-ইবেম্মশিং অদুসু অঙকপনি, নোঙদাদা কোনুং ওইগনি হায়বা অসিদা হেক্তা শোয়ববনি।

ইং কুমজা ১৯৪৮ গী মণিপুবগী মীবেপ মীখলদা মীবেপ থাগৎপদা কম্যুনিষ্ট ওইনা থাগৎখিদে, মার্কাসু ফৌ চবোং থাঙ্গোল ওইখিদে হায়বগী ৱাহঙসু মহঙনবকই। পাউখুমদা, কৃষক সভাগী মার্কদা লেপচবনি, লেপখিবনি, অদুন্নদি ওইবগা, মার্কা য়াওবা য়াওদবা মীবেপশিং অদু কম্যুনিষ্টনি হায়দুনা অদুম খঙনখিবনি, ফজবিবদি মদুনি। জননেতানা ইং কুমজা ১৯৪৬ কী জানুবাবী থাগী অহানবা শকক্তা পাঙথোকখিবা আসামগী প্রোভিন্সিয়েল ইলেক্সন্দা লেপখিঙৈদসু মহাক্কী মার্কা লালটেন থাংমৈ ওইখি, মীবেপনা কম্যুনিষ্টকী ওইখি, অদুগা মহাক্কা লাম্বা তৌনখিবা কংগ্রেস মীবেশ অদুগীনা কৈ মার্কানি। মতম অদুদা হৌজিক্কুম্না ইলেক্সন কমিসনগা লিংদুনা মীখলগী আইন অমগী মখাদা মীখলগা তৌনম্রিঙৈদনি, পুন্নমক অসি ইং কুমজা ১৯৯৬ তগী লাশমেং য়েঙকলগদি উন্নবোই, খৃ: ১৯৪৬ তা হায়গৎলগা য়েংলাগদি অশেঙবা উগনি, খঙগনি।

মথক্তসু পঞ্জম্রে, পূম্নমক অদুগী মথক্তা য়াম্না তোয়না পন্নবম্বা ৱাফম, ইবাবতনা পান্নম্মী হায়বা মণিপুরগী শক্তম অদু শাগৎপদা হেক-হেক থেংলম্বা বিজোলুসন নম্বর "ঘ" নিখিল মণিপুরী মহাসভা অমসুং প্রজা মণ্ডলগী অপূনবা সভা, তাং ৫ এপ্রিল ১৯৪৬ তা ফমখিবা অদু পলহৌদ্রগদি মপুঙ ফাবোইদৌবা মাল্লে। বিজোলুসন অসিগী অনিশুবা পরেংদা "ভারতকী মনুংদা" হায়না যাওবিবা ৱাহৈ অনি অসি হেক-হেক কাওথোক্লগা মখাদা যাওবিবা "অদুগুম্বা স্বাধিন্ত মণিপুর রাজ্য অদুনা ভারতকী করম্বা প্রদেশতা লৈগদগে নৎত্রগা তোপ্পা লৈগদ্রা হায়বনচিংবা লৈবাক্লা পাম্বা (গণভোটনা) মতুং ইন্না ওইবা ." হায়বা ৱাহৈ খবা অসিগী মকম থুপ্লগা ইবাবতপু সিসেসনিষ্ট অমা ওইনা উহন্নবা হোৎনবা যাওদবা নত্তে।

তোঙান তানিংবগী ৱাখল করম্না পোকহনখিবা পূম্নমক্লা খণ্ডনববা ৱাফম্নি, লিশাংশিংনা কেন্দ্র সরকারনা থওইবিবক্তনা লাকপা, প্রজানা খঞ্জদুনা লিংখি-লিংখিবা মণিপুর সরকারশিং অদুসু নাপ চাজদবা-পূম্নমক অসিসু মরুওইবা মরম ঙাক্তনি। তোঙান তানিংবগী ৱাখলগী মায়োক্তা লৈবগী ৱা নত্তে, ৱাফম অসি মীয়ামখোন্না খন্ন-নৈনবা য়াবা ৱাফমনি, খন্নসি-নৈনসি, য়াই। থুপত্রবা লুচিংবা অমরু ৱাফঙনবা য়াবোই হায়বা মতাগুম, পঙচিং চিংশিনবা অদু চুমলোই হায়রতনি।

মবৈবাক নুংশিবা হায়বা অসিমকসু মী-মী অদুনা নুংশিনিংবা মওংদা নুংশিজসনু, কবিসু কায়দে, নোংমৈ পায়দুনা নুংশিগে নুংশিজশনু, অইবা অমা ওইনা নুংশিগে নুংশিজসনু, গণতন্ত্রিক ওইনা নুংশিগে নুংশিজসনু, পূম্নমক পান্বে ঙাক্তনি, কায়বিবদি অমদসু অমদসু খাবৈ খবা শানবা অসিদনি।

কনা কনাগুম্বা খবনা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা ইবাবত কোনশিনম্রে হায়না ৱা ওইনা ঙাঙনবা য়াওবি। খুমনিংই মখোয় অদুদা, কম্যুনিষ্টকীদি অততাইনি হায়না। ইং কুমজা ১৯৫৭ (?) নৎত্রগা ১৯৫৯ দা ইহান হানবা ইবাবত নিঙশিং থৌরম অমা "ইবাবত মহাউৎসব" হায়না মিংথোঞ্জদুনা হৌবগা ঙসি ফাওবা চহি খুদিংগী পাঙথোক্লনা লাকচরিবা

অসিদা য়াওবিবকপদা ৱাবৌজগদবা নত্তে, হৱাওজগদবত্তনি, নহালমখৈ য়াওবীহৌদবগী বাকি-শিকি লাকখৎতুনা কম্যুনিষ্টশিংদা মবাল শীবীববদি নিংঙমদবগী মৈচাক হেনগৎলক্কদবত্তনি। চহি চামা শুবগী কুমওন পালন অসিদা, পূন্নমক্না য়াওবিবা, সংস্থান কযানা মাগী-মাগী খুদোংচাবা মওংদা পালন তৌবীবিবশিংদা যাওশিনবীযু, মায পাকহনবিযু, মদুনা জননেতাগী মফমদা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎপা শকপীযু।

জননেতাগী পুন্সি নৈনবকপদা তোঙান্না তানিংবগী ৱাখলনচিংবগা চযেৎ- খোযেৎনবক্লিবা অসিমক জননেতানা থুপখ্রবা মতুঙ কাইনথঙদা থোবকপনি, লিশাঙশিংনা অশোযবা কযামকম লাকপদগী। জননেতানা লৈখিদবা চহি তবাহুমদোইগী মতুঙদা আব, কোনস্টানটিন্না ইবা লাইবক "মণিপুব মেড অফ অদি মাউন্টেন্স" দা সিসেসনিস্ট ৱাবলগা মবি লৈনবা ৱাফম পন্দ্রিবা অসিমক্রসু উৎলি, ইবাবত কৈদৌনুংদসু সিসেসনিস্ট ওইখিদে হায়না। মহাক্না লোইশিল্লকপদা হিজম ইবাবত হায়বা অসি তশেংনমক লৈবাক্কী লুচিংবা অমা ওইনবা মচাক (নেস্নল লিডবসিপ টিম্বব) চেনবা মীওই অমা ওইখি, অদুবু মতম চাদনা নোঙ্গাখিবনা ২০ শুবা শতাব্দিদা মণিপুবনা পুথোকচবা খ্বাইদগী চীঙলেম্বা মীশক অমা ওইখি। জননেতা ইবাবতত্তি কার্ল মার্ক্স কুম্না, হিংলিঙৈদা হৌমিন্নবা বাজনীতিগী শামান লেংমান্নবশিংনা কল্লকচবা, খ্বাইদগী হেন্না তুক্কচবিখিবা অমদি শাথিনা পাউথোকপিখিবা লুচিংবা অমা ওইখি, অদুবু লৈখিদবা মতমদা লন্নাই য়েক্লবা অমতা থনমখিদে। *(লা: ৪২-৪৬)*

## ইবাবত অমদি মহাক্কী ৱাখল্লোন
## (জননেতা ইবাবত অমদি মাগী ৱাখল্লোন ক্ষেত্রিময়ুম সান্তা)

অন্দবগ্রাউন্দদা চহি অনিবোম লৈববা মতুংদা ১৯৫০ গী সেপ্তেম্বব থাদা ইবাবত বর্ম্মদা থুংখি। মহাক্না বর্ম্মাদা কবিগীদমক চৎখ্রিবনো হায়বা ৱাহং হৌজিক লাক্লি। ৱাহং অসি খুম্বা তাবদা ঐখোয়না বর্ম্মাদা মতম অদুদা লৈখিবা বাজনিতিগী ফিভমশিং অদু খঙদবা য়াদে। ১৯৫০ গী জনুৱাবি ২৭ তা ফোঙবা "লাষ্টিং পিছ" (ফোব লাষ্টিং পিছ, ফোব এ পিপলস ডিমোক্রেসি) হায়বা কোমিনফোর্ম (ইনফোমের্সন ব্যুবো ওফ দি কম্যুনিষ্ট এন্দ ৱার্কর্স পার্টিজ) গী চেফোংগী ইদিটবিএলগা লোয়নননা সি পি.আই. গী পোলিট ব্যুবো (পি বি.) না ষ্টেটমেন্ট (তাং ২২ ফেব্রুৱাবি ১৯৫০) পার্টি মেম্বব পুম্নমক্তা চাইথোবকখি। মদুদা ভাবতকী ফিভমগী মবমদা অমসুং পৃথিবীগী অতৈ মফম কয়াদা চঙশিন্নখিবা লোইলম লৈবাকশিংগী জাতিগী নিংতম লালগী মতাংদা পল্লদুনা ইবকই। পি.বি গী থৌদাংদি পার্টি মেম্বব পুম্নমক্তা মদু খঙহনবনি অমসুং গ্রেনাইট বোক অমগুম্না কন্না পুনশিন্নবা হোৎনবনি। ইদিটবিএল অদুদা বর্ম্মাগী তঙ্খাই অমদি বৃটিশ সম্রাজ্যবাদীগী মাযোক্তা থেংনবা প্রজাশিংগী মখুত্তা লৈ হায়না পল্লি। ৱাফম অমনা ইবাবতনা সি পি. আই গী অনিশুবা পার্টি কংগ্রেস যাওব্বদা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওপ বর্ম্মাগী লুচিংবা থাকিন থান তুনগা উন্নবকখি অমসুং শকখং মাযখংনবকখি। মবম অদুনা মবৈপাক ভাবত্তা অমসুং মবমদম মণিপুবদা আইন্না যাদবা মীশক অমা ওইববনিনা মহাক্কী ঈহৌবু শৌগৎকদবা, মতেং ফংগদবা মফম অমদা চৎপা তাবনি। ৰুশকী লেনিনসু ওক্তোবব বিপ্লব মমাংদা মবৈবাক ৱাংমদা লৈখি অমসুং কোবিয়াগী কিম ইল সুংসু কোবিয়ান বিভোল্যুসন মমাংদা চিনাদা চত্তুনা লৈখিবা অদুনা মতিক চাববা খুদমনি।

একাদেমিসিয়ান খবনা হংলি : ভাবতকী অতৈ মফমশিংদা ১৯৫০ দা খুৎলায় পায়বা লালহৌ লোইশিন্নখ্রগা মণিপুবদা ইবাবতকী লমজিং মখাদা কবিগীদমক ১৯৫১ ফাওবা চখ্খিবিবনো? ইবাবত ১৯৫১ গী সপ্তেম্বব ২১ দা নোঙ্গাখিবা অদু নৎলমদ্রবদি মখা তানা লালহৌ চখ্খিগদ্রা? ঐখোয়না য়েংবা যাই, ভাবতকী মফম অয়াম্বদা চখ্খিবা অদু মফম-মফমগী ওইনা হৌবা অমসুং লোইশিনবা মতম খন্নখি। তেলঙ্গানাদা ১৯৪৬ তা হৌখি অমসুং মণিপুবদা ১৯৫০ দা খুৎলাই পাযবা হৌখি। অদুবু লোইশিনবা চহিদদি তেলঙ্গানা অমসুং মণিপুব অনিমক ১৯৫১ দা লোইশিনখি। মদুগী মবমদি সি. পি. আই. না ভাবতকী ১৯৫২ গী জেনবেল ইলেক্সন অদু যাওবা য়ানবনি, পার্লিয়ামেন্টবি ষ্ট্রগল অসিসু মীযামগীদমক থেংননবগী লম্বী অমনি হায়না লৌখিবা মবম্ননি। মবম অদুনা ইবাবতনা মণিপুবদা মখা তানা খুৎলাই পাযবা লালহৌ চখ্বা অমসুং মহাক হিংলম্নবদি চখ্খিগদ্রা হাযবা ৱাহং অসিগী পাউখুমদি, কম্যুনিষ্টনা ১৯৫২ গী জেনবেল ইলেক্সন থেংননবা চঙশিনখিবা খোঙথাং অদুদা মহাকসু ইল্লমগনি। মহাক হিংলম্নবদি মণিপুবগী পার্লিযামেন্টবি ষ্ট্রগলদা অনৌবা মওং অমা ওইবম্বা য়াই।

সেল্ফ ডিটবমিনেশনগী মতাংদা নৈনবা তাববদি, ইবাবতনা সমাজবাদকীদমক বিপ্লব তৌবা অমা ওইনা মার্ক্সিষ্ট লেনিনিষ্টকী মিৎযেংদগী যেংবা মথৌ তাই। মবমদি ৱাফম অসি মহাক্না য়েংখিবসু মিৎয়েং অসিদগীনি। লেনিন্না সেল্ফ ডিটবমিনেশনগী মতাংদা ১৯১৩ গী মমাং, ১৯১৪-১৫, ওক্তোবব বিভোল্যুশন অমসুং মদুগী মতুংশিদা মাগী ফিবেপ পীবম্মী। মহাক্কী মতুং ইন্না ওৎপিববা জাতি পুম্নমক্তা মশাগী হক ফংগনি অমসুং মসিগী অর্থদি ফ্রি পোলিটিকেল সেপেবেশনগী হকনি, তৌবতবু মপুং ফাববা গনতন্ত্র লৈগদবনি। বিভোল্যুশন্না চখবিঙৈ অমসুং মায়পাক্লবসু ওৎপিববা জাতিশিংবু লোইলমদগী নিংখা তমহনগদবনি অদুগা নিংখা তন্লবা জাতিশিং অদুগী মবক্তা ফ্রি য়ুনিয়নগী য়ুম্ফমদা শাগৎপা মবিশিং শেমগৎকদবনি। মবম অদুনা লেনিন্না হায়- সেল্ফ ডিটবমিনেশনগী হক জাতিশিংনা ফংগনি, তৌবতবু মসি তানবগী দাবিগা পুল্লম্বদগী তোক্লগে

অমদি ষ্টেট মচা মচাশিং শেম্লগে হায়বগা মান্নদে। ইবাবতনা য়াওবিবা কম্ম্যুনিষ্ট পার্টিগী ফিবেপসু অসিনি-ভাবতকী জাতিশিংদা সেল্ফ ডিটবমিনেশনগী হক লৈগনি, তোকপা যাবগী হক লৈগনি। অমসুং মথংদা ইন্দিযান যুনিযনদা ভলন্টবি ওইনা যাওগনি। ব্রাবেপ অসি লৌবদা ইবাবত মখুৎ থাঙ্গৎখিবনি, মবম অদুনা মণিপুব ভাবত্তগী তোঙান তাবগী ব্রাফম অসি ইবাবতকী ব্রাখলদা যাওখিদে। পূম্নমক অসি নৈনকুবগা ঐখোযনা খঙই মদুদি ইবাবতকী পান্দমদি অপুনবা নিংতম্বা ভাবত অমগীদমক সমাজবাদ ফংনবগীদমক অওৎ-অনৈগী মায়োক্তা কন্না চংশিনবনি। মহাক্না ভাবত্তগী মণিপুববু তোখাযনা তাবা পামখিদে, মদু মণিপুবগী ফিভমশিং নিংথিনা নৈনববা মতুংদা মার্ক্সিজম-লেনিনিজমগী লৌশিংদগী ফংলকপা লৌশিংশিং অদুগা পুন্না লৌখিবা মহাক্কী বিপ্লব ওইবগী ফিবেপ্নি। *(লা: ২৯-৩০)*

## ভারতকী কম্মুানিষ্ট পার্টিগা
## পোলিসি খেন্নবকপা
## (মণিপুবগী ইতিহাসতা ইবাবত, সোয়াম ছত্রধাবি সিংহ)

ইবাবত ভাবতকী কম্মুানিষ্ট পার্টিগা, পোলিসি চাওনা খেন্নবম্মী। মণিপুব কম্মুানিষ্ট পার্টিগী ডি. ও. সি. শ্রীলৈমজম বোকুল সিংহনা সেক্রেটবী ওইবম্বদগী, শ্রীথোকচোম বড় সিংহনা অন্দব গ্রাউন্ড মতমদা ফম্বা ডি ও. সি. মিটিং ২৯ ওক্তোবব ১৯৪৮ ইংদগী সক্রেটবী ওইবে। শ্রী বোকুল সিংহনা এসেমব্লীগী ডিপুটি স্পীকব ওইখিবদগী পার্টি সেক্রেটবীগী থবক পুবা খুদোং চাদবা লৈবদগী হোংদোকপনি। অন্দবগ্রাউন্ড মতম অদুদা, কম্মুানিষ্ট পার্টি আসাম প্রদেশিক কম্মিটিদগী শ্রীবাসনা সিংহবু ওর্গেনাইজব ওইনা থাবকখিবম্মী। মতম অদুগী পার্টি পোলিসিগী মতাংদা, ইবাবতকী চৎলিবা লম্বী অদু লাল্লি হায়না আসাম কম্মিটিদগী অকম্বা কৃটিশিজম পীবকখি। ভাবতকী কম্মুানিষ্ট পার্টি পোলিসিদা, মণিপুব অসি ভাবত্তা মার্জ তৌশিন্নবা ভাবত সবকাবনা লৌবকখিবা ফীবেপ্পু য়ানিংবা উৎলমমী। শম্মা হায়ববদা মণিপুব ষ্টেট কংগ্রেসনা ভাবত সবকারদা মণিপুববু লৌশিনবিবো হায়না অকম্বা আন্দোলন চংশিল্লিবা অদুগী মায়োক্তা, ইবাবতপু বা অমত্তা ঙাংউদবা, অয়েংপশু পিকদবা পামখি। মতাং অসিদা ইরাবতকা, ভাবতকী কম্মুানিষ্ট পার্টিগা মোং চাওনা খেন্নবস্বগী মওং উখি।

খেন্নবগী বাফমদি, মহাক্কী বাজনিতিগী অচেৎপা ফীবেপ্তি বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা অবাং নোংপোক ভাবত্তা পুবর্বানচল নোর্থ ইষ্টন ফ্রোন্টিয়াব প্রোভিন্স শেম্বগী চংশিল্লমলিবা থৌবাং অদুদা, ভারত সবকাবনা বৃটিশকী প্লান অদুগী মতুং ইন্না পুবর্বানচল প্রদেশ শেমবগী

চংশিল্লক্লিবা লম্বী অদুগী মায়োক্তা, ইবাবতকী অকনবা ৱাবেপ লৌদুনা লান্থেংনখি। অনিশুবদা, মহাক্কী বাজনিতিগী ফীবেপ্তি ভাবত পূম্নমক্কী যুক্ত বাষ্ট্রা অমগী অকন্বা দাবী তৌবী। যুক্ত বাষ্ট্র অদুগী মনুংদা, ৱাংতা পাদবা, নুংঙাইবনা থনবা, মনিং তম্না পানবা মণিপুব সনা লৈবাক শেম্বনি। কছাবগী নোংপোক থংবা মণিপুবীনা নম্না তাবা লম কবো ভেলী ঐখোয়গী লমফাওবা মণিপুবদা যাওহনবা অচেৎপা ফীবেপ লৌদুনা চংশিল্লিবা মহাক্কী বাজনিতিগী লম্বীনি। মদুগী ওন্না তৈনবদা, মণিপুববু ভাবত সবকাবনা লৌশিন্নবগী চঙশিল্লক্লিবা খোঙথাংদা ইবাবতকী চীন মেনবদি ওইথোক্তবা ৱাফমনি।

অহুমশুবদা, ভাবতকী গনতন্ত্রিক বিপ্লবকী লম্বীদশু চাওনা খেৎন্নে। শিন্মী, লৌমী, সহবগী মযাই ওইবা লাইব-অনংবা কাংলুপশিংগী লুচিংদা চঙশিন্বা অসি মণিপুবগুম্বা লমদদি শুকচান চান্নদে। মণিপুব অসি ফীউদেল ইকোনোমীনি, লৌমীনা ১০০ গী মনুংদা ৯০ নি । শিন্মী মশক উদ্রিবা লমনি। ভাবতকী অতৈ লমগা, খেন্নবা যাম্না লৈ। মফম মতম চানা মার্কসিজম পানদুনা কম্যুনিষ্ট পার্টি শাগৎকদবনি, হাযবসি ইবাবতকী ৱাখল্লোন্নি।

মণিপুব অসি নিংখা তম্বা নিংথৌ পানবা লৈবাক্লি। বাজনিতিদা, হিবম খুদিংমক্তা মণিপুব অসি ভাবত্তগী পুমতোপ-তোপ্পা লৈবাক অমনি। ভাবতকুম্না ইন্দষ্ট্রি লৈবা লৈবাক নত্তে। কৃষি বিপ্লবনা লৈবাক অসিগী চানবা লম্বী ওইগনি হায়বসি ইবাবতকী অচেৎপা ফীবেপনি। ভাবতকা মণিপুবগা খেন্নবিবসি, ইন্দষ্ট্রিগী শিন্মী অপুন্বা ময়ুম-মকৈ মশাগী হাযবা লৈজদবা, কম্পনিনা পীবা যুমদা লৈবগা থবক শুবা, কম্পনি অদুগী থবক শুবিবা মখৈ ময়ুম লৈ। কম্পনিনা তান্থোবকপা নুমিৎতা ময়ুম-মকৈ লৈত্রে, পন্থুংফম খঙদনা হৌগৎলগা চৎখিবা । লৌমীগী ফীভমশু জমিন্দাবগী মবমদা, ময়ুম শাবগা লৈবা, জমিন্দাবনা তান্থোবকপদা, পন্থুংফম খঙদনা চৎখিবা মদুগী শক্তম অদু মণিপুবদি নত্তে। মণিপুবগী লৌমী লায়ববা অমনা মবৌ লৈজদ্রগশু, মশাগী ময়ুম, ইন্থোলদি শোয়দনা মতিক চানা লৈবা ঙাক্তনি। লৈতবা অমত্তা য়াওদে হায়বসি আসাম পার্টিনা খঙদে, মবম খিবীক অসিনা ভাবতবর্ষগা মণিপুবগী শক্তমগা শাথিনা খেন্নে।

ইবাবতকী মথক্তা পার্টি মনুংগী বাজনিতিগী খেন্নবগী অকন্বা প্রেসব (নমশিল্লকপা) অমা পীবকখি। মতম শাংনা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মনুংদা অকনবা ষ্ট্রগল (মুক্নবা) তৌখি। মতুংদা ইবাবতপু মহাক্কী পোলিসি (লমবী) অদু লালহনখি। ইবাবতপু মহাক্কী পোলিসি অদু লাল্লে হায়যু হাযদুনা নমশিল্লকখি। হেনফদনা মহাক্কী মবাল নমদুনা যাবা তাখি। মহাক্না পীবম্বা সেল্ফ কৃটিসিজম (অবানবগী ষ্টেটমেন্ট) দি, যুগোশ্লোভিযাগী মার্শেল টিটোগী পোলিসি ইল্লুবে। মদুদি টিটোনা কুমিনকোমগী পোলিসিগী মায়োক্তা, যুগোশ্লোভিয়াগী লম্বী তোঙান্না লৌবিবা পোলিসিবু থাজকই হাযনা পীবম্মী। অদুম ওইনমক ইবাবত সেল্ফ কৃটিসিজম পীববসু হেনফদবগী পীখিবনি হায়বসি মতম পুম্নমক্তা মহাক্কী পেনদবা ওইখি। শোক ১৯৪৯-৫০ ইংদা, ভাবতকী কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মনুংদা বনদিবেগী লম্বী লাল্লে, ভাবত্তী কৃষি বিপ্লবনা চাননি হায়না সি, বাজেশ্বব বাওগী থেশিস অমা ইবাবতকী লম্বীগা কবিমত্তা খেন্নদনা পুথোবকখি। বাওগী থেশিসকী মতুংইন্না হায়দ্রবাদকী টেলেঙ্গনা, বেষ্ট বেঙ্গোল, ত্রিপুবা, আসামনচিংবগী লৌমী মবক্তা খুৎলায় পায়দুনা কৃষি বিপ্লবকী লম্বী চঙশিল্লকখি। *(লা: ৯৩-৯৪)*

## ভারতকী লোইলম মণিপুর
## (ইবৈবাকমচাশিংদা পান মণিপুব য়ুথ লীগনা ২৫ শুবা কুমওন্দা তমজবা খুদোল)
## মপুং ফাদ্রিবা, চথ্বরক্লিবা লালহৌ
## (ইং ১৯৮০ গী ওক্টোবব-নবেম্বর, লময়ানবা চেফোং)

**মপুং ফাংদ্রিবা, চথ্বরক্লিবা লালহৌ :**

*"থাদোক্প অদো দয়া থাদু থৌনা হে পৌউবা..."*

চথ্বরক্লিবা মপুং ফাদ্রিবা লালহৌ অমগী চহি ৩০ বোমগী মমাংদা চেল্লম্বা পাউজেলনি। লৌয়াম চাবনা পানবা অবিবা খুন্নাই অমগী য়ুম্ফম অদু থুগাইবগা মালেম অসিগী ওইবা লাক্লিবা অনৌবা য়াওলদা কাঙলুপ নাইদবা খুন্নাই অমা লিংনবা পান্দমগা লোযননা লমদম অসিদা অহানবা ওইনা হৌখিবা লালহৌ অদুগী লময়ানবা লুচিংপুবেল হিজম ইবাবতনা ঐখোয়গী লৌমীশিংবু হৌদোক্লম্বা য়াকাইবোলনি। হিজম ইবাবত ঐখোয়গী খুন্নাই অসিগী তোপ-তোপ্পা ফিভম অসিদা অনৌবা লাংওন অমা পুবক্লবা লালহৌদা লমদম অসিগী লৌমীশিংনা লৌগদবা থৌদাং অদো মযেক শেংনা তাকপিবশ্বতা নত্তনা থবক ওইনা লালহৌগী লম্বীদা চংশিন্দুনা খুৎমাবা হৌবিবমখিবা ঐখোয়গী লিকলমচংকী অনৌবা তাঙ্কক অমগী অহানবা লুচিংবনি। মহাক্লা লালহৌ অসি হৌদোক্লম্বগা লোয়ননা ঐখোয়গী খুন্নাই অসি লিকলমচংকী (ইতিহাসকী) অনৌবা তাঙ্কক অমদা খোঙ থাংজিনবা হৌবকখি - মতমগা চুনবক্লবা লৌয়াম চাবা কাংলুপনা পানবা খুন্নাই অদু থুগাইদুনা কাংলুপ নাইদবা খুন্নাই অমা লৈবাক অসিদা লিংনবগী মপুং ওইবা খোঙচত্তা নিংথৌ খুভম মুথত্তুনা মীয়ামগী লৈঙাক্লোন অমা পুবক্লবা লালহৌ (দিমোক্রেতিক বিভোল্যুসন) গী তাঙ্কক অদু ঐখোয়গী লিক্লমচংতা অহানবা ওইনা মতাং অসিদগী হৌখি।

লালহৌ অসি মতম অদুদা লৈবম্না খুন্নাইগী ফিভম, নেৎথবক্লিবা ইন্দিয়াগী লোইলম লৈঙাকলোন, অমদি লালহৌবশিংগী মাইকৈদা থেংনখিবা অশোনবা, অৱাংপা অসিনচিংবা মবম কয়াদা লৈঙাকপা কাঙলুপ্না নমথবা ঙমখি। অদুবু লালহৌ অসিগী চৈনা থেংনজক্ববা অমসুং মদু খাঙলক্কবা লৌমীশিংনা মমল য়াম্নবা লৌশিং অমদি ফংখি। ইবাবতনা লৈখিদ্রবা মতুংদা ওইজবা থিবা কাংলুপ্তগী হৌবকপা 'লুচিংবা' শাবশিংনা লৌমীশিংবু লালহৌগী ঈযাযদা লাংথোক্লক্লগা চেনখিবা অদুনা মবম ওইদুনা লৌমীশিংনা লালহৌগী থবক্তা থাজকবা যাদবা কাংলুপ অমা মশক খঙবা হৌখি, লোয়ননা মখোয়গী অশেংবা মীচং ওইগদবা অমসুং লমজিংবিগদবা কাংলুপ কনানো হায়বদু থিবা তাবকখি। মতম অদুদগী হৌনা ঙসি ফাওবদা ঐখোয়গী লৌমী অমসুং লাইববা মীযামগী অশেংবা লমজিং মৈবা ওইবা লুপ নৎত্রগা পার্টি অমত্তা লৈবক্তি। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা মীচং শাশিন্নবা পার্টিশিংনা লোইলম লৈঙাকলোনগী মখাদা ফংবা শক্তি মুন্নবদা লৌমী অমসুং লাইববা মীযামবু হঞ্জিন-হঞ্জিন নমথাক তৌবিবা, লমদম অসিগী লৈহাওদা মবা তাবা ঙল্লোয়দবা 'লালহৌ' অমগী মংলান্দা ঙাওহন্দুনা মংলাক্লহনবগী ৱাবিনা পিক থল্লি। ফিভম অসিদা ঐখোয়গী লৌমী অমসুং লাইববা মীয়ান্না হায়বিবা মশাগী ওইজবা থিবা পার্টিশিং অসিনা নাথৈদুনা পুথ্রবা অবানবা ঈচেল অদুদগী নাম্থোক্তুনা অশেংবা, লমদম অসিগী ওইবা, ঈহৌ অমগী অচুম্বা লম্বী অদুদা অমুক চংশিনবা ঙমদনা তাওদুনা লৈবক্লি। ঐখোয়গী লৌমীশিংনা, মক ওইনা লাইববা লৌমীশিংনা, মশাগী তুংগী পুম্নিগা শাগোন্নদবা অচেৎপা ফিবেপ অমা লৌবা ঙমদ্রি। মতম অমদা য়াম্না পামজনা ময়া থাংখিবা থাঙ্গোল অদো শিজিন্নফম খংদনা তাদুনা লৈবক্লি।

অসুম্না ইবাবতনা লুচিংখিবা তাঙ্কক অসি মায়থীবা ফংখ্রবা লালহৌ অসি অপুনবা খোঙচৎ অমগী মিৎয়েংদগী য়েংলবদি মপুং ফাদ্রিবা লালহৌ অমা ওইবা মবম্না মায়থিবে হায়বা য়াখিবোই। মাইথীবগী মহুত্তা নোংমা নোংমগী হোংলক্লিবা লৈবাক্লি অমসুং খুন্নাইগী ফিভম অসিদা লালহৌগী খোঙচৎ অসিসু থেংখাং কয়া তাঙ্কক কয়া লাম্থোবক্তুনা হেন্না খুমাং চাওশিললক্লি। *(লৈ: ১২৯-১৩০)*

অসিগুম্বা, নিংথৌ পানবা, ইন্দিয়ানা তাঙ্খাই উম্বা হৌবম্বা, অদুগা অনিশুবা লাঞ্জাওনা অনৌবা মাইকৈ অমদা ইনবা হৌবমদুনা মালেম অসিগী চাওখৎ-খোংথাং অসি নোংথাং কুপ্লদৌনা হাইফেত্তং উহল্লম্বদা ঙাইবিবা, তাঞ্জা অসিদনি ইবাবতনা খুন্নাই অসি ফোত্তুনা শেম্বা কান্নববোই খল্লদুনা মসিগী লিববা য়ুম্ফম অদুমক থুগাইবগা অনৌবা খুন্নাই অমা লিংননবা খুৎলায পাযবা লালহৌ অমা শাগৎলকখিবসি। *(লৈ: ১৩২-১৩৩)*

## ইবাবতনা মণিপুর অসি মনিং-মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইনা থম্বা পামখিবরা?
## (ঙসিগী মণিপুরদা ইবাবত প্রো: নাওরেম জয়কুমার সিংহ)

অমবোমদা ঐখোযনা নৈনবা য়াবা ৱাফম অমনা ইবাবতনা মণিপুববু কবম্না যেংলমবগে হায়বসিনি। মীওই খবগী মত মতুং ইন্না ইবাবত অসি মণিপুবগা ভাবতকী অতোপ্পা লৈবাকশিংগা পুৱাবীদা অমদি চংনবীদা যাম্না চাওনা খেন্নে হাযবা অসি য়াম্না মুন্না খঙবা মীওইনি হাযবসিনি। অদুনা ইবাবতনা মহৌশাগী পুৱাবীগী লোইনবক্লবা তোখাইবা শক্তম অমদা মণিপুব অসি থমগদবনি হাযবা অসিনি (লিচিংপুবেল ইবাবতকী পাওজেল, ৮৫ শুবা মপোক পালন, লা: ১৪)। অদুনা মহৌশাগী লৈবক্লবা ঙমখে অমদা লৈবাক অসি থম্বা মহাক্না পামখি। মহাক্না যাম্না কন্না হায়খিবদি ঙমখে শেমদোকপা মতমদা নোংপোক থংবা কছাবগী শকক অমদি কবো তম্পাক অসি মণিপুবদা য়াওহনগদবনি হাযবসিনি (অনৌবা যুগ ৭ শুবা, মে, ২৫, ১৯৪৭) ৱাফমশিং অসি মখা তানা নৈনববদি ইবাবতনা মণিপুবগী তোখাইবা বাজনিতিগী শক্তম অমা থমবা পাম্ববা হায়বসি হংবা য়াবা ৱাহং ওইবক্নি।

অসুম্না চংথবকপা মহাক্কী বাজনিতিগী ৱাখল্লোনদা অচৌবা অহোংবা অমা পীখিবনা শিলেট জেলদা লৈকবা মতম অদুদনি। মফমসিদগীদি মঙোন্দা অনৌবা বাজনিতিগী শক্লোন অমা লাকপা হৌখি। কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অমদি মাক্সিজমগী মবমদা মুন্না খঙলবা মীওইশিংগা থেংনকবদগীদি মঙোন্দা ফাওবকখিবা অনৌবা ৱাখল্লোনদি মাক্সিজম ৱাখনল্লোন্না মণিপুবীগী লাইরবা মীয়ামগী চয়েংনবা ময়াম অসি কোকহনবা ঙমগনি হায়বসিনি। অদুনা থাজবা অসিগী মখাদা লৌমীশিংগা শম্নদুনা মখোয়গী মরক্তা লৈদুনা লৈবাক্কী সেবা তৌবা হৌরকখি। অসুম্না মণিপুরগী

লৈমাইদা মান্নবা সমাজ অমা পুবক্লবা অকনবা ঈহৌ অমা চঙশিনবা হৌবকখি। অসুম্না যাম্না শান্তি ওইনা কবিগুম্বা মখল অমদগী য়েখাই থিংগাইবা যাওদনা চঙশিল্লক্লিবা ইবাবতকী ঈহৌ অসি ইং শোক ১৯৪৮ দগী অনৌবা শক্তম অমা লৌখিনবা অকনবা শাফু অমা লাকখি। মতম অদুগী কংগ্রেস পার্টিগী লুচিংবশিংগা লৌতুনবগা 'পুবর্বানচল' ষ্টেট শেম্বগী ৱাফম লাকপা অসিনা মহৌশাদগী হৌনা লৈজবক্লবা লৈবাক অসিগী শক্তম মাঙখিবা য়াবগী অকিবা লাকপা অদুগী মাযোক্তা সেপ্তেম্ববগী তাং ২১ ইং ১৯৪৮ গী এম ডি.যু গী মিটিংগী থৌবাং তৌবা হৌবকপদা পুলিস অফিসাব অমা শিখিবগী থৌদোক্তা মবি লৈননা ইবাবত অসি নমদুনা অন্দবগ্রাওন্দ চঙদবা য়াদবদগী তাঞ্জা অদু পীখি। অসুম্না য়াম্না শান্তি ওইনা হৌবকখিবা মণিপুবগী শক্তম ঙাক্লবা হোৎনখিবা ঈহৌ অদুগী লুচিংবা ইবাবত, খুৎলাই পাযবা লালহৌবগী লুচিংবা অমা ওইনা পুন্সি লোইখি।

মথক্তা পনখ্রিবা ৱাফমশিং অসি মাংদা থম্লগা ঐখোয়না নৈনবা যাবা ৱাফমদি মণিপুবগী মতাংদা ইবাবতনা কবি পান্নবগে হায়বসিনি। মতাং অসিদা মাগী মবমদা নৈনবা মীওইশিংগী মবক্তগী অমনা হাযবদি ইবাবতকী অমত্তা ওইবা বাজনিতিগী ৱাখল্লোনদি হৌজিক লৈবিবা কছাবগী শকক য়াওবগা মণিপুব অসি মনিং-মখা তম্বা লৈবাক অমা লিংখৎপা অসিনি। (ছত্রধাবী, লা: ৪০) মহাক্লা মখা তানা হায়বদি পৃথিবীগী অতোপ্পা মনিং তম্বা লৈবাকশিংগী মওংদা মান্নবা সমাজদা যুম্ফম ওইবা মনিং তম্বা লৈবাক অমা লিংখৎপা অসিনি (ছত্রাধাবী, লা· ৪০) অদুবু মহাক্লা হায়বিবা ৱাফম অসি ভাবত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী নিয়মদা য়াম্না চেৎনা থাজবা মীওইশিংদি য়াম্না কন্না য়ানীংদবা ফোঙদোক্লি। মখোয়না হায়বগী মতুং ইন্নদি ইবাবতনা কৈদৌঙৈদসু কম্যুনিষ্ট পার্টিগী নিয়মগী ৱাংমদা চৎখিদে হাযবসিনি। অসুম্না মসিগী ৱাফম অসিদা ঙসি ফাওবা য়াম্না অকনবা য়েৎনবা অমা ইবাবতকী মবমদা নৈনবিবা কাঙবুশিংগী মবক্তা চখ্বরি।

মসিগা মবি লৈননা ঐখোয়না ৱাফম অহুমখক নৈনবা য়াই। অহানবদা কবিগীদমক্তা ইবাবতনা মণিপুবদা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎলমদ্রিবনো? অনিশুবদা কবিগীদমক্তা ইবাবতনা মহাক্কী সেন্ফ

ক্রিটিসিজম নোটতা মার্শেল টিতোগী বিভিজনিষ্ট লাইন্দা থাজকবে হায়বগী মবম কবিনো? অহুমশুবদা ইবাবতনা কবিগীদমক্তা খুৎলাই পায়বগী ঈহৌ ইং ১৯৫১ ফাওবা চখবমবগী মবম কবিগীনো? ব্রাফমশিং অসি যাম্না মুন্না নৈনদবা যাদবদগী মবমদি হৌজিক-হৌজিক ওইবক্লিবা ফিভমশিং অসি ইবাবতকী অশেংবা মশক খণ্ডদবা যাদবগী তঙাই ফদবা লাকপননি। অহানবগী ব্রাফম অসিগা মবি লৈনবদা পনবা যাবদি মণিপুবগী কম্যুনিষ্ট পার্টিনা ইং ১৯৮১ দা ফোঙবা নিংশিং চেফোংদা (লা. ৩-৪) দা অসুম্না হায় মদুদি ইবাবততা অসাম প্রদেস ওর্গনাইজিং কম্মিটিনা হঞ্জিন-হঞ্জিন মণিপুবদা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎনবা হায, অদুবু মহাক্লা ব্রাফম অদু থৌশাখিদবগী ফল অদু পুংদোংবমগী থৌদোক অসিনা ভাব তাহল্লে অসিনি। মসিনা তাকপদি ইবাবততা কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংননবা পার্টিগী মকোক থোংবনা হায়খ্রে হায়বসিমদি চুম্লে। অদু ওইববদি মহাক্লা কবিগী ইন্দ্রিবনো। ইবাবত মশামক্লা অসামগী চিফ সেক্রেটরীদা সিলচব জেলদগী ডিসেম্বব ১২, ১৯৪৪ দা ইবা চিঠিদা মহাক্লা কম্যুনিষ্টনি হায অদুনা য়াম্না নিয়ম চুম্বা অমগী মখাদা লৈবিবা পার্টি অমগী মেম্ববনা মথক থোংবনা হায়বদা ইন্দবা অসি খণ্ডদুনা তৌবনি হাযবগদি হায়মনবা থোক্তনি। অদুনা তৌগে হায়বা অমা য়াওনা তৌবনি হায়বদা অবানবা ওইবোই। ব্রাফম অসিগী লেংদ্রবা খুদমদি মাগী সেল্ফ ক্রিটিসিজম্না শাখিনি। অনীশুবগী অসিদা ঐখোয়না ব্রাফম অনিথক নৈনদবা য়াদে। অহানবদা ইবাবতনা হায় মহাক্লা পার্টিগী অকনবা নিয়ম অদু থাজকদে অমসুং মণিপুবগী ফিভমশিং অসি মপানগী মীনা খংবা পোৎ নত্তে। মসিগী ব্রাহম্লোক কবিনো? কবিগীদমক্তা হায়বিবনো? মসিদা ইবাবতকী হৌগল্লকপা মতমগী বাজনিতিগী ব্রাখল্লোনগী মমি অমদি য়াম্না শেংনা উবগুম্না তৌরি। অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু মণিপুবী জাতিগী হায়বা ব্রাখল্লোন অদুমদি মহাক্কী থম্মোয়দা লৈরি হায়বসিনি ময়েক শেংলবনি। অনিশুবদা কবিগীদমক্তা ইবাবতনা মার্শেল টিটোগী বিভিজনিষ্ট লাইন্দা থাজকবে হায়বগী মবম করিগীনো? য়াম্না শম্না হায়ববদা সেল্ফ ক্রিটিসিজম নোট হায়বসিদা য়াওবিবা অসি মাগী থম্মোয়দা লৈজবা ব্রাফমশিং অদু

মযেক শেংনা থম্বনি হায়বসিমদি অচুম্বনি। অদুনা ক্রিটিসিজম নোট অসিনা ইবাবতকী ৱাখল মযেক শেংনা উহল্লি। অহুমশুবা ৱাহংগী মতাংদা অসুম্না হায, ইবাবতনা খুৎলাই পাযবগী ঈহৌ অমা হৌবক্লিবা অসি কোলকতাদা ফমখিবা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী অনিশুবা মীফমদা তাখিবা ৱাবেপ মতুংইন্ননি। অদুসু কনাগুম্বা ইবাবতকা য়াম্না নক্লা লৈমিন্নখিবা মীওই খবনদি ইবাবতনা কৈদৌঙৈদসু খুৎলাই পায়বগী ঈহৌ পামখিবা লৈতে। ফিভমনা মহাকপু তাহনখিবনি হায। মতাং অসিদদি য়াম্না মুন্না থিজিনবগী মথৌ খবদি তাবি। অদুবু হংদবা য়াদবা ৱাফমদি অনিশুবা মীফমগী ৱাবেপ ওইববদি ভাবতকী অযাম্বা লালহৌবদি ঐখোয়না ফংজবগী মতুং ইন্না ইং ১৯৫০ দা লোইবে হাযবা লৌবা যাবে। অদুগা কবিগীদমক্তা মহাক্লা ইং ১৯৫১ দা ফাওবা চথখিবগী মবম কবিগীনো? কবিগুম্বা মহাক্লা শিবমদ্রবদি মখা য়াম্না কুইনা চথবা য়াবগী মওংসু লৈবন্নি।

ৱাফমশিং অসিমা থম্লগা ঐখোযনা পুন্না খন্নদবা যাদবা ৱাফমদি অহানবদা নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভাগী হৌদোকপদা হায়খিবা তোখাই-তোখাইনা লৈখ্রবা মণিপুবী জাতিগী অপুনবা শক্তম পুবকপগী ৱাফম, অনিশুবদা ঙমখৈ শেম্লকপা মতমদা কছাবগী নোংপোক থংবা শকক অমসুং কবো তম্পাক যাওবগা মণিপুবীগী ঙমখৈ শেম্বা, অহুমশুবদা মণিপুব ভাবত্তা পুনগদ্রা নৎত্রগা পুল্লোইদ্রা হায়বা অসিদা প্রজানা লেপকদবনি হায়বা (নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা, লা: ১৮১)। মসিগী মতাংদা মণিপুবনা ভাবত্তা পুল্লে হাযবদা ইবাবতনা নুংঙাইখিদবা অমসুং প্রজাগী অয়াবা যাওদে হায়না পেনখিদবা অসিনি। অদুনা হিবমশিং অসি মমাংদা থম্লগা মানা তুংদা তৌবক্লিবা থবকশিং অসিমগা ঐখোয়না পুন্না নৈনমিন্নববদি ইবাবতনা মণিপুব অসি মান্নবা সমাজ অমদা শেম্নবা, মনিং-মখা তম্বা লৈবাক অমা ওইহনবা পামখিববা হায়বসি হংদবা য়াদবা ৱাহং ওইবক্লি। *(লা: ৯-১১)*

# মণিপুর ইতিহাসতা ইরাবত
## অবাম্বম লোকেন্দ্র
### (চে অসি ১৯৭৯ সপ্তেম্বর, ৩০ অহন ইবুংঙো হিজম ইরাবতকী মপোক নুমিত্তা পাঙথোকখিবা থৌবমদা পাথোকল্লে)

শ্রীহিজম ইবাবতকী পোলিটিকেল ফীলোসোফি কবিনো? বাজনিতি অমদি অর্থনিতিদা মহাক্না কবি পামখিবগে? অদুগা মণিপুবগী মবমদা মহাক্না কবম্বা তোঙানবা ৱাখল তৌখিবগে? তশেংনমক মহাক্কী ৱাখল, থবক, যৌওং অমদি পূক্লিংগী থাজবা পুম্বা মণিপুব হায়বা লৈবাক অসি ী মথক্তগী ইতিহাস, পূন্সি অমদি মশাগী ইজৎকী শক্তমদগী লৌবনি। মণিপুবগী তোঙানবা মশাগী ইতিহাসকী খোঙথাং লৈজগদবনি, ভাবতকী অতে মশিংগা মান্নবা লম নত্তে, অদুনা পায়খৎপা থবক, লেপনবা ফীবেপ লোয়নমক মণিপুবগী লৈহাও অসিদা চুগদবনি, চান্নগদবনি অসিনি। মণিপুবগী মশাগী ইজৎ থিজবা, মশাগী অর্থনিতি, সংস্কৃতি অমদি সমাজগী শক্তমগা চুনবা মশাগী ফীবেপ থীগদবনি হায়বা অসিদগী মহাক্কী পোলিটিকেল ফীলোসোফি অপুম্বা শেমলকখি। অদুনা মহাক্না মণিপুব অসি ভাবত্তা তিনবা য়াখিদে। সবদাব পটেলনা পুবর্বনচল দেশ অমা মণিপুব, কছাব, ত্রিপুবা অমদি লুসাই পাহাড়গা লোয়ননা শেমগদবনি হায়না তকশিল্লকপা অদু ইবাবতনা কন্না য়াখিদে। মহাবাজ বোধচন্দ্রনা মর্জব এগ্রীমেন্ট শোই তৌকম্বা অদু তাবদা ইমুংদা থবক শুদুনা লৈবম্বদগী মতোমতা শাওমনখ্রদুনা চে কলম, লংথোক্তুনা হৌগৎলগা মপান থোকখি। মহাবাজ বোধচন্দ্রনা মতোমতনা প্রজা মীয়ামগী ৱা তাদনা, শোই তৌথোকলম্বদো মহাক মতোমতগী মপাঙ্গল কবি লৈদুনা তৌথোকলম্মীবনো হায়দুনা হন্না-হন্না অকনবা নিন্দা তৌখি। মণিপুবদি

লোইবেদনা হাযদুনা লৈবিবা ইমুং অদুগী মীশিংদা ফোঙদোক্লম্মী। নুঙাইমন্দ্রদুনা চাক ঈশিং, চাখিদে, অনৌবা পোলিসি অমা লৌনবা ৱাখল তৌখি"। মহাক মশামক উৎলৌ কনষ্টিটুয়েন্সি দগী এম. এল. এ ওইনা কাববা ফাওবদা ইং ১৯৪৮ গী এসেম্বলী অদুদা য়াওখিদে। মর্জব এগ্রীমেন্টপু যাদবগী প্রিন্সিপল অদু ঙাকখি। থাঙ্গেশেংবমক মণিপুবগী মশাগী ওইজবা থবক থৌওং, ইনাৎ অমদি বিধাতাদা অঙকপা ফংনা থাজখিবদগী মহাক মশামকপু ভাবত কম্যুনিষ্ট পার্টিনা মহাক্কী পোলিসি লাল্লে হাযজৌ হাযদুনা নমদুনা ষ্টেটমেন্ট পীহনখি। ভাবতকী কম্যুনিষ্ট পার্টিনা মণিপুব অসি ভাবত্তা তিনবা য়ানীংলমই। অদুগা ইবাবত কৃষী বিপ্লবী প্রোগ্রাম অদু মখোযনা অহানবদা য়ানীংলমদে। মশামক্কী পার্টি মনুংদা মানা লাল্লে হায়জখিবা অসি য়াম্মা পৃক্লিং নুংশিনিঙাই ওইবা ইতিহাসকী থৌদোক অমনি। মণিপুবগীতা ওইবা ৱাখলনা থুমহৎতুনা, মণিপুববু অঙকপা ফংনা নুংশিকদুনা, লৈবাক অসিগীতা ওইবা তোঙানবা মিৎয়েং য়েংলুবদগী মহাকপু অৱাবা ইকায়বা পীখিবনি। পৃম্নমক অসি মহাক্কী অন্দবগ্রাউন্দ পিবিয়ড মনুঙদনি। লৈবাক অসিবু হেন্না নুংশিবসি অচৌবা পাপনি হায়দুনা ইবাবতকী অৱাবা পৃন্সিনা হন্না-হন্না ঐখোয়দা নুংঙাইত্রবা পীউদম পীববি।

মণিপুবগী মবমদা মহাক মশামক্কী অতোপ্পা ৱাখল খবসু লৈবম্মী। মণিপুবগী সিমানা অসি খবা চাউথোক্লুনা ববাক তুবেল ৱাংমদা, লক্ষীমপুবনচিংবা কোনশিন্দুনা মণিপুবদা চলহনবগী ৱাখল লৈবম্মী। কবো ভেলী অসিমক মহাক্কী অন্দবগ্রাউন্দ পিবিয়ড অদুদা মহাক মশামক্লা এদমিনিষ্ট্রেসন চলাইদুনা, কবো ভেলীদা হেড ক্বাবটব ওইদুনা মণিপুববু অমুক মশাগী নীংতম্বা ফংহন্নবগীদমক থবক পায়খৎপা হৌবম্মী হায়বগী খুদম ঐখোয়না নৌহৌনা তাবা ফংলি।

ইবাবতকী পোলিটিকেল ফীলোসোফিদি অসিনি। মণিপুর অসি হান্নদগী হৌনা মনীং-মখা তম্লকপা লৈবাক ওইবনিনা মনীং-মখা তমনা সোভবেন ষ্টেট অমা ওইনা লৈগদৌবনি। নিংথৌদি হান্নগী পাঙ্গল শক্তি

অমদি পৱাব লৈববোই, চুম্নগী ষ্টেটকী কনষ্টিটুসনেল হেড ওইনা লৈগদবনি। আইন শেমননবা সাবালক ভোটতা খনবা পার্লিয়ামেন্ট অমা লৈগনি, কেবিনেট সিষ্টেমদা মন্ত্রীশিংনা লৈবাক অসি ঙাক্কনি। অদুগা সমাজ অসিনা ফজনা লৈতেম মান্ননা তেমলবা সোস্যেলিষ্ট সমাজ অমা ওইগদবনি অসিনি। *(লা: ১৪-১৬)*

## করম্বা লৈঙাক্লোন অমা লৈরম্মী

কুম ১৮৯১-১৯৪৫ ফাওবগী মনুংদা মণিপুরগী লৈঙাক্লোন্দা হোংলকখিবা ফীভমশি কুপথনা নৈননিঙাই ওইবি মবমদি লৈঙাক অমগী মখাদা খুৎলাই পায়দুনা লাল হৌবকপগী ফীভমশি লৈঙাক্কুগী মীওৎ-মীনৈগী চৈথেং খাঙবা ঙমদবদগী থোবকপনি। মবম অদুনা লময়ানবা হিজম ইবাবতকী বাজনিতিগী ওইবা খোঙথাং নৈনদ্রিবঁদা লৈঙাক্লোনগী কবম্বা ফীভম লৈবম্বগে হায়বশি কুপথনা নৈননিঙাই ওইবি। মণিপুর মশাগী মনিংতমজবা সাওথ ইষ্ট এসিয়াগী মনুংদা নিংথৌপানবা লৈপাক অমনি। পিক্লবসু শবাও লানবাও কনবা যুম্লোন্নবশিংগা তোইনা লাল শোক্লবা মশিং যামজদবা তোঙান তোঙানবা ফুকপ কয়ানা পুন্না খুন্দা লৈতামিন্নবকপা নিংথৌপানবা লৈপাক ওইজববসু অপুনবগী পাঙ্গল শাগৎলকপা মতমদা ফুকপ মশিং য়াম্বনা মবম ওইদুনা ফুকপ মশেলগী মবক্তা হীগাইব্রা থাজিন্দুনা থুগাইনবা হোৎনবকপা কয়ানা অপুনবা শাগৎপদা খুবৌ ওইদুনা লাকখি। অমবোমদা লম্বী থোংগী ফীভম ফত্তবা, চীঙনা কোইশিন্দুনা লৈবা, লাইবিক লাইশুগী মঙাল ফংবা মীওই মশীং য়াম্না লৈতবা, অপং-থাজন্নবনা মীয়ামগী কোক্তা লাইফুদুনা লৈবগী মথক্তা নিংথৌগী শুপ্নম ব্রায়েল অমদি ফত্তা লৌশিং হৈববা লোইলম মীয়ামদা অবাবা কয়া মাযোক্লখি। বৃটিশ ব্রায়েলগী অনৌবা চৎনা পথাপ কয়ানা চীঙ তমগী ব্রায়েল থৌদাদা চৎনা লোনচৎ কয়া তোখায় তোখায়না শেমদুনা চীঙ তম অনীগী মবক্তা চাওনা অহোবা লৈবম্মী। অশুপ্পা ব্রায়েলগী মখাদা থক থক নিক্লা কিনবগী মথক্তা লৈপাক ব্রায়েলগী মতাংদা মীয়াম্না পুন্না ফম্মীন্নদুনা, মীতিন তৌদুনা খন্ন নৈনবদি লাইবদনা ইমুং মনুংগী মপা-মচা, মচিল-মনাও পুন্না ফম্মিন্নদুনা ব্রা খন্নবা ফাওবা 'নিংথৌ মনাদি ফক্লাংদা থেৎলি, হায়না চিনবুং ব্রা অসিনা মীপুম খুদিংমকী পুক্লিংদা

অকিবা ফাওহল্লম্মী। মী অমবু ইম্ভোকপা, চৈবাক পীবা, হাৎপা ফাওবা নিংথৌগী মনিং তৌদুনা অপাম্বা তৌবা অশুমল পিদনা শিজিন্নবা, কোনুংদা লালুপ্ কাহনবা, শা-লাল কযাদা মীযাম্বু কবম্মা শিজিন্নবগে হাযবগী খুদম 'মৈহুম মোবোক্কী' চৎনবী লৈবম্মী হায়বদুনা অমুকহন্না নিংশিংহল্লী। মতমদুগী পোখোক পুথোকপগী খুৎলাযগী মওং অদুনা মশাগীতা হিংনবা শুজবা ফাওবা ঙম্লবোইদবা ফীভম অদুদা নিংথৌ অমদি মহাক্কী খোংলোইশিংগীদমক্তা মতম কাযথোকপা হায়বসি থবক চিল্লি হাযনবগী হক ফাওবা লৈবা নত্তে। নিংথৌনা পেল্লগনা মনা পীবা শাওবগনা অঙাং ওনবা নত্তনা অতৈ লশ্বী লৈত্তে। কবি অমুক হাযগনি মীযামগী মবক্তা নুপা পোক্লকপদা মীপাইবা পোক্লদুনা চাকমৌবিবা মমাশিংদা লাযনা ওইবা মতম্মী।। ধর্ম্ম অমসুং খুনাইগী চৎনবীগী মিংদা মী কযাবু মাংহল্লী, তোখায তাহল্লী, শেল পীবগা শেংহল্লী অদুবু অসুক তুহৎ নৈহৎপীববসি ফাওবদা মীয়ামগী থম্মোইদা অৱাবসি কবম্মা কোক্কদগে হায়বগী ব্রাখল অমদি লশ্বী উহন্দনবা মীযাম্বু অপং থাজনবগী শম্বল মনুংদগী লাম্ভোকপা ঙমহন্দনা নমশীন্দুনা থম্বা মতম্মী।

নিংথৌ হায়বশি পুন্নমক্কি মপুনি, অশুপ্পা বাযেলনি, লাইগী চাওদা নাওদানি মবম অদুনা নিংথৌগী ঈ চেনবা মচা মশু নত্তনা নিংথৌ ওইবা যাবগী হক লৈত্তে হায়বগী থাজনবীনা নিংথৌগী মচা-মশু, মচিল-মনাও নত্তনা কনা অমত্তনা নিংথৌ ওইবা য়াবগী হক লৈতে, পাল্লি পাল্লিবা নিংথৌ অদুগী মচা-মনাওশিংনা লৈপাক্কী খ্বাইদগী চাওবা ফমথোল পায়দুনা লৈপাক ঙাকই, খ্বাইদগী হনবা মনাও ইবুংঙো নৎত্রগা মজাইবুংঙোনা যুবরাজ, মথং মথং সেনাপতি, অতৈ কোটবালা, শগোল হঞ্জবা, দোলাইবোই হঞ্জবা হায়বা ফমনচিংবা (খব পঞ্জববদা) অসি ওই। লৈপাক ঙাকপদা খুদোংচানবগীদমক খাবম পানা, অহল্লুপ পানা, নহাকপ পানা অমদি লাইফম পানানচিংবগী মন্ত্রি অমমম অদুগা মতম অমদা মনিং মখা তম্মা লৈজবম্মা অঙোম, মোইরাং, লুবাং অমদি খুমন্নচিংবগী নিংথৌ। খুবম হাপ্তুনা লৈঙাকপা নিংথৌগী মতেং পাংহল্লম্মী অদুবু লুববা মতমদা'নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা' হায়বা মন্ত্রি অমগী পাওতাক লৌদুনা বায়েল

তৌবস্মী। অদুবু নিংথৌগী ব্রায়েলদা মতেং পাংবা নত্তনা নিংথৌগী মথক্তা ব্রা ঙাংবা নৎত্রগা চাবোল শুবোল ফাওবা নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বগী ফমথোল অসি লৌদুনা ওইগনি হায়বদি ওইবমদে। কবিগুম্বা কান্দা নিংথৌনা অপাম্বা মীওই অমদা হেক্তা ফমশি থিন্দোকপা যাই। চীঙগী ব্রায়েল থৌদাগীদমক খুল্লাকপশিংদা মাগী মাগী ফুকপুগী নিংথৌগুম্না শক্তি পীবস্মী। মণিপুবগী নিংথৌগী মমিংদা অঙম অথৌশিংনা মনিং তৌন ওৎপা নৈবগী মতাংদা নিংথৌনা অঙম অথৌশিংগী মাযোক্তা ঙাংবা ঙমদবগী মবমদি নিংথৌ মচা মশেল তোইনা তোইনা নিংথৌ খুভম মুন্নবগী লালদা তোংশিন্নবা মবম্না কা হেন্না অকনবা চৈব্যাক পীবা ঙম্লমদে। মদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা প্রজাশিংবু মনিং তৌনা ওৎ নৈবদা মতেং ওইবস্মী। মথক্তা পনখ্রিবা পানা মবিগী মথক্তা কোনুংগী অকোযবদা লৈবিবা খ্বাই, যাইস্কুল, খুবাই অমদি ব্রাঙ্খে শরুক মবি থোক্লা খাযদোক্লুনা নিংথৌমচা অমমমগী মখুত্তা শিন্নবস্মী। মণিপুবদা লৈবম্বা ব্রায়েলগী চৈবাক পীবগী মওংশি অনেম্বা থাক্লী। নিংথৌগী মাযোক্তা লাল হৌবগী মবালশি খ্বাইদগী চাওবা ওইবগা মসিগী চৈবাক্তি হাৎপনি অদুমকপু নিংথৌনা কনবীবা ঙম্মী হাযলদি নিংথৌনা হাৎকে নৎত্রগা হাৎলোয হাযবা ঙম্মী। মী অমা হাৎলুবগী চৈবাকসু শিবগী চৈবাক্লী, হাৎপগী মওংদি মীদুনা হাৎলুবগী মওংদৌনা চপ মান্নবা মওংদা হাৎকদবনি। ষণ হাৎলুববদি জবি চাওনা লৌই, কনাগুম্বগী লৌ-ইখোলদা ষণ অশিবা লৈবম্বা থেংনববসু জাবিমননা লৌই। নোংমৈ হুবাল্লুবগী চৈব্যাক মতম কক্তনা কৈশুমশংদা থম্বা, হুব্যান চিস্থি খৎনা চৈনবগীদমক অকক্লবা মতম খবা কৈশুম শংদা থম্বা, বন্ধান অমনা মী হাৎলুববদি মঙোন্দা পীবা য়াবা চৈবাকশি মণিপুবদগী তাম্থোকপনি, নুপী অমনা ইকাই হঙ্গোইনিঙাই ওইবা থবক তৌকবগীদমক অকনবা চৈবাক পীবা চৎনদে, মখোয়দদি 'খোঙ্গোয়নবা' হায়বা চৈবাক মখলশিং নত্তনা লৈতে। মীনাই থম্বগী চৎনবী অতৈ লৈপাক্তা চৎনবম্বগুম মণিপুবদসু লৈবস্মী, নিংথৌগী মচা নুপীনা লুহোংবদা অউননাই ওইনা হাপ্পা অমদি কনাগুম্বা মীওই অমনা মাগী মবল মথুম শিংবা ঙমদ্রবদি নুপী অঙাংবু য়োম্থোকপা নৎত্রগা মবল তোনশিল্লুবা অদু শিংবা ঙমদবগী

মবালদা যোম্ভোকপা য়াবগী চৎনবী লৈ। মীনাই ওইবীবা নুপা /নুপী অদুনা পোক্লকপা মচাদু মীনাইনি, মপুবোইবগী সোবাৎ শোন্নবা শেল লৈতবদগী মশা নৎত্রগা মচানুপী য়োম্ভোকপগী চৎনবী তোইনা থোকই। নিংথৌ পানবগী লৈঙাক মনুংদা 'লালুপ' কাবগী চৎনবী লৈ, খোঙতেক মীৎতাং খন্দোকখ্রগা লেমহৌবিবা চহি ১৬ তগী ৬০ শুবা নুপা খুদিংমক লাম্মী ওইগদবনি, নুপা খুদিংমক নুমিৎ ৪০ নি খুদিংগী নুমিৎ ১০ নি লালুপ কাদবা য়াদে, অদুবু নুপীদি লালুপ কাবগী চৎনবী লৈতে। অদুবু ইনাক কৈবাক খুনবা খবদি শেল পীবগা লালুপ কাদবা য়াববসু মী অযাম্বদি লাইববনা মশিং যাম্বনা শেল পীনবা লৈতবদগী লালুপ কাই। মসিগী মথক্তা থায়নদগী চৎনবকপা মওংদা 'লৈকপ', 'শীংলুপ' অমসুং 'কৈকপ্ল' খুঙ্গং খুদিংগী লৈ। খুঙ্গংগী লম্বী থোং ফননবগী থবক খুদিংমক 'লৈকপ' শেম্মী, লৈকাই অমদা ইমুং অমদা অশি-অনা থোবকপদা শীঙ অমসুং শেলগী মতেং 'শীঙলুপ্পা' পীগনি, 'কৈকপ' গী মথৌদি খুঙ্গংদা খংহৌদনা লাক দাবকপা নৎত্রগা শা-কৈনা খুঙ্গংদা ওৎলবা মতমদা সনা কোনুংদা পাউ পীদ্রিঙৈদা খুঙ্গংদুবু ঙাক শেন্নবা লৈবনি, 'মৈহুম মোবাক' হায়বসি লৈপাক্কী অৱাবা পাউ, শাবাউ-লানপাউ অদু উবিবা মীদুনা মোবোক অঙাংবা অদুগা শীং মৈহুম পায়দুনা অঙম্বা মখৈ পাউ পীদুনা মথং মথং নিংথৌদা পাউ অদু য়ৌহনগনি। মপুঙদা মণিপুরগী লাম্মীদি অনি থোকই, শগোল তোংবা লাম্মী অদুগা খোঙমী লাম্মীনি। শগোল তোংবা লাম্মীশিংনা থাং তাগী মথক্তা অরাম্বাই শিজিন্নৈ। মণিপুরগী লাম্মীশিংদি থাগী ওইনা নৎত্রগা চহিগী ওইনা অকক্লবা তলব পীবা লৈতে, লাম্মী খুদিংনা লৌ শঙম ২ /৩ খাজনা থিদনা ফংবা অদুনা লোয়বে। ফংলিবা লৌদুনা চবা অনি চাবা কোন্নবগী ফীভম লৈতে। মসিগী মথক্তা মণিপুরগী লাম্মী পুম্নমক য়ুম শাবা, থোং শাবা, উ য়্যানবা অমদি মখল মখা কয়াগী থবক্তা শিজিন্নবা মবন্না লাম্মী অয়াম্বনা খুদোং চাবা হেক ফংবদা খুঙ্গংশিংদগী লুট-পাট তৌবগী থবক কয়া তোয়না চংথৈ।

মণিপুরদা বৃটিশ ইন্দিয়ানা লৌশিনখ্রবা মতুংদা তোঙান তোঙানবা আইনশিং শেমদুনা লৈঙাক বায়েলদা চাওনা অহোংবা লাকপা

লেন্সদাউনগী রাবোল মতুংইন্না (১) মণিপুর মীয়াম্না শৌগৎপদগী টিকেন্দ্রজিৎনা লাল হৌবকপনি, (২) টিকেন্দ্রজিৎ অমদি অতৈ লুচিংবশিংনা রায়েল চৈবাক ফংবগুম ষ্টেট অমা ওইনা লৈবা য়াদবগী চৈবাক মণিপুর মীয়ামসু ফংহনফম থোকই, (৩) মরমশিং অসিনা অচুম অরানগী বিচার ওইনা যেংবদা মণিপুর লৌশিনবা কায়দে।

কুম ১৮৯১ আগষ্ট ২১ দা বৃটিশ ইন্দিয়া সরকারনা মণিপুরগী মরমদা লাউথোক্লিবা রাবোলশিংদি "মণিপুর ষ্টেটনা হন্দক মহারাজগী মথক্তা খুৎলায় পায়দুনা লালহৌবা অদুগা মহারাণিগী মীহুৎ, ফম্নাইরশিং মার্চ্চ ২৪ দা ইম্ফাল দা হাৎখিবা, লোয়ননা, এপ্রিল ১৯ দা সুবচন্দ্রবু নিংথৌ ফম্বালদগী লৌথোকপগা লোয়ননা মহারাণিগী লাম্নীগী মকোক্লা ষ্টেট অসিগী রায়েল থৌদা পায়শিনবনি। মরম অদুনা লৌশিনবা যারগী মরাল লৈবে অমসুং মদুমক মহারাণিনা পাম্বা মতুং ইন্না থবক চথবা য়াবে।" অদুগা গভর্ণর জেনরেল ইন কাউন্সিলনা ফবে হায়না খল্লবা মওংদা নিংথৌ খুভম হঞ্জিলহননবা কাউন্সিলনা হাপ্পা মীশকপু নিংথৌ ওইহনবা, কাউন্সিলনা ষ্টেট অসিগী লৈঙাক রায়েল তৌনবগীদমক হাপ্লক্কদবা মীশক অমদি মঙোন্দা পীগদৌবিবা পাঙ্গলগী মওংদি (১) লৌশিনবা য়াবগী মরম চাববা মণিপুররু বৃটিশ ইন্দিয়াদা পুনশিন্দনা ফিভম খবগী মখাদা থম্বা, (২) বৃটিশ সরকারনা হাপ্পা নিংথৌনা অকক্লবা পাঙ্গল খবগা লোয়ননা রায়েল থৌদাগী থবক তৌহনবনি।

ইং ১৮৯১ আগষ্ট ২১ বৃটিশ সরকারগী রাবোল মতুংইন্না, ইম্ফালগী মার্চ্চ ২৪ গী থৌদোক্কী মরালদা নিংথৌবু লৌথোকপা অমসুং মহারাণিগী লাম্নীগী মকোক্লা ষ্টেটকী রায়েল থৌদাদা পায়শিনবনি "গভর্ণর জেনরেল ইন কাউন্সিলনা ষ্টেট অসিগী লৈঙাক রায়েল হাপ্লক্কদবা মীশক অদুদা পীগদৌবিবা পাঙ্গলগা লোয়ননা সেপ্তেম্বর ১৮, ১৮৯১ দা থোকখিবগা লোয়ননা তাং ২১ আগষ্ট ১৮৯১ গী গেজেট ওফ ইন্দিয়া মশিং ১৭০০-ইদা খঙহল্লী- চাওবীয়াইমগী মচানিপা চুড়াচাঁন্দবু মণিপুরগী লাকপা (নিংথৌ) ওইনা খনবদা চানবীবে, অদুগা তোপ তরামাথোইরক কাপ্পুনা ইকাইখুম্নগদবা 'রাজা' হায়বা মীংথোল অদুসু মঙোন্দা পীরে"

নিংথৌ খুভম মিংথোল অমদি ইকাইখুম্নবা অসিমক মহাক্কী মচা-মশুনা ফংহৌগনি, মচানুপা অহল্লনা খুভম ফংহৌবগী চংনবী ঙাকনি, তৌবদদি খুভম শিন্নবা খুদিংগী ভারত সবকাবগী অয়াবা লৌগনি, খুভম শিলহৌবশিংনা মতুংশিদা লেপক্কদৌবিবা লোইপোৎ কাবক্লবগী শেনফম অদু চহি খুদিংগী থিনগৎলক্কদবনি"।

নিংথৌ হাপ্পগী থৌবম ইং ১৮৯১ গী এপ্রিল ২৯ দা পোলিটিকেল এজেন্ট মেজোব মেক্সবেলনা শিন্দুনা পাঙথোকই, নিংথৌ হাপ্পা মতম অসিদা চুড়াচান্দদি চহি ৬ (তকক) তমক শুবী মবম অদুনা অজমেবগী মেয়ো কলেজদা ইং ১৮৯৫ দগী ১৯০১ গী জুলাই ফাওবা লাইবিক তম্লম্মী। মসিগী মতুংদা ১৯০৫ গী মেদা ইম্পেবিয়েল কেদেত কোবদা য়াওই। এসিষ্টেন্ট পোলিটিকেল ওফিসাবগী মৈ চাকপ্রবা য়ুমগী মহুক্তা ইম্ফালগী মীয়াম চংনা অনৌবা য়ুম শাহনবগী বাহৌদগী য়ানিংদবা উৎতুনা নুপীশিংনা অচৌবা ডিমোনষ্ট্রেসন চংলি অকনবা ঈহৌ হৌই, মসিমক নক্ষু সাসন্দা মীওইববু শিজিন্নবগী মায়োক্তা চংথবা ঈহৌনি। মসিগী ঈহৌশি মণিপুবগী পুবাবিদা ১৮৯১ গী লালগী মতুংদা ইহান হান্না বৃটিশকী মায়োক্তা হৌবা ঈহৌনি, থৌদোক অসি মণিপুবগী পুবাবিদা 'অহানবা নুপী লাল' হায়নসু খঙনৈ। থৌদোক অসিগা হকথেংনবা মীওই কয়া লোই থাই, নুপামথৈনা কবো তম্পাক্তগী টিক য়ালহন্দুনা পুবক্লগা নমদুনা অনৌবা য়ুম অদু শাহনবনি।

ইং ১৮৯১ দগী ১৯০৭ 'মে থা ফাওবা চহি ১৬ রোমশি বৃটিশ ফম্লাইবশিংনা মণিপুরগী বায়েল থৌদা পাঙথোকই। পোলিটিকেল এজেন্ট মেক্সবেলনা অহানবা সুপরিন্তেন্দেট ওইনা বায়েল থৌদাগী মকোক ওইবা মতমসিগী মনুংদা মহাক্লা কান্নগনি খনবা অহোংবশিং পুবকপা গুপ্নগী পাঙ্গল শক্তি পুম্বা বৃটিশ ইন্দিয়ানা শিন্নে, লম অসিগী চংন-লোনচং, ইকাইখুম্নবা অমসুং লৈরিবা কিদমশিংদা খুং ইথিং [illegible]জিন্দনা লমশিংসু বৃটিশ ইন্দিয়ানা পীরকই।

লমগী খাজনা থৌকগী থৌরাংদা সব ডিপুটি কলেক্তর অমনা [illegible] খাজনা লৌখংজি, তম্পাক লম্বু লাকপা নংত্রগা তহশীলদার ১ /১

লৈবা পানা ৫ গী ওইনা লৌ পবিদা চহিগী লুপা ৫ /৫, ১৮৯২ গী এপ্রিল ২৯ দা 'লাল্লুপ' মখৎলগা য়ুমথোংদা লুপা ২ /২ লৌই। বায়েল অমদি পুলিসগী মতাংদা অসামদা চৎনবা আইন খবা অমদি ইন্দিয়ান পেনেল কোর্টগী চৎনা লোনচৎশিংসু কোনশিল্লি। মীয়াম্না তাবা তম্পাক্কী লম অয়াম্বা খুঙ্গংগী পঞ্চায়েট লিংখৎলি, বায়েলশঙ অতৈদি - (১) সদব পঞ্চায়েট (২) চৈবাপ (৩) সুপবিটেন্দেন্টকী এসিষ্টেন্টগী কোর্ট অমসুং (৪) সুপবিটেন্দেন্টকী কোর্টনি। ১৯০৭ গী মে ১৫ দগী মণিপুবগী বায়েল থৌদাগী লমদা অমদি নিংথৌগী পাঙ্গলদা অহোংবা কযা লাকই। ঙাক শেনবা অমদি মপাল থৌবম লোইননা শেল চৎনবগী হিবম, লৈপাক মশেল ফাওনবা লম্বী অমসুং ঈ-পাউ (পোষ্ট অমসুং টেলিগ্রাফ) গী হিবমশিং বৃটিশ সবকাবনা পাযশিল্লগা লৈপাক মনুংগী হিবম খবতমক নিংথৌদা শিন্নে। চীঙগী বায়েল থৌদাগী মতাংদা মমিংতগী ওইনা নিংথৌদা শিন্নে। মণিপুব মনুংগী ওইবা বাফমদা নৎত্রগা কবিগুম্বা হিবম অমদা বৃটিশ সবকাবনা খুৎ থিংজিনবা ঙম্বতা নত্তনা মমিংতগী ওইনা নিংথৌ ওইদুনা লৈঙাক্কী পাঙ্গল পুম্বা বৃটিশ সবকাবগী ওই। বৃটিশনা 'বৃটিশ বিজর্ব' কৌদুনা মণিপুবগী অকক্লবা মফম কংলা অমসুং মসিগী অকোইবা লমশিংদা লৈশিল্লি, পোলিটিকেল এজেন্ট কী বায়েল মখাদা নিংথৌনা খুৎ থিংজিনবা ঙমদে। দববাব অসি নিংথৌবু পাওতাক পীনবা অমসুং তেংবাঙনবা লৈবনি, দববাবগী মীকোকশিং নিংথৌনা হাপ্লবসু লৌথোকপগী হক নিংথৌদা পীদে।

মবম অদুনা নিংথৌ অসি বৃটিশ কী য়াথং পাঙথোক্লবা থম্বতা নত্তনা লৈঙাক অমদি বৃটিশ অমসুং মণিপুবগী মীয়ামগী মবক্তা লংদাই ওইনা বায়েল থৌদা পাঙথোক্লবা লৈবা লৈতেংগী ওইনা থম্বগুম থোকই। মতাংশিদা মহাত্মা গান্ধীগী বাবোলদা - "ভাবতগী নিংথৌশিং অসিদি বৃটিশকী ফিজোল শেৎপা বৃটিশ ফম্নাইবশিংনি" হায়বদু মণিপুবগী নিংথৌগী মতাংদদি হেন্না মবিক চুম্না চুনৈ। ১৯১৯ দা শেল্লীবা মণিপুবগী বায়েল থৌদাগী চৎন-কাংলোনশিং অসিসু কবিসু অহোংবা লৈতে। ১৯০৭-১৯৪১ ফাওবদা মহাবাজ চুড়াচাঁন্দনা ২ / ৩ লক্তগী হেন্না

দববাবগী ব্রাবেপ য়াদবগী হক অদু শিজিন্নখিদে। কবিগুম্বা নিংথৌনা তোয়না শিজিন্নবন্নবদি দববাবগী প্রসিদেন্টকা নিংথৌগা মুক্রুবা থোবক্তুনা পোলিটিকেল এজেন্টগা অমত্তা ওইনা লেপখ্রগা নিংথৌগী পাঙ্গল অসি হম্বুবগী ফীভম ফাওবা লৈবম্বা যাই। এক্ট ১৯৩৫ অসি লৈঙাক্লোনগী অনৌবা শক্তম অসিনা সেন্তবগা পুল্লিবা লমশিং চপ চানা যাৎথোক্লবা হিবমশিংদা মনিং তৌবা যাবগী মওং শেমই। হায়বিবা ফেদেবেসনগী অপুনবা শক্তম অসিদা প্রোভিন্সশিং, চিফ কমিসনবগী মখাদা লৈবা বৃটিশ ইন্দিয়াগী লমশিং অমসুং ষ্টেটশিং য়াওগনি। ইন্দিযাগী ষ্টেটশিংদি ফেদেবেসন অসিদা য়াওনিংলগা যাওবা যাই নৎত্রগা য়াওনিংদ্রবসু য়াওদনা লৈজবদা অকায়বা লৈতে। জোইন্ত সেলেক্ট কমিতিনা হায় - ষ্টেটশিংগী মতাংদদি তৌদবা য়াদে হাযবা ব্রাফম কবিসু লৈতে। নিংথৌশিংনা ফৈ হায়না খঞ্জবা মওংদা য়াওবা নৎত্রগা য়াওদবগী হক লৈ। ষ্টেট অমনা ফেদেবেসনদা য়াওনবগীদমক্তা পাম্বে অমা নিংথৌগা সহি তৌনহনগনি, হেন্দোকপা পাম্বে অমমুক ইনবগা হান্ননা শিজিন্নখ্রিবা হিবমশিং অদুগী মথক্তা হেন্না পিথোকপা য়াই। ১৯৩৫ এক্ট অসিগী মখাদা বৃটিশ সবকাবগীদমক ফেদেবেল সবকাব অমগীদমক পাঙথোক্কদৌবিবা পাঙ্গল অমসুং থবকশিং অদুগা ফেদেবেসন্দা যাওদবা ষ্টেটশিংদা পাংথোক্কদৌবিবা মওং অদুগা খেন্নহল্লি। ইন্দিয়া সবকাবনা ষ্টেটশিংগী হকথেংননা মবি থম্নবা পামই, অদুম ওইনমক মণিপুবগী মতাংদদি খুদোং চাদবা কয়া মকম লৈখি, গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়া এক্ট, ১৯৩৫ গী ২৮৭ শুবা মতাংনা পীবা পাঙ্গলগী মতুংইন্না মণিপুবগী ব্রায়েল থৌদাদা গভর্ণব ইন কাউন্সিলনা হান্নদগী শিজিন্নবকপা মথৌ মওম অদু পাঙথোকপা ঙমহল্লী অদুনা এক্ট অসিনা শেমগদৌবিবা ফেদেবেসন অনিগী মবক্তা চম্নবা কয়া থোকহল্লী। ১৯৩৭কী জনুবাবী ২ (অনি) দা ভাইসবোইগী মীহুৎ এ.সি. লোথিয়ানা মণিপুবগী নিংথৌনা লুচিংবা মণিপুব ষ্টেটকী খুৎপুগা কলকতাদা মীফম পাঙথোকই অদুবু লৈখাই তাবা ঙমখিদে।

## লময়ানবা ইরাবতগী শন্নকপা পুন্সি বারি

কুম ১৮৯৬ সেপ্তেম্বর ৩০ লাংবনগী ২৩ নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিৎতা হিজম ইবুংঙোহল অমদি চোংথাম চনু থম্বালঙাংবী অনিনা পোকই, নৌবিঙে অপোকপা হিজম ইবুংঙোহল লৈখিদবদগী ইবাবত মনে ইবেম্মা ইবেতোনগী নাক্তা (মোইবাংখোম সৌগাইজম লৈকাই)দা লৈখি। মতাংশিংদা মতৌ কবম্না মনেবেম্মা সৌগাইজম ওংবী ইবেতোন দেবীগী মনাক্তা লাকপনো হাযবদু নৈনমিন্নবা য়াই। ইং ১৮৯২ দা মেজোব পি. মেক্সবেল, আই সি.এস. পোলিটিকেল এজেন্ট, মণিপুবগী সুপবিন্তেন্দেন্টগী মতমদা মণিপুবগী কোনুং অমনবা, লানবল লৈবিবা কংলা অমসুং কংলাগী অকোযবদা লৈবিবা লমশিং পুন্না বৃটিশ বিজর্ব শেমই। বিজর্ব অসিগী পাক-চাওবা বর্গ কিলোমিটব ৪.৬৮৪৮ (বর্গ মাইল ১৮৩) নি। বৃটিশ সবকাবগী থৌদাবোই ওইবিবা পোলিটিকেল এজেন্টনা মণিপুরগী সুপবিন্তেন্দেন্ট ওইবগী পাঙ্গল শিজিন্নদুনা মফম অসি শেমখিবনি, মফম অসিদা লৈবা মীশিংবু পুং ২৪ মতম পীরগা তক্কুনা তানথোক্লম্মী, মখোয়বু মফম অসিদা অমুক হঞ্জিল্লকপা য়াহল্লমদে। হায়বিবা থবক অসিগীদমক্তা শোক্লিবা মীশিংদা শেল হঞ্জিনবগী মওং অমক্তা লৈখিদে, হায়বিবা থবকশি পুং ২৪ গী মতমদা পীববসু তপ্পা তপ্পা মতম চংনা শেমগৎপনা মবম ওইদুনা ইং ১৯০৯ গী মার্চ ১২ দা বৃটিশ বিজর্বকী লম অসি লৌশিল্লে হায়না ভাবত সরকাবনা মণিপুবদা খংহল্লকখি। ইং ১৯২৮ দা নিংথৌনা বিজর্বকী লম অমুক হঞ্জিলক্লবা তকশিল্লবসু অসাম সবকাবনা খন্নবমদে। ১৯৩২ দা অমুক হন্না থাঙ্গৎলি। অদুবু ১৯৩৪ দা অসাম সবকাবনা থবক অসি পাংথোকপা নুংঙাইজবোই হায়না খংহল্লকই। অসাম বাইফলসনা মফম অসিদা লৈবিমখৈ বাফম অসি খন্নখিবোই হায়না ১৯৩৪ গী আগষ্ট ১৩ দা ভারত সরকারনা খংহল্লকপগা লোয়ননা মণিপুবদা বৃটিশ বিজর্ব হঞ্জিনবগী বাফম লোইশিল্লি।

হায়বিবা বৃটিশ বির্জব হণ্ডিন্নবগী থৌদোক অসিদা মকুওইনা 'হাওবম লৈকাই' 'কবো লৈকাই' অমদি 'হিজম লৈকাই' যাওবি (হিজম লৈকাই হাযবসি হৌজিক হৌজিক 1st MR লৈবিবা অসিগী মতাই থংবা 'কৈশামথোং খুলগা তাইনবা পোলিস লেণ্ড এবিযাগী তাইনবা খোং লৈবা মতাই অদুবাইনি) মতাংশিদা হিজম ইবাবতকী পোক্লফম লমদমসিগী মতাংদা চয়েৎনবা কয়াদি মাংদা তাবি, বিজর্ব লেন্দগা মবি লৈননা নক্লবা মবি মতা ইমুং মনুংদা তাংদুনা লৈবনা মবম ওইদুনা হিজম ইবাবত কনাগী যুমদা পোকপনো হায়বদু কুপ্পা থিবদা অল্লাবা ওইবি হায়না হিজম শাগৈগী মকইবা অহল লমনশিংনা থিজিনবদা ফোংদোক্লি। হিজম ইবাবত পীক্লিঙৈদা মমা মপা নৌনা কাইনখিবনা মবম ওইদুনা মপাগা পোকমিন্নবা হিজম গোপাল মখুড়াগী নুপী নাওবেম নিংঙোল থবোগী মপাম নাওবেম লৈকাইদা থৈদুনা মতম খবা লৈখি, মখুড়াগী নুপীসু ঙন্না নোঙ্গাখিবনা মখুড়া হিজম গোপালনা বর্ম্মাদা কাববাব তোইনা চৎপনা মবম ওইদুনা মনেবেম্মা সৌগাইজম ওংবী ইবেতোন না মবুং গোপাল, ইবাবত অমদি মচাশিং কৌশিন্দুনা লৈমিন্নখি। অমবোমদসু কনাগুম্বা লাইবিক্তা মতোন ইবুংঙো লোকনাঠ হায়না ইবা য়াওববসু লোকনাঠ মশামক্তি হিজম ইবুংঙোহল পোকপা ইবাবতকীনা মবুবোক্লী অদুগা মহাক মশামক পীশুম ওইনাম লৈকাইদা পুং য়েমিন্নবা অমগী ইমুংদা মতম খবা লৈবম্মী, লোকনাঠ কোনুংগী অফাওবা পুং য়েবনি। পীশুম ওইনাম লৈকাইদা যুম ইখোল লৈদুনা লৈবগী খুদম চাংদম শাগৈগী অহল-লমনশিংনা ঙসি ফাওবা থেংনদে। মবম অদুনা হিজম ইবাবত পীশুম ওইনাম লৈকাইদা পোকই হায়বসি কুপ্পা থিজিনবা মথৌ তাবি। বিজর্ব শেমগৎপনা মবম ওইদুনা লৌ ইখোল লৈজদ্রবা হিজম লৈকাইদা লৈবম্বশিং মাগী-মাগী নক্লবশিংগী যুমদা শৈদাংফম লৌদুনা তঙাই ফদনা অঙাং উন্নবা তাববসু মমাগী মপাম নৎত্রগা মনে ইবেম্মগী ময়ুম নৎত্রগনা মদোমচাগী যুমদা পোকফম থোকই। নৎত্রগা মমা ইবেম্মা থম্বালঙাংবীগী যুমদা শৈদাংদুনা পোকফম থোক্তবা হায়বসি অখঙ-অহৈশিংগী মিংয়েংদা থম্লবি। হিবমসিদা অখঙ অহৈশিংনা হেন্না থিজিনবগী মথৌ তারি। (অমবোমদসু হিজম ইরাবত অসি হিজম ইবুংঙোহল অমদি চোংথাম চনু থম্বাল নৎত্রগা থম্বালঙানবীগী মচানি

হায়না হাইনববসু হিজম গোপাল অমদি নাওবেম নিংঙোল থবোগী হেক পোকচবা মচানি মযাম্বা হিজম ইবুংঙোহলনা মচা পোক্তবদগী যোকচখিবনি হাযবা ব্রাবিসু লৈবি। হিজম ইন্দুকুমাবগী ব্রাফমদা নাওবেম নিঙোল থবোগী ইমুং মনুংশিংনা ফোংদোকপীবম্বা লৈ হায।) যাম্না নুংঙাইবা ব্রাফম অমনা হিজম ইবাবতকী শাগৈ হৌবকফম মৈহৌবোল যুমদাবা (অঙোম ফন্তেক) কী মতুংইন্না হুইবেম শাগৈগী হিজম ওনখিবগী ব্রাফমশিনি।

ইং ১৮৫৬ তা অকাম চীঙমী লাকশিন্নবা হোৎনবদা মদন্দানন্দ মেঙ্গোবনা অচৌবা থৌদাং লৌবগীদমক অপেনবা নুংঙাইবা পোক্তুনা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌনা মদন্দানন্দগী শাগৈবু 'হুইবেমদগী' 'হিজম' ওলহনখিবনি হাযবসিনি।

হিজম শাগৈগী মৈহৌবোল যুমদাবা (অঙোম ফান্তেক)



ঙক্লিবৈঙদা হিজম ইবাবতকী মমা-মপা ঙন্না কাইনখিবা, মখুডানা কোন্দুনা লৈমিন্নবকপদু ২শ।গী ১টি ৪ / ৫ শুবকপদা হিজম গোপালগী লোইনবী থবো ঙন্না নোংঙ্গাখিবনা মবম ওইবনা সৌগাইজম ওংবী ইবেতোননা কোনশিন্দুনা লৈমিন্নখি, সৌগাইজম ওংবী ইবেতোনগী মপুবোইবা সৌগাইজম ইবোচৌবা, দববাব মেম্বব ওইবনা মবম ওইদুনা হেক কৌশিন্দুনা লৈহনবা হাযবসি মপুবোইবগী অযাবা যাওদনা পংতৌদা তৌবা লমকেৎ লমহাইবা ওইনা থোকদবা হাযদুনা মপুবোইবগী অযাবা যাওনা সৌগাইজম ওংবী ইবেতোনগী যুমদা লৈমিন্নখি। হিজম গোপালদি সৌগাইজমদা অদুমক নোঙ্গাখি। হিজম ইবাবত অমদি মখুডাগী মচা মশুনা সৌগাইজমদা লৈবা মতম অদুদা মনেবেম্মা ইবেতোন্না লৈঙাক্লোনগী ওইবা রাফম কয়া, ফুঙ্গা রাবি কয়া নুংতি নুমিৎ খুদিংগী হিজম ইবাবত্তা রাবি রাতাই কযা তোইনা তোইনা লিবি হায়, অসিগুম্বা লৈবাক্কী ওইবা রাবি রাতাইশিং, অসিনা লমযানবা ইবাবতকী পুন্সিদা অচৌবা ইথিল ওইনা কোক্তা চুখিদুনা মীযামগীদমক্তা কবিগুম্বা খবা তৌগে খনখিবা ওইগনি হাযবসিনি।

হিজম ইবাবতনা ইহান হানবা মহৈ মশিং তম্বা হৌবসি পেটিগ্র পাঠশলা (এল.পি), শিংজমৈ থোকচোম লৈকাইদা মিং চন্দুনা লরাব প্রাইমারি লোইশিন্নবা মতুংদা জোনষ্টোন স্কুল (মিদল স্কুল) দা ক্লাস ফাইভ (১৯১৩) ফাওবা তম্নগা ক্লাস সিক্সতগী পোগোজ স্কুল, ধাকাদা মিং চন্দুনা ক্লাস সেভেন (১৯১৪) ফাওবা তম্নগা ধাকাদগী মফম খণ্ডনা মাংখিদুনা মণিপুরদা থোবকখি , অমদি মনেইবেম্মগী মনাক্তা চংখিদ্রে, মহাক্না মতম খবা রাম্ভেদা নিংথেম পুম্রি মপানগী মাইবম শমদেনগী যুমদা চংজফম লৌদুনা লৈখি। নাকল অমবোমদা মবাইবুঙোং সৌগাইজম সমবেন্দ্রনা লাইবিক মখা তমথহৌখি অদুগা হিজম ইবাবতনা বাজনিতিগী ইথিল চংদুনা মীয়ামগীদমক খনবা অমদি থবক তৌনিংবগী অপাম্বা পোক্লকখি। অপোকপীসু নৌনা অদুম নোঙ্গাগ্রে। মহাক্কী থোইদোক হেন্দোকপা গুন য়েংদুনা মতমদুগী মহারাজনা ময়াম্বুং চন্দ্রহাসগী মচাইবেম্মা খোমদোনসনা থাজদুনা মমাক ইবুংঙো অমসুং সদর পঞ্চায়

কোর্টগী মেম্বব হাপ্তুনা ইবাবত মেম্বব হায়বা মিংথোল ফংখি। মতমদুগী খুনাইগী চংনা লোনচৎ নাৎকী মিংদা মীয়ামগী কোকথক্তা নল্লন্না পোৎলুম কয়া, মাংবা শেংবগী মীওৎ মীনৈ কোকহন্নবা হোৎনখি। অপুনবা ফুকপগী লীপুন শেমগৎপা, লৌশিং জ্ঞান পীবা, লাইবিক লাইশু তম্বগী ঈহৌ অমদি নুপীশিংবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবা থবক কয়া চংশিনখি। ১৯৩৪ দা নিখিল হিন্দু অমসুং মপান্দা তারিবা মণিপুবীশিং তাশিন খোমজিন্নবা, মবৈবাক মফুকপকী, মমালোনগী সাহিত্যবু নুংশিবা পোকহন্দুনা মসিগীদমক থেংননবা শেম শামিন্নবকই।

লমদমশিগী অহানবা সাহিত্যগী চেফোঙ 'মৈতৈ চনু' ১৯২২ দা ফোঙবা হৌখি, মহাক্কী থোইদোক হেন্দোকপা সাহিত্যগী খোঙচৎশি ১৯২২-১৯৪৭ ফাওবগী মনুংদা 'মৈতৈ চনু'' সহিত্যগী চেফোংদগী হৌবগা 'অনৌবা যুগ' চয়োল চেফোং ফাওবনি। লময়ানবশিগী অফোংবা লাইবিক খবদি 'লোক মান্য তিলক', 'মন্দলে খোঙচৎ', 'শৈদম শৈবেং', 'ইমা পুজা', 'কেপিটেলিজম' অদুগা 'জযমটি (ড্রমা)' য়াওবি। চেফোংশিংদসু - যাকাইবোল, ললিত মঞ্জুবী পত্রিকা অমদি য়াওল ঈশৈশিংনি। মীযামগী পুন্সিদা মীওৎ মীনৈ কয়া থেংনবকপা লৈঙাকক্লোন্দা শিংনদুনা মহাসভাগী ৪ শুবা মীফমদা বাজনীতিগী দাবী পুখৎতুনা বাজনিতিদল ওইখিবা নুমিৎতগী বাজনিতি দল য়াওবা সবকাবগী থবক তৌবা মীওই অমত্তা থবক তৌবা অমত্তা য়াববোই হায়দুনা ষ্টেট দববাবগী হুকুম অমা থোবকপদগী লৌচা সম্পতি হন্দোকখি, সদব পঞ্চায় কোর্টকী মেম্ববগী ফম থাদোকখী (তলব লুপা ২৫, লৌচা লৌ পবি ২৫)। কুম ১৯৩৯ নুপী লাল মখা তানা লমজিংই হায়বগীদমক ১৯৪০ জনুৱাবী ৯ দা ফাদুনা জেলদা থমখী। চহিশিগী মার্চ্চ ২১ দা ষ্টেট দববাবগী বিচাবদগী চহি ৩ (অহুম) মিয়াদ পীখি। ইম্ফাল জেলদগী সিলেৎ জেলদা থাখি। অথিংবা লোইবদুনা মণিপুবদা হল্লকপগা (১৯৪৬ মার্চ্চতা মণিপুব প্রজা মন্দল মার্চ্চ ৭ তা লিংখৎখি। মণিপুব প্রজা সম্মেলন ১৯৪০ জানুবারিদা লিংখৎখি।

অসুম্না থেংনবকপনা ১৯৪৮ বৃটিশনা ইন্দিয়া থাদোকপ্রবা মতুংদা ইবাবত কৃষক সভাগী মীবেপ ওইনা উৎলৌদগী কায় অদুমকপু

পুবর্বাচল প্রদেশ শেম্নগী মায়োক্তা মীয়ামগী মীফম অমা মণিপুব ড্রমাটিক ইউনিয়নদা শিনবা মীফমদু য়াওবা লাকপা মীয়াম পুলিসকা পুংদোংবমদা খুৎ থোক্লবদগী থৌদোক্তুগা মরি লৈননা ইবাবত ফানবা ব্রাবেস্ত লাউথোবকপদগী অন্দবগ্রাউন্দ তাখি। অন্দবগ্রাউন্দ তানা তানা পুলিসনা থিবা হুম্বা কনশিলকপনা তোঙান তোঙানবা হীবমশিংদা মতেং পাংননবগীদমক বর্ম্মাদা চৎখি। লৈখিদ্রবা লময়ানবা ইবাবতকী থব্রায় য়াওদ্রবা হকচাং খুৎলায় পায়বা বর্ম্মাগী কম্যুনিষ্ট গুবিলা য়ুনিত অমনা নোংমৈগী সলামী পীদুনা লৈখিদ্রবা লময়ানবগী হকচাং পোৎলোয়খি। মচা ওইবিবা ইন্দুকুমাবগী ব্রাখলনা মপাগী মোংফমদা ধর্ম্মগী হৌনবী মতুং ইন্না কবিগুম্বা খবদং কৎচববদি লোইবে খঞ্জদুনা হৌখিবা মার্চ্চগী ২৪, ২০১১ চৎতুনা কবিগুম্বা খবদং কৎচকবা মদুমক মহৈ যাম্লে খঞ্জবগী নুংঙাইবা ফাওবী। লময়ানবগী লৈখিদবা মফমশি তমুদগী চৎপদা নোংমগী লম্বীনি, মফম অসি ঙল্লিবৈঙগী মতমদদি চীঙগী ঈশিং চেন্‌ফম ঈশিং খোং ওইনা তৌবম্বদগী তুবেল ওনথ্রে হান্নদি অদুম লম্পাক ওইনা লৈবম্বনি। মফমদুনা হৌজিক্তি পাক চাওথোবক্তুনা ঈশিং চেল্লী, নিংথমথাগী মতমদদি ঈশিং কংদুনা লৈ। মফম অদুদা লৈবম্বী সান নিংঙোল তাও তোমিষ্টৈনা তম্বদা মফমশিদা নুমিৎ হুম্রী সেবা তৌদুনা লৈববা মতুংদা লাইকন্নবা ঙমদনা অনাবদুনা মবম ওইদুনা শিখিবনি হায়বসিনি। শিববা মতুং নুমীৎ নিনিগী মতুংদা পাউ ফাওনববা মতুংদা পোম্লোইখি হায়না তম্মী। লময়ানবা হিজম ইবাবতকি ওইনা সেপ্টেম্বব ২৬, ১৯৫১, নিংথি তম্পাক (কবো ভেলি) অঙ্গোচীঙগী অঙম্বা চীঙ অসে পুং ৩ / ৪ বোম চংনা লাম্থোকলগা চিঙখোংদা খম্বাং তাদুনা লৈবা তাংবো অমসুং সেদো হায়বা খুন অসিদা মশাগী অকনবা অনাবা অমদগী য়ুম অমদা লাইকন্নবা ঙমদনা নোঙ্গখি।

## মরুওইবা থৌদোক খরা

১. ১৮৯৬, সেপ্তেম্বর ৩০ - পোকখি।

২. ১৯২২ - মৈতৈ চনু ফোঙবা, মণিপুর টাউন ক্লব লিংখৎপা।

৩. ১৯২৪ - রাজকুমারী খোমদোনসাগা লুহোংবা।

৪. ১৯২৭ - সদর পঞ্চায় মেম্বর ওইবা, ওজাগী ফমদগী পোখাবা।

৫. ১৯২৫, এপ্রিল ৩০ - নরসিংহ দ্রমা কোনুংদা শান্নবদা কুমুদ শাখি।

৬. ১৯২৯ ডিসেম্বর ৪ - শৈদম শৈরেং মণিপুর ষ্টেট দরবারনা লৌশিনখি।

৭. ১৯৩০, এপ্রিল ১৭ - মণিপুর ড্রমাটিক ইউনিয়ন লিংনবা মিটিং তৌবা।

৮. ১৯৩১, মার্চ১৪ - মণিপুরগী অহানবা টিকেট কক্তুনা শান্নবা সমাজিক দ্রমা অরেপ্পা মরুপকী অহানবা শান্নবদা চন্দ্রসিংহগী শক্তম লৌখি।

৯. ১৯৩১ অ গষ্ট - মুহিনি উপন্যাস পরিং ফোংবা হৌবা।

১০. ১৯৩৩ - লোক মান্যক টিলক ইবা।

১১. ১৯৩৪ - নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা লিংখৎপা।

১২. ১৯৩৫, জুন ২৩ - মণিপুর সাহিত্য পরিষদ লিংখৎখি।

১৩. ১৯৩৭ - মন্দলে খোঙচৎ ইবা।

১৪. ১৯৩৮ , ডিসেম্বর ২৯-৩০, মহাসভাগী ৪ শুবা মীফম্, (চীংঙাদা ফমখিবা) রাজনিটি দল ওইখি।

১৫. ১৯৩৯, মার্চ ১৪ - সদব পঞ্চায মেম্বব ফম থাদোকখি।

১৬. ১৯৩৯, এপ্রিল ২৬ - ফম থাদোক্লবা চেবোল দববাবনা থাদোবকখিবা।

১৭. ১৯৪০, জানুৱাবি ৯ - পুলিস লেন্দদা নুপী লালগী মবীদা ৱা ঙাংখি মসিগীদমক ফাদুনা মিয়াৎ ত্যখি।

১৮. ১৯৪০, মার্চ ২১ - বায হায়দোক্তুনা চহি অহুম মিযাদ তাখি।

১৯. ১৯৪১ দগী ১৯৪৩ - ইমা পূজা ইবা (শিলেট জেল মনুংদা)।

২০. ১৯৪৬ - জেলদগী থাদোবকপা।

২১. ১৯৪৭, এপ্রিল ১৩ - অনৌবা যুগ ফোংবা, চহিসিমক্তদা কেপিটেলিজম ইবা।

২২. ১৯৪৮ ফেব্রুৱাবি ২৮ দগী মার্চ ৬ ফাওবা সি.পি.আই. গী অনিশুবা কোঙ্গ্রেস মীফম কলকতা দা যাওখি, সেপ্তেম্বব তাং ২১, অন্দবগ্রাউন্দ তাখিবা নুমিৎ।

২৩ ১৯৫০ সেপ্তেম্বব ১১ দা বর্ম্মাদা থুংই হায়না পাউ থাবকখি।

২৪. ১৯৫১ সেপ্তেম্বব ২৬ তাংবো খুঙ্গংদা লৈখিদবা।

## লৈখিদ্রবা মতুং

১. ১৯৭৬ - সেপ্টেম্বব তাং ৩০, ষ্টেট হোলিডে লাউথোকপা

২ ১৯৯৭ - মণিপুব সাহিত্য পবিষতনা কবি বস্ত্রা পীবা।

৩ ১৯৯৮ - গোর্ভনমেন্ট ওফ ইন্দিযানা হিজম ইবাবতকী পোষ্টেল ইষ্টাম্প ফোংবা, ৱাবেন্ট ইসু হন্দোকপা।

## হিজম ইবাবতকী লোয়নবী রাজকুমারি খোমদোনম্না

হিজম ইবাবতকী লৈঙাক্লোনগী লম্বী নৈনবকপা মতমদা মহাক্কী লোইনবীগী মবমদা শুগাইনা নৈনদ্রবসু শন্নপ্পা রাফম খবদি নৈননিঙাই ওইবি, হিজম ইবাবতকা যুন্নাল লম্বীদা খোঙদাদুনা যুম পানমীন্নববসু মপুবোইবনা মীযামগীদমক্তা থব্রায য়াওজবা লৈঙাক্কা মুক্রবদা মীবোৎ ওইনা লৈখিবা, নিংথৌকোলগী নুংঙাইবা মবক্তা চাওজবক্লবসু হিংনবগী হোৎনবদা কমদৌনা মতমদুদা থবক শুদুনা হিংগনি, মখুৎতা খুৎলায় পাযদুনা লালহৌ চংশিনশ্রবা যাওল্লোই অমগী নুপী অমনা হিংনবসু হোৎনবা অদুগা মপুবোইবগী রাখলদা পুন্সি লেনবা হায়বসিমক অরাবনি, অদুগীসু মথক্তা মবুক্তা মচা ফংজদ্রবী অমনা হিংবদা অরাৎপগী অরাৎপা ঙাক্তনি। ইবাবতকী অপাম্বা মমালৈবাক্কীদমক মঙজবম্বা মঙলানশিং অমদি পামজবম্বা লম্বীদা খোমদোনম্নানা কৈদৌনুংদা অযেৎপা অমতা পীবমদে। বাজকুমাবি খোমদোনম্নানা পীবিবা থৌনা অসিমক পীবমদ্রবদি নৎত্রগা নিংথৌগী মায়োক্তা থবক চৎথবকপা খুদিংমক ঙাইহাক লৈতনা খৎনবা ঙংনবা থোক্লন্নবদি ইবাবতনা অওনবা অমগীদমক চংশিলকপা লম্বীদা অপনবা শোইদনা ওইগনি মবম অদুনা খোমদোনম্নাগী থৌদাং অসি ওন্থোক্লা চাওখ্রবা দান অমনি।

বাজকুমাবি খোমদোনম্নাগী হৌবকফম অসি চুড়াচাঁন্দ মহাবাজগা হেক থংনবা ময়াম্নুংতোন বাজকুমাব চন্দ্রহাস, হৈনৌ মখোঙ তাবা, যাইস্কুল পুলিসলেন্দদা লৈবা অমদি খুবাইজম নিংঙোল ইবেমচা (খুবাইজাম্বী) অনীগী মচাইবেম্মা অহলনি। মখাদা মনাওইবেম্মা অহুম অযেকপম ওংবী লৈবেনম্না (সনায়াইমা), চীংঙাখম ওংবী থানিনম্না অমদি লাইশ্রম ওংবী গৌবিম্নানি। নুপী মবিগী মনুংদা পিবা অমত্তং য়াওই, মিংনা

বাজকুমাব গোপালস্না সিংহনি। বাজকুমাবি খোমদোনস্নাগী মপাবুং ইবুংঙো চন্দ্রহাস মচাইবুংঙো- মচাইবেম্মাশিংনা পীক্লিঙৈদা নোঙ্গাখি। অদুনা মবোকশিনা চেকশিন্না মশুশিংবু লুনা চান্না চেকশিন্না হোৎনবম্মী। মচাইবেম্মশিংনা থাজ-নোনজবা য়াবকপদা শাগে-নাতৈ অফবা, ঙাই-শেন ওইবা য়াবা, পুংফম-মতম অফবা য়েংদুনা মচাশিং থাজে, চুড়াচাঁন্দ মহাবাজগা ময়াম্নুংশিংগা শঙ্গাই তোঙান তোঙন্না লৈজববসু মচাইবেম্মশিংগী লুহোং কৈহোংবগী থৌবমদি সনা কোনুংদা চাওনা অওং- অউন তৌদুনা লৈবাক পুংজাউ থিন্না পাংথোকই। হিজম ইবাবতকী মতিক মগুন অসি য়াইস্কুলদা লৈবা ঙাংবম শ্যামকিশ্ববগী মমাং শঙ্গোয়দা ষ্টেজ শেমদুনা শুমাংদনা ভাবোক্কী ফমফম ওইদুনা লিংখৎখিবা মণিপুব দ্রামাটিক ইউনিয়নদা ইহান হান্না টিকেৎ লৌদুনা শান্নখিবা সোবোখাইবম ললিতকী অবেম্না মকপ হায়বা লীলাদা চন্দ্রসিংহগী পার্ট লৌদুনা শানখিবা দ্রমাদুদা মহাবাজ চুড়াচাঁন্দনা শক খংবা হৌখিবনি, মসিগী মথক্তা ক্রিকেৎ শান্নবা, ফুটবল শান্নবা, টেনিশ শান্নবা অমদি কাংগী অফবা চেকফৈ শান্নবোই অমা ওইনা নিংথৌনা শকখঙবা অমা ওইবতা নত্তনা চুড়াচাঁন্দনা ময়াম্নুংগী মচানুপী বাজকুমাবি খোমদোনস্নাবু থাজবগে হায়বগী ব্রাখল ফাওবকখি। মতম অদুগী শঙ্গাই ইমুংগী যৌগনলোন চৎনবী অঙকপা ফংনা চেকশিনবা মতমনি। থায়না চৎনবস্না অমনা, মী লৈনবিবা ইমুংদা অঙাং উন্নবসি য়ুম মাংই হায়দুনা তৌনবমদে 'ব্রাঙ্গোল শঙ' হাযবদুদা তোঙাননা অঙাং উন্ননবা য়ুমনি, চাবোকপী অদুনা ব্রাঙ্গোল শঙদুদা নুমিৎ ১২ নি শেংদ্রিফাওবা লৈগনি। চাবোকপীনা চাবা অচম্না ইনশাং চাই, চাকখুমগী অপুনবা ইনশাং চাহৈদে হায়দুনা চান্নদে।

য়ুম্বানবগী খোংদাববা মতুং নোংমা 'ললাঙ কির্ত্তন' চাৎপগী মতাংদা নুংঙইবা ব্রাবি অমা লৈবি - কাছাব লৈবাক্তা 'ললাঙ কীর্ত্তন' তোংজে মবিলদা শগোল, শমু, দোলাইনচিংবা তোংদুনা মচাইবুঙোশিং, মচাইবেম্মাশিং পুন্না চৎতুনা চুড়াচাঁন্দ মহারাজগী মপাবুংগী মমিংদা চহি খুদিংগী কৎপা অচৌবা উশব অমনি। মনাওনুপীশিংনা মচৈইবেম্মাদা 'ললাঙ কীর্ত্তন' চৎশি হায়না হায়বদা 'নতৈ ইবুংঙোদা হংলগা হায়বগে

হায়দুনা খুমখি, কোন্নথংদা নতৈ ইবুংঙোগী অচিনবা থবক খবা লৈবে মথং চহিদা ওইনা চৎলগে হায়না খুমখি'। নিংথৌকোনগী নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা অৱাৎ অপা অমত্তা লৈতনা হৌবকখিবা বাজকুমাবি মমৈথংদা লৈত-লায়বগী অৱাবা চৈথেংদা চবা কয়া শিংতুনা মপুন্সি লেনখি। ইয়োঙ পানখৎতুনা হিংনবা হোৎনজবকই। ইবাবতনা নিংথৌগী মায়োক্তা লৈদুনা পঞ্চায় মেম্ববগী ফম থাদোকপা, লৌচানচিংবা হন্দোক্নুনা কম্যুনিষ্ট ওইখিবা, মহাকপু হিংনা নৎত্রগা শিনা ফানবগী হোৎনবকপা নুমিৎতগী অন্দবগ্রাউন্দা লৈখিদুনা অদুমক উন্নখিদ্রবনি। ইবাবতনা অন্দ্রবগ্রাউন্দ তাদ্রিঙৈদসু মাগী ৱাখল, পাঙ্গল-শক্তি, পুন্নমক মীয়ামগীদমক্তা কৎথোক্লবা মীশক অমা ওইখিবনা যুমগী ৱাখল চংদে, যুমদা নোংমতা লৈবা শংদে, লৈববসু তৌগদবা থবক্তা পবেং লেংদুনা লৈখিবনা ইমুং মনুংগী কবি ৱাৎলি, কবি লৈ লৈতে হায়বা অমত্তা খঙবা নত্তে। অদুনা বাজকুমাবী অসিনা ইমুং মনুংগী অৱাৎ অপাগী দ্বাই পুন্নমক মহাক্কী মথক্তা তাই।

জন্মস্থানগী ইবাবতকী ইশ্বোলদা ভুত থোকই, হায়নবা ৱাফমসু লৈ অমসুং মসি মী পুন্নমক্তা নুংঙাইনা তুম্নবকপা অহিং অথেংবদা খোমদোনম্নাগী ৱাখলনা মীবোৎ ওইশ্রবা মপুবোইবনা নোংমদি শোইদনা লাকখিনি হায়বগী ৱাখলদা লুপখিবনা মদুগী শামিন অদুদা কৈবোই লৈকায়না তাবদু ভুত থোকই হায়না লৌবম্বা যাই।

অসুম্না পুন্সিগী অবোইবা মীকুপ ফাওবা যাওল্লোই অমগী লোইনবী ওইবিবী বাজকুমাবী খোমদোনম্নানা কৎথোকপগা লোয়ননা খাঙখিবী মহাক্কী ৱাখলদা ইবাবতকী খোঙলোযশিংদা 'মীনা নখোয় পাবুং লৈত্রে হায়না তোয়না ঙাঙনৈ, নখোয়সু পাউ খবা লৌবকউ' অদুবু পাউখুম যংদনা অদুমক পুন্সি লোমখি।

## লময়ানবা সাহিত্য অমদি বাখল্লোন্দা মমা লৈবাক নুংশিবগী মমি

লময়ানবা হিজম ইবাবত অসি ফ্যুদেলিজম, কেপিটেলিজম অমদি ফেসিস নিতি নিয়মগী মাযোক্তা থেংননবগীদমক শাফোঙলকখিবা লুচিংবনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। মহাক্না মণিপুরী খুন্নাই মীয়ামগীদমক অমদি চোইনা তাপ্রবা জাতিশিগী অপুনবা শক্তম অমা শাগৎনবা হোৎনবম্বা অমত্তা ঙাযববা লুচিংবনি। নিংথৌ পাল্লিঙে মতম অমদি লোইলম শন্দোকপশিংনা পাঙ্গলগী মতেং অমদি খুৎলাইগী মতেংনা মীওই লীশিং কয়া হাৎতুনা লম লৌশিল্লি, নাকল অমবোমদা তাশিন খোমজিনবনা মপুঙ ওইবা ৱাখলনা থাগোন্নখিবা তাঙলবা মণিপুরী ইমাগী মচানি। অদুগুম্লবা মহাক্কী ৱাংলবা ৱাখল্লোন অমদি মীৎয়েং অদু ঙসিগী মীবোলনা খঙবীবগা লোয়ননা থবক্তা ওন্থোক্লবগী লম্বী কয়া থিবা হৌবকখি। অসিগুম্বা লম্বী অসি চৎনবা হোৎনবকপা মতমদা মদুনা চৎপদি য়াদবনা মবম ওইদুনা ঐখোয়না মহাক্কী পুৱাবিগী ওইবা তাক্কক কয়া খঙগ্রবা মতুংদা হেন্না ঐখোয়দা দবকাব লৈবিবসি মহাক্কী ৱাখল্লোন অমদি মিৎয়েংনা ওইবি। অদুনা মহাক্কী ৱাংলবা ৱাখলগী হৌবকফম অমদি ফিদম্লীংঙাই ওইববা ৱাখল্লোনশিং অদুগী লীখুল থিবকপা মতমদা তঙায়ফদনা মহাক্কী ৱাংলবা সাহিত্যগী লৈমাই ফাক্তোকুনা মহাক্কী নুংফাওগী মফোঙদোকশিং অসি মবীক চুম্না নৈনবা দবকাব ওই। পৃথিবীগী য়াওল লুচিংবশিংগী ৱাখল্লোন্দগী চাং তাদবা নুংফাওগী ৱাংলবা মফোঙদোক্লি। মবম অদুনা 'লমগী ষণনা মচী শাংবা' গী ৱাখল থাদোক্তুনা মহাক্কী নুংফাওগী মফোঙদোকশিং অসি মরিক চুম্না নৈনবা দরকার ওই। তোল্ল তাববা লৌমী-শিম্মী, নুপীশিংগী থাক, সমাজগী ওইবা সমস্যা, তমথিববা মীওৎ মীনৈগী মায়োক্তা, মরৈবাক মরমদম নুংশিবগী ৱাখল কয়া ফোঙদোক্তুনা

মীযামদা যাওলগী শাফু অমদি ইথিল পীনবা হোৎনবদা সাহিত্যগী চাউববা শক্লোন অমা লৌদুনা চঙশীল্লকই। মালেমগী লৈমাইদা যেংলুবগসু অওনবা খুন্নাই অমা পুবক্লবা হোৎনবা মতমদা সাহিত্যকাবশিংগী নুংফাওগী ফজববা মফোঙদোকশিংদগী মীযামগী থম্মোইদা ইথক ইপোম হৌবকখি, লোক রুসে, ভোলটাযাবনচিংবগী মযা থৌববা কলমদগী থোবকপা ইথিলনা ইং শোক ১৭৮৯ দা ফ্রান্সগী খুন্নাই মীযামবু মীকপ থোকহন্দুনা ফ্রান্স বিভোলুসনগী লম্বী উহনবা ঙমখি। কার্ল মাক্সকী 'দাস কেপিটেল'- না মালেম অসিদা সোসিয়েললিজমগী মঙলান মঙফাওনহনখি। মখা তানা টোলষ্টোই, গোর্কী, দেষ্টাযক্স নচিংবা অইবা কযানা জাব নিংথৌবেল অমদি মখোযগী খোঙলোইশিংগী মীওৎ মীনৈ শাসনগী মখাদা খাঙদুনা লৈবিবা মীচম প্রজাশিংগী খাঙবদা ব্রাববা শক্তমশিং অদু পুথোক্তুনা মীয়ামদা খঙহনখি, মীচম প্রজা, খুন্নাই মীয়ামগী নীংতম্বগী মৈবা চুখৎখি, মীনা মীবু তমথীনা ওৎপী নৈবীবা, নিংথৌবু লাইনি হাযজন্দুনা প্রজা কয়াগী ঈ চুপ্পা, নম্ফুদা থবক শুহনবা, মীয়ামগী পোখোক পুম্বা নিংথৌদা কাহনবা, মীয়াম্বু মহাক্কী খুবামনুংদা থল্লগা মহাক্লা অপাম্বা মওংদা শীজিন্নবা, লৌ ইশ্বোল পুম্বা নিংথৌগী ওইবা। নিংথৌগী চান্নবা অঙম অথৌ ঙাই শেনবুনা লৌয়ামচাবা, নিংথৌগী নুংঙাইবগী চাকথুং ফংবা, মনীং তৌনা তৌনিংবতা তৌবা কয়াগী মায়োক্তা সাহিত্যগী কল্লবা ইথিলগা তুননা লাম্বোংনবকখি। মতৌ অদুগুম্না ভাবতকী লৈমাইদসু ইংগ্রেজশিংগী তমথীববা ইম্প্রেবিষ্টশিংগী মীওৎ মীনৈ, মীনাই নৈথাংগী চৎনবী কয়াগী মায়োক্তা ববিন্দ্রা, বঙ্কিমচন্দ্রনচিংবগী কল্লবা সাহিত্যগী ইথিলনা ভাবতবাসিশিংগী থম্মোইদা মবৈপাক কন্নীংবগী ব্রাখল ফাওহন্দুনা তুমিন্না লৈথোকপা ঙমহনখিদে। খুন্নাইশিগী লৈমাইদসু মালেমগী হোংলক্লিবা ঈচেলবু মুন্না মশক খঙবা মবৈবাক মজাতিবু মীনাই নাইথাংগী পুল্সিদগী নাম্থোক্লবা, লায়ববা লৌমী-শিম্মীশিংবু য়াকায়নবা, মীনা মীবু শুপ্পম শাসনগী খুবামুংদগী নাম্থোক্লবা অপঙবা, অমম্বদা থাজবদগী নাম্থোকহন্দুনা লোইলম অমদি নিংথৌগী শাসনগী মায়োক্তা য়াওলগী ইথিল কয়া পীদুনা মীয়ামগী থম্মোইদা লৌশিংগী মৈবা চুখৎপীদুনা খুন্নাইশিগী অহোবা কয়া উহনখিবা

মীয়াম্বু মীকপ থোকহনখিবা অহানবা যাওল সাহিত্যকাবনি। মহাক্কী অঙকপা মগুনশিংদু ঙসিদি লোৎতুনা লৈবা য়াবক্তবদগী মীয়াম হূপ্না খঙনবক্নে। মবম অদুনা ঙসিগী মীবোলনা মহাক্কী ফজববা ব্রাংলবা নুংফাওগী মফোংদোকশিং অদুগী খোঙ্গুল লীদুনা ব্রাখল্লোন অসিদা থাজবা মীওই কয়া মশীং থীঙমদনা ময়োল চোংখৎলক্লি। মহাক্কী ব্রাংলবা নুংফাওনা ফোংদোক্লি, অব্রাবা, মীপাইবা খৌবাংবতনা থল্লবা, মফম চানা চানা মীয়ামগী থম্মোইদা ঈথক ঈপোম হৌহনখি, লৈবাক মীয়ামগী থম্মোইদা জয়ধবনি লাওবগী খোঞ্জেলনা নিনখি। 'লানঙম খোল্লাউ তাও' - চীনাদা, কশতা লায়ববা মীয়াম্না জয় ওইগ্রে, লানঙম খোল্লাউনা মায়কৈ ১০ দা মায়পাকপগী জয়ধবনিনা নিনখ্রে। অদুবু ইবৈপাক অসিদদি অমগা নুংশিনদ্রে, ঐখোয় মশেল মবক্তা খাইবুং খাইবুং তান্নদুনা য়াওলদা অবেম্বা তাবগদ্রা হায়বগী নুংনাংবা কয়া ফোংদোবক্লি। 'হাইগৎশি ব্রাংনা / ফিবালসি ঙাংলবা / লায়ববশিংগী ঈনা / লেন্নৌ কশতা লানঙমদুনা / জগত্তা পুবকপা কনাগী মায় / লায়ববশিংগী ঈনা / অমুকসু মখা তাবকই 'হৌবো অব্রাবা অহিংগী অমম্বা কোক্তুনা' হায়বা শৈশক অসিদা মীওৎ মীনৈগী চৈথেংগী চৈনাদা পঙথববা অশীবগা পাংখক ওইবা, তুমদুনা লৈবিবা পাঙ্গল ফুদোকপা ঙমদ্রবা অব্রাবশিং, খোঙদা থুবিবা মীনাই য়োক্লিং নাম্থোক্লবগীদমক শিগদৌববা থব্রায়শিংনা ইমালৈবাক কননিংবগী ব্রাখলগী ইহুল অদু ফংনবা উপাই অদু তাকই। অমত্তা ওইবগী ব্রাখল্লোন অদুনি হায়বগী মীৎয়েং অদু তাকই। 'থোঙ লোম্দুনা মঙ তাম্দুনা তুমখিদবা তুমখুন হুন্না/ শ্বাধিনতা নুমিৎ থোবক্নে মাঙদা / মরুপশিংগী থব্রায়না তাওনে কৌবিবসে / য়াকায়ববে নঙগী খোঙজিম্দা' অসুম্না নীংতম্বগী লালদা লৈখিদ্রবা মকপশিংগী থব্রায়না মীওইবগী থম্মোইদা ইনোৎ পীদুনা মমা লৈবাকপু কন্নিংবগী ব্রাখল খুদিংদগী পুক্লিংদা ফাওহনবগী ফজববা মওংগী মফোংদোক্লি। মেঙলবা শুরগী কল্লবা ব্রাহ্নো শকউ শকউ জয় জয়/ অপুনবগী জয় জয় / কিগনু অপুনবনা ওইগনি জয় জয় / মীখা পোনবা ঐখোয়দি / অপুনবনা খুংলায়নি। অপুনবা নত্তনা করি লৈরি থেংননবা / স্বাধিনতা লালসে নত্তেনে নরম্নাই / মায়কৈ মরী কোয়না য়েংউ / অপুনবনা

ওইবি জয় / মীওইবা অমনা মতোমতা থেংনবদা ৱাগদবা, পুক্রিংদা লৈবিবা অকিবগী মশক, নীংহন্নবগী ৱাখল অদু অপুনবা হায়বিবা কল্লবা খুৎলাই অসিনা নীংতম্বা হঞ্জিলহন্নবা হোৎনবদা খ্বাইদগী কনবা মখলগী খুৎলায়নি। অদুগীসু মথক্তা লৈপাক্কী নীংতম্বগী লাল অসি খুন্নাইশিদা লৈবিবা কাণ্ডলুপ অমত্তগী মবন্নাই ওইবা নত্তে অদুগীসু মথক্তা মালেমদা লৈবিবা লৈপাক খুদিংদা অপুনবতনা মায়পাকই হায়বদু মীয়ামগী থম্মোইদা যৌহন্নবা হোৎনবকপা মখলগী মফোংদোক্লি। অদুগীসু মথক্তা লৈবাক খুন্নাই মীযামগী পুকচাক্কীদমক, শেন্মিৎলোনগীদমক্তা নোংজুগী অৱাবা, নুংশাগী শাববা মৈশা খাণ্ডদুনা, লবুক্তা কুমদুনা হুমাং তাদুনা, খোঙ খুৎ চাথৎপা মখৈ খাঙলগা ৱানা থবক শুদুনা পুথোকচবিবা পোখোক্লা শেঞ্জাও পায়বা নুংঙাই যাইফবা, নিংথৌগী অঙম অথৌদা তাংজদুনা হিংজবা ঙাই শেনশিংগী নুংঙাইনবা ওইবা, অৱাবগী মমল খঙবীদমখৈ মীনুংশিগী ৱাংমদা খুদোংচাবা খুদিংমক মখোয়না পায়শিল্লি। মতাং অসিদা থোক্লকই লৌমীশিংগী অৱাবা চৈথেং অদুদা পেন্দবদগী লৌমী মীয়ামগীদমক য়াইফনবা অমদি থম্মোইদা য়ৌহন্দুনা লৌমীশিংবু জ্ঞান তানবা হোৎনবকই। 'খঙলে মশক খঙলেদো / উবেদো নতৌ উবেদো / খুগাঙ তোংবনা নোল্লগা / খোংউপ তোংবনা চাবনি / লৌমীগী থৱায় লৌমীগী মায় / অমুক য়োল্লবোই অমুক য়োল্লবোই / ঈনা শুম্বা ফৌসে মখোয়গী থৱায়নি / ' অসুম্না 'চেকশীল্লু হায় চেকশীল্লু হায়, চেকশীল্লু হায় ফৌদো' হায়না অপঙ থাজবগী লায়ননা চুপ্তবা খুনাইশিদা অশীংবা কাঙবুনা ঈ চুপ্পদা চোকথবা অৱাবগী মশকশিং অদুগী খন্দোকপদা ৱাববা লায়না লাইওং অদু য়াম্না লায়না হৈশিংবা মওংদা তাকপা মখলগী ফোঙদোবকপা খুৎইনি।

অসিগুম্বা মশক অমবু মীয়ামগী থম্মোইদা সোসিয়েল কন্সসনেস অমা শীনবা হোৎনবকপা হায়বসি অবায়বা থবক অমদি নত্তে মরমদি লোইলম শন্দোকপা বৃটিশ সম্রাজ্যবাদনা পৃথিবীগী লৈবাক পুম্বগী শক্তি য়োৎশীল্লিবা লোইলম নিতি নাকল অমবোমদা নিংথৌগী কল্লবা শক্তি অনীগী মবক্তা হিংলিবা লাইবিক লাইশুগী জ্ঞান ফংদ্রিবা মতমদুগী মশীং

যান্নবা চন্নবা খুনাই মীয়ামগী পুন্সি মহীংগী মতমনি। খন্দুনা যেংবা মতমদা তশেংনা অৱাবা মশক্তি। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা লাইবিক লাইশুগী মঙাল ফংদ্রিবা মীচম প্রজা ময়ামগী ৱাখলদা ঈহৌগী লম্বী তাক্তুনা মীযাম্বু মীৎ মায পাঙহন্নবা হোৎনবকপা হাযবসিমক থবক ওইনা ওন্থোক্লবা হোৎনবা হায়বসি হেক্তা লায়না য়াবা নত্তে মবম অদুনা মদু মী মীগী হৈ শিংবা অমদি লুচিংবগী গুণ অদুগী তৌবা ঙম্বগী শক্তিনি অমদি মদু চাউববা থৌদাং অমনি। অসিগুম্বা চাউববা থৌদাং কয়ামকমশিং অমদি মহাক্কী মায়থোং য়াম্বা, থবক য়াম্বা অৱাৎপনা থল্লবা খুন্নাই অমদা মীৎ মাই পাঙহন্নবা হোৎনবম্বা থৌশিং অদুনা ঙসি মহাকপু মীয়াম্না মীগী লমযানবনি হায়না শীংথানবিবনি। মহাক্লা লাযববা লৌমীশিংগী থাক ৱাংখৎহন্নবা হোৎনবীবম্বা থবক কযা অদুনা মহাকপু লৌমীশিংগী মকুপ হাযনা লৌমী মীয়াম্না খন্নবিবা ৱাখলসিমক চুমই হাযজনীংই। অদুগীসু মথক্তা যাওলগী থেংনদবা য়াদ্রবা লীচৎ নাকল অমবোমদা মীৎ পাঙদ্রিবা খুন্নাই মীয়াম্বু মীৎ মায় পাঙহন্দুনা লাইবিক লাইশুগী জ্ঞান ফংহন্নবগীদমক মপাল লমদা চৎনবিবা তৌনবিবা পূন্নমক খঙহন্দুনা উহন্দুনা য়াওলগী স্ত্রীমদা তিলহন্নবা হোৎনবকপা হায়বসিমক অচম্বা থবক অমা নত্তে। অসিগুম্বা চাউববা থৌদাং লৌবা ঙম্বা মীওই অমতা ঙসিগী মণিপুবদা পোকখিদ্রি হায়বা য়াই। অদুগীসু মথক্তা মহাক্কী মবৈবাক মজাতি নুংশিবগী ইহুলদা জাৎ বীজাৎ খায়দবা লাইবা অনং থিদবা মশাগী মজাতিনা মহেল্লে হাযবগী ৱাখল লৈতবা কথোকপগী মথৌনা মবিংজেল অদুনা ঙসিগী মণিপুবদা খুন্দাবিবা ফুকুপ খুদিংমক্লা মীয়ামগী লময়ানবনি হায়না মাব খোঙ্গুল লীনবকপগী মবম অমসুনি। লুচিংবা অসিগী সেন্সিটিভিতি অসি যাম্না ৱাংই, মীয়ামগী ইহুল অদু মুন্না খঙবগা লোয়ননা কদায়দা থমগদগে হায়বসিসু মহাক্কী হৈ শিংবগী মওংনি। মতম পূন্নমক্তা মীয়ামগী থম্মোয়বু তাশীন খোমজিন্দুনা অমত্তা ওইহন্নবগী ৱাখলদা তৌখিবা অঙকপা ইথিল পীনবা হোৎনবা ঈশেগী মওং নৎত্রগা শৈরেংগী নৎত্রগা দ্রমাগী নৎত্রগা ৱারেংগী ঈচেলদা চিংশিন্দুনা, মীয়ামগী য়াওলগী ঈচেলদা চিংশিন্দুনা থেংনমীন্নবগী ৱাখল পোকহনখিবা কল্লবা মহাক্কী নুংফাওগী

মফোংদোকশিংনি। মহাক্কী ব্রাংলবা সেন্সিভিটি অসিনা মীয়ামগী ইস্কুল অদু খঙবগা লোয়ননা কদাযদা থমগদগে হায়বসিসু মহাক্কী হৈ শিংবনি। মখা তানা ফোঙদোবকই মশানা পুথোকচবিবা ফৌবু পুক থন্না চাজবা ফংজদ্রবা লৌমীশিংদা খুৎ থিন্দুনা তাকই - 'থাঙ্গোল অদু ময়া থাংউ থৌনা' / লৌখাও মতম ওইবগা খাওনি সনা ফৌ / মীনাই যোম্লিং কোক্কনি সনা লৈবাক ইমাগী / লৌমীশিংনা মীমান্নবা ঙমদবগী মবমদি লায়ববদগীনি / ইখুৎনা শুজদুনা পুথোকচবা পোথোক্লা মবাং কায়না কৈদা পৈবগা ইবুক থন্না চাজগনি, মতমদুদা কনাগীসু মখা পোল্লবোই অদুনা লৌমীশিংনা শুবা নোম্বা হেঙ্গৎহন্দুনা শেঞ্জাও পায়বশিংগী শুপ্নম শাসনদগী নাম্থোক্লবা উপাই তাকই' অমুকসু লৌমীনা মশীং যামবা লৈবাক্তা পুনশীনবা ঙমদবনা অৱাবা কযামকুম কোকহনবা ঙমদবনি অমদি থেংনবা ঙমদবগী মবম্লি হায়বদু তাকই অদুগুম্বা থেংনবা ঙম্নবগীদমক মতম পুম্বদা মশীং যাম্বা লৌমীগী লৌবুক্তা লৌমীগী পাঙ্গল শাগৎপগী মথৌ তাবশিং অদু ফোঙদোকই - 'লীশিং ওইবিবা মখোযনা / লায়ববা চুদৎনদুনা লৈবগা / নীংতম্বগী অর্থ কবি লৈ ? /শেন্মিৎলোনগী নীংতম্বা যাওদনা নীংতম্বা কৌবা যাদে মবম অদুনা লৈবাক্কী নীংতম্বা ঙাকপদা শেন্মিৎলোনগী মক ওইবদু উৎনবা হোৎনবকই, মন্নবা কোমনুংদগী চিংখৎতুনা অমম্বা কোকহন্দুনা লৌশিংগী মৈবা খুৎতা পায়হন্দুনা চৎহল্লি লৌমী লিশিং লিশিংদা - 'দেস লিশিং ওইবিবা / লৌমী শিল্পী প্রজাদি / অন্ধবিশ্বাশনা কুপ্তুনা / লৈবি অমম্বা মবক্তা / লায়বা নংবনা য়োমদুনা / অদুগা লৈবাক্কী অৱাবা কোক্তুনা নীংতম্বা ফংহন্নবগীদমক হোৎনবদা লায়ববা, লাইবিক হৈতবা, অমম্বদা লায়চুবা হায়বা লায়না মখল অহুমশিদগী কোকহন্দুনা থবক কন্না শুদুনা, চাবা ব্রাৎতবা, ইবোমদোম লেপচবা ঙম্বা, মফোংদোকশিং অসি চুম্নগী সাহিত্যগী লৈতেং নত্তে। মালেমগী ফাওববা ফিলোসোফবশিংগী ব্রাখলগী থাক্তগী চাং তাদবা ব্রাখলগী পবিংনি। অদুদসু নত্তনা নুপীশিংবু অতোনবনি হায়দুনা লৈথোকপগী মহুৎতা খুন্নাই অমা শেম্বদা, নীংতম্বগী লাম্ছেং অমা থেংনবদা ইমুংগী অখুবা কাচিন্দা চফু উয়ান শঙদুনা, চাকথোং ফৌশু তৌদুনা, লুখাক চগুম শেংদুনা লৈবগী

মহুৎতা নুপী খুন্নাইগী মতীং ফুদোকহনখি। হায - 'নখোয লাউ যেংহৌবো লাউ / নুপী কয়া লান্দা চঙলিসে / চান্দ বীবী, দুর্গা পদ্মিনি / লক্ষ্মীবাই ঝান্সি বাণি / লৌমীগী যুমদা মখোযগুম্বী / লীশিং লাক্কা পোল্লিদো / নুপী ঐখোয়বু হাযবনু অবলা / শান্নপোৎ ওইবীনু নুপীগী থৱাযনা / শেঙ্গাও পায়বগী তমথীববা নীতিনা / মুনখবে ঐখোযগী শেৎন চানবা / নুপী লান্দা নুপী কযা / থৱায কৎখিদো।' অদুগীসু মথক্তা নুপী ওইবীশিংবু মতম মতমগী খবব কাগজ, মালেমগী চৎনা কাংলোন কয়া হকথেংননা খঙহন্দুনা থম্মোইদা তুংশীন্দুনা লৈবিবা মীওইবগী নুংগী পাঙ্গল অদু খুন্নাইগী থাক্তা মতীং ফুদোকহন্নবা পীবা অৱাংবা থাক্কী ইথিল পীবগী পবিংনি। জেলগী চেকপলনা খাববা মনুংদা হিংলিবা মীয়ামগী থম্মোইদা নিংহন্নদনবগী থৌনা হন্থবা লৈতনবা হোৎনখিবা মফোংদোক্লি - 'ফাঁসিগী শগাই / থৌবিদা য়াল্লিবা মীনি-অদো / মহাক্কী মীৎয়েংদদি ফাঁসিগী যান্থবক্লিবা ভিজুল অসিদি মবৈপাক্কীদমক লান্থেংদা থেংনদ্রবা যাদ্রবা খোঙফম অমনি। অমবোমদসু মীওইবা হাযবসি শোইদনা নোংমদি শিবগদবনি অদুগীসু মথক্তা হুক্লিবা ভিজুল অদুনা য়াওল লান্থেংনবিবা মীওই চাম / চান্মদা ইনোৎ হাপ্পগদবা অমনি হায়না ফোংদোকপা মখলনি। অদুগী মথক্তা পৃথিবীগী অনিশুবা লান্দা মীয়ামগী চন্মনবা শেংদোক্লবা হোৎনবকই - 'মাইগৈ শুংদাই অহুম / মিচং অহুম অহুম / অচুম্ববা / ফেসিজম, গনতন্ত্র, সমাজতন্ত্র / মৈতৈ পুবানগী / থাজসিবা / পৃথিবীগী ঈচেল ইবোয়ননা লাক্কদবা মালেমগী চৎনা পথাপ চাউবাকপা উৎনবা য়াম্না লায়না উহন্নবা হোৎনবকই, মখা তাবকই 'পীক্লবা চেক্লা অমা / ... তোংলবি টেবলমথক্তা / পুমঙাং, ঙাংলে ঈনা / শিকাবীগী গুলিনা পাল্লববা ? / লাংদগী নাম্থোকপবা ? / শীম্থবকপা পি মতুম্না / তাবি অতৎপা লৈতনা লুহোংবগী বব কৈন্যা / খোইরুম মোমোন তৌনা / নুংশি ঈপাক্তা তাউবি / নুংঙাইবা অহিং লেল্লি / ঈনা লৌখোং চেনবা / মীশানা লৈখোম থোকপা / লাঙ্গাও কয়া থেংনবি / অঙম ঙমদ লেপ্পবি / সংসার লৈকোন্নুংদা / নীংথিবা মপা লৈতনা / ঙরাং শাগৎলম্বা লৈরাং / ফজনা পাল্লম্বী হৈরা / অতিয়াদা তিনখি / কয়া অমনা পোন্নক্লি / কৈদনো

মাবু উদবা / কনানো চেক্লাশিবু থেংনদবা / ঈখেং তৈববা চেক্লাগী শক্তমগা মীওইবগী লীচৎকা চাংদম্নদুনা ফেসিসশিংগী হিংচা যাইতন্নগী নিতিবু উৎথোকই, ঈখেং তাহনবা ঙম্বা পুকচেল অমদি শাসনগী মওং মতৌদু ফজববা শক্তম অমদা পুথোক্নুনা মীয়ামগী থম্মোয়দা অবায়বা মওংদা খঙহন্নবা হোৎনবা মওংনি। অসিগুম্বা ফেসিসশিংগী অকি তুজুংবা শক্তমশিংদগী নীংহন্নবা পোক্তনবা অনৌবা অশা অমগী য়েন্নিং হন্নবা লাক্লবকই - 'অবাপ্পদগী কুহু খোঞ্জেল অমা তাই / বসন্তগী অনৌবা য়েন্নীংগুম নৌই / থম্মোইদা নুংঙাইবগী ঈচাও হৌবকই / হবাওবগী ঈপোমদু চাউনা কাবকই / বসন্ত লাক্লগদ্রা / বসন্তগী দুতলা নৎত্রগা থম্মোইগীবা? / বসন্তগী মকপ্পা নৎত্রগা মীগীবা ?' তমথীববা ফেসিসকী ঈখেং তাহনবা ঙম্বা নিতি নিযম্নু মীওইবা খুন্নাইদগী মুৎথ্রবা মতুংদা অনৌবা মীওই সমাজগী ৱাবী পুম্বা শাসনগী মওং অমা লাক্লগনি হাযবা ৱাফমগা মবী লৈননা ইঙ্গিৎ পীবা মখলগী শৈথানি। অমুকসু ফোঙদোকবকই হিটলবগী তমথীববা মতৌবু পুশিন্দুনা 'শাগৎলি চীক্লবা ইযুরোপগী থবাক্তা/ মীকোক্কী ৱাংলবা আল্পস অমা / ঈনা চোৎনা লুপ্পবা হিটলবনা / লাউবি নাজি জযধনি / মকোক মযামদগী শীন্থবকপা ঈগী ঈচাউদা থুন্নগনি মীকোক্কী আল্পস / তাউবগনি নাজিগী ফিবাল / লুপ্পগনি ফেসিস ভুমদ্যাসাগবদা / জগৎ অপুম্বা নিনগনি মতমদদুদা / 'শান্তি' শান্তি' 'শান্তিগী লম্বী জগৎতা / ' অসিগুম্বা হিটলবগী তমথীববা ফেসিস নিতি অসি মালেমগী লৈমাইদগী মুৎথ্রবা মতুংদা পৃথিবী মীযামদা শান্তি হঞ্জিলহন্দুনা অনৌবা চৎনবী অমা লাক্লগনি হাযবগী ৱাখল অদু মীয়ামদা য়ৌহন্নবা হোৎনবা মখলগী ফজবা মফোংদোক্লি। তশেংনমক মীযামগী থম্মোযদগী ঙন্না উবা ঙম্বা অশানবা মীৎযেং যেংবা পুন্নমক অদু মীয়ামদসু উহন্দুনা খঙহন্নবা হোৎনবা মহাক্কী শক্তম্নি মখা তাথবকপা মতাংদা উকম অমদা নুংশাগী মঙালগা চাংদম্নদুনা তমথীববা শাসন, কাংখোং চাইববা খুন্নাই অসিগী অনৌ-অনৌবা অশা, লৌশিংগী শক্তিশিং চাংদম্নদুনা ফোঙদোকই -'অতুম্বগী লৈবাক্তা / কবি মঙবু মঙলিগবা / অঙাংশিংসু পুন্না লাউবিদ্রা?/ নুংশাও থোবক্রো / উকম লৈমা চঙখবো / নুংশানা অমুক কিদনবা ... /

ফেসিস নত্তে কিফম লৈতে / নুংশাও থোবক্লো / 'পুক্লিংগী অকিবা নুংশুক নুংজানবা, নীংহন্নবা কোকহন্নবা মখাগী পীবা ইথিলনি। অসুম্না ওৎপী নৈবীববশিংগী মায়োক্তা লেপ্পা ঙম্নবগীদমক ৱাখলগী অঙকপা তৌবা ঙম্বগী শক্তি অদু হেঙ্গৎহন্দুনা মীযাম্বু তাশিন খোমজিন্নবা হোৎনখিবা অঙকপা মওংগী খুৎ থাবা মওংগী শৈথানি। অসুম্না ওৎপী নৈবীবিবশিংগী মাযোক্তা লেপ্পা ঙম্নবগীদমক মীয়ামগী থম্মোয়দা নীংহন্নবা লৈতনবা পান্বে কযা পুথোক্লুনা খঙহন্নবা হোৎনৈ, তশেংনমক খুন্নাই অমগী অৱাৎপা খুদিংমক উদুনা মদুবু মেনখৎনবা হোৎনবা হায়বসিমক অচম্বা মীওই অমগী থৌদাং নত্তে, অসিগুবা মায়গৈ খুদিংমক্তা অৱাৎপা কয়া মেনখৎনবা হোৎনবীবম্বা লুচিংবা অসিদা লময়ানবা কৌদনবা হেক্তা ৱাহৈশিবু মীওই খবনা পংশিদা শীজিন্নবা চুপ্লোই, মবমদি মালেমগী ফাওববা গুবিলা লুচিংবা গুইবাবাদা মীযাম্না 'চে' হায়বা যাম্না ইকায়খুম্নববা ৱাহৈ শীজিন্নবগুম লময়ানবা হায়বশিসু মীযামগী খম থেংনা উৎপা ইকাই খুম্নবা অমনি। 'কেপিটেলিজম' গী শকক্তা শুগায়না নৈনদুনা শিম্লীশিংবু জ্ঞান তানবা হোৎনবকই। 'কেপিটেলিজম কবিনো ? / কেপিটেলিজমগী ফল / ইম্পেবিয়েলিজম (সম্রাজ্যবাদ) / ফেসিসজমগী মবমদা শুগায়না ইদুনা নৈনৈ' / অমুকসু মখা তাবকই 'শেঙ্গাও পায়বগী নীতি (কেপিটেলিজম) না থবক শুবশিংগী শেম্ছুং হম্বহল্লগা লায়বহল্লি হায়বদা নত্তনা, কবি কবিগুম্বা মখোয়গী শেল ফংনবা লম্বী পুমথিং থিংলগা মী লীশিং লীশিংবু চাক্লিবা ওইহল্লি' মখা তানা ফোঙদোকপা শকক অমদা 'নুংশানা অমুক ঈবক্জগনি / নোংমা অমুক হ্যাং ঙানগনি / তিনফা কাকফৈনা য়াওন্নগনি/ তুমীৎ কাঙনা শাগোন্ননি নুমিৎনা হন্না য়েংলন্নগা হনখিবদা / মখোঙ তিংথোক্লি মাঙ্গোন্দা / মপুক শীৎপতনা শকক ওইবা / শেগায়ববা ফিতনা ফিথুং ওইবা / অসুম্না মতম পুম্বদা তুম্না মচেৎ চাবা মচেৎ মীয়ামগীদমক হোৎনবদা ৱাখলগী ৱাংলবা নুংফাওগী মফোংদোক কয়ানা মীয়ামগী থম্মোয়দা তুংশিন্দুনা লৈবিবা পাঙ্গল কয়া ফুদোকহন্দুনা অপুনবা শাগৎপদা অচৌবা শরুক অমা ওইখি। অদুগুম্বা মহাক্কী ৱাংলবা নুংফাওগী মফোংদোকশিং অদুনা ঙসি মীয়োল ঐখোয়গীদি মীয়ামগী ওইবা

'পোলিটিকেল গাইদ বুক' ওইরবে। অসিগুম্বা মহাক্কী ব্রাখল্লোন অসি অমুক্কা হেন্না চাউথোকহন্দুনা ঐখোয়গী ঈহৌদা খুম্মাং চাওশীনবা ওইগনি। লোযননা মহাক্কী ফজখ্রবা ফীদমনিংঙাই ওইববা ব্রাখল্লোনশিং অসিবু চাংয়েং তৌদুনা থবক্তা ওল্হোকপগী মহুৎতা মহাক্কী মমিং শীজিন্নদুনা খুৎলায় ওইনা শীজিন্নদুনা হৌবক্লিবা মীবোলবু লান্না পুনবা হোৎনবা য়াওবক্লবদি মদু তশেংনা লাইবক থীবা মশক্লি। মবম অদুনা ঙসিগী খুনাইশিদা হিংলিবা নমথবীববা মীযাম্না কুপ্না বন্থমীন্নবগা ঐখোযগী লম্বী চৎকদবা চৎলোয়দবা অমদি পান্দমশিং অদু ফংনবগীদমক ব্রাখল্লোনশিং অসি মফম চানা শীজিন্নবা চুম্না হায়বসি হংনবা হৌবক্লবা ব্রাহংনি।

## মণিপুরদা ইদুকেসনগী মরু হুল্লকপা

### বৃটিশ ইদুকেসন পোলিসি :-

বৃটিশ ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনিগী রায়েল থৌদাদা তঙাইফদনা খুদোংচাদবা কয়া থেংনবকপা অমদি ইন্দিয়াগী মীয়ামগী হিংবগী মওং কম্না হকথেংননা খঙনবগীদমক তঙাইফদবা খোঙথাং লৌখৎনবা হোৎনবদা বৃটিশগী মখা পোনম্নবা ইন্দিয়াগী নেটিপ ষ্টেট অমদি প্রোভিন্সশিংদা কোলোনিএল ইদুকেসন সিষ্টেমগী মক হুনবা ওইনা ১৭৮১ দা মুস্লিম লো অমদি মসিগা মবি লৈনবা হীবমদা তম্বীবা / নৈনবগীদমক রাবেন হেষ্টিং কলকাতা (কোলকতা) দা মদ্রশা অমা লিংখৎখি।

জানাঠন দুনকান না ১৭৯২ দা হিন্দু লো অমদি ফিলোসোফিগা মবি লৈনবা হীবম কুপ্না নৈনবগী খুদোংচাবা অদু লৌনবগীদমক ভবানাশিদা সংস্কৃত কোলেজ অমা লিংখৎখি। হায়বিবা ১৭৫৪-১৮১২ ফাওবগী তাক্তকশি ধর্ম্মগী চৎনা পথাপ্না খুনাইগী চৎনা কাংলোন ওইদুনা হীংলীবা মীয়ামগী পুন্সিবোলদু খঙনা লৈঙাকপা য়াননবা অহানবা কোলোনিএল ইদুকেসনগী তাক্তক অমনি।

### অনিশুবা তাক্তক ১৮১৩-১৮৫৩ :-

খৃষ্টান লাইনিং শন্দোকপা, মীওইবগী য়াইফনবা থবক তৌবা মীওই অমদি লাইবিক হৈববা ইন্দিয়ান ইন্টেলেক্চুয়েল খবনা কম্পনিদা অনৌবা ইদুকেসন পোলিসি অমগীদমক অকনবা মওংদা ইথিল পীবকপদগী দা কেবেক্তব এক্ট ওফ ১৮১৩' না অয়াবা পীদুনা অনৌবা ইদুকেসন অমদি সাইন্সকী মঙাল ফংহন্নবগীদমক চহি অমদা লুপা লাক্ষ অমা কাইথোক্লবা অয়াবা পীখি। অদুবু ইন্দিয়াদা পায়খৎকদৌবিবা ইদুকেসন অসি কবদ্বা মওংদা, কবদ্বা ফীভমদা পায়খৎকদগে হায়বগী মীৎয়েং অসিদা চাওনা মীৎয়েং অনি থোবকখি।

(১) অনৌবা পায়খৎকদৌবিবা মহৈ মশিং তম্বীবগী থবক অসি ব্রেষ্টন ইদুকেসন সিষ্টেমদা তম্বীগদ্রা ? নৎত্রগা ইন্দিয়ান ট্রেদিসনেল সিষ্টেমগা চান্নবা মওংদা মহৈ মশিং তম্বীবগী মওংদা চৎথগদ্রা ?

(২) মহৌশাদগী লৈজবক্লবা ফাওনা লোলদা মহৈ মশিং তম্বীগদ্রা ? নত্রগা ইংলিস লোলদা ব্রেষ্টন ইদুকেসনগী মওংদা মহৈ মশিং তম্বীগদ্রা?

মীৎয়েং অসিনা মবম ওইদুনা কুপ্না খন্না নৈনববা মতুং ১৮৩৫ দা আব.এম. বোই গী মতেংগা লোইননা লোর্দ বিল্লিয়ম বেনটিঙ্ক না ইংলিশ লোলনা ব্রেষ্টন ইদুকেসন পীবা হায়না লেপ্লখি।

১৮৪৪ দা লোর্দ হাবদিংনা সবকাবগী ইংলিস স্কুল দা লাইবিক লাইশুগী মঙাল ফংলবা ইন্দিয়নশিংবু থবক পীনবগী ব্রাবেপ লৌদুনা বেঙ্গাল, বোম্বে অমদি মদ্রাস প্রসিদেন্সিশিংদা মাইপাক্লা স্কুল / কোলেজ কয়া লিংখৎতুনা মহৈ মশিং তম্বীবা হৌখি অমদি বৃটিশ ইন্দিয়া ষ্টেট মেচিনবিগী মখাদা থবক শিজিন্নবা হৌখি।

১৮৪৪ দা লোর্দ হার্দিংনা পায়খৎখিবা থৌশিল অদুনা মবম ওইবগা মখাগী অওনবশিংসি লাকখি ।

লাইনিং শন্দোকপা মীওইশিংনা লমজিংদুনা অনৌবা লাইবিক লাইশু তম্বীবগী মাইপাক্লা শন্দোবকখি।

মেডিকেল, ইঞ্জিনিয়াবিং অমদি লো কোলেজনচিংবা প্রোফেসনেল ইডুকেসনেল ইন্সটিটুসন লিংখৎনবকখি।

Lord Dalhousie না School লিংখৎনবা হোৎনবদা কৎথোকপগা লোইননা অয়াবা পীখিবতা নত্তনা নুপীশিংদা Education পীননবা সবকাবনা ব্রাবেপ লৌখি।

সবকাবনা English School অমদি College শিং হাংদোকপগী থৌশিল পুথোবক্লবসু Elementary Education গী থবক থৌবম থওইরমদবনা মাইপাক্লবা হোৎনবদা খুবৌ ওইখি, মদুগীসু মথক্তা 'Down Word Filtration Theory' মবম ওইদুনা মীপুম তিংনা Education পীবা ঙম্রমদে।

**অহুমশুবা তাঙ্কক ১৮৫৪-১৯০০ঃ-**

১৮৫৪ ফাওবা চৎনখিবা 'Downward Filtration Theory' গী অশোইবা ময়াম্না মবম ওইদুনা Theory অসি মুথৎতুনা পাকশন্না মীয়াম অমদি নুপীশিংদা পীবা, মমাবোল চাওখৎহন্নবা হোৎননবা, জাৎ-বিজাৎ খায়দনা মহৈ মশিংগী লৌশিং পীবিনবা পান্দম থম্নী। ১৮৫৪ দা লৌখিবা Wood's Dispatch গী ফীবেপ মতুংইন্না, ১৮৫৫ দা Bombay, Madras, Bengal, North West Province অমদি Panjab Province তা Education Department লিংখৎতুনা Indian Education Service কী মখাদা সরকারগী Senior Post অমা ওইনা থমদুনা মহৈ মশিংগী লমদা য়েংশিন্নবা পান্দম থমখি। মসিগী মথক্তা Culcutta (1857, January), Bombay (1857, July), Madrash (1857, September), Panjab (1882) অমসুং Allahbad (1887) তা University মথৎ মথৎ লিংখৎখি। হীবম অসিগীদমক Lord Ripon না Sir WW Hunter গী মখাদা Hunter Commission দা Recommendation শিং লানখৎখি।

Primary School শিং অসি District Board, Municipality শিং হায়বদি Local Body শিংনা Management তৌহনবা, সরকারগী মখাদা অখন্নবা School/College খরা থম্নগা অতৈ লেমহৌবিবা School/Colloge শিং থবাই য়াওবা লনাই মীওইশিং শিন্নখোকপনি।

**মরিশুবা তাঙ্কক ১৯০১-১৯২০ ঃ-**

১৯০২ দা Lord Curzon, Vicery গী Executive Council গী Law Member না Indian University শিংগী মরমদা খিগৎনবা শিন্নখি। মহাক্না লানখৎখিবা Recommendation শিংদা য়ুম্ফম ওইবগা Indian Universities Act ১৯০৪ শেমখি। University শিংদা মহৈ মশিং তম্বীবগী মওং, চাং নাইনা য়েংশিনবগী নীয়ম, Affiliation তৌবদা থম্বা নিয়মশিংগী মরমদা য়েংশিনবগী হীরম য়াওরি। ১৯১০ দগী Centre দা Education Department পু তোখায়না থমদুনা য়েংশিনবা হৌখি। Lord Chelmsford না লুচিংদুনা Sir Ashutosh Mukherjee অমসুং

Dr Ziauddin অনিনা মতেং পাংদুনা Culcutta University গী থবক থৌবমশিংগী মতাংদা শেমখীবা Saddler Commission না মকওইবা Recommendation কয়া British India দা লানখৎখি।

Secondary Education, Board of Secondary Education গী মখাদা থম্বা, Degree Course চহি অহুম ওইহনবা, অনৌবা University তরেৎ হাংদোকপা (Banaras, Mysore, Patna, Aligarh, Dhaka, Lukhnow অমসুং Osmania) নি,

Kashi Vidyapeath অমসুং Jamia Milia Islamia লিংখৎপা,

University Course অসি Pass অমসুং Honours খাযদোকপনচিংবা যাওবি।

**Hartog Committee 1929 :-**

Hartog Committee না ১৯২৯ দা যেংশিন্দুনা লানখৎখিবা Recommendation শিংদি হান্না চৎনবম্বা Education system দগী হেন্না চেৎশিলহন্দুনা Primary Education গী ফীভম ফগৎহনবা,

University দা মীং চন্নবগী অখন্নবা থৌশিল শেম্বা, Commerce অমসুং Industry গী লৌশিং পীবা,

Basic Education পীনবগীমদক Wardha Scheame হৌদোকপা (অদুবু Gandhiji না Harijan গী মবমদা Article মথং মথং ফোংদোবকপদগী Zakhir Hussain Committee গী ময়োক্তা ঈহৌ হৌবকখি)।

**মণ্ডাশুবা তাঙ্কক ১৯২১-১৯৪৭ :-**

Indian Independence Act, 1947 Pass তৌরবা মতুংদদি :-

১৯৪৭ তা University 20, Higher Education গী ফীভম ফগৎনবগীদমক Saddler Commission গী Recommendation থবক্তা ওম্বোকপা,

Inter-University Board অমদি Inter College, Inter-University গী ফীভম ফগৎনবা ১৯২৪ গী Commission গী Recommendation থবক্তা ওম্বোকপা,

নুপী অমদি শোত্থহৌববা কাঙলুপশিংদা মহৈ মশিংগী লৌশিং যৌহন্নবা মীৎয়েং থম্বা যাওবি।

**১৯৪৪ গী Sargeant Plan গী মীৎয়েং:**

Elementary, High School শিং লিংখৎপা,

চহি ৬-১১ ফাওবগী অঙাংশিংগীদা Universal and Compulsory Education গী পান্দম থবক্তা ওহ্নোকপা,

High School শিং থাক অনিথোক্না খাইদোকপা

(১) মহৈ শিং তম্বগা মবি লৈনবা ইীবম

(২) শিললম নৎত্রগা বিজ্ঞানগী লম্ অমসুং খুৎশা হৈবগী লম্দনি।

মথক্তা পীবিবা British Colonial Education System গী লিক্লমচৎ অসিগী মনুংদা মণিপুবদা মতৌ কবম্না মহৈ মশিংগী লমদা পুখৎনবা হোৎনবকপগে হায়বসি নৈননিঙাই ওইবি। ১৮৯১ গী অঙ্গলো মণিপুব লালনা মবম ওইদুনা বৃটিশ গী ফীবালনুংদা তিনস্রবা মণিপুব খুনাইগী মনুংদা শাগৎখিবা ইদুকেসনগী ঈহৌ কনা অমত্তনা ফোংদোকপিদনা লৈবি, লময়ানবা হিজম ইবাবতনা ফুকপকী মীয়ামদা কবিগী মহৈ মশিংগী মঙাল পীনিংলিবা, নুপী অঙাংশিংদা মীৎয়েং থম্লীবনো হায়বসি নৈননিঙাই ওইবি।

## লোইলম বায়েল অমদি নিংথৌ পানবা লৈঙাক মখাদা কবম্বা মহৈ মশিংগী থৌশিল পাইখৎনবা হোৎনবম্বগে ?

লৈপাক নিংথৌনা ইংগ্রেজি লোলদা মহৈ মশিং তম্বগী থৌওং পাম্লমদবা অমদি থৱায যাওদবগী মথক্তা ইপা-ইপু হাক্তক্তগী চৎনবক্রবা মহৈ মশিং, থাং-তা, শান্ন-খোৎনবদা হেন্না পুক্লিং চংখিবনা বৃটিশ শিংনা মহৈ মশিং তম্বীবগী থবক মাইপাক্না শন্দোকপা ঙমখিদে, ১৮৭৭ ফাওবদা মহৈবোই ৫০/৬০ দগী হেনবা ঙমদবদগী নাঠলগী স্কুল মপুং ফাদ্রিঙৈদা অদুম শিখি। ১৮৮৫ দা সাব জোনষ্টোননা ইংবেজী লোল তম্বীনবা কন্না হোৎনদুনা মণিপুবগী মফম কযাদা স্কুল লিংখৎপা হৌখি অদুবু নিংথৌ মচাশিংনা শগোল তোংবা, মুক্না শান্নবা, শগোল কাঙজৈ অমদি শবিৎ-শবাৎনচিংবা কয়া তমদুনা লৈবনা মঙম ইশান শানবা ঙম্নমদে। অদুবু মণিপুবগী অহানবা পোলিটিকেল এজেন্ট, কেপটেন গোর্দোন্না লাকপা মতমদা মশানা মবিপুবদা ইংবেজী লোল তম্বীনবগী স্কুল লিংখৎনবা কন্না হোৎনখি, মশামক্না ইংবেজদগী বঙ্গলা মণিপুবী লোলদা ইবা ডিক্সনবি অমা ফোঙখি অদুবু নিংথৌনা য়েংশিনবীবা ৱাৎপদগী স্কুল লিংখৎপা ঙমদনা তোকখি। শঙ্গাই ইমুংগী অঙম অথৌ নিংথৌগী মচা-মশুশিংদা ইংবেজী তম্বীবা হাযবা ৱাফম অসি য়াদবদগী মণিপুবী ওজা অমনা মবিপুবী অমদি বঙ্গলা লোল তম্বীবম্মী। সাব জোনষ্টোন্না মিদ্দল স্কুল অমা অপ্পব প্রাইমাবি স্কুল ৫, অমসুং লাৱাব প্রাইমাবি স্কুল ২৮ লিংখৎখি অদুবু ইংগ্রেজী লোল তম্নবদি মাংই, ইপা-ইপু নোবোক তাগনি, নুপীমচাশিং লাইবিক হৈহল্লগা বৃটিশ ওফিসাবশিংনা মখোয়গী লমদা পুথ্রগনি হায়বগী অবানবা ৱাখল অমদি তোকঙা কয়ানা লাইবিক তম্নুবগা অৱাবা তাগদ্রা হায়বগী অকিবা অমদি ধর্ম্মগী থাজবদা চময়বা মীয়ামগী থম্মোয়দা ফাওবা ৱাখল অমদি

খুনাইনা ইম্বোবক্কদ্রা হায়বগী ৱাখলনা মহে মশিং তম্বীনবা বৃটিশ ইন্দিয়া লৈঙাক্লা হোৎনবিবা খুদিংমক মঙম শাল্লমদে।

**লময়ানবা হীজম ইৱাবতনা মহে মশিং তম্বীবগী ঈহৌ করম্না শাগৎলকপগে :-**

১৯৩৪ মে ৩০, নিখিল হিন্দু মণিপুৰী মহাসভা (সনা কোনুং বাসমন্দল) সভাপতিগী ৱাবোলদা "চহি ৪০ গী অদুৱাইদা হিন্দু মণিপুৰীগী শিক্ষাগী মওং অসিমতা ওইনা তৌবম্মী। মতম অদুদা ইংৰেজি ময়েক ইবা লাইবিক শোক্লবমদে অমসুং মদু তম্বুবা মী অদু মখুৎতগী ঈশিং লৌনবমদে। শ্রীযুক্ত মণিপুৰেশ্বৰ মহাৰাজ ধিৰাজ ইবুংঙোগী সনা হাক্তক অসিদা মতমগী মতুংইন্না চাওখৎলক্নুনা মণিপুৰী জাতিগী শিক্ষা অসি থাক মথং মথং কাবক্লি। নুপাতগী নত্তে জাতি অপুম্বগী সমাজগী শকক খাইবোক পুদুনা লৈববী, সমাজগী তুংগী নৌনা হৌবকইবা নুপামচা নুপীমচা অপুম্বগী শিক্ষাগী চাওখৎনবগী মশক ওইবা নুপীগী শিক্ষাগী মবমদসু নোংম-নোংমগী চাওখৎলক্লি। শ্রীযুক্ত মণিপুৰেশ্বৰ মহাৰাজ ধিৰাজ ইবুংঙোগী মপাল নাইদ্রবা থৌজাল নৎত্রবদি মণিপুৰী অপুম্বা ঙসি ফাওবা তুমদুনা লৈবমগনি। অসিগীদমক মণিপুৰ অপুম্বনা ঐখোয়গী ইবুংঙোগী লমল ৱ্রসি কবম্না শিংবা ঙমগদগে হায়না খনবদা ৱাখল লাম্না ফংবা ৱাই। লমল অসি খবদং শিংবা ওইনা তৌবা ঙমগদবদি শ্রীযুক্তগী সনা পুক্লিং মতুং ইন্না হৌজিক ওইবিবা শিক্ষাগী ফীভম অসিদগী ঐখোয় খ্বাইনা পুক্লিং অমত্তা ওইনা লাইবিক লাইশু তম্বা, ললোন ইতিক অমসুং খুৎশা হৈবগী হিবমশিং হেঙ্গৎনবা হোৎনবনা থোক্লোইদ্রা ?" ৱাফমশিমক মপাল লমগী হোংলক্লিবা ঈ-পাও ময়েক শেংনা খঙবা ইন্টিলেচুয়েল অমগী ৱাঙাংনি হায়দবা ঙল্লোই মবমদি Sargeant কী Education কী মনুংদা চহি ৬-১১ ফাওবগী অঙাংশিংদা Universal and Compulsory Education পীবা, High School দা তম্বীবা হায়বা মীৎয়েংদুমক্লী।

অমুকসু হায় -"থায়নগী মণিপুরগী ময়েক ভারতবর্ষগী লিপি পরেংগী কুনশুবদা মণিপুরী কৌবা লিপি পরেং অমা হাপ্লি। মসি মণিপুরীবু

মশক তাকপা মমল যাম্লবা মণি ওইবোইদ্রা? ঐখোযগী ইবল নত্রা? ঐনা লিপি বিজ্ঞানগী মবমদা থোইনা খংজদ্রবসু মসিনা ঐখোযগী ইবোল অসি ইবদা উচ্চাবোল বনান্নচিংবা তৌবা চপ চাই হায়বসি অহৈ- অশিং পুম্নমকসু খঙবিবিবা ঙাক্লি ঐখোযগী মমল য়াম্লবা মণি অসি চেকশিন্না থম্বনা ইথৌ ওইবোইদ্রা।

২৭-০২-১৯৩৭ তগী ০২-০৩-১৯৩৭ ফাওবা মন্দলেদা ফমখিবা অহুম্লকশুবা মহাসভাগী অসুপ্পা ব্রাবোলদা হায - "ব্রম্মাদেশতা লৈবিবা মণিপুবী অযাম্বা মতম কুইনা মণিপুব থাদোবক্লবা, ব্রম্মাদেশতা পোক্লুনা চাউবা ওইবা, অয়ুক নুমিদাং যুমদগী খোংকাপ অমত্তা থাংদোকখিবদা অব্রাতগা তোৎনবা, ব্রা ঙাংনবা অব্রাবোন হায়বসিনা লৈপাক অসিগী চৎনবা লোল ওইবনা, অসিনা নম্না শিজিন্নখিবদগী মণিপুবী ভাষা (মৈতৈ লোল) হায়বসি মাতৃভাষা (ইমাবোল) নি হায়বা খঙলবমক্তসু কাউশিলক্লে, অযাম্বনা খঙদ্রে হাযবা ফাওবা য়াবে। অব্রাবোন কযামুক নিংথিনা চুশিন্না হৈথ্রবগে হায়নবু অব্রা৷ ংনা ঙাংনবদগী হেন্দোকখ্রদুনা মণিপুবী মশেল লোন্নবদসু অব্রালোলনা থোইনা হৈন্না থোক্লে। অসিদগী কনা কনাগুম্বনা মৈতৈলোল ঙাংবা ইকাইবা ফাওবা য়াওবক্লে, অসিদগী হেন্না খনবদা ব্রাবা অমা কবি লৈবমখিগদগে। জাতিগী লোল হাযবসিনা জাতিবু ফাজিননবা অকনবা থৌবিনি অমসুং চাওখৎনবগী লুববা থাক্লি .. . অসিগুম্বা অবস্থাদা ঐখোযনা মাতৃভাষাবু (ইমাবোল) কনবগী মবমদা মহাসভাগী অহানবা অধিবেশনগী বিজোলুসন নং ৭, অনিশুবা আধিবেশনগী ১২ শুবা বিজোলুসন্দা লেপ্পখ্রিবা অসি ব্রম্মাদেশতা অব্রাবা ওইগনি। স্কুল হাযবসিদা নহা ওইবিঙৈদগী হৌনা মাতৃভাষা নিংথিনা মদুতনা মুনখ্রবদি হৌজিকমক মাতৃভাষাবু (ইমাবোল) কাউবা য়াবা অবস্থা (ফিভম) থোক্লিবশি থোকপা ঙম্লোই। অসি হায় হায়দুনা অব্রাবোল অমসুং অব্রা লাইবিক হায়বসিসু অব্রা লৈপাক্তদি থাদোকপা য়াদে। ব্রম্মাদেশ অসিদদি চৎনবিবা লাইবিক লাইশু অপুম্বা অব্রা লাইবিক্তনি। প্রাইমাবি নৎত্রগা মাইনব স্কুল অমা লিংলগা স্কুল অসিদা লোল অনি অসিমক তম্বদা থোইনা অকায়বা লৈগনি নিংদে। অসি নৎত্রগা

ইংবাজী স্কুলশিং অসিদা মণিপুবী ছাত্রশিংগীদমক মণিপুবী লোল অসি তম্বীয়ু হায়জববসু মণিপুবী ছাত্রগী মশিং য়ামদবনা খুদোং চাদবা থোকই অদুনা ফনবা Vernicular স্কুলদা অঙাংশিংনা নিংথিনা তমদুনা মশিং য়ান্নবদি নিংলিবা অপুম্বা থুংগনি হায়ন অশা তৌই।”

ব্রহ্মাদেশতা মণিপুবীশিংগী লাইবক থীবা কয়া থোকই, অসিদা স্কুল লিংলবসু নৎত্রগা হায়স্কুলদা মাতৃভাষা (ইমাবোল) অসি তম্বীয়ু হায়ববসু বেঙ্গুন ইউনির্ভসিটিগী স্কুল ইন্সপেক্টব অয়াম্বা মণিপুবী ভাষা (লোল) হৈতে অদুনা খুদোংচাদবা অব্রাবা থোকই অসিগী মবমদা ঐখোযনা বেঙ্গুন ইউনির্ভসিটিদা ৱা খবা লাউজনিংই। বর্ত্তমান মণিপুবী হায অমসুং মিডল স্কুল লৈবিবা পুম্নমক কলকতা ইউনির্ভসিটিগী মখাদা মণিপুবী ইন্সপেক্টব অমতা য়াওদে। বিজাতিনা ওইবা ইন্সপেক্টব অয়াম্বা মণিপুবী ভাষা (লোল) হৈতে অদুম ওইনমক Matriculation অমসুং I A নচিংবা ফাওবা মণিপুবী লোলদা পবিক্ষা অদুম পী। Examiner মণিপুব মতিক চাবা থম্বীদুনা ইউনির্ভসিটিগী থবক অদুম চৎনবা হোৎনৈ। মবিপুবগী Lower অমসুং Upper Primary School খিবিক্কীদমক Manipur State গী Deputy Inspector না Manipur State Education member গী মখাদা School পুম্নমক য়েংদুনা চৎনবি। অসুম্না মখাগী ক্লাসতগী মণিপুবদা ইন্সপেক্টবগী মখাদা Primary School শিং অসিনা নিংথিনা চৎলকপনা মথক্কী Class তগী College ফাওবদা Varnicular গীদমক Manipur Graduate শিংনা Examiner ওইদুনা চে য়েংলি অদু মতিক চাবা থোক্লবসু মাতৃভাষা (ইমালোল) কননবা অদুম হোৎনবি। অসুম্না ব্রহ্মাদেশকী মণিপুবী বস্তিদা নৌনা স্কুল ১ / ২ লিংখৎলবসু বেঙ্গুন ইউনির্ভসিটিনা অহৌবগী ওইনা, মণিপুরী জাতি নৌনা হৌগৎচবকপা জাতি অমগী ভাষা মাংদনবগী মরমদা মতেং পাংবিগনি অমসুং চানবীগনি হায়না অশা তৌজে”। “অবা লৈপাক্তা লৈবি ভদ্রমহিলাশিংগী (নুপীশিংগী) শিক্ষাগী মরমদা খনবদা পুক্লিং নুংঙাই, নুপীশিংনা অবা লৈপাক্তা লৈবগী অবা লাইরিক লোইনা হৈদুনা চৎনবা অপুম্বা খঙবা ঙম্বা লাইরিক লাইশু পাবা ঙম্বা অসি থোইদোক্লা

থাগৎফম্মি। অসুম্না মণিপুবী নুপী পুম্নমক্না ঐখোযগী তঙাইফদবা ইবা পাবা ফাওবতবু ওইববসু হৈহনবা জাতিগী মতিক চাবা হায়বদু অশেংবদি, অৰা লাইবিক্তা হৈবিবা অসিগুম্না ঐখোযগী ওইনা লোলগা কোন্ননা ঐখোয়গী ময়েক ইবা পাবা ঙম্লবদি সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবনি। অসুম্না নুপীগী শিক্ষাদসু (মহৈ-মশিং) থৱাই য়াওনা শিক্ষা পীনবা হোৎনদবা য়াদে। ইশম শম্না সমাজগী (খুনাই) খাইবোক ওইবীবী নুপী শিথবৰদি হকচাংগী মশক ওইবা সমাজ (খুনাই) অদি অৰ্দ্ধাঙ্গ বোগনা (তম্খায শিদবা) নাববা মীওই অমগুম অৱাবা মাযোক্লনি।

অসুম্না মণিপুবিশিংনা চোইনা খুন্দাখ্রবা মফমশিংদা চৎতুনা মহৈ মশিং তম্বগী খোঙথাং কয়া লৌখৎখি, খোলাও কয়া লাওখি। লময়ানবা হিজম ইবাবতগী লমজিং মখাদা মণিপুব মহিলা সম্মেলনী, মণিপুব ছাত্র সম্মেলনী, ছাত্র স্কাউট, সেভা কম্মিটি, মণিপুব সাহিত্য পবিষদ, মণিপুব টাউন ক্লব, ইম্ফাল বিডিং ক্লব, মণিপুব প্রাইমাবি টিচর্স এসোসিএসন, মণিপুব ষ্টুডেন্টস ফেদবেসনচিংবা লুপ কয়ানা মহৈ মশিং তম্বীবগী খোঙজং কয়া চংশিনখি।

**মহৈ মশিংবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবগী লৌখিবা মৰুওইবা বারেপশিং -:-**

(১) ১৯৩৪ মে ৩০, সনা কোনুং বাসমন্দলদা ফমখিবা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী মীফম্না মহৈ মশিংগী ওইবা খোঙথাং লৌখৎনবা ৰাবেপ কয়া লৌখি।

মীফমগী ৰাবেপ ৭ - দেশ বিদেশদা লৈবা মণিপুবী পুম্নমক্না ইউনির্ভসিটিনা বিকোগনাইজ তৌবিবা মণিপুবী ভাষা (লোল) অসি স্কুল ভানির্কুলাব ওইনা তমননবা সভা অসিনা লেপ্লবে।

ৰাবেপ- ১২- British অমসুং State শাসনগী লমদা বাজনিতিবু শোক্তবদি নিখিল হিন্দু মহাসভা ফম্বা মফম মফম খুদিংমক্তা বৃটিশ ইন্দিয়াদা লৈবা মৈতৈ (ওফিসিয়েএল /নন ওফিসিয়েএল) য়াওবা য়ানবা অসাম, বঙ্গদেশ, ব্রম্মাদেশনচিংবা Local Government Manipur State গী Authority দা মুভ তৌবা।

ৱাবেপ - ১৩, - মণিপুরী খুদিংনা মাগী মাগী মচাশিংবু তঙাইফদবা থবক ওইনা প্রথমিক শিক্ষা (Primary Education) পীবা,

(ক) প্রথমিক শিক্ষা ফাওবা নুপীমচাশিংনা নুপামচাগী স্কুলদা তম্বসু য়ানববা।

(খ) ব্রাম্মনশিং অদ্য ফাওবা তমদবা যাদবা হায়না লেপ্লবে।

ৱাবেপ- ১৪, - উচ্চশিক্ষা ফংবা মীশিং হেঙ্গৎনবগীদমক দেশকী মফম চাবা কেন্দ্র ওইনা উচ্চবিদ্যলায় থম্লবা লেপ্লবে।

ৱাবেপ - ১৮, - মণিপুরীশিংনা মৈতৈ ময়েক (মণিপুরী অক্ষর) হৈনননবা হোৎনবা লেপ্লবে।

১৯৩৬ জানুৱারী তাং ২৬-৩০ ফাওবা ফমখিবা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী অনিশুবা মীফম্না মহৈ মশিংগা মরী চাওখৎনহন্নবা ৱাবেপ কয়া লৌখি।

মীফমগী ৱাবেপ- ১২, - মণিপুরগী মপান্দা লৈবা মণিপুরী খুন খুদিংমক্তা মৈতৈলোন তম্নবগীদমক প্রথমিক স্কুল (Primary School) লিংনননবা লেপ্লবে।

ৱাবেপ - ১৩, - মণিপুরী জাতিগী শিক্ষা অর্থিকনৈতিক অসিনচিংবা মরম খিবিক্তা চাউখৎনবগী থৌরাংগীদমক 'অসাম বেঙ্গল মণিপুরী সোসাইটি' কৌবা পুল্কে অমা রেজিষ্টর তৌদুনা লিঙখৎলে। নিখিল হিন্দু মণিপুরী পুম্নমক অমত্তা ওইনা জাতিগী চাওখৎনবা থৌরাং অসিদা য়াওবিবা হায়বা প্রস্তাব ১৯৩৫, নবেম্বর তাং ২৪ দা শ্রীযুক্ত য়েংখোম কলম সিংহনা থাবকপা অসিগী মরমদা সোসাইটিগী নিয়মনচিংবা য়েংলগা খন্নবগীদমক সব কমিটি অমা শেম্না অসিগী ভার শ্রীযুক্ত দ্বিজমনি শর্ম্মা, এম:এ: না পুবিবা লেপ্লবে।

১৯৩৭ কী ফেব্রুৱারী ২৭ তগী মার্চ্চ ০২ ফাওবা মন্দলেগী বামোন খুঙ্গাওদা ফমখীবা অহমশুবা মীফম্না মখাগী মরু ওইবা ৱারেপশিং লৌখি। মীফমগী ৱারেপশিংগী মনুংদা ৱারেপ - ২, - ব্রম্মদেশ

মন্দলে সহবদা মণিপুবী মচাশিংনা মণিপুবী ভাষা (কলিকতা ইউনির্ভসিটিনা য়াদুনা লৌবিবা, তমহন্নবা Minor Education School অমা লিংবা অসি লোকেল অথোবিটিদা মতেং পাংবিযু হায়জবা লেপ্লবে।

১৯৩৮ ডিসেম্বব ২৯, ৩০ দা চিংঙা লম্পাক্তা ফমখীবা মহাসভাগী ৪ শুবা মীফম্না 'হিন্দু' হাযবা ৱাহৈশি লৌথোক্লগা 'মণিপুবী" গী মহুত্তা 'মণিপুব' মহুৎ শিল্লগা 'নিখিল মণিপুব মহাসভা' হায়না ওম্থোকখীবা মক ওইবা মীফম অসিদা লৌখিবা ৱাবেপ ১৩ গী মনুংদা মহৈ মশিংগী হিবমদা ৱাবেপ কয়া লৌখি। ৱাবেপশিংগী মনুংদা :-

ৱাবেপ - ৪,- খুঙ্গং খুদিংদা School লিংখৎকদবনি।

ৱাবেপ - ৫, - ফ্রি কম্পলসবি প্রাইমাবি ইডুকেসন পিগদবনি।

১৯৪৬ এপ্রিল ৫ নুংথিল পুং ৪ তাবদা ৱাংখৈ অয়াং পল্লি, শ্রীযুক্ত ৱাংখৈমযুম গুলামজাৎ সিংহগীদা নি:ম মহাসভা অমসুং প্রজা মন্দল পুন্না ফম্বা, শ্রী ভুবনম্না বাজকুমাবনা সভাপতি ওইদুনা ফম্বা মীফমদা শ্রীযুক্ত লাইশ্রম যুগেশ্বব, ডাক্তব লৈবেন, পন্দিত ললিতমাধব শর্ম্ম, কুমাবী প্রমোদিনি, শ্রীইবাবতনা ৱাফম কয়া থমদুনা ৱাবেপ কয়া লৌখি।

মীফমগী ৱাবেপশিংগী মনুংদা ৱাবেপ - ১- ১৯৪২ ইং মে ১০ দা ইম্ফালদা অহানবা বম তাবা মতুংদা মণিপুবগী স্কুল লেপই। ১৯৪৫ ইংগী অবোইবদা স্কুল শেমগৎপা অমসুং অঙাংশিং লাইবিক তম্বা হৌই। মবক অসিদা স্কুল লৈতবা, অঙাংশিং লাইবিক তম্বা লেপ্পা মহৌশানা শোৎথনা লৈবা মণিপুবগী শিক্ষা অসি হায়নিংঙাই লৈতনা শোৎথব্রে। হৌজিক স্কুল শেমগৎপা হৌবে। মদু লালগী মমাংদা লৈবম্বা স্কুল মশিং অদু য়ৌদ্রি অদুনা ছাত্র মশিংদি শকক অহুম হেঙ্গৎলে। অবস্থা অসিদা অঙাংশিংগী তম্নবা লাইবিক্তি অহানবা তম্বদগী মথক্কী ক্লাস ফাওবগী লাইবিক ফংদ্রে। মণিপুবদা ছাত্রশিংগী তম্নবা লাইবিক লৈতবগী অৱাবা অমা ওইবে, মসিনা স্কুল ছাত্রশিংগী লাইবিক চোব বজাব, মজুওদাব চৎলে। শুপ্রগী পৈশা ০.১২ তা পীবা লাইবিক্লা লুপা ২ দা চোবো বজাবদা লৌনবে। অসিদগী কন্নবা লাইবিক বেসন্নিং তৌবে অসোমদা ষ্টেট সপ্লাই

তৌনবা লাইবিক্তি লৈত্রে। মসি ইশম শম্লা মণিপুরগী শিক্ষা বেসনিং তাবক্লে। থবক্লা থোকপা শিক্ষাগী বেসনিং মতৌসি লৈপাক্লা য়াম্না রাহল্লি। টেক্সবুক ছাপা তৌবা যোনবা অসি ষ্টেটকী কাববাবগুম উই। ষ্টেট প্রেসকী মখুৎ ঙাইববদি চহি অসিদসু নত্তে মতুংগী চহিদসু লাইবিক শুনা ফংগনি হায়বা নিংদে, অসিনা ষ্টেটকী মনুং অমসুং মপানগী প্রেস তা মণিপুর অঙাংশিংগী তমননবা লাইবিক নমনবা অদুগা প্রজাগী মনুংদা ছাপা নমদুনা য়োনজগে হায়বশিংদসু পিবিদুনা অঙাংশিংগী লাইবিক অরাৎপা কোক্লবা ষ্টেট তা শিক্ষাগী বেসন্নিং লৌথোকপীয়ু হায়না ষ্টেট সবকাবদা হায়জবা লেপ্লবে"।

অসুম্না ইবৈপাক ইবমদমশিংগী মীয়ামা মহৈ মশিংগী লৌশিং চাওখৎহন্নবা হোৎনখিবা পুম্নমক কবিগীদমক্তনো? কনাগীদমক্তনো? হায়বদু নৈননিংঙাই ওইবি। মহৌশাগী ফীভম্না শোথদুনা লৈববা খুনাইগীদমক য়ুম্ফম থোঙ্গৎনবা হোৎনবম্বা লময়ানবা হিজম ইবাবতকী ফীদা Educational Institute, Teacher Community না অরাংবা থাক্তা ইকাই খুম্নফম থোকই হায়বসিগী রাহং মথক্তা নৈনখিবশিং অসিনা ওইফম গোক্তব্রা ?

## নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভানা কবম্বা য়াওল লাম্বুং চৎথখিবগে?

মণিপুবদা মশাগী লম্বী থোংগী খুদোং চাদবা চীঙনা ইকোই কোইশিনবা, মপানগী মীওইশিং চৎথোক চৎশিন তৌবা, লল্লোন ইতিক তৌনবগী চাং নেম্বা নিংথৌগী অসুপ্পা ৱায়েল অমদি লোইলম শন্দোকপা ইংগ্রেজশিংগী মখাদা লমজিংবিনবা য়াওদ্রবা লমদম্মী, ইংগ্রেজশিংগী ফৎত্রবা / তুংকোইনা মখোয়গী ৱায়েল পুথদুনা চৎনবগীদমক চীংমী তম্মীগী মবক্তা নক্রদনবা তোঙানবা থৌবাং কয়াগী মখাদা চীংমীশিংগী ৱায়েল তোঙান্না চলাইখি। অমবোমদা মীয়ামগী খনবা ঙমদবা মীওই অমত্তগী অশুপ্পা ৱায়েলগী মখাদা মীযাম্বু মনিং তৌনা শিজিন্নবনা খ্বাইদগী অৱাবা তানফম ওইখি। ধর্ম্ম অমসুং খুনাইগী চৎনবীগী মীংদা মী কয়াবু মাংহল্লী, খুন্নাইদগী তোখাইনা ইম্পোকই, অমুকসু শেল পীবগা শেংহল্লি অসুম্না মবন্নাই লৈজদুনা চন্দন থিনবগীসু শেনখায় নমদুনা মীয়ামদগী লৌবা, ফম্নাইবশিংবু লেম্না চাবা থাকহনবা, দোলাই পুহনবা, লৌগী খাজনা পীবা ঙমদবা অমদি নিংথৌগী চৈবাক কিবদগী লৌ লেম্না পীথোকপা মতম্মী, নাকল অমবোমদা ভাবতকী মফম কযাদদি, পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও লোইশিনখিবা মতম ওইবগা অকনবা নিংতম লালহৌ চংশিন্দুনা কনশিল্লকপা মতম্মী। অদুবু মপালগী ঈ পাউ পুন্বা মীযামগী মনাকোং যৌদবনা মনীং তৌনা ওৎপা মতম্মী। অসিগুম্বা শাথিববা মপু অনিগী মখাদা মখোয়গী শেলমিৎলোনগী য়ুম্ফমদগী শেমগৎলকখিবা চৎনা পথাপ, চৎনবী কযা মনিং তৌনা চংশিন্দুনা মখোয়গী বাজনিতি অমসুং শেল থুমগী মায়কৈদা হায়নিংঙাই নৈতনা হম্বনা থম্বতা নত্তনা তমথীবা মীওৎ-মীনৈ কয়া চৎথদুনা মখোয়গী ৱায়েল শাসন শাংথনবা থৌশিল-থৌবাং কয়া তৎতনা শেমগৎপা মতম্মী। মতমশিদা Domeinant Class অমসুং

Subordinate Class অনিগী মবক্তা মুক্লবা অসি থোকহনবা ঙমদ্রি মবমদি Subordinate Class শিংসু মশাগী অৱাবা অসি কবম্না কোক্কদগে হায়বগী জ্ঞান লৌশিং লৈত্রি, ফীভমশিদা অওনবা খুনাই অমগীদমক কবম্বা মাইগৈদা নৎত্রগা কবম্না চঙশিনগদগে হায়বদু অবাযবা নত্তে, Dominant class শিংগী হিংবগী মওং (Culture) দা চুম্মী খন্না চৎলিবা মীযাম, মখোযগী Intellectual শিংনা খল্লীবা লেপ্পীবা ৱাখল-মীৎযেং অদু চুম্মী খল্লিবা মীযামগী হিংবগী মওং (Culture) হোংদোকহনবা অমগীদমক চঙশিনবা হাযবশি অবাইবা নত্তে। মদুগীসু মথক্তা মতমদুগী লৈঙাক্লা খুনাই মনুংগী মীওই অমত্তনা বাজনিতি দল শেম্বগী অযাবা অমত্তা লৈতবা মতম্নী, মতম অদুদা Double Prong Attact তৌবা হাযবসি খ্বাইদগী লুই মবমদি Dominant Class অমা থেংনবা হাযবসি থেংনবিবা মীওইদুগী খ্বাইদগী খুদোংথিবা অমসু ওইবিবনি। ফীভমশিদা 'ব্রহ্ম সভা অমদি নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা' গী তোঙান তোঙানবা মশক অমদি মচৎ নৈননিঙাই ওইবি। Colonialism - শেঙ্গাও পায়বা লৈপাকশিংনা মীগী লৈপাকপু খুদুম চল্লগা, বাজনিতি অমসুং শেলমিংলোনগী নিংতম্বা পুম্বা মৎতুনা মখোয়গী কান্নবা মওংদা নমদুনা শুমদুনা চাবগী নিয়ম নিতিনি। ২০ শুবা চহিচা হৌবকপদা, মালেম অসি লোয়লম মপুশিংনা মখোয়গী অনিংবা মওংদা লোয় চন্দুনা যেঙ্খোক্লখি। মখোয়শিং অসিনা, মখোয় মখোযগী মখাদা লৈবা লোয়লমশিংগী বো-মেটবিয়েল (অহিংবা পোৎচাকশিং) অদুগা অহোংবা লেববগী শক্তিশিং (Labour force) অদু নমদুনা শুমদুনা শিজিন্নবগা অমুক হন্না মখোয়গী পোৎশকশিংগী কৈথেল শেন্দোং তানফম, লল্লোনফম ওঙ্খোকই। অনিশুবা লঙ্গাও মতুংদগীদি লোয়লম লৈপাকশিংদা চথরকপা জাতিগী নিংতম লালহৌনা মরম ওইদুনা চৎনবীসি মখা শাংথনা লৈবা গুন্নক্রে অদুনা লোয়লমগী লৈঙাক্তগী নৌনা মনিং তন্নক্লিবা লৈপাকশিংদা অশেংবা শেলমিংলোন অমদি বাজনিতিগী নিংতম্বদু ফংনবা চঙশিল্লি, নৌনা নিংতন্নক্লবা, চাওখৎলক্লিবা লৈপাকশিংদা অমুক হন্না নিও-কোলোনিয়েলিজমগী নিতিগী মখাদা রাজনিতি অমসুং শেলমিংলোনগী নম্ফু শক্তি অদুগী মহুত্তা চাওখৎনবা হোৎনরিবা লৈপাকশিংদা শেল (কেপিটেল) থাদদুনা নাকোইননা Imperialist

শক্তিশিংনা মখোয়গী মখাদা থম্নবা হোৎনবগী অনৌবা মওংগী নিতি অসিগী যৌবিনা ফাননবা হোৎনবি, অসিগুম্বা নিতি অসি চংশিনবা যাননবা শেঙ্গাও পাযবা লৈপাকশিংগী State Monopoly Groups-European Economic Community (EEC) নৎত্রগা Eropean Common Market শেমদুনা অচৌবা মোনোপোলিশিংগী দবকাব (Need) অমসুং অপাম্বা (Interest) তা Economy Policy চৎথবি। অদুনা লোইলম শন্দোকপশিংগী ৱাফম অসি শুগাইনা ৱাহস্থোক পীবা অমদি খঙমিন্নবা তঙাইফদে। Imperialism হায়বসি শেঙ্গাও পায়বা নিতিগী খ্বাইদগী ৱাংবা অমসুং অবোইবা থাক্লী। মসি নাকল অমবোমদা মোনোপোলী কেপিটেলিজম হাযবগসু খঙনৈ। Imperialist মশেলশি য়াম্না যান্নদবা মুক্লবশিং থোকই মসিগী মকওইবা মবমদি মখোযগী মবক্তা মখোয়গী পোৎ য়োনফম কৈথেল অদুগা বো-মেটবিয়েল ফংফম থিবগীদমক্তা অতোপ্পা লৈপাকশিংগী লম মুন্নবদা অমসুং অতৈ লৈপাকশিংবু লোয়লম ওইহনবদা অদুগা পৃথিবী অসি শুপ্নবা হোৎনবকপদা য়েংথিনবা মুক্লবা হেঙ্গৎলকই তশেংনমকসু পৃথিবীগী অহানবা অমসুং অনিশুবা লাল অসি Imperialist মশেল শোক্লখিবা লাল অদু পৃথিবী অসি লৈখাই তাবা মাগী মাগী লম য়েম্থোক্লবনি। Imperialist শিং অসিনা লৈপাক অদুগী Rule তৌবা য়াওশিল্লকপা, Administration পাযশিল্লকপদগীদি মদু Colonialism হায়না খঙনগনি। "East India Company" না "Great Battle of Pallasy" দগীদি Administrative System চলাইবা হৌগৎলক্লে, হাননগী য়েল্লৌঙৈদগী হৌনা নৈনবম্লবা চৎন-পথাপ অদু থুগাইবগা পাযশিল্লি, মদুদা লৈবিবা প্রজাশিংদু ৱায়েল তৌবা হৌবকই, মসিবু অশম্বীদা Colonialism কৌই। মখাদা শুগাইনা কবিগী মসি তৌবিবনো ? হায়বদু খঙমিন্নবা য়াই। কৈথেল হায়বশি নিংথৌ ৱায়েল (অসুপ্পা ৱায়েল) দগীনা শেঙ্গাও পাযবগী নিতি অসি পোক্লকপদা য়াওজবক্লবা মচৎশিংগী মনুংদা অমনি, Capitalist শিংগী খয়াৎতা নৎত্রগা Imperialist শিংগী মচৎতা কৈথেল য়াওদবা য়াবোই মরমদি কৈথেল হেক লৈতবদা মখোয়সু লৈবোইদৌবিবনি। মমাংঙৈগী লম্বী থোং চাওখৎত্রিঙৈগী মতমদা মালেমগী কৈথেলশিংসি শম্নবমদে অদুবু Europe

কী লৈপাকশিং মতমদুগী লম্বী থোং ফত্তবা ওইববসু মালেমগী মফমশিং কোইচৎ চৎতুনা কৈথেলদগী শেন্দোং তান্নবা হোৎনদুনা লাকখি, ভাবত্তসু ললোনবা ওইনা East India Company লাকই মমৈথংদা লোইলম (Colony) ওহ্নোক্নুনা "Queen গী Crown" মখাদা ভাবতপুন্না থমখী। মালেমগী চাউখৎত্রিবা লৈপাকশিংদা Imperialist শিং অসিনা খোঙদাবা পান্নবগী মবম লৈব্রা ? মবম লৈ, মালেমগী চাওখৎত্রিবা কৈথেল মতিক চাদ্রিবা মহৌশাগী পোৎথোক মবাং কাযনা লৈজবা, শুবীনবা মী য়াম্বা লৈপাকশিংদা Imperialist শিংনা কৈথেল শন্দোক্লবা হোৎনৈ। মসিগী মকওইবা মবমদি অহোংবা মমলদা শুবীনবা লৈবা বো-মেটবিএল মবাং কাযনা ফংবনা মবম ওইদুনা শেন্দোং হেন্না ফংগনি খনবদগীনি। অদুবু মমৈথংদদি Imperialist শিং অদুনা অহেনবা শেন্দোং ফংনবগীদমক্তা কৈথেলশিং অদুগী মহুত্তা লোযলম (Colony) ওহ্নোবকই, মসি অহোংবা মমলদা মহৌশাগী পোথোক ফংননবা, অহোংবা মমলদা নৎত্রগা শেল পিদনা থবক শুহনবা (Force Labour) য়াননবনি। অহোংবা মমলদা মহৌশাগী পোথোক মবাং কায়না ফংলবা, শিম্মীগী মমল পিদনা নৎত্রগা তাথনা শুহনবা য়াহল্লবদি মশানা কৈথেলদা ফংহনগদৌবিবা পোৎলমশিং অদু শেন্দোং যাম্না লৈবা তাই, মদুনা (Market Competition) দা তাথনা থাদোকপা ঙমগনি। মদুগী মথক্তা শেন্দোং হেন্না ফংনবগীদমক লোইলম (Colony) মশিং য়ামখৎহনবা তাই, মবম অদুনা 'কৈথেলগী পাঙ্গল' অদু ওইথোকহন্নবগীদমক কৈথেল শেমগে য়াদবা লৈপাকশিংবু নমদুনা লাল তৌশিল্লগা, সিফাইগী পাঙ্গলগী মতেংদগী খুদুম চনশিনবা অমসুং লোইলম ওহ্নোকপা তাই। অদুনা লোইলম (Colony) হায়বসি কৈথেলগীদমক য়েংদুনা লমদমদুগী লৈঙাক বায়েল পায়শিন্দুনা মখোয়গী অনিংবা (Need) অপাম্বা (Interest) অদু ফংহন্নবগীদমক মখোয়গী অপাম্বা মওংদা আইন শেম্বা, মীহুৎ থম্বা অসি মখোয়গী তৌদ্রবা য়াদ্রবা অমনি। মথক্কী বাফমশিং অসি নুঙদা থন্নগা নিংথৌ অমদি ইংগ্রেজশিংগী লোইলম লৈঙাক্কী মখাদা ব্রহ্ম সভা অমদি নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভানা কবি করি শক্লোন লৌদুনা থেংনখিবগে হায়বদু নৈননিংঙাইনি, মখোয়দু কবম করম্বা কাঙলুপক্কী অপাম্বা (Interest) দরকার (Need) কী মখাদা পুথনিংলিবা (Tradition)

হিংবগী মওং (Culture) দু নৈননিংঙাই ওইবি। অসিগুম্বা ফিভমশিদা Intellectualঅমসুং Culture গী ৱাফমসু শুগাইনা নৈননিংঙাই ওইবি, হায়বিবা ৱাফমশিং অসি শুগাইনা নৈনদ্রগদি ব্রহ্ম সভা অমদি নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা কনা কনানো? কনা কনাগী দবকাব (Need) অমসুং অপাম্বা (Interest) তা চোংথোবকপা মীহুৎশিংনো হাযবদু খঙবদা ৱানা থোক্কনি হায়বসি খুন্নাই নৈনবোলগী মহৈবোই অমগী ৱাখলনি। ব্রহ্ম সভানা পুথদুনা (Tradition) চৎনিংলবা নৎত্রগা পুথনবা হোৎনবিবা হিংবগী মওং (Culture) দু কবিনো ? নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভানা পুথনিংলিবা মওংনা কবিনো ? মখোয মখোয়না খঙলিবা খুনাইগী মওংদুনা কবিনো? হাযবদু নৈনবা তঙাই ফদ্রবনি। মতাংশিদা শমলপ্না থমজনিংবদি নিখিল হিন্দু মণিপুবি মহাসভা ব্রহ্ম সভাবু মক ফুক্রা হুন্দোকখিনবা চংশিলকপা Counter Part অমনি, Subordiante Class/ Oppress people গী লমজিং লমতাকপীবা মখোযগী হিংবগী মওং (Culture) হোংদোকহন্নবা থোবকখিবা অমনি, মসি যাওল লাম্বেংগী তাঙ্কক অমদা চৎথদবা যাদবা Cultural Revolution গী Part অমনি। অসিগুম্বা Cultural Revolution অসিনা মান্নবা খুনাই অমগী যুম্ফম ওইগদৌবিবনি, অদুগুম্বা Revolution অদু চঙশিল্লকপদা তঙাইফদনা মীয়ামগী হিংবগী মওং (Culture) অদু হোংদ্রবদি যাদবা মবম্না অচিৎ অকোম লৈতবা থৌশিল অমগা লোইননা চংশিনখিবনি অদুগুম্বা Revolution Satuation অদু মমুন ফাবে হাযবা নুমিৎ অদুদনি নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা হাযবশিদগী 'হিন্দু' হাযবা ৱাহৈশি লৌথোক্নুনা বাজনিতি দল ওম্থোক্লে হাযনা লাওথোকখিবনি মসিমক লময়ানবা হিজম ইবাবতকী অচিৎ-অকোম থম্না থৌশিলগী হৈশিংবা অমনি হায়না লৌদবা ঙম্লোই। কলচবেল বিভোল্যুসন অসি মান্নবা খুনাই অমগী লম্নী শাগৎপদা চঙদ্রবা য়াদ্রবা পোৎচং অমনি। পাক চাওববা মীয়াম্না চাওখৎ খোঙথাংদা চংশিনবা, চাওখৎপগী ৱাখল খন্নবা অমসুং হিংবগী মওং (Culture) হোংহন্দুনা মীয়ামগী অবিবা হিংবগী মওং (Culture) অমসুং পৃথিবীগী ওইবা হিংবগী মওংগা চাশিন চুশিন্নবা ইনৌ নৌনা হিংবগী মওং (Culture) অমা শেম্নবগী Revolution নি। কলচবেল বিভোল্যুসনগী থৌদাং লৈবিবা হিংবগী মওং থাক্কী মতুং ইল্লি। মীয়াম পুম্না পাক চাওনা

লাইবিক হৈহন্নবা চঙশিনবা অসিদা হান্নগী অবিবা লাইবিক - লাইশু হৈবা কাংবুগী শকক খবনা মান্নবা খুনাই শাগৎনবগী থবক্তা / খোঙথাংদা মতেং পীদুনা লৌমী অমসুং শিল্পীগী মবক্তা অনৌবা লাইবিক লাইশু হৈবা কাংলুপশিং শেমগৎলকপা কযা চৌভিনিষ্টকী ব্রাখলদা থৌগৎপা মীওইশিংনা অহোংবা চাওখৎপা যাবা হীবমশিংবু যাদবা, যৈখাই থুগাইবা, লাইবিক লাইশু হৈবা মীওইশিংবু কল্লক যেংথিবা মীৎযেং যেংদুনা Cultural Revolution গী খোঙথাংদা অপনবা পী। অদুনা লমযানবা হিজম ইবাবতকী লিচিং মখাদা মহাসভাগী থৌবম পবেং মনুংচনবা Mass Organisation (১) মণিপুব প্রজা মন্দল, (২) মণিপুবী প্রজা সম্মেলনী, (৩) মণিপুব কৃষক সভা, (৪) মণিপুব প্রজা সঙ্ঘ, (৫) মণিপুব মহিলা সাম্মেলনী, (৬) মণিপুব ছাত্র সম্মেলনী, (৭) ছাত্রশিংগী স্কাউট, (৮) সেবা কম্মিটি, (৯) মণিপুবী সহিত্য পবিষদ, (১) মণিপুব ড্রামাতিক ইউনিযন, (১১) মণিপুব টাউন ক্লব, (১২) ইম্ফাল বিডিং ক্লব, (১৩) মণিপুব প্রাইমাবি টিচর্স এসোসিএসন, (১৪) মণিপুব ষ্টুদেন্টস ফেদবেসন, (১৫) ওল মণিপুব যুথ লিগ, অসিগী মথক্তা পুন্না চৎমিন্নবা লুপশিং (১) তাংখুল্লোং, (২) কুকি নেসনেল এসেম্বলী, (৩) কবুই এসোসিএসন, (৪) খুলমি ইউনিযন, (৫) মিজো ইউনিয়ন অমসুং (৬) মৈতৈ ফুকপ অসিনচিংবনি। মথক্তা পীজবিবা লুপশিং অসি খুনাইশিগী অওনবা অমা পুবক্লবা হোৎনবদা শোখদুনা লৈবিবা অব্রাৎপশিং অদু মেনখৎনবা মতম অমদি মফম চানা Revolution অমগী যুম্ফম থোঙ্গৎনবা শেমগৎখিবা ঙাক্তনি মসি Cultural Revolution গী খোঙথাংদা খুনাইগী পুক্নি মহিং অদু হোংহন্দুনা অনৌবা অওনবা মণিপুব অমগীদমক য়াওল খোঙথাংগী তাঙ্কক অমদা লৈখিবা লুপশিংনি। অসিগুম্বা অনৌবা মণিপুব অমা পুবক্লবা হোৎনবদা মৈতৈ চনু, লমাই নিপাল পানবা 'অনৌবা যুগ' তোঙান তোঙানবা 'মাসিক মণিপুব', 'য়াকাইবোল', 'ললিত মঞ্জুবি পত্রিকা নচিংবা চেফোংশিং পুথোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা ব্রাৎতুনা লৈববা খুনাইশিগী অব্রাৎপশিং মেনশিন্দুনা লৈঙাক্কী মীওৎ মীনৈ থেংননবা হোৎনবদা লৌখিবা থৌদাং অঙকপনি। মসি Cultural Revolution গী তৌদবা য়াদ্রবা মচৎ অমনি, মসিনা মান্নবা খুনাইগী লালহৌগী যুম্ফম্নী।

মথক্তা লৈবিবা Political Economy গী Background অসিদা যুম্ফম ওইবগা মখাদা মতমদুগী তোঙান তোঙানবা ব্রহ্ম সভা অমদি নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভাগী শক্তমশিংদু খুনাই নৈনবোলগী মহৈবোই অমা ওইনা নৈনজনিংই।

**ব্রহ্মসভাগী মবমদা শন্নকপা :-**

১) সংষ্ঠান (লুপ) অসিনা শেন্না চৎনলোন (আইন) গী মনুংদা অমাংবা মী পাইচিং তৌদ্রি ফাওবা মৈ থাবা যাদে, লৈবোন চনবদি থিংদে (২) কনাগুম্বা মীনা মবোমদোম থৌবী য়ান্দু শিজবা নৎত্রগা কবিগুম্বা চাহৈদবা চাদুনা শিজবা থোক্লবদি মহাক অদু পোলোইবা যাদে, মৈ থাবা যাদে, লৈবোন চনবা ফাওবা য়াদে। আত্মাঘাট তৌদুনা শিবা মীওইদু লাঙ্গোলগী মঙাবক কনবী হায়বিবা মফম অদুদা হুন্দোক্লদবনি। ব্রহ্মসভা অসি মণিপুরেশ্বর মহারাজগী মীৎয়েং মখাদা, শ্রীফুবাইলাৎপম অতোমবাপু দেব শর্ম্ম, বিদ্যরত্ননা ব্যবষ্ঠাকাবি ওইবগা শেন্না ধর্ম্মগী লুপ অমনি। লুপ অদুগী মকওইবা থৌবমদি হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপা প্রজা মীযাম্বু ধর্ম্মগী মীংদা মকোক মক হাইগৎপা ঙমদনবা, নেৎথদুনা থম্না যানবা, নিংথৌগী লৈঙাকপা মখা তানা পুথবা য়ানবা য়াইতোংবশিংগী (Dominant Class) অমত্তা ঙাইববা লুপ অমনি। মখোয়গী পান্দমদি লৈঙাক ব্রায়েল মখা তানা পুথবা, মীয়াম্বু মখোয়গী লৈবিবা থাক্লদগী ব্রাংখৎহন্দবা, শোইদৎপা কবিগুম্বা লম হেক হেনবদা অকন অকনবা চৈবাক পীবনি। ইশম শম্না হাইববদা নিংথৌগী মীৎয়েং মখাদা শেন্না লুপ্নী। বন্ধ সভা ধর্ম্মগা মবি লৈনবা থৌবমগী চৎনলোন পুন্নমক শেন্না ঙম্না খ্বাইদগী ব্রাংবা পাঙ্গল কনবা লুপ্নি। ব্রহ্ম সভানা শেন্না চৎনা লোনচৎতি ধর্ম্মগী মিংদা প্রজাদগী খাজনা লৌনবা মখল মখা কয়ানি। চাবোকপা, অশিবগী শাগৈ য়ুম মাংবা, য়ুমশেং কৈশেংবগী থৌবমদা, (১) নাপেৎ (হাজাম) নাপেৎ, য়ুমথোংগী চহি চহিগী ফৌ লাইতং অমা নৎত্রগা শেল ওইনা শিকি (0.25 paise) পীবা (২) চন্দোন-শেনখায় চহিগী লাইমিং লৌববশিংগী মীকোক্তা পৈশা মঙা ব্রাম্মন গোশ্বাইগী শরুক (৩) অমাং অশেংগী চৈনা চৈথেং অসিগুম্বা অঙক অঙকপা চৎনলোনচৎশিং শেমদুনা মীবু মাংহনবশি করিসু লৈতবা

মবম হাযজিল্লগা ইবাই লাইনা মাংহল্লী। ব্রাফমশিং অসি ইং ১৯৩৭ হৌগৎলকপদদি মণিপুব প্রজাশিংনা খ্বাইদগী হেন্না ব্রাবা, ব্রহ্ম সভাগী খ্বাইদগী অব্রাংবা থাক্তা মীওৎ মীনৈ চৎথবা মতম্বী। মতম অদুগী বহ্ম সভাগী ব্যবস্থাকাবি ফুবাইলাৎপম অতোম্বাপু শর্ম্মনা পুথোকপা, ধর্ম্মগা মবি লৈনবা অমাং অশেংগী ব্রাফমগা মবি লৈননা সমাজদা তিন্নবা তাববদি শান্তি হাইদোক্রবগীদমক মাংলবা মী অদুনা লুপা ৮০ পৈশা ৩ পাই ২ পীবগা লাইমাংদা শান্তি তৌগনি, অনাবা নৎত্রগা অশিবা ওইববদি ব্যবস্থাকাবিদা হায়বিবা শেল অসি থিবগা লৈবিবা মফম অদুদা চৎতুনা শন্তি হাইদোকপা তৌবগা ময়ামগা তিন্নবা যাবে নৎত্রগনা শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা তৌবা যাবে, নৎত্রগনা হায়বিবা শান্তি অসি তৌদ্রিবমখৈদি শিববসু পোৎলোইবা যাদবা অসিনি। মহাবাজনা মাংহনখ্রবদি লুপা ৫০০ /- সনখ্যা অহলনা মাংহনখ্রবদি লুপা ২০০ /- হায়না মখল মখল খাযদোক্তুনা অশেং শেংদ থম্মী। হাযবিবা শেলশিং অসি সবকাবগী শেঙ্গাওদা কাবা নত্তে। অসিগুম্বা শেনখায় থুমখায়গী থবকশিং অসি তৌহনবগীদমক বতন হায়বা ফমশিং হাপই। বতন্নসু মাংই হায়দুনা ইম্বোকপা য়াই।

## নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা
## লিংবগী শন্নকপা মশক

### ১বা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা
### (১৯৩৪ ইং সনা কোনুং)

মহাসভা সনা কোনুং বাসমন্দল, অনৌবা মান্দবতা পাঙথোকপা সেসন্দা (৩০-০৫-১৯৩৪) শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ সার চুড়াচাঁন্দগী ৱাফোংদা অসুম্না ফোংদোকখি ঃ- ঐগী নুংশিবরা প্রজা পুম্নমক, ঙসি মণিপুর অমসুং বিদেশতা লৈবা মৈতৈ পুম্নমক পুকচেল অমত্তা ওইনা তিন্নদুনা মণিপুর জাতিগী মনুংদা অমগা অমগা নুংশিননা তিন্নবা হেঙ্গৎনবা অমসুং মণিপুর জাতিগী শিক্ষা, ধর্ম্ম অমসুং জাতিযাতগী লম্বীদা চাউখৎনবা হোৎনগনি হায়বা উবদা ঐ থোইদোক্না নুংঙাইবে" ৱাফমশিমক নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা লীংখৎনবগী পান্দম কবিনো হায়বদু নিংথৌগী মফমদা থমখীবা অমদি ইনিংথৌগী সনা হাক্তক্তা চোইনা তাখ্রবা মণিপুরী মীয়াম্বু অমুক্তা তাশিন খোমজীনবীবম্মু হায়বা ৱাফমদুগা নক্রবা মবি লৈনৈ। মহাসভা ফম্বগী মরু ওইবা থৌদাং অমদি মথৌগী মতাংদা অসুম্না পনখি :- ১ বদা - লমদম তাম্না লৈখ্রবা ইচিল ইনাও ইপা-ইচা পুম্নমকপু উনদুনা শকখং মাইখংনবগী খুদোংচাবা অমা, ২ শুবদা - অমগা অমগা বুদ্ধী লৌশিং হোদোক্রবগী খুদোংচাবা অমা, ৩ শুবদা - অমগা অমগা নুংশিনবগী ৱাখলনা পুনদুনা জাতিগী পাঙ্গল হেঙ্গৎপা অমা, ৪ শুবদা - জাতিগী উন্নতিগীদমক হোৎনবদা খুদোং চাননবা, লোয়নননা শিক্ষা (মহৈ মশিং তম্বগী লমদা চাওখৎনবা, মাংজিল থানবা হোৎনবা,) ধর্ম্ম অমদি জাতিগী উন্নতি হায়বসিদা মকওইবনি, জাতিগী মনুংদা পুকচেল খোইজেল তিন্নবা নুংশিনবা হায়বসিগী মরমদা

ঐনা কবি হায়জগদগে, ধর্ম্ম, লোল অমসুং আচাব ব্যবহাবনা জাতিগী মনুংদা অমনা অমবু নুংশিনবা পোকহল্লি। মহাসভাগী বিপোর্টতা লময়ানবা হিজম ইবাবতনা অসুম্না পল্লী "মণিপুবগী মনুংদা এসোসিয়েসন, সোসাইটি, ক্লব অসিনচিংবা ইবৈ লৈতে হায়বমক যাই, হায়বিবশিং অসি লৈববদি নিতিগী নৎত্রগা মবক মবক্তা মী মঙা তবাদং তিন্নদুনা পুক্লিংগী ব্রা ফোংদোক্লগনি, নুংঙাইবা অফবা দেশকী সমাজগী কান্নগদবা চাওখৎনবগী ব্রাবি তৌনদুনা মী অমগা অমগা নুংশিনবগী যৌবিনা শোইদনা পুনশিনগনি। অসিনা পুম্নমক্কী অমত্তা ওইবা লম্বী অমা শোইদনা ওইগনি। ব্রাফমশিং অসিমক মথক্তা নৈনখ্রিবা Cultural Revolution গী ব্রাহল্লোক অদুগা কযাগী মতিক কনশিলহল্লী হায়বদু য়েংবা য়াই, অসিগুম্বা যুম্ফম অসিনা ব্রহ্ম সভাগী অবোইবা মতম অদু পীগদৌবিবনি। নাকল অমবোমদা Culture গী Organisation ওইনা উজববসু মহাক্লা চংশিলল্লীবা থবকশিদি মান্নবা খুনাই অমগীদমক খুনাই মীয়ামগী হিংবগী মওং (Culture) অদু পুমহোং হোংহন্দুনা অওনবা অহোংবা মান্নবা খুনাই অমগী লম্বী যাৎপনি। মহাসভাগী অনিশুবা সেসন শিলচবগী তাবাপুব মান্দব কছাবদা তাং ২৬-০১-১৯৩৬, তাং ৩০-০১-১৯৩৬ ফাওবা তাঙ্কক নাইনা চৎথখি। মীফমদুদা জেনেবেল সেক্রেটবি, হিজম ইবাবতকী বিপোর্ট তা অসুম্না পল্লী - 'ওহ্লোকপা হিগায়ব্রা অমনা মী খুদিংগী নাকোংদা তত্তনা কান্নি 'মৈতৈ অনি তিন্নবা য়াদে, অশোমদা তান্নবতা হৌগৎলকপদা হিগায়ব্রা, খোংফম হেনজিনবা য়াদ্রিঙৈদা, অমবোমদা লৈতবা অব্রাৎপগী মৈনা চাকশিল্লকই। অবস্থা অসিদা হিগায়ব্রা অসি পুম্মুৎ মুথত্তবা য়াদে, হিগায়ব্রা অসি মন্ত্র ওনদবা য়াদে 'মৈতৈ অনি তিন্নদবা য়াদে' অসিতদা মৈতৈগী লাইবক ফবা নুমিৎ মশেক খব খব থোবক্কদবনি। নুংশিজববা স্বজাতিগী লাই গুরু ইপা ইপু ইচিন-ইনাও পুম্নমক, হৌজিক মতম অমা লাক্লে মতম অসিদদি তিন্নবা অমসুং শেমগৎপনা মক ওইবক্লে। লনাইগী, শাগেগী, লমগী নুংঙাইনদবা লৈববসু, জাতিগী ওইনদি নুংঙাইনদবা লৈফম থোক্তে।' অসিগুম্বা মহাকী বাঙাং অমদি ব্রাফমশি লৈতোন্দগী হায়বা মাঙ্গরবসু মসি "Infantile Disorder" হায়বদুগা মান্নবা ইচেল

অমদি য়াওবি হায়দবা ঙম্লোই। অসিগুম্বা লুপ মনুংগী চয়েৎনবা লীংজেল মান্নদবা, Counter Revolutionary গী ওইবা Process অসিদি থোক্কবা যাদবা অমনি, অসিগুম্বা খোঙথাং অসি ঙম্লিঙৈগী মতমদা কলহৌদ্রবদি Reactionary Force মপাঙ্গল কনখৎহন্দুনা ঈহৌদা খুবৌ থাংবা কযা থোকহন্দবা নত্তে।

তাং ২৭-০২-১৯৩৭, ০২-০৩-১৯৩৭ মহাসভাগী অহুমশুবা অধিবেশন্দা হিজম ইবাবতনা সভাপতিগী মহুৎ শিন্দুনা দায়িত্ব মশক খঙনা বর্ম্মাগী মন্দলেদা লৈবা বামোন খুঞ্জাওদা শ্রীযুক্ত গোকুলবলা শর্ম্মগী মান্দবতা ফমখিবা মিনিৎ৩ /৪ গী মীফমদা শ্রীযুক্ত হিজম ইবাবত না অসুম্না পনবা থেংনৈ - "হৌজিক মহাসভা অসিবু জাতিগী অমত্তা ঙাইবা বাজনিতিক য়াওদবা সমাজিক ধর্ম্ম উন্নতিনা খুৎলাই ওইবা সভানি হাযবদা কনানা য়ানিংলোইদগে, অসুক কুইবা ভাবতনা ব্রহ্মাদেশ পুল্লমই। যুগকী অনৌবা খোঙলৈদা ভাবত যুক্তবাষ্ট্র (Federation) ফংলবা মদুদা মণিপুব ষ্টেটসু য়াওববদি ব্রহ্মদেশ অসি বৃটিশ গভর্ণমেন্টনা শাসন তৌবা লৈপাক অমা ফনা ওইদুনসু মণিপুবীশিংগী অবস্থাদদি খবা হোংলমগনে হাযবা যাই। লৈবাক পুম্নমক্তসু অদু মঙায জাতি খুদিংমক মাগী মাগী জাতিগী কাংবু কাংবু নাইনা সমাজ মচা মচা শেমদুনা লৈবা ঙাক্তনি। ব্রহ্মপ্রবাসী মণিপুবীশিংসু ব্রহ্মাদেশ অসিদা পিক্তকপা মণিপুব অমা শেমদুনা লৈবা থোইনা অকাইবা লৈববোই, য়ুম পানবগীদমক জাৎ তাবসি খল্লুবদা অৱাবা অঙকপনা পুম্মম মমই, পুমশুম শুক্ষৎলি। অৱাগা মণিপুবগা মমাংঙৈদগী চাবৌ- মৌবৌনবকই। হিন্দু মণিপুবী নুপা অমনা অৱা নিংঙোল অমা লৌবদা জাৎ তাদুনা চৎখিগদবা অদু অৱা নিংঙোল অদুবু নিংথিনা শুদ্ধি তৌবিবগা বীক্ষা পিবিদুনা লৌশিনবদা কয়ামুক অকায়বা ওইগদগে, থুংফম তিন্নবা ধর্ম্মগী লম্বী হোংলকপদনি। অসিনা ঐখোয়গী মীশিং হেঙ্গৎলকপা জাতিগী চাওখৎলকপা নত্তনা কবি ওইগদগে।" নুপী সমাজগী মতাংদা অসুম্না হায় - " নুপীগী শিক্ষাদসু খ্বাই য়াওনা শিক্ষা পীনবা হোৎনদবা য়াদে-ইশম শম্বা সমাজগী খাইবোক ওইবিবী, নুপীনা শিখববদি হকচাংগী মশক ওইবা সমাজ অসি অর্দ্ধঙ্গ বোগনা নাববা মীশুম

অবাবা ময়োক্লনি।" অবোইবদা - "ব্রহ্মপ্রকসী অমসুং অতৈ মণিপুবী পুন্নমক্তা লাউজবি - পুক্লিংগী নুংঙাইনদবা পুন্নমক থাদোকপীয়ু মাঙখ্রগদৌববা ঐখোয়গী নুংশিববা জাতিবু কননবদা অমত্তা ওইনা পুকচেল লিংজেল তিন্ননা চঙবিয়ু, জাতিবু কন্নবা হোৎনবদা অবাবা খনবিগনু। থবক খুদিংদা খুৎমাননবা বাশক চেৎপিয়ু।

মথক্তা নৈনবিবা (১৯৩৪-১৯৩৭) অসি নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভানা তোঙান তোঙানবা খুনাইশিগী হিংবগী মওং (Culture) দা খুৎ থাদুনা অনৌবা মান্নবা খুনাই অমগী লালহৌগীদমক শেম শাবা মতমনি মসি ঐখোযনা 'Cultural Revolution' গী তাঙ্কক্সী হায়না লৌবা যাই। লময়ানবা হিজম ইবাবতকী বাজনিতিগী ঈচেলদা নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভানা হিন্দু হাযবা বাহৈশি লৌথোক্লনা বাজনিতি দল ওন্থোবকপা অসিনা "The Government of India Act 1935" অসিগা য়ান্না মবি লৈনৈ, মসি External Condition অসিনা নিখিল মণিপুব মহাসভা বাজনিতি দল ওন্থোকপ্রা হায়বদুনা মবম ওইবগা এক্ট ১৯৩৫ অসিসু নৈননিংঙাই ওইবি।

গর্ভনমেন্ট ওফ ইন্দিয়া এক্ট, ১৯৩৫ অসি সেম্নবগা পুল্লিবা লমশিংগা চপ চানা য়াৎথোক্লবা মাগী মাগী হিবমশিংদা মনিং তৌবা য়াবগী মওং শেমই, হায়বিবা ফেদেবেসনগী অপুনবা শক্তম অসিদা প্রোভিন্সশিং চিফ কমিসনাবগী মখাদা লৈবা বৃটিশ ভাবতকী লমশিং অমসুং ভাবতকী ষ্টেটশিং য়াওগনি। ভাবতকী ষ্টেটশিংদি ফেদেবেসন অসিদা য়াওনিংলগা য়াওবা য়াই অদুগা য়াওনিংদ্রগা য়াওদনা লৈবদা অকায়বা লৈতে। জোইন্ট সেলেক্ত কমিতিনা হায় :- ষ্টেটশিংগী মতাংদদি তৌদবা য়াদে হায়বা বাফম কবিশু লৈতে। নিংথৌশিংনা মখোয়না ফৈ হায়না খনবা মওংদা ফেদেবেসন্দা, য়াওবা নৎত্রগা য়াওদবা ঙমই। ষ্টেট অমনা ফেদেবেসন্দা য়াওনবগীদমক্তা য়াওশিন্নবগী পান্থে অমা নিংথৌনা সহি তৌগনি। হেন্দোকপা পান্থে অমমুক ইনবগা হান্ননা শিন্নম্রিবা হিবমশিং অদুগী মথক্তা পাঙ্গল হেন্না পীথোকপা য়াই"। এক্ট ১৯৩৫ অসিগী মখাদা বৃটিশ সরকারগীদমক ফেদবেল সবকাবনা পাঙথোক্লদৌবিবা পাঙ্গল অমসুং

থবকশিং অদুগা ফেদেবেসন্দা য়াওদবা ষ্টেটশিংদা পাঙথোকদৌবিবা মওং অদুগা খেন্নহল্লি। অসিগুম্বা 'External Factor' অসিনা ১৯৩৮ গী দিসেম্বর ২৯-৩০ নুমিৎ নিনি চুপ্না চীংঙা লম্পাক্তা মীয়ামগী ওইবা মীফম্না লোইলম অমদি নিংথৌ ব্রায়েলনা বাজনিতি দল অমত্তা লৈবা য়াদে হায়বদুগী মায়োক্তা Democracy গী মক হুনখিবা নুমিৎনি। খুনাই নৈনবোল অমা ওইনা হীবমশিদা কুপ্না নৈনজববোই, লাকচনিংলিবা ব্রাকমদি- নিখিল হিন্দু মণিপুবি মহাসভা (১৯৩৪-১৯৩৭) কী মহাক্কী Cultural Revolution গী পার্ট অদুনি। খুনাই নৈনবোল অমা ওইনা চহি তাঙ্কক অসি অতম্মনা কুপ্না নৈননিংবা ফাওহল্লবনো? হায়বগদি, ব্রহ্ম সভা Dominent Class/Rulling class কী অমত্তা ঙাইববা Intellectual নি, মখোয়গী Rule বু মখা শাংথনা থম্বা য়াননবা শেম্বা নিংথৌ অমদি মহাক্কী খুৎচাবী কাঙবুনি, খ্বাইদগী পাঙ্গল কনবা লুপ অমনি, লুপ অসি ইম্বুবগা, নিংথৌগী শক্তি ইম্বুবগা মান্নবিবনি মবমদি ব্রহ্মসভা ষ্টেটকী "Self Defence Mechanism' (SDM) গী মনুংদা য়াওবা অচৌবা লৈঙাক্কী চুঙ্গোই অমনি হায়বসি চুম্লবনি। মবম অদুনা লৈঙাক্কী মযোল থদৎপা হায়বসি অওনবা পাম্বা যাওললোইশিংগী অপাম্বা ওইফম থোকই। ১৯৩৪-১৯৩৭ ফাওবা মণিপুবগী খুন্নাইদা লৈবিবা অওৎ অনৈ কয়া কোক্লবা, কন্না থেংনৈ, নিংথৌনা মীয়াম্বু মনিং তৌনা ওৎলিবা অদুগী মাইয়োক্তা লেপ্পদা নত্তনা লৈঙাক্লোন অমসুং শেল থুমগী ঈহৌসু পুখৎলকই। নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা হেক লিংখৎলকপা নুমিৎতগী মহাসভানা মণিপুবী খুনাইগীদমক্তা তোঙান তোঙানবা ব্রাকৎ কয়া থাঙ্গৎতুনা থেংনবকই হায়বসি কবিনা তাকই হায়বা তাবগনি - মণিপুব কায়বা য়াবা মওংদা সুর্মা ভেলিদা লৈবিবা মৈতৈ - বিষ্ণুপ্রিয়া অনিমক্তা নুঙাইতবা ব্রাহৈ সবকাবদা পীবা মেমোবেন্দমনচিংবদগী লৌথোকউ হায়না ব্রাবেপ তাবম্বা, মণিপুবী পুম্নমক ইউনির্ভসিটিনা বিকোগনাইজ তৌবিবা মণিপুব লোল স্কুল ভার্নিকুলাব ওইনা তম্বগী ব্রাফম, মণিপুবিশিংনা অতোপ্পা জাতিগী নুপী লুহোংবদা অথিংবা থমদবা, ব্রাহ্মনশিংনা মৈতৈ নুপী লৌবগা মখুৎ চাবিদবা, মহাক্লা পোকচবা মচা চাকইন-খোমইনবা য়াদবা, কবিগুম্বা

খাইর্নাববগা মপামগী চক্ চাবা যাদবা অতোপ্পা মৈতৈ অমদা মযুম অমুক পানবা য়াদবা কয়াগী মায়োক্তা মৈতৈ নুপী অদুনা মপামদা হল্লক্নুনা লৈবা থোক্লবদি মহাক অদু মৈতৈ নিংঙোল অমা ওইনা লৈগনি, মণিপুরীশিংনা নন-মণিপুরী নিংঙোল লৌদুনা নৎত্রগা অতাপ্পা নন-মণিপুরীদা মযুম পানবশিং জাৎ তাবে হায়দুনা ইনথোক্নুনা থম্বীবন্না পুম্নমক শেংদোক্নুনা লৌখৎলম্মী। অসিগুম্বা ব্রাহ্মসভাগী কা হেনবা অমাং অশেংগী অমদি ধর্ম্মগী মীংদা মীনা মীবু ওৎপা নৈবা কয়াগী মায়োক্তা মহাসভাগী কর্ম্মি ব্রাহ্মনশিং অমাং অশেংগী মাযোক্তা লানথেংনবকপশিংগী মনুংদা সর্ব্বশ্রী বঙ্কবিহাবি শর্ম্ম, ললিতা মাধব শর্ম্ম, কাশিবাম শর্ম্ম (তিলজো) নচিংবনা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা চোংথোবকখি। ব্রাহ্মনশিংনা থৌনা ফনা চোংথোবকপা অসিনা ব্রহ্মসভানা মাংঙি তিন্নবা য়াবোই হায়বিবা কাঙলুপ অদু চঙ-চঙদুনা তিন্নবে, শেংদোকপিযু হায়কদ্রে, মাংলে হায়বিবা মীওই অদু শিবদা ময়াম চঙদুনা ধর্ম্মগী হাযবিবা কায়দনা পোৎলোইবে, শ্রাদ্ধ শোল্লে, ঈশৈ শকপা পুং য়ৈবসু শ্রীথোকচোম গোপাল সিংহনা মনোহবশাই শক্লে, কৈশাম বিশ্বরূপ অমসুং গৌবকিশ্বব শর্ম্ম অনিনা অমাংবা কাঙলুপকী পুং য়ৈবে, অসুম তৌনা ব্রহ্মসভানা মাংলে হাযবা কাঙলুপগী মীশিং য়ামখৎলক্লে। অদুনা ব্রহ্মসভানা অশেংবশিংগী কাঙলুপ ওইবে অদুগা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভানা অমাংবশিংগী কাঙলুপ ওইদুনা নাকপাক তানবা হৌবে। ইচম চম্বা নিংথৌনা সভাপতি ওইদুনা শেমখিবা কলচবগী লুপ অসি নিংথৌগী মায়োক্তা লৈবা তিংখং পানবা পাম্বী ওইবম্লে, পাইক পাইকবা মফমদা শোকনিংঙাই ওইবম্লে, মহাসভাগী কর্ম্মিশিংগা লোয়ননা মাংব-শেংবগী মায়োক্তা পোৎলোইদনা কীবদগী ফুন্নম্বা অশিবশিং লৈনুংদগী লৌথোক্লগা মীয়াম খোমদুনা পোৎলোইবে, মাংলে হায়না শ্রাদ্ধ তৌহন্দবা ইমুং ইবাবত মশানা ঈশৈ শক্নুনা শ্রাদ্ধ শোল্লে, দেব কর্ম্ম লুহোং খোংদোংবা পাঙথোক্লে, ব্রহ্মসভাগী বতম্না শেন্তেক নল্লকপা প্রজানা পীবিদ্রে। থবকশিংশিদা য়াওবমখৈ নিংথৌ অমদি ব্রহ্মসভানা ইম্ফোকপদা প্রজা পুম্নমক ইম্ফোকখিদুনা নিংথৌগী ইমুং মনুং ব্রহ্ম সভা খক্তা শেংবগী ফীভমদা

লৈবকপা তাখি। মণিপুবীগী পানা মবিগী লৈকাই অমদি খুঙ্গংশিংদা অমাংবা ইমুংদা চঙদুনা কর্ম্ম পাঙথোক্লুবনা ইবাবত অমসুং মহাকনা লৈবিবা লৈকাই খ্বাই যাইস্কুল জম্মষ্টান য়াওনা ইস্লোক্লে, নিংথৌ অমদি ব্রহ্মসভানা ইবাবতপু মাংলে হাযনা ইস্লোক্লুবশি অবাইবা অমা ওইবমদ্রে মবমদি মহাক মাংলে হাযনা ইস্লোক্লুবা অসিনা সদব পঞ্চায় কোর্ট অমসুং পঞ্চায় মেম্বব ষ্টাফ পুম্নমক মাংবা তাবিব্রা হাযবা ব্রাহংশি থোবক্লে, অসিগুম্বা অকনবা ধর্ম্মগী সংস্থান অনি লান কনশিন্নবক্লে, মতমদুদা ব্রাহ্মসভাগী ব্যবস্থাকাবি শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মাগী মথক্তা কেশ অহুম মণিপুব ষ্টেট দববাবদা থাঙ্গংখি, অহানবা কেশ বন্ধবিহাবি শর্ম্ম, দববাব ক্রিমিনেল কেশ নং. ০৬ ওফ ১৯৩৮, অনিশুবা কেশ, ইবাবত সিংহ, দববাব ক্রিমিনেল কেশ নং. ১৮ ওফ ১৯৩৮, অহুমশুবা কেশ, ললিতা মাধব শর্ম্ম, দববাব ক্রিমিনেল কেশ নং. ৫৬ ওফ ১৯৩৮নি। মতৌ অসুম্না দববাবনা কযাবক হন্না মাংবা শেংবগী স্কেন্দল অসিনা লৈবাক ইবাং থোকহনবনি হায়না ১৯৩৮ ইংগী জুলাই ২৭ কী মিটিংনা ব্রাবেপ লৌবকপদগী ব্রহ্মসভানা মীয়াম ওৎলম্বদু মক ফুক্তোকখি। মসিগী অহানবা (১৯৩৪-১৯৩৭) গী পার্টি অসি মণিপুবী খুনাইগীদমক্তদি Cultural Revolution কী পার্টি অমনি হায়না লৌজে মসি অইবা সোযাম ছত্রধাবি সিংহগী লাইবিকশিংদা শুগাইনা নৈনজবদসু য়াওবদি থেংনজে।

মীয়াম পুন্না চাওখৎ থৌবাংগী ব্রাখল ফোংদোকমিন্নবা য়াবগী হক, অদু থম্বা য়াবগী থৌবাং অমা শিনবগা লোযননা নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা পোকখি। সনা কোনুং বাসমণ্ডল, অনৌবা মাণ্ডপতা পাঙথোকপা মহাসভা সেসন্দা (৩০-০৫-১৯৩৪) শ্রীযুক্ত মণিপুবেশ্বব মহাবাজ সাব চুডার্চান্দ সিংহজী নৃপ চুড়ামণিগী অভিভাষনদা অসুম্না ফোঙদোকখি ঃ 'ঐগী নুংশিববা প্রজা পুম্নমক, ঙসি মণিপুব অমসুং বিদেশতা লৈবা মৈতৈ পুম্নমক পুকচেল অমত্তা ওইনা তিন্নদুনা মণিপুব জাতিগী মনুংদা অমগা অমগা নুংশিননা তিন্নবা হেঙ্গৎনবা অমসুং মণিপুব জাতিগী শিক্ষা, ধর্ম্ম অমসুং জাতিয়তাগী লম্বীদা চাউখৎনবা হোংনগনি

হাযবা উবদা ঐ থোইদোক্না নুংঙাইবে।" মসিমক মহাবাজদা লাকপা অচৌবা অহোংবা ব্রাখললোন অমনি হায়দবা য়াবোই।

অহানবা মহাসভা অসিদা পুন্না দেলিগেট ৩১১ না শরুক যানবা মিং পীখৎখি। হায়বিবশিং অসিগী মনুংদা মণিপুবগী মপান্দগী হাযবদি ত্রিপুবাদগী মেন্বব ২, আসামদগী ১, কাছাবদগী ৩৮, ধাকাদগী ১, বর্ম্ম (ব্রহ্মদেশ) দগী ২ অদুগা অতৈনা মণিপুবদগী ঙাক্তনি। (মৈতৈ মণিপুবী ঙাক্তনি)। সভা অসিদা পুন্না ব্রাবেপ ২২ লৌখি। মসিদা দেলিগেট ফী পীদুনা মহাসভা য়াওখিবশিংদি ২৫৪ বোমদনি। সভা অসিগী থ্বাইদগী থৌদাং চাওনা লৌবিবা স্বাগতকাবী সভা হাযবা শ্রীহিজম ইবাবত সিংহনা সভাপতি ওইবা অদুগা শ্রীঅকোইজম অমুবী সিংহ, শ্রীনোংমৈকাপ্পম গোপাল সিংহ অমসুং শ্রীনোংমাইথেম থানিন সিংহনচিংবনা সেক্রেটবিশিং অমসুং এসিষ্টেন্ট সেক্রেটবি ওইবা পুন্না সদশ্য ৫৮ না শাবা ১ শেম্মী। স্বাগতকাবী সভাগী সভাপতি শ্রীইবাবতনা পীখিবা অভিভাষণ (৩০-০৫-১৯৩৫) দা মহাসভা ফম্বগী মকুইওইবা থৌদাং অমদি মতৌগী মতাংদা অসুম্না পনখি ঃ- অহানবদা : লমদম তাম্না লৈনখ্রবা ইচিল-ইনাও ইপা ইচা পুনমকপু উনদুনা শকখং মাইখংনবগী খুদোংচাবা অমা। অনিশুবা: অমগা অমগা বুদ্ধি লৌশিং হোদোক্নবগী খুদোংচাবা অমা। অহুমশুবদা : অমগা অমগা নুংশিনবগী ব্রাখলনা পুন্নদুনা জাতিগী পাঙ্গল হেনগৎপা অমা। মবিশুবদা : শন্নপ্না জাতিগী উন্নতিগীদমক হোৎনবদা খুদোং চান্নবা। লোয়ননা শিক্ষা (মহৈ মশিং তম্বগী লমদা চাউখৎনবা, মাঙজিল থানবা হোৎনবা,) ধর্ম্ম অমদি জাতিগী উন্নতি হায়বসিদা মরু ওইবনি। মহাক্না পনখিবা মরু ওইবা ব্রাফম অমদি : জাতিগী মনুংদা পুকচেল খোইজেল তিন্নবা নুংশিনবা হায়বসিগী মবমদা ঐনা কবি হায়জগদগে। ধর্ম্ম, লোন অমসুং আচাব ব্যবহাবনা জাতিগী মনুংদা অমনা অমবু নুংশিনবা পোকহল্লি সম্মেলননা অফবা অমা ওই....।' স্বাগতকাবী সভাগী বিপোর্ট পীখিবা অমদি লানখৎলম্বদা শ্রীইবাবতনা অসুম্নসু পল্লম্মী: "মণিপুবগী মনুংদা এসোসিয়েসন, সোসাইটি, ক্লব অসিনচিংবা ইলৈ লৈতে হায়বমক য়াই। হায়বিবশিং অসি লৈববদি নিতিগী

নংত্রগা মবক মবক্তা মী মঙা তবাদং তিন্নদুনা পুক্লিংগী ৱা ফোংদোক্লগনি। নুংঙাইবা অফবা দেশকী সমাজগী কান্নগদবা চাউখৎনবগী ৱাবি তৌনদুনা মী অমগা অমগা নুংশিনবগী থৌবিনা শোইদনা পুনশিন্নগনি। অসিনা পুম্নমক্কী অমত্তা ওইবা লম্বী অমা শোয়দনা ওইগনি। নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা অসিনা চহি খুদিং ফম্বা তাববদা অসিগুম্বা ক্লব, এসোসিয়েসন, সোসাইটি অসি লৈববদা চাউখৎপা অমসুং থবক্কী খুদোংচাবা হাযবদু শোযদনা ওইগনি.... শেল থুমগী অমসুং অতৈ হিবমদসু অমগা অমগা মতেং পাংনগনি উন্নতিগী আশা অপুম্বা অসিদনি"।

মহাসভাগী অবোয়বা ৱাবেপ ওইনা মেম্বব (সদশ্য) ১৭ নাশাবা কম্মিটি অমা শেম্মী। মণিপুবদগী ৫, ধাকাদগী ১, ত্রিপুবাদগী ২, আসামদগী ২, বর্ম্মদগী ২, কছাবদগী ৪ অসিনি।

## ২ শুবা নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা ১৯৩৬ (তাবাপুব সেসন)

নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভাগী অনিশুবা সেসন শিলচবগী তাবাপুব মাশুব কছাবদা তাং ২৬-০১-১৯৩৬ ইংদগী তাং ৩০-০১-১৯৩৬ ইং ফাওবা তাঙ্কক নাইনা থৌবম পবেং চথবা হৌই। মহাসভাগী সেসনদি অবোইবা নুমিৎ তাং ৩০ দা পাওথোকই। দেলিগেট চামবিবোমনা শকক যাখিবা মহাসভাগী মীফম অসিমক য়াম্না থোইদোক্লা শিংথানিঙাই ওইখিবা মীফমনি। ব্রাবেপ ১৫ লৌই। মহাবাজ চুড়াচাঁন্দ সিংহনা সভাপতি ওইদুনা ফমখিবা মীফম / মহাসভা অসিদা মবাই ইবুংঙো শ্রীযুক্ত অতোমচৌবা সিংহ (অঙোম নিংথৌ, প্রসিদেন্ট চৈবাপ কোর্ট) না সহকাবী সভাপতি, শ্রীযুক্ত হিজম ইবাবত সিংহ (মেম্বব সদব পঞ্চায় কোর্ট) না জেনেবেল সেক্রেটবি, সেক্রেটবিনা শ্রীযুক্ত এস নবকান্ত সিং. বি.এস.সি অমসুং শ্রীযুক্ত খেলেন্দ্রচন্দ্র মুখোপাধ্যায়না স্বাগৎপাবী সভাপতি ওই। শ্রী চুড়াচাঁন্দ মহাবাজনা লুচিংবা মীওই ৩৮ বোম মণিপুবদগী চৎলি। অতৈ অতৈ লমশিংদগী হায়বদি নবদ্বিপতগী মেম্বব ৪, মণ্ডলেদগী ২, শিবসাগব (হাইচবা) দগী ২৬, বড় কোলা মণিপুবী বস্তিদগী ৬, নাগাঁও-হোজাইদগী ২, পুবি শ্রীক্ষেত্রদগী ২, ত্রিপুবা ষ্টেট ধর্ম্মনগবদগী ৯, শ্রীহট্ট (সিলেট) ৪১, কাছাব-ঝাপিববন্দগী ২০, বড় খলাদগী ২৩, ধুমকব (বড়খলা) দগী ৯, বামনগবদগী ১৪, শিলচবদগী ৪, বামনগবদগী (তুকো) ৪২, বড়বামপুবদগী ৯, লক্ষীপুবদগী ১১, জিবিঘাটতকী১, শ্রীবাবদগী ৫, শিবপুবদগী ৭, আশ্রলবুকতগী ২, ঝাঁশকান্দিদগী ১, সেঙ্গেবকদতগী ৬, জয়পুবদগী ২, বণবাজদগী ১৬, সুনাইদগী ১৫, বামপ্রসাদপুর (বাম) দগী ৭, গোবিন্দনগব (সোনাই) দগী ৬ অমসুং উধ্বরবন্দগী ১৩ অসিনচিংবনি।

মহাসভাগী জেনবেল সেক্রেটবি শ্রীইবাবত সিংহগী বিপোর্টতা অসুম্না পল্লম্মী "...ওম্বোকপা হিগাযবা অমনা মী খুদিংগী নাকোংদা তত্তনা কামলি 'মৈতৈ অনি তিন্নবা য়াদে।' অসোমদা তানবতা হৌগৎলকপদা হিগায়বা, খোংফম হেনজিনবা য়াদ্রিঙৈদা অমবোমদা লৈতবা অৱাৎপগী মৈনা চাকশিল্লকই। অবস্থা অসিদা হিগায়বা অসি পুম্মুৎ মুথত্তবা য়াদে, হিগায়বা অসি মন্ত্র ওন্দবা যাদে 'মৈতৈ অনি তিন্নদবা যাদে' অসিতদা মৈতৈগী লাইবক ফবা নুমীৎ মশেক খব খবা থোবক্কদবনি।.. নুংশিজববা স্বজাতিগী লাই গুরু ইপা ইপু ইচিন ইনাও পুম্নমক, হৌজিক মতম অমা লাক্লে মতম অসিদদি তিন্নবা অমসুং শেমগৎপনা মক ওইবক্লে। লনায়গী শাগৈগী, লমগী নুংঙাইনদবা লৈববসু জাতিগী ওইনদি নুংঙাইনদবা লৈফম থোক্তে"। সেসনগী অবোইবদা লম পুম্নমক্তগী মেম্বব য়াওনা মেম্বব ২০ না শাবা কার্য্যকাবী সমিটি ১ শেম্মী।

## নিখিল হিন্দু মণিপুবগী মহাসভা ১৯৩৭
## ৩ শুবা অধিবেশন

তাং ২৭-২-১৯৩৭ ইংদগী তাং ২-৩-১৯৩৭ ইং ফাওবা নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভাগী ৩ শুবা অধিবেশন (সেসন) তাঙ্কক নাইনা ফম্মী। মহাসভাগী সহকাবী সভাপতি শ্রীযুক্ত ইবাবত সিংহনা সভাপতিগী মহুৎ শিন্দুনা (শ্রীযুৎ মহাবাজ চুডাচাঁন্দনা মহাসভা মীফম থৌগল তৌখিবদগী) দায়িত্ব মশক খঙনা বর্ম্মাগী মন্দলেদা লৈবা বামোন খুঞ্জাওদা শ্রীযুক্ত গোকুলবালা শর্ম্মগী মাগুবতা ফমখিবা নুমিৎ ৩ / ৪ নিগী মীফম অসিমক যাম্না মায় পাক্লা চংশিনখিবা মণিপুবী সমাজদুগী শেমগৎ শাগৎপগী (সোসিয়েল বিফোর্মস) অয়ৌবা থাক্কী খোঙজং অমনি হায়দবা য়াবোই। মীফম অসি ফমদ্রিঙৈদা ব্রাহ্মদেশতা লৈবিবা মণিপুবশিংগী ফিভম কুপ্না খঙন্নবগীদমক শ্রীমান লালবলা শর্ম্মা কক্‌চিংতাবমগা লময়ানবা ইবাবতকা চিঠি ইন্নদুনা মাংজৌননা মণিপুবিশিংগী ফিভম খঙনবা হোৎনৈ হায়বসিসু থেংনৈ। সভা অসিগী জেনবেল সেক্রেটবীনা শ্রীযুক্ত ললিত মাধব চট্রপাধ্যায়না ওইখি। স্বাগতকাবী শভাপতি শ্রীযুক্ত চুড়ামনি শর্ম্মগী অভিভাষণদা অসুম্না হায়খি ঃ "... অমুক কবি হায়গনি ঐখোয়না নুংঙাইজবদি, চহি কয়াদগী ইপা ইপুগী জন্মভুমী ওইবা মণিপুব কৌবী ইমাগা কাইনবকপদগী সমাজগী চাওখৎপগী মঙান ফংদ্রবা মপী লৈত্রবা শনাওগুম লৈববা মতম কুইনা কায়নখ্রবা ইচিন ইনাও পুম্নমকপু অদুগা জাতিগী সমাজগী চাওখৎনবা নিয়ম পুম্নমক অদু মতম কুইনা পামজবকপা নুংশিবগী খৌবাংনা নোঙ্গৌবিগুম ঙাইবস্রা অদু মহাসভাগী জাতীয় গঙ্গাগী ইচেন্না চেহ্নবক্কুনা ব্রহ্মাদেশ য়ৌবক্লে। হৌজিক্তি অৱাৎপা সমাজগী লম্বী পুম্নমক ইচিল ইনাও ঐখোয় পুম্নমক তিন্নদুনা ঐখোয়বু করম তৌবগা ইমান্নবগী মীবক তিনবা ঙমগদগে হায়বা মরম পুম্নমক অদু খন্নদুনা

চাউখৎপগী মঙান খবদং ফংজহৌবগনি...।" লোয়ননা সহকাবী সভাপতি শ্রীযুক্ত ইবাবত সিংহগী অভিভাষণদা অসুম্না পনবা থেংনৈ। "হৌজিক মহাসভা অসিবু জাতিগী অমত্তা ঙাইবা বাজনৈতিক যাওদবা সমাজিক ধর্ম্ম উন্নতিনা খুৎলাই ওইবা সভানি হাযবদা কনানা য়ানিংলোইদগে। অসুক কুইবা ভাবতকা ব্রহ্মদেশগা পুল্লমই। যুগকি অনৌবা খোঙলৈদা ভাবতনা যুক্তবাষ্ট্র (ফেদেবেসন) ফংলবা মদুদা মণিপুব ষ্টেটসু য়াওববদি ব্রহ্মদেশ অসি ভাবত্তগী খাইদোকখ্রগনি। মতম অদুদা ব্রহ্মদেশ অসি বৃটিশ গভর্ণমেন্টনা শাসন তৌবা লৈপাক অমা ফনা ওইদুনসু মণিপুবীশিংগী অবস্থাদদি খবা মহোংলগনি হাযবা যাই। লৈবাক পুম্নমক্তসু অদু মঙায জাতি খুদিংমক মাগী মাগী জাতিগী কাংবু কাংবু নাইনা সমাজ মচা মচা শেমদুনা লৈবা ঙাক্তনি। ব্রহ্মবাশী মণিপুবীশিংসু ব্রহ্মদেশ অসিদা পিক্তকপা মণিপুব অমা শেমদুনা লৈবদা থোযনা অকাইবা লৈবোই। ... যুম পানবগীদমক জাৎ তাবসি খল্লুবদা অৱাবা অঙকপনা পুম্মম মমই, পুমশুম শুদ্ধৎলি। অৱাগা মণিপুবীগা মমাংঙৈদগী চাবৌ-মৌবৌনবকই। হিন্দু মণিপুবী নুপা অমনা অৱা নিংঙোল অমা লৌবদা জাৎ তাদুনা চৎখিগদবা অদু অৱা নিংঙোল অদুবু নিংথিনা শুদ্ধি তৌবিবগা দীক্ষা পিবিদুনা লৌশিনবদা কযামুক অকাযবা ওইগদগে, থুংফম তিন্নবা ধর্ম্মগী লম্বী হোংলকপদনি। অসিনা ঐখোয়গী মীশিং হেঙ্গৎলকপা জাতিগী চাউখৎলকপা নত্তনা কবি ওইগদগে।" নুপী সমাজগী মতাংদা শ্রীইবাবতনা অসুম্না পল্লম্মীঃ "অসুম্না নুপীগী শিক্ষাদসু খ্বাই যাওনা শিক্ষা পিনবা হোৎনদবা যাদে-ইশম শম্না সমাজগী খাইবোক ওইবিবী, নুপীনা শিখববদি হকচাংগী মশক ওইবা সমাজ অসি অর্দ্ধাঙ্গ বোগনা নাববা মীগুম অৱাবা মযোক্লে।" ভাষণগী অবোইবদা ব্রহ্মপ্রবাসী অমসুং অতৈ মণিপুবী পুম্নমক্তা লাউজবি পুক্লিংগী নুংঙাইনদবা পুম্নমক থাদোকপিযু-মাংখ্রগদৌববা ঐখোয়গী নুংশিববা জাতিবু কননবদা অমত্তা ওইনা পুকচেল লিংলেজ তিন্ননা চংবিয়ু, জাতিবু কন্নবা হোৎনবদা অৱাবা খনবিগনু। থবক খুদিংদা খুৎমাননবা ৱাশক চেৎপিয়ু।"

মগুলে সেসন্দদি পোলিটিকেল ইকনোমি অমসুং সোসিও লিটবেবিগী ৱাফমদা শ্রীইবাবতনা য়াম্না হকচিন্না লৌবম্বগী খুদমক কয়া

ফংঙি। মহাক্কী ভাষণদা অসুম্না মতাং অমদা পল্লিঃ "জাতি অনিগী মমাংঙৈদগী নুংশিনবা অসি তৎনদবা অমসুং পুকচেল খোইজেল তিন্নবা অসি চেৎশিনবা অসি আশা তৌই। মতমগী খোংলৈ যুগকী পোইবৈ মতুংইন্না চহি কয়াগী মমাংদগী কাযনবা খোঙ্গুল মুৎখিবগুম লৈখ্রবা ঐখোযগী জাতিগী ইপা ইচা ইচিল ইনাওশিং মথং-মথং খঙনবকপা উনবকপা পুক্লিংগী ৱা হোদোক্লবা ঙম্লকপা অসিদা পুক্লিংদা হাযফম থোক্তবা নুংঙাইবগী ঈথক্রা সমুদ্রগী ঈথকুম চাউনা হৌবকই। মণিপুব মচা ইচিল-ইনাও, ইচেম-ইনেম, ইচন-ইচা পুম্নমক মণিপুব মাতানা মচাশিংবু কাওদে, ইচিল-ইনাওশিংনা লাকপা ঙাইদুনা কুইনা কাইনববা মচাশিংবু ফংবগী হবাও তুজুং লোযননা পাম্বোম তিংথোক্তুনা তবাম-তবাম্না ওক্কনি। ঐখোযনা চীং কয়া, তুবেন কযা সমুদ্র লান্দুনা ইচিল-ইনাও, ইচেম-ইনেম, ইপা-ইচা উনকনি হাযনা লাকচবিবনি, শোল্লবী ইমানা ঙাইদুনা লৈহৌবি। নোংচুপ্তা লাপনা লৈহৌবিবী লাইবক থিবী মচাগী মপান চাদ্রবী মাতৃভুমিনা শম-না ইফা ফা, মোৎলবা শেগাযববা ফনেক নমখাংনা ফিজেৎ ওই, তত্তনা মিৎতা পিনা ইবা হৌ, তেংথা নাওই খোঞ্জেন্না মমাই নোংপোক ওন অৱাংবা চিংলোন কয়ানা য়েক্লবা ওইনা থৎতুনা মচাশিং মাঙখিবা থিবা লাকপদি ঙমদা, লৈবি হায়বদি তা নুংশিববা মচাশিংগী পাও হঙ্গদবগী ঙাইদুনা লৈহৌবিবসি অমুক্তং হন্না যেংসি। খ্বাই পুম্নমক উনজবগা ইমাগী নাক্তা হনখিবদা মচাশিংগী পাও হংলম্বদা লমদম তম্না লৈববসু নচাশিং পুম্নমক লাইবক থিববী ইমাবু কাউদ্রি, পুম্নমক পুকচেন তিন্ননা অমত্তা ওইনা ইমাগী সেবা তৌগদবগী হোৎনহৌবে হায়না হবাওনা পাও তমজনিংই। মণিপুবী পুম্নমক লম্বী অমত্তদা ইমাগী সেবা হৌহৌবে হাযনা ইমাদা হঙ্গৎচকনিংই।"

## ৪ শুবা মহাসভা মীফম ১৯৩৮ অমসুং হোংলকপা মশক (চিংঙা সেসন)

বৃটিশ ইন্দিয়ানা মপুং ফানা শেমদোক্লবা আইন The Government of India Act 1935 কী মখাদা প্রোভিন্স খবদা হায়বদি অসামনচিংবদা মীখল পাঙথোক্লবগী থৌবাং লাকখিবা অদুনা ইং শোক ১৯৩৮ গী চীংঙা লম্পাক্তা পাংথোকখিবা মহাসভাগী সেসনদা অচৌবা মম্মি তাই। চংশিল্লক্লিবা বাজনীতিগী অচৌবা / অকনবা মাইওন অদুদগী মহাবাজনা হন্দোকপা তাখি। লোয়ননা বাজ কর্ম্মচাবী পুম্নমক মহাসভা থাদোকপগী মবম লাকই। ১৯৩৮ ইংগী দিসেম্বব তাং ২৯ অমসুং ৩০ নুমিৎ নিনি চুপ্পা চীংঙা লম্পাক্তা মীয়ামগী ওইবা গনতন্ত্র, দায়ীত্বশীল শাসনগী মক হুনখি। হিন্দু হায়বা ব্রাহ্ে লৌথোকখ্রে। মণিপুবী হায়বদু মণিপুব ওনখ্রে। নিখিল মণিপুব মহাসভা হায়দুনা প্রজা মীয়ামগী ওইবা পোলিটিকেল পার্টি অমগী চপ চাবা ফিবেপ অদু লৈবে। ধর্ম্মগী মিংদা শেস্তেক কযা লৌবিবা, পানা লোযশঙ শেস্তেক যাইবেক শস্ত্রি, পোৎথাঙ বেকাব, পীয়ন, আমিনগী চাকথাক দোলাইবেং, পাঁচ অনা চন্দনগী শেনখাই, মাঙলনচিংবা মায়যোক্তা ব্রাবেপ কযা তাখি।

৪ শুবা মহাসভাগী চীংঙা লমপাক্কী মীফম ফমখ্রবা মতুংদা সবকাবনা মহাসভা অসি বাজনিতি দলনি হায়না লৌখি। মবম অসিদগী সবকাবগী কর্ম্মচাবিশিংগা মহাসভাগা তোপ্পা তোপ্পা লৈনবা হুকুম তৌবকখি। হুকুম অসিনা মবম ওইদুনা মহা সভাগী জেনেবেল সেক্রেটবি য়াওনা মেম্ববশিং মথং মথং মহাসভা থাদোকখি। শ্রীহিজম ইবাবত সিংহ পঞ্চায়ৎ মেম্বব থাদোক্কুনা অমদি শ্রীএলাংবম তোমপোক সিংহ লৌকশংগী কেবাণী থাদোকতুনা মহাসভাদা অদুম লৈহৌই। অসিগী মতুংদা সবকাবনা অকনবা মিৎয়েং য়েংশিনলকপনা মহাসভাগী ব্রার্কিং

কমিতিগী মনুংদা য়াম্না তোইনা হোংদোক হোংজিন লাকখি। অসিগীসু মথক্তা ডিসেম্বব ১৯৩৯ দা চেঙ তাঙবনা হকথেংনবা মবম ওইদুনা নুপীলান থোকলকপনা ইং শোক ১৯৩৯ দা মহাসভাগী চহিগী মীফম ফম্বা ঙমখিদে। নুপী লানগা মবি লৈননা তাং ৯-১-১৯৪০ ইংদা শ্রীইবাবত সিংহ ফাবৃবা মতুংদা মহাসভাগী প্রসিডেন্ট অসি হাঙদুনা লৈখি। অসিগীসু মথক্তা মণিপুব ষ্টেট ওর্ডব নং ১৪৩, তাং ১৩-১-১৯৪০ ইংগী মতুং ইন্না মহাসভাগী মীফম থা অনি ফম্বা য়াদে হায়না থোকখি। মমৈদা মীফম ফম্বা য়াদবগী মতম খবা অমুক শাংদোকখি। মণিপুব ষ্টেট সবকাবগী তাং ২৬-৬-১৯৪০ ইংগী ১৫ শুবা বাবেপনা মহাসভা ফম্বা য়াগনি তাখিবা বাবেপ অদু মহাবাজনা তাং ২৩-৮-১৯৪০ ইংদা ককখ্রে। অদুম ওইনমক দববাবসি প্রসিডেন্টনা হান্ননা মীফম ফমগে হায়না হোৎনবিবা মফম অদু হোংদোকলবদি মহাসভাগী মীফম ফম্বা য়াগনি হায়না ওর্ডব পীবকপদগী মহাসভাগী মঙাশুবা মীফম অসি তাং ২৫-৮-১৯৪০ ইংদা থৌবালদা শ্রীযুক্ত ললিত মাধপ চট্রপাধায়না সভাপতি ওইদুনা ফমখি।

মবক অসিদা তাং ৯-১-১৯৪০ ইংদা শ্রীইবাবত সিংহবু নুপী লানগা মবি লৈননা ফাখিবদগী নিখিল মণিপুবি মহাসভাগী সভাপতিগী ফম হাঙদুনা লৈবকলিবা অদু মেনশিন্নবা তাং ২১-৭-১৯৪০ ইংদা মহাসভাগী ৱার্কিং কমিতি ফমখি। ৱার্কিং কমিতিগী বাবেপ মতুং ইন্না শ্রীযুক্ত ললিতা মাধব চট্রাপধ্যয়বু মহাসভাগী সভাপতি হাপখি। মতুংদা মতম অদুগী জেনেবেল সেক্রেটবিগী থবক পুবম্বা শ্রীনোংমাইথেম থানিলনা থবক থাদোকপ্রবদা শ্রীএলাংবম তোমপোক সিংহনা অমুক জেনেবেল সেক্রেটবি ওইহৌই। অদুবু শ্রীতোমপোক সিংহ সবকাবনা ফাজিনখিবা মবমনা মঙাশুবা থৌবালদা ফমখিবা মহাসভাগী মীফম য়াওবা ঙমখিদে।

হৌজিক মথক্তা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা অমদি ব্রহ্মসভা তোঙান তোঙানবা কাঙলুপগী শক্তম খঙমিন্নপ্রবা মতুংশিদা ধর্ম্মগী লুপ অনিশিগী তোঙান তোঙানবা Intellectual অমদি Cultural ওইবা মশক্তু

নৈননিঙাই ওইবি। ঐখোযনা মথক্তা নৈনজিন্নিবা খুদিংমক কাঙলুপ নাইবা খুনাই (Class society) অমদা Dominant Class/Rulling Class অমদি Subordinate Class/Oppress People অনিগী মুক্সা Class Struggle গী খোঙচৎ ঙাক্তনি হাযবিবা কাঙলুপ অনিগী অপান্বা অমদি দবকাব লোইনা লৈ। অদু ওইবা তাবগদি ব্রাহ্মসভা কবম্বা কাঙলুপকী Intellectual নো ? মখোযনা পুথদুনা চৎনিংলীবা Cluture গী মযোলদু কবিনো ? মদু কবিগীদমক নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভানা থদৎনবা অঙম্বী থাক্তা হোৎনবিবনো ? হাযবদু মনুং হুৎচিন্না নৈনমিন্নবা তঙাই ফদ্রবগী মথক্তা ব্রহ্মসভানা মওং কযাগী মীওৎ -মীনৈ চৎথদুনা শেনখায় মযাম অমা খোমগৎলি, কবিগীনো ? লৈঙাক্কী যুম্ফম চেৎশিন্নবনি, লৈঙাক্কী মবা শাংথনবনি, নিংথৌগী অপান্বা অমদি দবকাবগী ব্রাংমদা থবক অমত্তা ব্রহ্মসভানা তৌদে, কবিগীনো ? State Machanısm গী মনুংদা যাওজবা মেচিন অমনি, মাগী মথৌদি ধর্ম্মগী মিংদা তেক্স খোমগৎপনি, মদুগী Intellectual Work তৌবনি, মদুগী শক্তিদুখক নিংথৌনা পীবনি, ধর্ম্মগী মীংদা মীযাম ওৎপনি মখোযনা ধর্ম্মবু খুৎলায ওইনা শিজিন্নবনি। মদু মুন্না যেংদ্রগদি ব্রাহস্তোক পীবা লুই, হৌজিক NH-39 Economic Blockade চৎথবগীদমক State Force না তানখাইবে, লাইবক থীবা থৌদোক্তা চীংগী মহেবোই খবা লৈখিদবা যাওগ্রে মদু State Machanısm গী মনুংদা যাওজবা Self Defence Machanısm গী চপ চাবা মথৌ শিজিন্নবকপনি, মদুদা মৈতৈ ইচিল ইনাওনা চীঙমী হাৎপনি হাযনা লৌবা য়াদে মদুগা চপ মান্নে। মবম অদুনা Antagonise Contradictıon অসি চন্না নৈনবা যাবক্তে হৌজিক তোঙান তোঙানবা মাযগৈদগী যেংবা তঙাই ফদে।

মীওইবনা খুনাই লিংদুনা হিংলকপদগী, হিংহল্লীবা যুম্ফম অদুদগী তোঙান তোঙনবা যুম্বী মযাম শেমগৎলকই, চৎনা- কাংলোন শেম্বা, বিজ্ঞানগী ব্রাফম, Philosophy, আইন শেম্বা, নাৎকী চৎনবী, মহৈ লোইশঙ, খুনাইগী চৎনবী, হিংবগী মওং, বাজনিতিগী ব্রা, ধর্ম্মগী ব্রা, লৈঙাক্লোনগী ফীভম পুন্নমক মীওইবগী ব্রাখলনা পুথোক্তুনা শেমগৎলকই, মসি খুনাইদুগী শেলমীৎকী যুম্ফম থোললিবা মওং, ফীভম অদুগী চাননবা

মওংনি অসিগুম্বা মীওইবগী ৱাখলনা শেম্বা (Activities of Mind) পোৎশকশিং অসি চপ চাম্বনা শেমখ্রবদি পাক হেক মুথৎপা য়াদে। অদুবু মীওইবগী ৱাখলনা শেম্লীবা খুনাইগী মশক মচু অসিনা খুনাইগী য়ুম্ফম (বেসিস) অসিদা অকনবা ইথিল (ইনফ্লেন্স) পীবা ঙমই, অমবোমদা হায়বগা Activities of Mind শিং নৎত্রগা Super Structure না বেসিসকী শকওং শদা, মওং মতৌ হোংদোকহনবা ঙমই, থুগাইবদি ঙমদে, অদুবু খুনাইশিংগী Socio-Economy Formation বু থুগাইনবা হোৎনবদা লম্বী পুথোবক্কদৌবিবশি Super Structure/Activities of Mind দগীনি,মসি থুগাইনবগীদমক Reformation Process তগী Revolution Process ওম্থোকপা অমা চঙই। ৱাফমশি মথক্কী ৱাবোলশিংদা নৈনখিবা ৱাফমশিং চিংশিন্দুনা গেংবীয়ু। লোইলম নৈঙাক অমদি নিংথৌ পানবা ৱায়েলগী মখাদা হিংলিবা মীয়াম কনানো ? মীয়ামদুনা খনগদবা, তৌগদবা থবক কবিনো ? মীয়ামদুগী ৱাখল লৌশিং কবম্না হোংদোকহনগদগে ? অবাইবা ৱা নত্তে। নিংথৌ হায়বসি অশেংবা বিষ্ণুনি / পাখঙবগী পাংখক্লী, নিংথৌনা ঙমদবা লৈতে, অশংবা চাগে মনিংনি অমুনবা চাগে মনিংনি, মহাকী য়াথংদি লাইমক্কী ময়াথংনি, লৈখা তাইহেদে, মায়োক্তা লৈবা মীশকশিং মশাদা লাইথুং পানগনি, নিংথৌবু চৈববদি চীন য়া কেনগনি হায়বা ৱাহৈশিমক মীচম প্রজাশিংদা থাজহল্লগা, কিহল্লগা Rulling Class না প্রজাশিংবু নমশিন্দুনা থল্লি, অসিগুম্বা বেসিস অসি থুগায়নবা হোৎনবদা কয়া ৱাবমগদবা খনফম থোকই। নিংথৌবু লাইনি হায়না হায়বিবা ৱাফমশি কনানা পুথোবকই খুনাইগী মরমদা মুন্না মশক খঙবা Intellectual শিংগী Mind গী Power দগী থোবকপা Knowledge/Experience অদুনি মখোয়না করি Experience ফংলিবা মীয়ামদা অসিগুম্বা ৱাফম নৎত্রগা অসিগুবা ফীবম অমা থল্লগদি নৎত্রগা অসিগুম্বা Education অমা পীবগদি মীয়ামশি অসিগুম্বা থাক অসিদগী হেল্লোই অদু ওইবা তাবগদি Rulling Class কী মপুক্তি শাংথগনি হায়বসি Intellectual শিংগী মথৌনি। অসিগুম্বা ফীভম অসি ৱৌরকপা মতমদগীদি Intellectual শিংগী মরক্তগীসু কাঙলুপ অনিগী মরক্তা তোঙান তোঙানবা

মাইগৈদা লেপ্লিংবা থোবকই, অমনা যাইতোং খমদোংবশিংগী পুন্সি মহিং মবক্তা হিংদুনা মখোয়গী কাঙলুপ্তুগী মপাঙ্গল শাংথননবা হোৎনবা অদুগা অমনা উপাই লৈজদ্রবা Mind গী Power লৈজদ্রবা মপোকশিমগী Intellectual পুথোকপা ঙম্লবোইদবা Oppress People শিংগী অৱাবা কবম্না কোকহনগদগে হায়বা কাঙলুপ অমনি। ৱাফম অনিশিগী মকওইবা ৱাফমদি Means of Production গী মপু লনাইনা ওইহনবা নৎত্রগা ওইহন্দবা হায়বা ৱাফম অনিশিগী Contradiction নি। নিংথৌ পানবা লৈঙাক হায়বসি পুথোক্লিবা পোৎকী মপু অদু লনাইনা ওইবগী ৱানি। অদুনা Intellectual অমগী দবকাব (Need) অমসুং অপাম্বা (Interest) খেৎনবগী মতুংইন্না তোঙান তোঙান কাঙলুপ অনিদা তোঙান তোঙান্না লেপ্লে। মসিনা ঐখোয় খঙই, খুনাইবু মশক মুন্না খঙলবা Mind গী Power নিংথিনা লৈববা Intellectual শিংনা মহুৎ শিল্লগা মাগী মাগী কাঙলুপকী মপাঙ্গল কনখৎননবা হোৎনৈ অদুবু মীনা মীবু ওৎপা খুনাইদা চৈথেং ফংলবশিংনা পুনশিনখিবা মতমদা কল্লিং ক্লাস কী মপুন্সি লোই অদুনা কল্লিং ক্লাসকী Intellectual শিংনা পুনশিনবা ঙমদনবা হোৎনৈ হায়বসি চুমই। ঐখোয়না মসিমসু খঙই মদুদি নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা কনাগী মহুৎশিনবা Intellectual নো ? ব্রহ্মসভানা কনাগী মহুৎশিনবা Intellectual নো ? Intellectual অনিগী দবকাব (Need) অমসুং অপাম্বা (Interest) নৈনদ্রগসু খঙবা ঙম্লে হায়না থমজগে। নিংথৌ পাল্লিঙৈগী মতমদা মীয়ামগী হীংবগী মওং (কলচব) শি Simple Commodity Production নি হায়বদি পোৎ পুথোকপদা মী শিজিন্নবগা পুথোকপনি, Means of Production গী মপু তঙ্খাই অমা কল্লিং ক্লাস কিনি, লৌউবদা শিজিন্নবিবা মী, লাঙ্গোল, ষণ, থাঙ্গোল অতৈ খুৎশু-খুৎলায় লায়ববা লৌমীনা পুথোকপনি। অসিগুম্বা ফীভমশিদা খবা হেন্না ফগৎহনগদবা, চাওখৎপা পামজবা মীওই থোবকই, মখোয়না কবম হায়না ফগৎহনগদগে হায়বদু খঙবা অদুগা নিংথৌ লৈঙাক্কী খুনাইদদি য়াবোইদবনা লৈঙাক্কী চৎনা পথাপ মুথৎতুনা মীয়ামগী হিংবগী মওং (কলচব) হোংদোক্লবা হোৎনবকই, Production Relation থুগাইনবা হোৎনরকই, নিংথৌ

লৈঙাক্কী হিংবগী মওং (কলচব) অসি মীয়াম্না পামদ্রে হায়বিবসি কবিনো? হায়বিবা হিংবগী মওং (কলচব) শি লোইনা হুন্দোক্লম্লগদ্রা? নত্তে, নিংথৌ পানবগী লৈঙাক্তা য়াওবম্বা কান্নদবশিং হুন্দোকখিগদৌবিবনি অদুগা অনৌবা খুন্নাই অমা শেমগৎলক্কদৌবিবনি। অদু ওইবা তাবগনি নিখিল হিন্দু মণিপুব মহাসভানা পুথদুনা লাক্লিবা Core of the Culture, Culture গী কবম্বা মযোলনো ? পুথদুনা লাক্লিবশি কবিনো হাযবদু য়েংমিন্নবা য়াই, ধর্ম্মগী মিংদা কা হেন্না মীওৎ মীনৈ, শেনখায় থুমখাইগী চৎনা পাথপ কযা মক ফুক্লা মাঙহনখ্রগা অনৌবা Democracy গী মক হুলহন্দুনা খুনাই মীযামগী অনৌবা হিংবগী মওং (কলচব) অমা পীখি হায়বসি ঐখোযনা খঙই অমদি নৈননিংঙাই ওইবি। মসিদা ঐখোযনা খঙই মদুদি হিংবগী মওং (কলচব) শিং লেংদনা খক লৈতে মসি অচেনবা পোৎনি, মবম অদুনা নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভানা মীয়ামগী হিংবগী মওং (কলচব) দা অচৌবা অহোংবা পুবকখি। নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা মশামকসু, কলচবগী লুপ ওইবম্বদগী বাজনিতি দল ওম্বোকখি।

লময়ানবা ইবাবতনা মণিপুবদা অনৌবা হিংবগী মওং অমা পুবক্লবগীদমক ১৯৩৪-১৯৩৭ ফাওবা কলচব বিভোলুসন মাযপাক্লা চঙশিনখ্রে মান্নবা খুনাইগী য়াওল মপুং ফানা চংশিনখ্রে, খুৎলায় পায়বগী লালহৌ মপুং ফানা চঙশিনবা লোইশিন্দনা চৎখ্রে, দেমোক্রেসিগী মক হুলম্লে অদুবু নেসনেল বুর্জুবাশিংনা বায়েলগী চুপ্পি মুন্দুনা পায়শিনখিবনা অবাবগী মশক্তি কোকহনবা ঙমদ্রি হায়বা য়াই। নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা ইচম চম্বা কলচবগী লুপ অমা নত্তে, ধর্ম্মগী মীহুৎসু নত্তে মাইখুম উপ্পা Culture Revolution গী ফম্পাক অমনি, Chinease Revolutionary Process তা অবিবা China গী মতমগা চাশিন চুশিন্নৌ হায়বা য়াদ্রবা Reactionary ওইবা মচৎশিংদুগী হিংবগী মওং (কলচব) অদু হোংদোক্লিমখৈ অনৌবা China অমা শেম্বা ওইখোক্কে হায়বা কমবেদ মাওগী বাখল্লোন অদুগা থোইনা খেৎনবা লৈতে, Class Society দা করম্বা ক্লাসনা কবম্বা ক্লাসপু ওৎলীবনো ? মুক্লরিবশি কনা কনানো হায়বদু খঙদোক্লিমখৈ Revolution ওইখোক্কে? মাওগী বাহৈদা

যেক্লবা কনানো ? মকুপ্না কনানো ? কনাগা কনাগা পুনগদগে ? হায়বদু অবাইবা নত্তে। মদু পুথোকপা হৈন্নবা হোৎনগদবনি। লময়ানবা ইবাবতনা লৌমীনা মকুপ ওই, সদব পঞ্চায় মেম্বর ফম থাদোকই কবিগীনো ? কনাগীনো ? চীংদা মান্দা তুম্ফম খঙদবা মখৈ লেনখিবদু মীংচৎকীবা ? মীংচৎকীদমক ওইববদি মতমদুদা লৈবিবা মী খুদিংমক, বি এ খুদিংমক মীংচৎ পামদব্রা ? লোইলম লৈঙাক্কী মখাদা হিংলিবা মীয়ামগী পুন্সি মহিং অদু হোংহন্দুনা মীনা মীবু ওৎপী নৈবীবা যাওদবা নিংতমজবা হায়বদু পামজবগী নত্তব্রা ? ঐখোয়না লোইলম লৈঙাক্কগী থাজবা কবিনো হায়বগীদমক্তা যাওল লাম্থেংনখিবা নৎত্রগা লোইলম শন্দোকপা ইংগ্রেজশিং অদুনা মখোয়গী লোইমী ওইনা লৈবিবা 'সিটিজন' অমগী থাকসু নত্তবা মীযাম অদুদা কবস্না Education, Health Service, Infra structure Development Scheme পীগদগে ? শেন্দোং তানবা লাকপা লোইলম মপুনা শেন্দোং মাঙগদবা কবি তৌগদগে। শেন্দোংগীদমক য়েংলগা লম্বী শেমগনি, থবক শুবীনবগীদমক লাইবিক তম্বীগনি, মখোয়গী ৱায়েল মহুৎ শিন্নবা খনগৎলবা মীওইদা নিংথৌ খুবম শীন্নগনি। অসিগুম্বা খুনাই মীয়ামগী হিংবগী মওং (কলচব) হেক হোংহন্নবা হোৎনবকপা মীওইদুগী চৈবাক্তী লৈঙাক্কী মায়োক্তা লাল হৌই হায়বগী মবালনি, লোইলম লৈঙাক্কী খুৎচাবী নিংথৌগী য়াথং মাযোক্তা কনাগুম্বা নুপী অমত্তনা মকোক থাদোক্লগা লমজাও সবক্তা চৎপা য়াদে, নুপা মখৈ 'লালুপ' কাগদবনি, লৌখোং তেংবা, থোং শাবা, লম্বী ককপা, লানবল শাবা মখল মখা কয়াগী থবক চৎথবতা নত্তনা নিংথৌ অমদি লৈমগী মপুক্লিং পেন্নবা সেবা তৌগদবনি হায়বগী হিংবগী মওং (কলচব) অসি Oppressed People না খাঙদুনা লৈবিবনি। মসি Oppressed People শিংনা মশাগী Class Concissness অদু লৈতবগীনি অমদি খঙদবগীনি। অদুবু Class Society দা শোইদনা Class Antagonise থোবক্তুনা বিভোলুসন থোক্তবদি য়াদে। নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা ব্রহ্মসভা অনি অসি Antagonise তাইশিন্নবা য়াদ্রবা মওংগী য়ান্নদবা ওই মবমদি শুমদুনা চাবদা য়ুম্ফম ওইবা খুনাই অমদা শুমদুনা চাবিবা অমসুং

শুমদুনা চাবীবশিং অনিগী মবক্তা যেৎনবনি মতম খুদিংমক্তা লেপ্তুনা চৎথৈ। ওৎপিববা অমসুং ওৎলিবা কাঙলুপ অনিগী মবক্তা যেৎনবশি খুনাইগী চাউখৎলকপগী থাক খুদিংদা থানবা যাদনা লৈবিবা মওংনি। অসিগুম্বা যেৎনবা মওং অসি খুনাইগী ওইবা য়াওলনা (Social Revolution) অমগী মতেংনা অহোংবা অমা পুবকই। মবম অদুনা নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা ইচম চম্বা কলচবগী লুপ অমা ওইনা লৌবা যাবক্তে, ব্রহ্মসভাগী Antagonise Force নি, অদুনা লুপ অনিসি Antagonise Contradiction লৈ অমবোমদা Dominant Class/Rulling Class কা Subordinate Class/Oppressed People অনিগী মুক্লবদু লৈ হাযবসি খঙবা ঙমই।

## "নুপী লাল অমসুং খুনাইদা ঈহৌগী অশেংবা মশক"

**বাহৌদোক :-**

"Political Agent Mr Gimson অমদি দববাবগী President T A Sharpe কী রিপোর্ট মতুংইন্না "নুপী লাল' থোবকপগী মবমশি মকওইনা শেম্লোক লম্বেল ওইগদবা তাংজফম কয়া অমা লৈঙাক্লা থিংজিনবা, লৌউবা য়াবা লমজাউ কয়া অমা লৈজববসু প্রজানা লৌউবা য়াবগী হক লৈতবা, মীযামগী পাঙ্গলবু শেল পীদনা নমদুনা শিজিন্নবা, শেনখায় থুমখায় ময়াম অমনা অকনবা চৈথেং পিবা, মাংবা শেংবগ অওৎ-অনৈ (মতমদুগী ব্রহ্মসভা, ঙসিগী ব্রাহৈদনা সবকাবগী ব্যুরোক্রেসিনা চৎথবা শেঞ্জা-থুমজা, হুবান চীম্বী) কযাগী মাযোক্তা হিজম ইবাবতনা মতম শাংনা শাগৎতুনা লাকপা ঈহৌগী ফলনি, চেঙ ফংদবা নৎত্রগা তাঙবা অদুনা ইমেদিযেট কোজ ওইবগা 'নুপী লাল' থোকপনি, মবমদি চেঙ ফংদবগী বাফম্না "নুপী লাল" থোকপা ওইবন্নবদি মিল ফিতা ককথৎতনা প্রজাদা চেঙ ফংহল্লবা মতমদা নুপী লাল নেম্লম্বা যাবনি, নেমথদবগী মবম মথক্তা পনখ্রিবা হিবমশিং অসিনা ওইফম থোকই। মবম অদুনা হায়বিবা অওৎ-অনৈগী (Exploitio i of Man by Man) নিতি নিযামশিং লৌথোক্তুনা Administrative Re'orm তৌববতদা 'নুপী লাল' নেমথখিবনি হায়বসিনি"। বাফমশিং অসিগা মবি লৈননা মতমদুগী লৈঙাক্লা মীয়ামদা কবি কবি অওৎ-অনৈ চৎথখি ? নৎত্রগা খুনাইদুগী Political Economy System নৎত্রগা খুনাইগী থাক নৈনদনা বাঙথক্তা নুপী লাল নৈনবা অচুম্বা ওইবোইদ্রা হায়বসি খুনাই নৈনবোলগী মহেবোই অমগী থাজবা বাখলগী পবিংনি। মণিপুবগী লম পুন্নমক নিংথৌগীনি, অদুনা মীওই খুদিংমক্লা চহিগী ওইনা ফৌ তম্বা, মকওইবা থাজনাদি মশা মশানা নিংথৌগী থবক শুবগী মওংনি, মসি শম্না হায়ববদা 'লালুপ' কাবা কৌই।

'লালুপ' কাবা হায়বসি বৃটিশশিংনা থেংনবা ফাওবদি 'নৈনদুনা থবক শুহনবা (Force Labour) নি, মশাগী চহি ১৬-৬০ ফাওবগী মনুংদা খোঙতেক মিৎতাং শোইনাইবশিং খাইদোকপ্রগা নুপা মখৈদি 'লালুপ' কাদবা য়াদে। মসি অচৌ-পিশক, লাইব-ইনাকখুনবা, খাযদনা কাদবা য়াদে। অদুবু শেল পীবগদি 'লালুপ' কাদবা য়াবস্মী (নিংথৌগী লৈঙাক মতমদা শেল পায়বা হায়বসি, নিংথৌগা নক্রবা ঙাইশেল অঙম-অথৌ নত্তনা লৈত্তে), অদুনা প্রজা অযাম্বদি লাইববা ওইবনা শেল পীনিংঙাই লৈতবনা 'লালুপ' কাবা হীকতোকপা য়াদে। হায়বিবা 'লালুপ' কাবা অসিদা লৌ উই, লাম্মী ওই, লম্বী শেম্মী, লৌখোং তৌই, যুম শাই, থোং শাই, উ যানবনচিংবা হায়বিবা থবকশিং অসি তৌবগীদমক অহেনবা এলাবেন্সনচিংবা অমত্তা পীদে, লাম্মীশিংগী থাগী ওইবা তলব নৎত্রগা চহিগী ওইবা অকক্রবা শেল অমত্তা ফংদে, মখোয়গী লৌ একব ২ / ৩ খাজনা থিদনা ফংলম্বা অদুনা লোয়বে। মবম অদুনা ফংলিবা লৌ অসিনা চবা অনি ফাওবা চাবা কোন্নদবনা মবম ওইদুনা মথবাই হিংনবগীদমক ময়ুম মকৈ থাকপা ঙম্নবা লাম্মী অয়াম্বনা খুদোংচাবা হেক ফংবগা খুঙ্গংশিংদগী লুট পাট তৌবগী থবক কয়া চৎথখি। অসিগুম্না খুনাইগী ওইবিবা থাক অসিনা কবম্বা ফীভম ওইহল্লকপা য়াবগে হায়বসি খন্থমিন্নবদা অদুমক উবা ফংগনি। মতাং অসিদা মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলনা ইবা 'Communist Menifesto' দা মীয়ামগী ইহৌ খুদিংমক য়াওল ইহৌগী ওইবা খোঙথাংনা হান্নগী খুন্নাই অদু অনৌবা অমনা শিন্দোকই হায়বা কয়া মচা খায়না ফোঙদোক্তুনা চৈথেং ফংলবশিংদা অনৌবা অশা কয়া ফাওহন্দুনা ময়োল্ল চোংহনখি। নৈহৎপীববা মীয়াম কাঙলুপকী অওনবা অহোংবা লানফমগী অহানবা খোঙথাংদি তুহৎ-নৈহৎপীববশিং অসিবু পুনশিন্দুনা লৈঙাক কাঙলুপপু ইন্দুনা অনৌবা মান্নবা খুনাই অমা লিংবনি, Democracy গী লানফম্বু জয় তৌবনি। মসিমক ইং কুমজা ১৯৩৮, ডিসেম্বর তাং ২৯-৩০ গী চিংঙা মীফম্বা 'নিখিল মণিপুরী মহাসভা' হায়না 'হিন্দু' হায়বা বাহৈশি লৌখোক্তুনা রাজনিতিক, অর্থনিতিক অমসুং সমাজিকী ওইবা বারেল কয়া লৌদুনা অনৌবা মাইঙল পুরক্লবা হোৎলখি।

ধর্ম্মগী মিংদা চৎথবা অওৎ-অনৈ অমদি তোঙান তোঙানবা ৱায়েলনা চৎথবা মীওৎ-মীনৈগী চৎনবী কযা পোলিটিকেল বিফোর্ম তৌননবা হোৎনখি অমদি মীফম্না দাবী কয়া তৌখি। ৱাবেপশিং অদুগী মনুংদা পনবা যাবা খবদি পুর্ন দাইত্বশিল শাসন লিংবা (ফুল বেস্পোসিবল গভর্নমেন্ট), সভালোক ভোৎনা (এদল্ট ফ্রাঞ্চাইজ) মীখল তৌবা, লাঙ্গোল পাযবনা লৌগী মপু ওইবনচিংবা যাওবি। অদুনা লময়ানবা হিজম ইবাবত অসি খুনাইগী অশেংবা Reformist অমদি Revolutionary অমনি। বৃটিশ লোইলম অমদি নিংথৌগী ৱায়েল মুথৎতুনা মীয়ামগী Democracy গী লৈঙাক লিংদুনা মীযামগী মথক্তা ওৎলিবসি কোক্কনি হায়বসি মতমদুগী লাইবিক-লাইশু হৈববশিংনা অঙাওবনি হাইনববসু ওৎপী নৈবীববা মীয়ামদা মীওৎ মীনৈ লৈতবা খুনাই অমগী ইহল ফাওহনখিবা লুচিংবদি লময়ানবা হিজম ইবাবত নত্তনা খুনাইশিদা পোক্লি, ঙসি ঙসিমক Manipur Legislative Assembly না অৱাংবা থাক্তা ইকাই খুম্নফম থোকপনি। অসুম্না Political Reformist Movement কী লম্বীদা চংশিলম্বদু ইং কুমজা ১৯৩৮ দগীদি মণিপুবগী পুৱাবিদা অনৌবা বাজনিতিগী মাইওল অমদা চংশিনবা হৌখ্রে। মতাং অসিদা Reformation অমদি Revolution গী ৱাহম্লোক নৈননিংঙাই ওই, শেমদোক শাদোক্তুনা ফগৎহনবা (Reformation) অদুগা পুমনৌ নৌবা, হান্নদগী লৈবম্বা মওংদগী খেৎনবা হেন্না ফবা খুনাইগী পুন্সি মহিংগা চুনবা মওং অমদা শেমগৎপা (Revolution) নি। অদুনা ইং কুমজা ১৯৩৮ অসি পুৱাবিগী তাঙ্কক্তা Reformation অমদি Revolution অনিগী লংদাইনি, অদুনা অনিশুবা নুপীলাল Revolution গী Part অমনি হায়জনিংই।

চহিচা (১৯৩৪ দগী ১৯৩৭ ফাওবা) মীয়াম্না খুনাইশিদা লৈবিবা নিংথৌ অমদি লোইলম শন্দোকপশিংগী অওৎ-অনৈ কয়া থেংনদুনা লাকই, লৈঙাক ৱায়েলগী মনুংদসু লোইলম শন্দোকপা বৃটিশশিংনা Political নৎত্রগা Administrative Reform তৌনবা হোৎনৈ। লোইলম লৈঙাক British Crown গী মখাদা লৈবা KCSI, Sir Churachand বু লৈঙাকহন্দুনা মনিং তৌনা ওৎলি, অসিগুম্বা মীওৎ-মীনৈগী মায়োক্তা

লেপ্পা লৈতনা নোংমা-নোংমগী মমুন ফাগৎলকই, লৈঙাক্লোন অমসুং শেলমিৎলোনগী ঈহৌ কয়া মাইখুম উপ্পগা য়াওলগী খোঙথাং ওইনা লিশাং শিংনা লমযানবা হিজম ইবাবতনা মীযামদা মৈ ঈক্লগা Steell Temper তৌই অমদি তঙাইফদবা যাওলগী দবকাব লৈবা অব্রাৎপা Subjective অমদি Objctive Factor শিং মেনখৎতুনা হাপচিল্লি। হিবম অসিদা মীয়াম্বু যাওলগী ঈহৌদা লমজীংনবগীদমক দবকাব লৈবা খুনাইগী মচলশিং শেমগৎলবা নৎত্রগা অমুক্তদা ওনবা য়াবগী ফীভম লৈবে হাযবা খঙলবা মতমদা লময়ানবা হিজম ইবাবতনা চহি চা ১৯৩৮ গী ডিসেম্বব ২৯-৩০ গী মবিশুবা নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভাগী মীফম্না 'হিন্দু' হায়বা ব্রাহৈশি লৌথোক্তুনা মণিপুবগী পুব্রাবিগী লৈমাইদা অবি অনৌগী লংদাই ওইবকখি। অমদি লৈঙাক্লোনগী ওইবা ব্রাবেপ কয়া পুখৎলকখি - মণিপুবদা মপুং ফাবা ব্রায়েল থৌদা লৈহনবা, চীঙ তমগী ব্রায়েল থৌদা পুনশিনবা অমসুং বানী গাইডিনলুংবু জেলদগী থাদোক্লবা দাবী কয়া থমখী। হায়বিবা চহিশিমক্তদা লিশাংশিংনা খুনাইদা চৎথবম্বা অওৎ অনৈ, মাংবা শেংবা তোঙান তোঙানবা ব্রাযেলগী চৎন-পথাপ আমিন চাকথাক, পিওন চাকথাক, দোলাইবেং, ম্নাবেক শন্ত্রী, পোৎথাং পুবা, পোৎথাঙ শুবা, তেবা পোৎথোক্রী শেনখাই, জল সম্বন্ধীগী শেনখাই, শেন্তেক শেনখাই, খেব্রা শেনখাই, ব্রায়েল লোয়্নশঙদা জবান পীবা মতমদা চীংমী অমসুং মহম্মদনশিংবু মনুংদা চংহন্দবা, চন্দোল শেনখায় তোঙান তোঙানবা ব্রায়েলগী অহকপা মীনা মীবু নমথদুনা থম্বীবা আইন কয়া লময়ানবা ইবাবতকী লিচিং মখাদা মথং মথং থুগাইদুনা শিংনবা হৌবকখি।

**মতমদুগী ব্রায়েল থৌদাগী অশেংবা মশক খরা য়েংমিন্নবা য়াই:-**

(১) মণিপুবগী লৈপাক ঙাকপা মতমদা নিংথৌগী মমিংদা মতমদুগী অঙম অথৌ, নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা হায়বিবা মতমদুগী ব্যুরোক্রেসিশিং অসিনা মবাল লৈজব্রবা মীচম প্রজাশিংদা ওৎপা নৈবা কয়াদা নিংথৌশিংনা Palace Revolution কোনুংগী লালহৌ চৎথদুনা নিংথৌ শিন্নবা হাৎনরক্তব্রা হায়বা কিবদগী অহকপা দন্দি অমত্তা পীবা ঙমদবা,

(২) ব্রায়েল লোইশংগী অঙম্বশিংনা অশোনবা প্রজাশিংবু মখোয়গী য়ুমদগী ফাদুনা পুবক্লগা জেলদা থমজিন্দুনা অমদি অঙম্বশিং অদুনা ফাবক্লিবা মীওইশিংনা শেল পীবা, ঙমদ্রগনা শাথিনা ফু-চৈবা তৌবগা, কিহল্লগা ওইদবা মবাল কযা হাযজিন্দুনা ব্রায়েলশংদা পুথোক্লুনা কেশ চৎথবা, শক্তি পায়বিবা অঙম্বশিংনা প্রজাশিংবু লুপা ১ তং তোনবগী ফাওবা ফাকুবগা ফু-চৈদুনা ওৎ-নৈবা, প্রজা খুদিংমক অচৌ-পিশক অমদি লাইব ইনাকখুনবা খাযদনা ব্রায়েল পথাপ্প। বিচাব তৌদবা,

(৩) মতমদুগী পুলিসশিং অঙম অথৌশিংনা চৎথোক চৎশিন তৌদুনা যেংশিনবা ঙমদবগী তঞ্জা লৌদুনা কা হেন্না শেঞ্জা-থুমজা তৌদুনা মীচম প্রজাবু য়াম্না থিনা ওৎ-নৈবা, শেল পীজবা ঙমজদবা ইচুম চুমজবা প্রজাশিংবু অচা শেল পীদে হায়দুনা অবানবা তৌকববা শেলদি পীজবা ঙম্বা মীওইশিংগী মীচংদা তোংশিন্দুনা ওৎ-নৈবগী থবক অসি য়াম্না তোইনা চৎথবা থবক্লী, খুঙ্গংদা হাৎন-শুনবা, ফুন-চৈনবা অমদি হুবান চিন্থীগী থবক তৌবা ফাওবা প্রজাশিংনা শেল খায়নদুনা দাবোগাদা পীহৌদ্রবদি মবাল অদু থংজিনবগী থবক তোয়না চৎথবা থবক্লী।

(৪) ব্রায়েলগী দন্দি পীবগী মওংশি মণিপুবগী ওইনা ব্রাহ্মন অমদা শিবগী দন্দি পীদে, ব্রাহ্মন অমগী মথক্তা পীবা য়াবা খ্বাইদগী চাওবা দন্দিদি মণিপুবদগী তাম্থোকপনি। নুপীশিংদা শিবগী দন্দি খক পীদে, কনাগুম্বা নুপী অমনা যাম্না তুক্কচবা নৎত্রগা ইকাই হঙ্গোইবা থবক চৎথববদি তৌকবিবা মবালদুগী মথক্তা "খোঙ্গোয়নবা" হায়বা দন্দি অসি পী। দন্দি অসি ফংলবা নুপী অদুদা মখ্বাংদা শেৎপা অপিকপা ফনেক অমত্তং নৎত্রগা মফি থোংদনা, মথবাক্তা অঙাংবা তৈশিল্লগা মফৈগন অনিদা শুমজিৎ অমমম পুনশিল্লগা মখ্বাংদা থৌবি থুবগা নুমিদাংব্বাইবম মী তিনখৎলকপা মতমদা কৈথেলদা চিংদুনা পুবনি, অদুগা অতোপ্পা অমনা মোবে থনাদা লোই থাবনি।

(৫) ব্রায়েল লোইশঙদা মোহামদান অমত্তা নৎত্রগা চীংমী অমত্তা ব্রায়েলশংদা চঙহনবা য়াদবা, চঙলুবা থোক্লগনা শেংদোকপা অদুনা

মোহামদন নৎত্রগা চীংমীশিংনা শাক্তি পীবকপা মতমদা ব্রায়েলশংগী মপান্দা লেপ্পগা পীবা, অমাং-অশেংগী চৎনবী য়াম্না কন্না লৈবা,

অসিগুম্বা তোঙান তোঙানবা ব্রাযেল লোইশঙগী অহকপা চৎন-পথাপ কয়া খুনাইদা লিশাং শিংনা চৎথবকপনা মবম ওইদুনা খুনাইগী লালহৌ থোবক্লবগী অচৌবা মবম অমা ওইবগা মণিপুব খুনাইদা "নুপী লাল' থোবক্লবগী মবম ওইহল্লকখি, চহিচা ১৯৩৮ গী নবেম্ববদা নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভানা শিন্দুনা মীওই ৩৫৬ না খুৎনম পীববা চেবোল অমা মণিপুবগী নিংথৌদা লানখৎখি অমদি আইন মঙা লিংবা অদুগা কাউন্সিলবশিংগী মনুংদা দববাবগী মেম্বব হাপ্পবা দাবী তৌখি। মখা তানা নিংথৌদা পীশিনখিবা মহাসভাগী চেবোল অমগী মতুংইন্না মীকোক ১০০ না শাবা আইন মঙা অমা থম্বা, মীকোক ৮০ না মীখল অদুগা ২০ না নিংথৌনা হাপ্পা, চেবোল অসিগী মখাতানা বেলোটকী পাম্বেনা ভোট পীবা হাযবনচিংবা ব্রায়েল পথাপ শিন্দোকপগী দাবী কয়া তৌখি।

খুনাইশিগী লৈঙাক্লোনগী ঈহৌগী পুবাবিদা অকনবা শাফু পীবিবশি চহি কুমজা ১৯৩৯ গী ডিসেম্বব ১২ দা থোকখিবা নুপী লালহৌনি। 'নুপী লাল' অসি নিংথৌ অমদি লোইলম শন্দোকপশিংগী ব্রাযেলগী শেলমিংলোনগী থৌশিল অমদি মবব্রাবী লল্লোনবশিংগী মথক্তা চথখিবা চাক তাঙবগী ঈহৌ ওইববসু মতুংদদি লৈঙাক ব্রায়েল থৌদাগী চৎন-পথাপ পুম্বা পুমহোং হোংদোক্লবা চঙশিনখিবা ঈহৌ অমবা হায়বসি হংবা যাবা ব্রাহংনি। মতম অদুগী দববাবগী President, TA Sharpe কী ব্রাহৈদা "১৯৩৯-৪০ গী নিংথমথাদা থোকপা নুপী লাল অসিনা মণিপুব ষ্টেটতা অহোংবা পুবক্লবগী ব্রাফম মকোক্তা পুখৎলম্মী"।

**খুনাইদা নুপী লাল থোকখিবগী ওইথোকপা য়াবা মরমশিংদি :-**

**(১) থোইদোক হেন্দোক্লা মালেমগী অনিশুবা লাঙ্গাওনা মবম ওইদুনা Europe তা চেংয়াম পৈশিন্দুনা লাম্লীশিংগী চানবগীদমক লেপশিল্লবা মতম্লী। অদুগীসু মথক্তা শেঙ্গাও পায়বা য়োকখৎপগী নিতিনা মবম ওইদুনা**

লাযববা ইনাকখুনবা থোবকপা মতম্মী। মদুগীসু মথক্তা মোনোপোলি কেপিটেলিষ্টশিংনা মনিং তৌনা চৈথেং পীবকখি, লিশাংশিংনা চংথবকপা ব্রাযেলগী মীওং-মীনৈ কযা লমহাং মযাম অমা লৈজবগসু মীযাম্না নিংতম্না শীজিন্নবা যাদবা, মাংবা-শেংবা, নম্ফুদা মীয়াম্বু শুহনীংবা মওংদা ব্রাযেলনা শিজিন্নবা কযানা শেন্থোক লম্বেল পুম্বা থিংজিন্দুনা খম থেংনা অৱাবা কযা পীবকপা, লমজাও লমহাং মবাং কাইনা লৈজবা তাববসু লাযববা মীযাম অমতনা লৌ উজবা ফংদবা, পাংতা ঙা ফাবা য়াদবা, যেলহাং-কেংঙোই, থম্মৌ তানবা যাদবা, ই ফানবা যাদবা, উ যানবনচিংবা অমত্তা যাহন্দবা মবম কযামকমশিনা শেন্থোক লম্বেল পুম্বা থিংজিন্দুনা খম থেংনা অৱাবা কযা ওইবকপনা ঈহৌ থোবকপগী অহানবা মবম অমনি।

(২) অনিশুবা মবম্না নুপী লালগী ব্রাহৌশিমক মহৌশাগী খলনা অকাইবা পীবকপনসু মবম অমা ওই, পোইনু পন্থামক্তদা ফৌ চেঙ তাঙশিল্লকপা, তাঙলবসু তাঙনা ব্রানবা ফংনবক্তবা, চাক তাঙবগী অকিবা পোক্লকপদগী ওইবকপা মবম অমসুনি। চহিদুগী সেপ্টেম্বব (লাংবন) থাদা লৌবোক পন্থাদা ফৌথোক ব্রাংলগনি হাযবগী মীপাইবা মীযামদা ফাওনখি। ইং শোক ১৯৩৯-৪০ গী Manipur Administrative গী রিপোর্ট মতুংইন্না চহিদুগী জুলাই অবোইবা চযোলদগী আগষ্ট অহানবা চযোল ফাওবদা নোং কন্না চুবদগী ফৌ অমদি মনামশিং কযা মাঙ তাকহনখি, অমুকসু সেপ্টেম্বব অবোইবদা অমসুং নবেম্বব মযাই চল্লকপদসু লেন পাক্তক্লনা তাবদগী লোক্কদৌবিবা ফৌ কযা মাঙ তাকহনখি। চহিদুগী ফৌ থাখিবা লৌফম পবি লিশিং হুম্ফুতবামবিবোম্নি, ঈচাওনা মাঙ তাকহনখিবা লৌফম্না পবি লীশিং মাপল্লোম্নী। পবিদা থোকপা ফৌথোক্কী চাংনা ফৌ পোং ২৯ বোম্নী। ফৌদীগী পবিদা ফৌ পোং ২ /২ গী চাংদা খাকহৌবগা পুন্না ফৌ পোং লাক্ষ ১৭,৫০,০০০ (লাক্ষ তবা তবেৎ লিশিং যাঙ্খৈ) নি, তঙাযফদনা দবকার লৈবা ফৌগী চাংনা লাক্ষ ১৮,০০,০০০ (লাক্ষ তবা নিপাল) দগী তাদনা পানবনি। মতম অদুদা চেঙ তক্লবা মিল সহবদা ১৩ (তবাহুমদোই) অদুগা শেকমাই মাইগৈদা ১ (অমা) পুন্না ১৪

(তবামবি) লৈ, মণিপুবগী অমত্তা ঙাইববা শেল লাক্লবগী লম্বিসু মপালদা চেঙ থাদোকপনা ওই, মতম অসিদা ইম্ফালদা ফৌ সংবাইদা চাওবাক্লা (কে জি. ৩০ নি, নযা পৈশা ৫০) নি। তোঙান তোঙানবা মবিপুবগী মফমশিংদগী ষণ গাডীদা পুখৎলকপা চেঙশিং অদু লপ্লোং কৈথেল, কোংবা কৈথেল, শিংজমৈ কৈথেলদা প্রজাশিংনা ফৌ চোইনা ব্বানবা অসি মতম কযাদগী চৎনবক্লবা চৎনবী অমনি। অদুবু চহিদুগী খ্বাইদগী ব্বাবা মতমদুদা তক্লবা চেঙ অমসুং চেঙপাক্কী চাং অসি ইং শোক ১৯৩৮, জুলাই ১ দগী ১৯৩৯ জুন ৩০ ফাওবগী বিপোর্ট মতুংইন্না চেঙ মোন ৩,৭২,১৭৪ সেব ৩৭, চেঙপাক মোন ১,৯৮,৫৫৪ সেব ৩২ অসি মপাল লমদা থাদোকখি (হাযবিবশিংসি দবকাব লৈবা ফৌগী চাং ফাওবা ফংদ্রবা মতমদুদা মোনোপোলিষ্টিশিংগী খুৎতা তাখি হাযবগী খুদম্মী) মসিগী মনুংদা সবকাবগী ওইনা কোহিমা বটালিযন, সিবিল জেল অমসুং হোস্পিটাল দা চেঙ মোন ৯,১০৩ সেব ৪ ছটাক ১৪ নি।

(৩) অহুমসুবা মবম্না ফৌথোক ব্বাৎলগনি হাযনা মীপাইবা পোক্লবিগে চহিদুদা মোনোপোলিষ্ট শেঞ্জাও পাযবা শেন্দোংগীদমক থবক তৌবা মীওইশিংনা মাংজৌননা শেল থাদদুনা ফৌমাই চাবী থীদুনা ফৌদমশেল থাদুনা ফৌয়াম অমা লৌমীশিংদগী খোমগৎনবগী অবোনবা থৌবাং কয়া লেপ্পা লৈতনা মফম মফমদা চৎথখি, অসিগুম্না অবোনবা থৌবাং কয়া অসিনা মবম ওইদুনা ফৌ শঙবায়দা পৈশা ৫০ পীবম্নদগী লুপা অমা যৌবকখি, লুপা ফাওবদা ব্বানবা ফংনবক্তবদগী ফৌ খব-খবা ব্বাঞ্জবগা হিংজবম্বা, চেঙকোক শুদুনা হিংনবগী শেন্দান লম্বী ওইজবম্বী লাইববা মীওই কয়াগী শুফম নোমফম লৈবক্তবতা নত্তনা কৈথেলদগী নোংমগী ফংলকপা শেলনা চেঙ ব্বাল্লগা মযুম মকৈ খাকচবিবা মীয়ামগী নোংমগী পুক্সিবোলদা অব্বাবা পোৎলুম কয়া ওইবকখি। তশেংনমক মোনো পোলিষ্টশিংগী অবোনবা থৌশিল অমদি শেন্দোংতগী খনবা মীৎয়েং অদুনা খুৎশেমগী চাক তাংবা থোক্কহন্নবগী অচৌবা মবম অমা ওইহনখি।

অসিগুম্নবা তমথিববা শেঙ্গাও পাযবশিংগী মশাগীতা খনবা ব্রাখল অসিদগী ব্রাহৌ ওইদুনা চেঙ তককম মিলশিংদা মপালদা চেঙ থাবা থিংননবগী ব্রাকৎ লাকপা হৌবকখি। হিজম ইবাবত মশামক্রা ইং শোক ১৯৩৯ গী সেপ্টেম্বব তাং ৯ দা দববাবগী প্রসিদেন্টকী খুখাংদা মণিপুবগী চেঙ মপাল লমদা থাদোকপা থিংনবা দাবী তকশিনখি, অদুদগী মতম খবগী ওইনা চেঙ থাবা লেপ্পবগী হুকুম সেপ্টেম্বব ১৩, ১৯৩৯ দা থোকখি, অদুবু দববাবগা মান্নবগা চেঙ থাবগী অবিবা পাসশিং শিজিন্নদুনা চেঙ থাবগী থবক লেপ্তুনা চঙশিনখি। হিবমসিদা হিজম ইবাবতনা মবব্রাবী কববাব ব্রালাশিংগা নিংথৌগা মান্নবগা চংলিবা লিচৎ শাজৎ অসিনা মণিবপুব প্রজা মীযাম চবা হেল্লগনি হাযনা অকনবা প্রতিবাদ তৌবগা লোইননা মবব্রাবি গুদামশিং খুদক্তা চ্যেক তৌনবা তকশিনখি, নাকল অমবোমদা কষ্টুবচান্দনা চেঙ থাবা থিংনবগী হুকুম হন্দোক্লবা কন্না হোৎনখি।

ইং কুমজা ১৯৩৯ গী ডিসেম্বব ১১ দা নুপী লিশিং ২ বোম্না State Darbar দা চৎতুনা খুদক্তগী চেঙ তাঙবা থিংননবা ব্রাকৎখি, নুমিৎতুদা Darbar গী President, TA Sharpe লৈবমদবদগী তাং ১২ দা মবিপুবগী মাইগৈ কয়াদগী হাইগংলকপা নুপী লিশিং ৩ বোম্না অযুক পুং ১১.০০ বোম তাবদা শ্রীমতি অবিবম চাউবীতোন, লোইতাম তোম্বীমচা, লিসম ওংবী ইবেন্ধন (মোংজম লৈম), ব্রহ্মচাবিমযুম খম্বীনচিংবা লুচিংবী কযানা মীয়ামগা লোইননা দববাব তম্না চংশিনখি দাববাব যৌবা মতমদদি মৈতৈ মচা দববাব মেম্ববশিং অমত্তা লৈবমদবা, মহাবাজদি নবদ্বীপতা চংখীবনা হিবমশিদা TA Sharpe মশাম্না খুং থাবা ঙমদে, মপালদা চেঙ থাবা, এজেন্ট হাপ্পা ঙম্নমক মহাবাজগী মথৌনি হায়খি, অদুবু খুদক্তা মহাবাজদা টেলেগ্রাম তৌদুনা খঙহন্নবা তকশিনখি। অদুবু TA Sharpe পু লৌবা লাকপা আসাম বাইফলসকী কমান্দেন্ট মেজব বুলফিলদা, সিভিল সার্জন মেজব ক্লিউমিক্স লোইনবকপা সিফাই ২৫ য়াওনা মণিপুব পুলিসগী ইন্সপেক্টব খোমদ্রাম ধনচন্দ্রা (খোমদ্রাম অইংবী) নচিংবনা নুপী মীয়াম কোয়শিন্দুনা থমখী, নুপী মীয়াম্না 'মিলদা

চেঙ তকপা থিংউ, মপালদা চেঙ থাবা থিংউ" হায়বনচিংবা খোলাও লাওবা হৌবকপদা লাথী চার্জ তৌবা, নোংমৈ বটনা কনথৎপা, সঙ্গীন্না থিন্দুনা মীয়াম তকথোকপা .হৌখি, খুদক্তা সঙ্গীননা শোকখিবা নুপী ১৫, পুলিসগী লাথী চার্জনা থীনা শোক্লবা নুপী ৩ অদুগা শোক্লবা নুপী ১৭ নি হায়না তোঙান তোঙানবা রিপোর্ট তৌবি। অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা লময়ানবা হিজম ইবাবতনা কছাব লৈপাক্তা লৈশ্রবসু মহাসভাগী কর্ম্মি লাইশ্রম কহায়, মোংজম বজয, লাইশ্রম কুল্লবীধু, তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী, লাইশ্রম বামশিংনচিংবনা নুপীশিংগা লোইননা ঈহৌ চঙশিনবা লেপত্রি, Political Agent Mr Gimson না Assam Governor দা পিখিবা রিপোর্ট মতুংইন্না ডিসেম্বর ১৪ গী নুংথিলদা টেলেগ্রাম ফংই, ডিসেম্বর ১৫ অয়ুক্তগী কছাব থাদোক্তুনা তাং ১৬ কী নুমিদাংবাইবম পুং ৫ ১৫ দা ইম্ফালদা থুংই হায়না পল্লি। খুদক্তা লময়ানবা হিজম ইব্যবতনা চিংমৈবোংদা নুপী মীয়ামগী মীফমদা বা ঙাংদুনা ঈহৌগী ইনোৎ পীখি। অসিগুম্বা ঈহৌগী পাঙ্গল, নমথবা ঙমদবগী মবম হিজম ইবাবতনা ইনশিনবদগীনি হায়না সবকাবনা লৌবদগী মহাক্কী মথক্তা মবাল পীবা যাবা তাঞ্জা লুম্বা হৌখি। লোইননা ইং কুমজা ১৯৪০, জনুৱাবী তাং ৭ তা পুলিসলেন্দদা ফমখীবা মীফমদা "মীয়াম্না তেলেগ্রাম ওফিসকী থৌদোক নিংশিংবীয়ু। চেঙ খুয়া অমা ফংনবা হায়জবদা ঈ খুজোক অমগা শিন্নবা, ঈগী লমন ঈনা শিংদুনা চেঙ থাবা থিংগদবনি। ব্রহ্মনীশিং অমদি ইমা ইবেলশিংগী ঈ তাববা ফাওবা নুপাশিংনা জেলগী ফক্লাং কিবদগী তুমিন্না লৈথোকফম থোকপ্রা ? ইমা ইবেলদগী তাখিবা ঈগী লমনশিংসি নিংশিংবিয়ু। কসিয়াগুম্বা লৈবাক্তা থৌনা ফবশিংনা মবৈবাক কনখিবা। ঐখোয় পুম্নমক লিংজেল মান্নবগী লংনা পুন্দুনা হৌবসি" অসিগুম্বা ৱাফোংদোকশিং অসিগী খুদোংচাবা লৌবগা ইং শোক ১৯৪০ গী জনুৱাবী তাং ৯ দা ফাখি অমদি মার্চ্চ তাং ২১ দা বিচাব চংথববা মতুংদা ভাবত দন্দ বিধি আইন ১২১ (ক) গী মতুংইন্না চহি অহুম জেল পীখি। হিজম ইবাবত্তা নত্তনা শবি দেবী, তোংগৌ দেবী, লৈপাক লৈমনচিংবা নুপী লুচিংবী ময়াম থা ৬ / ৯ গীদমক জেল পীখি। পেন্দ্রবা নুপী মীয়াম্না প্রতিবাদ ওইনা চহি অমা হ্বাইরম্বম কৈথেল কাদনা মুখৎতুনা থমখি।

## নুপী লাল নেমথহন্নবগী মতাংদা থমনবকখীবা মীৎয়েং

নুপী লাল নেমথহন্নবগী মতাংদা নিংথৌনা দববাবদা পান্থে খবা পুথোক্লবা থমই, দববাবগী প্রসিডেন্ট অমদি অতৈ মেম্বরশিংনা মবনাই ওইবা ব্রাফম কয়া থাঙ্গৎনবকই - (অ)- (১) এস. ডি, ও অহুম/মবি হাপ্পা, হেডক্বাটবশিংদা পুলিস ষ্টেসন ১/১ থম্বা, (২) দববাব নত্তবা ব্রায়েলশঙ অমা লিংবা, (৩) মীয়াম্না খনবা মীকোক ৫০% যাওবা আইন সভা লিংবা, (৪) চীঙ তম অনিমক ব্রায়েল থৌদা অমত্তগী মখাদা থম্বা, (৫) ম্যুনিসিপাল কমিটি লিংবা (৫) মণিপুব সিভিল সাভির্স লিংবা, (৭) চীঙ অমসুং তমদা মথং শিংনা পুলিস ষ্টেসন ১০ অমসুং ৭ পুন্না ১৭ লিংবা, (৮) সিভিল লিষ্টকী চাদিং চাগাগী ১০% দা হম্বুবা।

(আ)- দববাবনা অমত্তা ওইনা থাঙ্গৎখিবা ব্রাফমদি - (১) আইন সভা লিংবা, (২) দববাবগী লেঙদবা প্রসিদেন্ট থম্বা, (৩) চিফ কোর্ট লিংবা, (৪) চৈবাপ অমসুং সদব পঞ্চায়েট কোর্টশিংদা মেজিষ্ট্রেট লৈহনবা, (৫) নিংথৌ অমদি দববাব তান্নদুনা চীঙগী ব্রাযেল থৌদা হকথেংননা পুবনি।

(ই) পোলিটিকেল এজেন্ট না হাযবা ব্রাফমশিংদি - (১) প্রসিদেন্ট তোয়না হোংদোক হোংজিন তৌবা ফত্তে, (২) হৌজিকমক তঙাইফদ্রিবদি ব্রায়েল থৌদাগী মওং হোংদোকপনি, লৈঙাক পথাপ হোংদোকপগী ব্রাফম থোইনা য়াওদে, (৩) মণিপুবদা মীয়ামগী লৈঙাক ব্রায়েল লিংবা মতম চাদ্রি।

(ঈ) অসিগুম্না লৈবাক মনুংগী চবাংনবা ফীভমশিদা ব্রায়েল থৌদাগী শকওং হোংদোক্লবা নিংথৌগা হকথেংননা অসামগী গবর্নরদা ব্রাফম কয়ামুক থাঙ্গৎলি - (১) প্রাইম মিনিষ্টব অমগা লোয়ননা অতৈ মেম্বব

২৭ লৈবা আইন সভা অমা লিংবা, মীকোকশিং অসি ১৬ না মীখলদা অদুগা ৯ না হাপ্পা, (২) প্রাইম মিনিষ্টর অসি আই সি. এস. ওফিসার অমনা ওইবা অদুগা প্রসিদেন্টকী ফমসু পায়দুনা শেল-থুম, চাগা অমসুং যেংশিনবগী পুদুনা নিংথৌদা থৌয়াবা, (৩) লৈবাক ঈংনা মবা তপ্না পান্নবা অমসুং অফবা সবকার ওইহন্নবগীদমক নিংথৌগী থোইদোকপা থৌ য়াবা, (৪) লৈঙাক পথাপ চৎনবা য়াদবা মতাং লাকলবদি পাঙ্গল অপুম্বা নিংথৌনা লৌশিনবা, নিংথৌনা শেম্বা আইন চৎনবা, (৫) নিংথৌগী মখুত্তা State Military Police থম্বা (৬) প্রাইম মিনিষ্টরনা বজেৎ থাগৎপা, নিংথৌনা বজেৎ পাস তৌবা, গবর্নরদা থাগৎপা নৎত্রগা এসেমব্লিদা খন্ননবা অমুক থাদবকপা, (৭) চিফ কোর্ট লিংবনি।

(উ) ব্রাফমশিং অসিগা মবি লৈননা গবর্নরনা অমুক খণ্ডহল্লপা ব্রাফমদি - (১) ব্রাকৎ তাবা চিফ কোর্ট লিংবা, (২) তম্পাক লমদা পুমওন ওম্থোক্লুনা (জরিপ তৌদুনা) সেটলমেন্ট তৌনবা শেম শাবা, (৩) পুলিস সুপরিন্টেন্দেন্টকী ফমগীদমক অসামদগী লৌবগা হাপ্পা, (৪) অনৌবা পুলিস ষ্টেসনশিং লিংবা, মী থম্বা, State Military Police পু Civil Police কী মশা অমনা শিন্দোকপা, (৫) সিবিল লিষ্ট অসি ষ্টেট চাগাগী (রেভিন্যু) গী ১০% ওইহল্লগা অহুম হয়্হল্লকপা, (৬) শেল-থুমগী ফিভম ফগৎনবা অমুক্তা পাম্বে ওইনা চহিদা লুপা ৬০,০০০ Civil list দগী ককথবনচিংবা য়াওবি।

মথক্তা নৈনস্ত্রিবা ব্রাফমশিং অসিদগী খঙবা ঙম্নিবদি Rulling Class অমসুং Subordinate Class অনিগী মুক্লবা Rulling Class মীওইশিংনা কৈদৌনুংদা Subordinate Class কী অপাম্বদা (ইন্টরেষ্ট) তৌবোই। মদুগী মহুত্তা রুল্লিং ক্লাসশিংনা চলাইজবা রায়েল / সবকার (ষ্টেট) মেচিনরু মতম পুম্বদা মপাঙ্গল কনখৎহন্দুনা Self Defence Machanism বু খুনাইদুগী চান্নবা মওংদা শেমগৎলকই, অদুগা ষ্টেট মেচিনরু থুগাইনবা হোৎনরকপা মীওইশিংবুনা 'Anti Social' নি হায়না লৌরগা পুলিসনা ফাগনি, কোর্টতা রায়েলগনি, জেলদা মীয়াং থমগনি শম্না হায়রবদা 'Self Defence Machanism' গী মথৌদি 'To Protect

the State' নি হায়বদু অদুমক খঙহল্লী। অসিগুম্বা লৈঙাক্কী ঝায়েলশিং অসি কুপ্পা নৈনবা মতমদা নুংদা চেল্লীবা Essence সি ঙসিগী খুনাইগা খেন্নবা কবিসু লৈতে হাযজনিংই। হায়বিবা চংনবী অসি Dominent Class অমদি Subordinate Class হাযবদি Class Society খুদিংমক্লা চংনবা মচংনি।

লৈঙাক্কী খাইদোক-খাইজিন থৌশিল চখ্খদুনা পাঙ্গল শোম্নুনবা হোৎনবকপনা মণিপুব প্রজা সঙ্ঘগী ঝার্কিং কম্মিটিগী মেম্বব তঙ্খায় অমবোমদি ইবাবত সিংহগা লোযননা লৈহৌবে। মখোয়না প্রজা সঙ্ঘগী ওর্গেনাইজেসন অদুম্মক মখা চখ্খগনি হায়না তাং ৬ ওক্টোবব ১৯৪৬ ইংদা মিটিং অমা তৌবগা ইবাবত সিংনা সভাপতি ওইবগা তখেল্লম্বম ইবোতোম্বী সিংহনা জেনবেল সক্রেটবী ওইবে লাইখুবাম খগেন্দ্রজিৎ সিংহ, কবাম বিদুব সিংহ, তখেলময়ুম অমুশেলুং সিংহ, লাইশ্রম মেবা সিংহ, মাইমোম মধুমঙ্গোল সিংহ, লাইশ্রম বাম সিংহ তখেলময়ুম বকুল সিংহ, চোংথাম মেবামচা সিংহ, তেনশুবম লম্ফেল সিংহ, পোৎশংবম তোম্বা সিংহ হায়বিবা হান্নগী ঝার্কিং কম্মিটিগী মেম্ববশিং অসিনা অদুম্মক ঝার্কিং কম্মিটিগী মেম্বব ওইদুনা ওর্গেনাইজেসন মখা চখ্খখ্রে। কম্মিটি অসিগী ওক্টোবব ২১ দা ফম্বা মিটিং অমনা তাং ১২ দিসেম্বব ১৯৪৬ ইংদা নুপীলান নীংশীং পালন তৌবা হায়না লেপ্পখ্রে। মদুগীদমক থিজিনবগী থবক হৌগৎখ্রে। মচেৎ তাহৌববা মণিপুব প্রজা সঙ্ঘগী ঝার্কিং কম্মিটিনা তাং ১২ দিসেম্বব ১৯৪৬ ইংদা কৈশামথোংদা লৈবা দামুদবপালগী লম্পাক্তা নুপীলান নিংশীংবগী পালন ফজনা পাঙথোকখ্রে। পালন অদুদা মতম খবগী মমাংদগী ইবাবত সিংহ, খগেন্দ্রজিৎ সিংহনচিংবা কম্মিটি মেম্ববশিংন কুপ্পা থিজিল্লগা নুপীলাল অদুদা শংগীন্না শোক্তুনা অঝাবা তাখ্রবা, পুলিস অমদি সিফাইশিংনা ফুবদগী শোকখ্রবা অমসুং জেলগী অঝাবা তাখ্রবশিংগী মিং পবেং অমা সাইক্লোস্টাইল্দা নমদুনা ময়ামদা যেম্থোকখি। মসিনা অনিশুবা নুপীলাল নীংশীং পালন তৌবা মণিপুরগী পুঝাবিদা অহানবনি।

**নুপী লালগী মতাংদা অনৌবা যুগ চয়োলগী চে তাং ৬ দিসেম্বর ১৯৪৭দা ফোঙখিবা ৱারোল।**
**সম্পাদক মণ্ডলীগী সভাপতি :- ইরাবত সিংহ ১৯৩৯ নুপী লাল শেঙ্গাও পায়বশিংগী মী হাৎপা নীতি লায়রবা লাক্ষ-লাক্ষ চরা হেনবা**

নীংশিংলি ঙসি ১৯৩৯ ইং, ডিসেম্বর বিদেশী মাবৱাবি শেঙ্গাও পায়বা খবনা চেঙ লৌদুনা কাববাব তৌবকই। মণিপুবগী লৌউবা লিশিং-লিশিংনা নোংজু-নুংশা খাক্তনা লৌ উবগা লোকচবা ফৌ, মণিপুবগী নুপী-নুপা চংনা চেঙ তমদুনা চেঙ অদু মাবৱাবি চেঙ ললোনবশিংনা মখোয়তনা মপান্দা চেঙ থাদুনা শেন্দোং চাওনা-চাওনা ফংলকই। মখোয়গী মখায়াত্তগী পাথবা খবদং মণিপুবগী ফৌশু-চেঙশু তৌবা, চেঙ তম্বা অমসুং লৌউবশিংনা য়েন্নদুনা ফংই। অসিদসু শেঙ্গাও পায়বশিংনা পেন্দে। মণিপুবদা চেঙ তক্লবা কল (মিল) লিংখৎলে ফৌ লৌবে চেঙ তকপা হৌবে। চেঙ তকপীদগী চেঙ লৌদ্রে চেঙ তকপীশিং থবক লেপ্লে, ফৌশু-চেঙশু তৌবা ইমুংসু থবক লেপ্লে। অসোমদা মী লিশিং-লিশিং থবক শুনিংঙাই লৈত্রে, থবক লৈতবগা লোয়ননা শেল থোক্লবা উপায় লৈত্রে। অসুম্না থবক লৈতবগী মীশিং হেনগৎলক্রে। অমবোমদা মারবাবিশিংনা মিল লিংদুনা চেঙ তকখিবনা চেঙ থোক্লবা ফৌ অদু মারবাবিশিংগী মখুত্তা তাপ্রে। মখোয়দা তাইদ্রবদি ফৌ ৱানবীনবা লৈত্রে। অদুনা মিলৱালা খবতনা চেঙগী মপু ওইরম্বদু হৌজিক্তি ফৌগীসু মপু ওইগ্রে, ফৌগী মমলসু মখোয়না ককপ্রে, পোৎ য়োনবনা পোৎকী মমল লেপ্পা ঙমদ্রে অরৈবনা মমল লেপখ্রে। ফৌগী মমল মখোয়না লেপখিবনা লৌউবা অপুম্বা মখোয় শেল পীদুনা নেক্লনা উহনবা তাপ্রে। অসুম্না মণিপুর অপুম্বগী প্রজানা থবায় ছিংগদবা চেং, ফৌ অমসুং

লৌউবশিংগী থবক পূম্নমক শেঞ্জাও পায়বা মী খবতগী মখুত্তা পুন্নে লৈখ্রে। অদুদগী থোবকপা ফলনা মণিপুবদা থবক শুনিংঙাই লৈতবগী মীশিং হেনগৎলকপা অদুনা অর্থনীতিগী অবস্থাদা ফত্তবগী খম থেংলকপা, লৌউদুনা জিবীকা ওইনা হিংবা মী লাক্ষ-লাক্ষকি হিংনবা পাম্বে লৈতবা, মণিপুব অপূম্বগী ফৌ-চেঙগী মপু মখোযতনা (মিলবালাশিংনা) ওইখিবনা মণিপুবগী চানবা চবা তমনা পিজবা অদুনা ডিসেম্ববগী তাং ১০ অমসুং ১১ পোইনুদা মণিপুবদা কৈথেলদা চেঙ বানবা ফংদবনা চবা হেনবা হৌখি।

## মহিলাশিংগী লাল

অসুম্না মণিপুবগী প্রজা পূম্নমক্না চবা হেন্দুনা শিবগদবদগী কন্ননবা নুপী লালনি। মণিপুববু শেঞ্জাও পায়বশিংগী মী হাৎপা নীতিদগী কন্ননবা নুপী লালনি। মণিপুব মহিলাশিংগী দাবী :-

১। মতম অদুদা প্রজানা চবা হেন্দুনা শিগদবদগী কন্ননবা মণিপুব সবকাবনা হুকুম তৌবীদুনা মণিপুবদগী মপান্দা চেঙ থাবা মতম খবা থিংবীখো।

২। শেঞ্জাও পায়বা মী খবতনা মণিপুবগী লাইববা প্রজা খুনেক শুদুনা অমসুং লৌ উদুনা জীবিকা হিংবা মী লাক্ষ-লাক্ষ হাৎপা কন্ননবা চেঙ তক্লবা কলনা চেঙ তকপা তোকউ, কল লৌথোকউ। দাবীশিং অসি মতম অদুগী ষ্টেট দবাববনা পুবা তৌদবা, থুনা মহাবাজদা টেলিগ্রাম তৌদুনা মহাবাজগী সনা য়াথং লৌনবা হোৎনদবদগী চবা হেল্লিবি চানিংঙাই চেঙ লৈত্রবী নুপী লিশিং-লিশিংনা মতম অদুগী দববাব প্রসিদেন্ট পুদুনা টেলিগ্রাফ অফিসতা টেলিগ্রাম তৌহনখি।

## সঙ্গিন পবর্ব

শ্রীযুৎ মহাবাজগী টেলিগ্রাম ঙাইদুনা লৈবি। চবা হেল্লবী নুপী লিশিং-লিশিং লৈবি। বৃটিশ এজেন্ট মি: সার্পাক চাক চাবা খবা থেঙবগী

মাবু বঙ্গালা তান্না পুনবা খুৎলাই পাযবা অসাম বাইফলসকী সিফাইশিংনা নুপী মবক্তা সঙ্গিল চার্জ তৌবকপা, নুপীশিংনা সঙ্গিলগা থেংনদুনা মাই লৈখিদে। নুপী মশাদগী শিঙ্খবকপা ঈনা টেলিগ্রাফ ওফিসকী লম্বী পূম্নমক ঙাংখি। সবকাবগী প্রচাব চেকতুম নুংদুম হুঞ্জিল্লকই হাযবদু ঙসি ফাওবা কাওদ্রি। কাওদ্রি, ঙসি ফাওবা উবি শোক্লবী নুপীশিংনা ঈঙাং পাকতৈনদুনা ওন্দুনা লৈবা।

## শাসকশিংগী মীনোক

নুপী-নুপা অপুম্বা মনিং থুংদবগী নুংঙাইতবা মমা মন্দোনশিংনা লৈবাক্কীদমক মশাগী ঈ কত্তুনা ওন্দুনা লৈবগী অচাকপা মৈনা হৌবকপা মতম অদুদা নোংমৈ পায়বা সিফাইনা কোয়দুনা টেলিগ্রাফ অফিস মনুংদা চৌকীদা ফম্লগা মতম অদুগী দববাব মেম্ববশিংগী মীনোক ঙসি ফাওবা নাকোংদা য়েবি হন্থদ্রি। সম্রাজ্যবাদকি নীতিদা মপুংফানা দিক্ক্যা ফংলবা সেবকশিংগী মুর্ত্তি কায়দ্রি ঙসি ফাওবা লৈবি। মীনোক অদুগী মনা পীবা মণিপুব প্রজানা কাউগদবা নত্তে।

## মহিলাশিংগী হনবা লৈতবা অন্দোলন

মতুং নোংমা কোনবদগী মশীং লাকঙমদবা মণিপুবী মহিলা পৈরে মিল লেপহন্নবগী ব্রাশক লৌবে, মণিপুবগী বাজাব হবতাল তৌবে। মহিলাশিংগী অকনবা অন্দোলননা মিল লেপ্লে, চেঙ থাবা থিংবগী হুকুম তৌদ্রি। শ্রীযুৎ ব্রাশক লৌবে, মণিপুরগী বাজার হরতাল তৌবে। মহিলাশিংগী অকনবা অন্দোলননা মিল লেপ্লে, চেঙ থাবা থিংবগী হুকুম তৌদ্রি। শ্রীযুৎ মহাবাজ লেঙলক্লে, মহিলাশিংগী দাবী পুবনগী সনা য়াথং ফঙজদ্রে, মহিলাশিংগী স্লোগান - 'ঐখোয়গী নিংথৌ নত্রে, শেল লৈবা মারবারীগী নিংথৌনি' - হায়বা খোল্লাউনা মণিপুর নিল্লে। মাইকৈ শিনবা থুংনা আন্দোলন হৌরে। মারবারীদা দুকান্দা চেঙ তম্নবা কারকপা কৌ চেঙগী গাড়ী থিংলে।

## ষ্টেট সরকারগী দমন নীতি

ফৌ-চেঙ থিংবগী মহিলাশিং ফাদুনা জেল পীবক্লে। মহিলাশিং লেপ্পা লৈতে। মাইল ২০ গী অমসুং অবাপ্পা লমদা টোল ষ্টেসন থুগাইবা হৌবে, মখোয় অদুসু ফাবে। ফাবিবা মহিলা থাদোক্লবা খোল্লাউগা লোয়ননা অতৎ অখম লৈতনা মাইকৈ মবীদগী মহিলা লাক্লে। সবকাবগী দমন নীতিগী অহনবা লৈতে, মহিলাগী মথক্তা খোঙপাকনা কাউবে হায়বগী অকনবা মৈবি চাকলক্লে। ষ্টেট সবকাবনা মাগী ওঝাগী পাউতাক হিগাইব্রা থাজিনবা হৌবে, মহাবাজদা হঙ্গৎলে 'ঈশিং ইমায লৈবে'।

## মহাসভাগী লৈথোকপা নীতি মাববারীগী শেঙ্গাও পায়বা অমসুং সরকারগী মতেং পাংবা

অসুম্না লৈপাক্কী হিংনবা শেঙ্গাও পায়বগী মখুত্তগী লায়ববা লৌউবনা হিংনবা মীওইনা পানবা ঙম্নবা আন্দোলনদা মহাসভাগী ব্রার্কিং কম্মিটিনা মেম্বব পুম্নমক্তা আন্দোলন য়াওবা য়াবোই হায়বগী মওং ওইনা নোটিশ কৌবগা তুমিন্না দেশ দেশা তৌবগী লক্ষন উৎলমই। অসিগুম্বা অবানবা নীতি অসি শ্রীযুক্ত ইবাবতনা মণিপুবদা চুমথোক্লবা হোৎনবদা কম্মিটিগী মীশিং অয়াম্বনা য়াখিদে। শ্রীযুক্ত ইবাবতনা কর্ম্মি খবগা মণিপুব প্রজা সম্মেলনি লিংদুনা আন্দোলনগী অকনবা শকক লৌখ্রে। শ্রীযুক্ত ইবাবত সিংহ, কুলবিধু, অমুসেলুং, বিদুব, লাইখুবাম ইবুংঙোহল, লম্ফেলনচিংবা নুপা কয়া শ্রীমতি তোঙ্গৌ, বজনী, খোংনাং, লৈবাকলৈ, শবীনচিংবগী নুপী কয়া ফাখ্রে। অথেংবদা অন্দোলন হৌবে, শোভাযাত্রাগী মথংদা শোভাযাত্রা সহবদা পিকেটিং হৌবে, ষ্টেটকি আইন অমনা আন্দোলন হৌবে, পাৎ নৈদুনা ঙা ফবে, বিজার্ব চীংদগী শীঙ য়াল্লে। অসোমদা মহাবাজগী ব্রার্কিং কম্মিটিগী তবফতগী শ্রীযুক্ত ললিত মাধব শর্ম্মনা আসামগী চেঙদা (খবব কাগজদা) আন্দোলনদা মতেং পাংবা শাদুনা শেল খায়। অদুগা শ্রীযুক্ত মাঘ সিংহগা লোয়ননা মহিলা নিংথিনা উজন তাদ্রিবী নুপী খরগসু সহি তৌহন্দুনা চেঙ ওইনা থাবীয়ু হায়দুনা দবখাস্ত থাদুনা চেঙ থাবীগনু হায়বগী বিরুদ্ধদা

লেপ্তুনা থাঙ্গৎশেংনা ষ্টেট সবকাবদ মতেং পাংবা চবলদা চৎলম্মই। অমবোমদা মবাল লৈত্রবী নুপী কযাবু নুংঙাইতনা লৈবিবী নুপীশিংনা হায়জিন্দুনা মীওইবগী ইকাইবগী অথেংবী য়ৌনা পীনবা শিনখি। নেতাশিং অদুবু মণিপুবগী নুপী-নুপা অপুনবনা কাউদে।

## মহিলাশিংগী জয়

অসিদসু হনবা লৈতনা ষ্টেটকী দমন নীতিগী বিরুদ্ধদা মহিলাশিংগী আন্দোলন্না মণিপুব প্রজা নুপী-নুপাগী অপুনবা আন্দোলন্দা তাবকই। সবকাবগী নিভেদ নীতি হিগাইব্রা মাংহনখি। দমন নীতি অত্যাচাব কযা খাঙদুনা চেঙ থাবা থিঙবা, চেঙ তক্লবা কল লেপহনবগী আন্দোলন জয় ওইখি। মণিপুব মহিলা সম্মেলনীগী জয়গী ফিবালনা মণিপুবগী নামীবা নুংশিৎকা ঈবোইননা পাইখি।

### ইরাবতনা নুপী খুনাইবু ব্রাংনা পুখিনবা হোৎনরম্বশিং

১) শক ১৯৩৩ দা 'ভদ্র মহিলা সমাজ' হায়বা নুপীগী মরুপ অমা ইম্ফালদা য়ুম্ফম ওইবগা লিংখৎখি। মরু ওইব্রদি নুপীগী সংস্থান অসিনা ধর্ম্মগা মবি লৈননা য়াম্না তোইনা হবাও কুম্মে চথবম্বগী চাং হম্ভনবা হোৎনবম্মী। নুপীগী সংস্থান অসিনা নুপীশিংবু লাইবিক তম্নবা থবক পায়খৎপদা খুত্থাবম্মী।

২) শক ১৯৩৪ মে, তাং ৩০ দা নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভাগী অহানবা মীফমদা নুপী সমাজ ফগৎনবগী লৌখিবা ব্রাবেপশিং :-

(ক) প্রথমিক (প্রাইমারি এজুকেসন) ফাওবা নুপীমচাশিংন স্কুলদা পুন্না তম্মীন্নবা, (ব্রাবেপ নং ৩)

(খ) মৈতৈ জগোয় শাবীনা বিদেশতা লমচং নংতবদা শেন তানবা থিংদুনা মদুগী মতিক চাবা প্রতিকার তৌনবগীদমক কমিটি অমা শেম্বা, (ব্রারেপ নং ১৫)

(গ) নুপীশিংদা প্রলেভন উৎতুনা নৎতবা লমচৎ চৎহল্লিবা মীশিং অদু বাজ্য সবকাবগী দন্দ ফংলবা মতুংদা প্রাইচিট তৌদ্রিবা মখৈ সমাজনা তিন্নদবা, (ব্রাবেপ নং ১৬)

(ঘ) ব্রাহ্মান্না ক্ষেত্রানী লৌবদা নুপী ওইবীশিংগী অৱাবা তাবা কোক্লবা হান্না লৌখিবা মখৈবু থাদোক্তবা। মতুংসু ব্রাহ্মান্না ক্ষেত্রানী লৌদবা হায়বা লেপনবা, (ব্রাবেপ নং ১৭)

৩) তাং ২৭ / ২ / ১৯৩৭ দগী তাং ২ / ৩ / ১৯৩৭ ফাওবা নিখিল হিন্দু মণিপুৰী মহাসভাগী অহুমশুবা মীফম (সেসন) মন্দলেদা ইবাবতনা সভাপতি ওইনা ফমখি। সভাপতিগী ৱাবোলদা - 'অসুম্না নুপীগী শিক্ষ্যাদসু খ্বাই যাওনা শিক্ষ্যা পীনবা হোৎনদবা য়াদে ইশম শন্না সমাজগী খাইবোক ওইবিবী নুপীনা শিথববদি হকচাংগী মশক ওইবা সমাজ অসি অৰ্দ্ধাঙ্গ বোদনা নাববা মীগুম অৱাবা মায়োকনগনি।

৪) শক ১৯৩৯, ডিসেম্বৰ ১২ গী থৌদোক্তা (অনিশুবা মণিপুৰ নুপী লাল) মবি লৈননা মখা তানা নুপীগী দহৌ চখনবা শক ১৯৪০, জনুৱাৰি তাং ৭ দা ইবাবতনা সভাপতি ওইদুনা ফমখিবা মীফম্না নুপীশিংগী ওইবা মহিলা স লিনী শেমখি। লৈবাক্কী ওইবা ঈহৌদা শরুক য়াবদা নত্তনা মহিলা সম্মেলিনি (নুপী মরুপ) অসিনা নুপীশিংবু শক্তি হেনগৎনবা, নুপীশিং তাসন খোমজনবী, অপুনবগী শক্তি শাগৎপী, নুপীশিং জ্ঞানগী মৈবা চুখৎকি। মপুবোইবগী মীৎয়েং মখাদা নুপীশিংনা ইমুংগী পৰ্দা মকমদা ডাক্তা লৈগদবা নত্তে হায়বগী ৱাখলোন্দা হেননা থৌনা পীবিখি, নুপীশিংবু সমাজগী অৱাংবা থাক্তা পুখৎনবা হোৎনখি অমদি নুপী সংস্থান ওইনা থবক থৌবম পায়খৎপা হৌবকখি।

৫) শক ১৯৪৩-১৯৪৬, ইবাবতনা সিলেৎ জেলদগী থোবকপা, মণিপুৰ চুংবগী অথিংবা লৈবিঙেগী মনুঙ, কছাবদা লৈবম্মী, মতমদুদা ইবাবত কম্যুনিষ্ট ওইরকল্লে। মহাক্না কছাবদা লৈরিঙেদা

নুপীগী সংস্থান 'মহিলা আত্ম রক্ষ্য সমিটি লিংখৎপদা ইবাবতনা য়াম্না চাওবা থৌদাং লৌখিবম্মী। নুপীগী ঈহৌ শাগৎপদা নুপীদা শক্তি পীনবা খোঙজংশিংদা নুপী সংস্থান মপাঙ্গল কনখৎনবা জাৎ বিজাৎ খায়দনা মফম মত চানা শ্লোগান পুথোক্লুনা মযামগী লমজিং পাউতাক পীবিরম্মী। বঙ্গালী হিন্দু সমাজদা মচা নিঙোল থাজবসি অচৌবা মফমদা 'অওং অউন' মদুদি নুপা ময়ুম্না নুপী ময়ুমদগী অপাম্বা শেল নৎত্রগা পোৎশক পীযু হায়বদু পীদবা যাদে। অমবোমদা নুপাবু নুপী ময়ুমদা মমল পীদুনা লৈনবগী চৎনবি লৈরম্মী। সুর্মা ভেলী কছাব শিলেৎনচিংবদা মহিলা অত্মরক্ষ্য সমিটি (নুপী মরুপ) লিংখৎতুনা নুপীবু ওৎপা নৈবা, অওং-অউন, চৎনবী মুখৎনবা ঈহৌ চংশিনখিবম্মী। ইবাবত লৈখিদ্রবা মতুংদা ভারতকী পার্লিয়ামেন্টনা হিন্দু মেরিএজ এক্ট, আইন পাস তৌখিবম্মী। সুর্মা ভেলিগী বঙ্গালী হিন্দু নুপীশিংনা লুচিংবা অসিবুদি নুংশিনা শোন্নবি।

শক ১৯৪৬ দা ইবাবতনা মণিপুরদা অমুক হল্লক্লবা মতুং, মতম খবা লুচিংবা অসিনা মীরমদা লৈবিঙৈদা শিথরুববা মণিপুর মহিলা সম্মেলিনী হিংগৎনবা হোৎনখি। মতমদুগী নুপী লক্তগী লুচিংবী মমিং পনবা য়াবদি হিজম নিঙোল ইন্দুবেখা, তোংব্রম সবি, তখেল্লম্বম থোইবী, যুবতি, হিজম নিঙোল ললিতা, তোঙ্গৌবি, ইবেযাইমা (কিরনমালা), ইবেতোন, অপাম্বী, অগ্নি অমসুং মোইবাংথেম নিঙোল অমুবী, খাইদেম প্রমোদিনিনচিংবনি। মণিপুর মহিলা সম্মেলীনিগী অনৌবা রার্কিং কম্মীটিগী থৌ পুগদবা খল্লম্মী। তোংব্রম সবিনা সভানেত্রি, হিজম নিঙোল ইন্দুবেখাবুনা সেক্রেটরি ওইনা রাশক লৌরম্মী। রার্কিং কম্মীটিগী মেম্বর মখোয় ১১ না শেমখি।

শক ১৯৪৬ গী মার্চ তাং ৫ দা ইবাবতনা মণিপুরদা থুংলবগা তাং ৭ দা রাংখৈ য়োংলান লৈরক্তা করাম বিদুরগী য়ুমদা ইবাবতনা সভাপতি ওইদুনা মীফম অমা পাঙথোকখিবম্মী। মীফমদুনা

'মণিপুর প্রজা মন্দল' কৌবা রাজনিতি অমা শেমখিরম্মী। পনবা য়াবদি মখোয় ১২ গী মনুংদা নুপী মীহুৎ ওইনা কুমারী খাইদেম প্রমোদিনীবু রার্কিং কম্মীটিগী মনুংদা য়াওহলম্মী। দলগী অমদি লৈবাক্কী ওইবা থবক থৌরমশিংগী রাবেপ লৌবদা নুপীসু শরুক যাহনবগী ফিদা অমা পীরিবা হায়বসি মতম অদুগী থাজনবন্না 'নুপী অঙাংগী রা লৌগনু' হায়বদুগী চেকপন ইবাবতনা নমখায়বকপনি হায়বসি হেঞ্জনবা ওইবোই। মণিপুরগী ইতিহাসতা অনৌবা লমাই অমা নুপী সমাজগী শক্তমদা হাংদোবকপনি। মহাক্লা নুপীশিংবু কয়াগী মতিক অরাংবা থাক্তা পুখৎপা পামজবন্নগে হায়বদুগী ময়েক শেংবা খুদম অমনি।

৬) অহানবা অমসুং অনিশুবা নুপী লালগী লুচিংবশিং অয়াম্বদি চহী ময়াই চলক্রবী কৈথেল নুপীনা মশিং য়াম্মী। ইবাবতনা মণিপুরদা কছাবদগী শক ১৯৪৬ দা হল্লক্রবা মতুংদগীদি চহী নৌবিবী, লাইবিক ময়েক চৎলবী, ইবা পাবা হৈববী লৈশাবীশিং সোসিএল এক্টিভিটিশ ওইনা থোক্লকপা হৌবকখ্রে। নুপীশিংগী থৌদোক রাথোক্তা যুম্ফম ওইবা থাগী চেফোং নুপীশিংনা পুথোক্লম্মী। খুদম ওইনা 'মৈতৈ চনু', চৌবাক্লা শক ১৯৫০ গী মতম মদুরাইদা কিবনমালানা ইদিটর ওইদুনা ফোঙলম্মী। 'নুপীগী য়াইফ খোঙথাং' থাগী চেফোং পুথোবকখি। নুপী লক্তগী লাইবিক হৈবী আর কে মুখ্রাম্না, এম কে বিনোদিনী, খাইদেম প্রমোদিনি পনবা য়াই।

৭) শক ১৯৫০, ডিসেম্বর থাদা জননেতা ইবাবতনা লুচিংদুনা চত্থিবিবা অন্দরগ্রাউন্দ, কম্যুনিষ্ট স্লোগান কয়া পোষ্টর ওইনা লম্বী সবক্তা থেৎলম্মী, পার্টিগী রাখল্লোন মীয়ামদা ফোংদোবকখি। নুপীগী ফিভম ফগৎপা, নুপীদা শক্তি পীনবগী উপাইশিংগী মরি লৈনবা, পার্টিগী ওইবা ফিবেপ মীয়ামদা খঙহনলকপা খরদং নিংশিংবা য়াবদি - শক ১৯৫০ গী ডিসেম্বর তাং ১২ দা অনিশুবা মণিপুর নুপী লাল নীংশিং পালন ওইনা ইম্ফাল ইষ্টকী তোপতা পোষ্টর অনিখক উ অমদা থেৎলম্মী। মদুদা ইবম্মীবা মীয়ামদা পীরম্মীবা পাওজেল

নুপীগা মরি লৈনবা রাফমদি "নুপীগী হক মাঙহল্লোইদবনি / নুপাগা চপ মান্নবা থাক্তা হিংগদবনি/ ঐখোযদা চানবা, শেংনবা পীয়ু নংত্রগা সবকাব থাদোকউ/ লৌমীদা লৌবুক পীগদবনি / পুলিসকী সবকাব মুখৎলসি / মীযামগী সবকাব লিংখৎলসি"

ইবাবতনা লমজিংদুনা নুপীদা শক্তি হেন্না হাপকৎনবা লিংখৎখিবা নুপীগী সংস্থান মণিপুরী মহিলা সম্মেলিনি মপুংদা নুপীশিংগী ওইবা রাফমশিং থেংনবম্মী। মহিলা সম্মেলিনি অসিনা মণিপুরগী লোয়জিং লোয়া, খুঙ্গংশিংদা চত্তুনা নুপী লাইরিক তমহন্নবা হোৎনখি। নুপী নহা ঙাক্তা ঙাযবা ইমুংদা যুমলোন কৈবোন্নবগী নুপা নহাশিংনা নত্তবা মীৎয়েং য়েংবা, থওই উশিৎতনা তৌবীবা, অকন অরিং শাবা কয়াগী ময়োক্তা থেংনবম্মী।

**IN THE COURT OF MANIPUR STATE DARBAR**

Criminal case No 4 of 1940

***Manipur State complainant.***

***Vs***

***Hijam Irabot Singh, S/o Late Ibungahal Singh of Janmasthan, Imphal, accused.***

**JUDGEMENT**

The prosecution story is that the accused delivered a lecture in the Police Bazaar on the 7th Jan 1940, during the course of which he made remarks of a seditious nature.

P.W 2 and P.W 3 were present at the meeting and made notes, recording the portion of speech which, in their opinion, were seditious

One of the passages recorded and reported by P.W 2 is as follows :-

"Remember the Telegraph Office incident. We bagged for rice and in return received bayonet wounds & wounds from gun butts. For one handful of rice we paid two handfuls

of blood Had we not paid this blood we should not have succeeded in closing the export of rice The export of rice has been stopped and the mills closed at the cost of the blood of Brahmani Womenfolk have shed their blood for the sake of food and the menfolk should no longer remain silent through fear of arrest and going to jail Be determined, it is not right to be afraid of Jail walls See what was the condition of Japan and Russia Rise up and be united The women's work is finished and now has come the time for the men, let us take revenge for the spilt blood of the Brahmani"

P W. 3 Laisram Yaimabi Singh Officiating Subedar S M P recorded & reported portions of the speech

According to his evidence the accused asked the people to remember the Telegraph Office incident "We bagged for rice and received bayonet points and rifle butts " "One handful of rice has been purchased at the price of two handfuls of blood " "Rice export would not have been closed without the spilling of blood " "We should take revenge and remedy the wrong" are portions of the speech recorded by P W 3 in his note book

P W 4 A S I Karam Yaiskul Singh was deputed by the I P to listen to the speech of the accused He deposes that during the course of his speech the accused discusses the Telegraph Office incident, saying that while he (accused) was away from Manipur the people had begged for rice and had received bayonet points and rifle butts-in exchange for handful of rice they had received two handfuls of blood-had not the blood been spilt rice export would not have been stopped According to this witness, the accused then said that they should take revenge and remedy the wrong. Other portions of the speech remembered by this witness are as follows "at the price of the blood of a Brahmani, rice export and mills had been closed" The witness deposes that the accused then

exhorted the men to be determined and united - he asked the people to remember the condition of Japan & Russia a few years ago, said, the women's work was finished, called on the men to rise up and said that they should take revenge for the blood of the Brahmani

P W 5 A bullock cart driver, depose that he was present at the meeting in the Police Bazar His evidence corroborates the evidence of the other P W S but he admits that he has remembered portions of the accused's speech because he has been continually reminded of them by hearing the conversation of people he has met & passed on the road It is therefore probable that some of his evidence amounts to hearsay evidence and no Weight therefore is attached to the deposition of the witness

The two most important prosecution witnesses are P W 2 & 3 who actually made notes of the speech while the accused was speaking Neither of the witnesses understand short hand writing, they both recorded notes in Manipuri script and it is therefore understandable that their reports should differ slightly They wre not able to record the whole speech but only noted down those portions which were, in their opinion, objectionable The accused's remarks in connection with the Telegraph office as reported by those two witnesses carries the same sense, and the wording does not differ materially The sense conveyed is that the women begged for rice and receive bayonet points and rifle butts - one handful of rice was purchased at the price of two handfuls of blood - rice export would not have been closed without the spilling of blood, and the people should take revenge and remedy the wrong.

The other P W.s corroborate P W 2 & P.W 3. The evidence of the P W.s 2,3,&4 on which the prosecution must depend has not been shaken at all in cross examination.

The accused when examined denied that in the course of his speech he spoke in the way alleged by the prosecution, and in his written statement he claimed that the speech had been written down beforehand and read out at the meeting Ex 2 is the written speech which the accused claims to have read The same claim was made by representatives of the Praja Sanmiloni in their petition dated 2/2/40, filed with the record They claimed that the written speech Ex 2 was approved by the whole body of the Sanmiloni before the meeting took palace

The defence witnesses, who are members of the Praja Sanmiloni admit however in court that they had not seen or heard the speech before the meeting took place, and admit that the accused did not read the speech but only occasionally referred to a paper he held in his hand The witnesses also admit that certain portions of the accused's speech are not to be found in the written speech Ex 2 The accused's claim that the speech was read as written cannot therefore be accepted In connection with the Telegraph Office D W I admits that the accused said that the women begged for food from the authorities and were replied with bayonets instead, but does not admit the other remarks alleged by the prosecution Other D W s depose that they did not even hear the accused say that women begged for food & were replied with bayonets All the D.W s are members of the Praja Sanmiloni or Mahasabha of which the accused is the President and it highly unlikely that they would give any evidence which would be likely to incriminate their leader

After considering all the evidence in detail the Darbar find that it is proved beyond all probability of doupt that the accused in the course of his speech, made the following remarks i e that the women who had begged for rice had received bayonet points and rifle butts instead that one handful of rice had been purchased at the rpice of two handfuls of

blood that rice export would not have been closed without the spilling of blood and that the people should take revenge and remedy the wrong It is also well proved that the accused then exhorted the menfolk to rise up not to fear jail, and take revenge for the blood of Brahmani

It is now for the Darbar to decide whether such a speech amounts to a seditious speech within the meaning of S 124 A In order to decide whether the speech constituted an attempt to excite hatred, contempt or disaffection towards the government established by law in Manipur State it must be viewed from the standpoint of the types of persons to whom it was addressed The time of delivery of the speech must also be taken into consideration From the time of the Telegraph office incident the women of Manipur had continued to remain in a very excited state and had persistently been roaming around the town in large bodies breaking up bazaars and literally screaming for a bichar in connection with the alleged bayonet attack at the Telegraph office

In the circumstances the Darbar maintain that the accused's speech which was gross misrepresentation of fact was one which would be highly successful in bringing into hatred and exciting disaffection towards the State authority

The Darbar therefore find the accused guilty of making a seditious speech U/S 124 A I P C and sentence him to a term of 3 years S.I.

**Sd/- T.A. Sharpe**
*21/3/40*
**Sd/- S.N. Singh**
*21/3/40*
**Sd/- S.Singh**
*21/3/40*

**Sd/ Priya Brata Singh**
*21/3/40*
**Sd/- L.M.I.H. Singh**
*21/3/40*
**Sd/- Bhaskor Singh**
*21/3/40*

## অপুনবগী পাঙ্গল শাগৎপদা 'যুনাইটেদ ফ্রন্ট'

মণিপুবদা ইং ১৯৪৬ কী মার্চ থাদা মনিং তম্না চৎনবগী অযাবা চৎলক্লগা চহিদুগী এপ্রিল ৫ দা ৱাংখৈ অযাংপল্লিদা লৈবা ৱাঙ্খেমযুম গুলামজাৎ সিংহগী যুমদা মণিপুব প্রজা মন্দল অমসুং নিখিল মণিপুবী মহাসভাগী মীফম ফমখি। বাজকুমাব ভুবনসনা সিংহনা সভাপতি ওইখি। ইবাবত সিংহ ৱা ঙাংখি। বাজনিতিগী ৱাবেপ ৭ মুক লৌখি। যাম্না মকওইবা ৱাবেপ তক্কশুবদা হায (গ) "প্র: কুপল্যান্দ প্লানগী মতুং ইন্না ভাবতগী অৱাংনোংপোক সিমান্তা প্রদেশ (North Wasten Frontier Province) শেমগনি হাযবিবা অদুগী মনুংদা মণিপুবসু য়াওগনি হায়বি, মদু ভাবতসু ব্রহ্মদেশতসু তিল্লোই, হায়বিবা অসি ভাবতকী অমাঙবনি অসামদগী মশা শকক খবা খাইদোকপনি। মীখা পোন্দুনা লৈবিবা চাওখৎত্রিবা অমসুং মাগী ফংফমথোকপা চীংগী লমদম অমসুং মণিপুববু মতমকুইনা নমথদুনা থমগে হাযবগী থৌবাংনি। হাযবিবা প্লান অমসুং থৌবম অসি সভা অসিনা প্রতিবাদ তৌবি। (ঘ) সভা অসিনা লেপ্পদি ভাবতনা স্বাধিন্ত ফংলগা স্বাধিন্ত ভাবতকী মনুংদা মণিপুবসু মশানা ঙাকচবা মাগী শিক্ষা, সংস্কৃতি অর্থনৈতিক, বাজনিতিকনচিংবা চাউখৎনবা হোৎনজবা ঙম্বা অমসুং চীংগী ইচিল ইনাও, মুসলমান ইচিন-ইনাও পূম্নমক্কী চপ্ মান্নবা অধিকাব লৈবা, স্বাধিন্ত মণিপুব বাজ্য ওইনা লৈবা লম অদুফাওবা হায়বিবা স্বাধিন্ত মণিপুব বাজ্য ওইনা লৈবা মণিপুবগী মনাক কছাবনচিংবদা লৈবা লম অদুফাওবা হাযবিবা স্বাধিন্ত মণিপুব বাজ্যগী সিমনা মনুংচন্না লৈবা অদুগুম্বা স্বাধিন্ত মণিপুব বাজ্য অদুগা ভাবতকী কবম্বা প্রদেশতা লৈগদগে নৎত্রগা তোপ্পা লৈগদ্রা হায়বনচিংবা লৈপাক্পা পাম্বা (গনভোৎনা) মতুংইন্না ওইবা। বিজোলুসন কোপী অমা ভাইসবোই অসম লট সাহেব অমসুং অসামগী প্রধান মন্ত্রিদা থাখিবা লেপ্লবে।

নিখিল মণিপুরী মহাসভানা লেপ্লীবা মকওইবা নীতি পূম্নমক য়াওববা মখাগী স্মাবক পত্র অসি ষ্টেট পিপলস কনফবেন্সকী সভাপতি পণ্ডিত জৱাহৰলাল নেহৰুগী খুৎথাংদা বৃটিশ মন্ত্রি মিশন্দা থাগনি, স্মাবক পত্র অসি ইং ১৯৪৬ কী এপ্রিল তাং ১৫ দা ফমখীবা নিখিল মণিপুরী মহাসভাগী মীফম্না য়াম্ৰবনি। স্মাবক পত্র অসিগী ৱাবোলশিংগী মনুংদা -

(৩) অসামবু মচেৎ-মচেৎ ককথৎপা অদুগা চীংগী মীনা তাবা লম পূম্নমক অমসুং মণিপুব ষ্টেট য়াওনা চীংগী জিলা পূম্নমক্কা লোইননা ব্ৰহ্মাগী নোংচুপ থংবা শকক্কা তিন্নদুনা নোংপোক মখৈ অমা তোঙান্না শেম্নবগীদমক পুনশিনবা অসি মহাসভানা যাম্না কন্না থিংগনি। অৱাং নোংপোক্কী ঙমখৈ প্রদেশ অমা শেম্নবা হোৎনবিবা ফাওবা লম্বী অসি থিংনবা হোৎনগদবনি। মণিপুব কৃষক সভাগী অনিশুবা মীফম নম্বোলদা মে ২৩, ইং ১৯৪৬ তা ইবাবতনা সভাপতি ওইদুনা ফমখীবা মীফমদা তাখিবা ৮ শুবা বিজোলুসন্দা "(ক) ভাবতকী নোংপোক থংবা ঙমখৈদা অৱাং নোংপোক প্রদেশ অমা শেমগনি হায়বিবা অসি ভাবতপু মাগী নোংপোক থংবা শকক মখৈ ককপনি, অদুগা ভাবতকী নোংপোক থংবদা লৈবিবা চীংগী ইচিল ইনাওশিংবু অমসুং মণিপুববু মতম কুইনা নমথদুনা লৈনবগী থৌবাংনি। মণিপুব কৃষক সভানা অসিবু য়ানিংদবগা লোয়ননা প্রতিবাদ তৌবি। সভানা পাম্বদি স্বাধীন ভাবতকী মনুংদা মণিপুবসু স্বাধিন্ত মণিপুব ওইনা লৈবনি।

ইং ১৯৪৭ মার্চ ১৬ অমসুং ১৭ তা মণিপুব প্রজা সঙ্ঘগী অহুমশুবা অধিবেসন্দা ইবাবত সিংহনা সভাপতি ওইদুনা খুবাইগী বীবমঙ্গল শৰ্ম্মাগী মান্দবতা ফমখি। বাজনিতিগী ওইবা ৱাবেপ ১২ মুক লৌখি। শিংথাবা য়াবা ৱাবেপ খবগী মনুংদা পনবা য়াবদি "(১) ভাবতকী কেন্দ্র পবিষদতা ত্রিপুবা, খাসি ষ্টেট অমসুং মণিপুব অহুম্না পুল্লগা সিট অমতং পীগনি হায়বি। সিট অসি করম্বা মওং অমসুং কবম্বা মীখন্দা লৌগদৌবিবনো হায়বা তশেংনা হায়দে। অদুগা হায়বিবা লৈপাকশিং অসি গনভোৎনা শেম্বা আইন সভা ফাওবা লৈত্রি। লৈপাকশিং অসি পুনবগী মবমদসু লোলদি তিন্নদবা, তোঙান তোঙানবা জাৎ লৈবা সমাজিক, জাতিগী সংস্কৃতিনচিংবদা পুম্মান মান্নদবা প্রদেশ তোঙান তোঙানবদা

লৈবা ঙাকনি। মীখলসু লৈপাক প্রজানা খল্লোযদবগুম তৌবি। অসিদি লৈপাক্কী গনতন্ত্র অন্দোলনগী মহুত্তা বৃটিশকী সুবিধা পীবতনি। মবম অসিনা সভা অসিনা দাবী তৌবি, ত্রিপুবা অমসুং খাসি ষ্টেটকীদমক নিংথিবা থৌবাং তৌবিবগা মণিপুবগীদমক সিট অমা পীবীয়ু, মদু গনভোৎনা খনহনবীয়ু অসুম্না খনবা মীখল নত্রবদি মণিপুবনা মখোযগী প্রতিনিধিনি হায়বা য়াবোই"।

মণিপুবগী চপ চাবা ঙমখৈ অমা থম্লবা ইবাবতনা কন্না হোৎনবম্মী। 'অনৌবা যুগ' চেফোংদা মহাক্না সিমনাগী মতাঙদা ইবি "ঙসি ঙবাং শন্দোক্লিবা" "ইবাবতনা মণিপুববু অব্রা লৈপাক্তা যোললে" হাযবসি অচুম্বা নত্তে। হৌজিক প্রজা সঙ্ঘনা হোৎনবিবদি সিমনা খাযবকপা মতমদা মণিপুবগী সিমনা শেম্মকপদা কছাবগী নোংপোক থংবা শকক মণিপুবীনা নম্না লৈবা লম মখৈ অদুগা মণিপুবগী ওইনা লৈবা অব্রালৈবাক্কী কবো ভেলি অসি মণিপুবগী মনুং চলহনবিয়ু হাযবা দাবী তৌবি" (অনৌবা যুগ, ৭ শুবা মশীং, ২৫ মে, ১৯৪৭)

অপুনবগী ঈহৌ শাগৎপদা শন্তাইননবা হোৎনবদা ইবাবতনা কবম্বা থৌদাং লৌখিবগে হায়বসি মথক্তা যাওখ্রে। ইং ১৯৪৭ তসু কোহিমাগী নাগা পবিষদনা মণিপুবগী ঙমখৈদা লৈবা মাও, উখ্রুলগী শকক্রচিংবগী লমশিং নাগা জাতিগী মনুং চলহন্নবা মহাবাজদা হাযবা চে থাখ্রে, নাগা জাতিগী লম চহি তবাগী মতুংদা মনীংতম্বা যাহন্দবদি ডিসেম্বব ৬ কী মতুংদগী ভাবত্তগী তোপ্না লৈবগনি হাযবা ব্রাকৎ চে ভাবত সবকাবদা পীশিনখ্রে হাযবগী মতাংদা ১৯৪৭ 'অনৌবা যুগ' কী ৩৩ শুবা মশীংদা ইবাবতনা মম্মুৎ তানা ফোংদোক্লি। ভাবত্তগী তোখাইনীংবগী ব্রাফম থোবক্লিবশি ভাবত অমসুং মহাক্কী নেতাশিংনা থওইবীদবদগী থোক্লকপনি। কবিগুম্বা তোখাইখিবা তাববদি মফমশি বৃটিশ অমসুং অমেবিকাগী তুংফম ওইখিগনি। মসিনা চীং-তম চান্ননা পুন্না লৈমিন্নবগী নুংঙাইবা মাঙখিগনি মসিদা ভাবত অমদি অসাম সবকাবনা থিংজিন্নবা ইম্পেবিয়েলিষ্টকী তোখাই তোখাইনহন্নবগী থৌশিল মায় পাকহদনবা হোৎনবীয়ু হায়খি। থম্মোয়গী ওইবা শেংলবা মহাক্কী ব্রাখল্লোন অমদি

পান্দম অদু অসুম্না ফোঙদোকখি - 'নাগা হিলনা কবিগুম্বা তোপখিবা তাববদি চীং লৈবাক্তা মদুগী ঈবাং অমা লাকপা যাই। মসিমক থোক্কনি হায়বা ঐখোযনা থাজদে। কবিগুম্বা থোক্লবদি মণিপুবগী অর্থনিতি অমসুং বাজনীতি মায়কৈ অনীদা অকনবা চৈফু অমা লাক্কনি। অসুম্না লাক্লবদা মদুদা মণিপুবতগী ওইগদবা নত্তে, নাগা হিল অমসুং নাগা হিলদা তিন্নবা দাবী তৌবিবা মণিপুবগী চীং লৈবাক্কী লমসুনি। অবস্থা অসিদা ঐখোযনা হাযজনীংই, শ্রীযুৎ মহাবাজনা থুনা দাযিত্ব শীল শাসন পীবীদুনা দাযিত্বশিল শাসনগী দাবী অসি প্রজা খবতগী দাবী নত্তে, নাগা হিল অমসুং নাগা হিলদা তিননবা দাবী তৌবিবা মণিপুবগী চীং লৈবাক্কী লমসুনি। অবস্থা অসিদা ঐখোযনা হাযজনীংই, শ্রীযুৎ মহাবাজনা থুনা দায়িত্বশীল শাসন পীবীযু। দাযিত্বশীল শাসনগী দাবী অসি প্রজা খবতগী দাবী নত্তে, মণিপুব চীং-তম প্রজা অপুম্বগী দাবীনি। 'মণিপুবগী চীং লৈপাক্কী লুচিংবা অমসুং প্রতিনিধিশিং থুনা কৌবীযু চীং-তম অনীগী অপুনবা সভা অমা কৌবীবগা মণিপুবগী ওইবকপা যাবা খুদোংথীবা অমসুং খুদোংচাদবা অপুম্বদগী কন্নবা থৌবাঙ তৌবীযু, চীং-তম পুন্না লৈবা মণিপুব সনালৈপাক নুংঙাইবা অমসুং ব্রাত্ত-পাদবা সনা লৈপাকমক ওইদুনা লৈপাক মবা তপ্না ঈংনা পান্নবা থৌবাং থুনা তৌবীবম্মু। অদুগা চীং অমসুং তমগী প্রজা পুম্নমক্তসু নিংশিংজবী, চীং-তম প্রজানা কবিগুম্বদা নুংঙাইনদবা অমসুং তোঙান্না লৈবা তৌবক্তে। চীং-তম্না পুন্না মণিপুব পাল্লকই। চীং-তম প্রজানা পুল্লগা ঐখোযগী অফ-ফত্ত ভাগ্য শেমগদবনি। অদুতদা ঐখোয়না ভাবতকী অতৈ জাতিগা থোং অমত্তদা মান্নবা কাবা ঙমগদবনি। মীশিং য়াম্বা অমসুং য়ামদবা জাৎ খুদিংনা মাগী-মাগী শকক ফংফম থোকপা ফংদুনা ব্রাত্ত-পাদবা নুংঙাইবনা থনলবা মনীং তম্না পানবা মণিপুব সনা লৈপাক শেমগদবনি। মসিদসু নত্তে "চীং-তম অনীনা মণিপুবনি, মণিপুবদা পোকপবু মণিপুব মচানি, মাগী অপুনবা মণিপুবী জাতিনি"। ইং ১৯৪৮ দা পাঙথোকপা অহানবা মণিপুব এসেমব্লি মীখলদা কাদুনা এম.এল.এ ওইববফাওবা মণিপুবগী তোপ্ তোপচবা শক্তম কন্নবা পুবর্বাঞ্চল প্রদেস শেম্বগী মায়োক্তা লেপখিবা মদুগী প্রোটেষ্ট মীটিং শীনখিবা নুমিৎ সেপ্তেম্বব

২১, ১৯৪৮ দা থোকখিবা পুংদোঙবম থৌদোক্কী খুদোংচাবা লৌদুনা মহাক্কী মথক্তা ব্রাবেন্ট থমখিবদগী ইবাবত এসেমব্লি অদু য়াওবা ফংহনখিদে। অদুবু অহানবা মীফমদুদা মশা য়াওদ্রবসু অইবা চেবোল অমদা ইবাবতনা হায়খি। "মণিপুবগী অর্থনীতিদা চাওখৎনবা, খনিনচিংবা চাওখৎনবা, শোখ্দুনা লৈবা শিক্ষা চাওখৎনবা নিংথীবা প্লান শেম্নবা, জাতি খুদিং মশা চাওখৎপা ঙম্নবা হোৎনবগী অধিকাব লৈবা, মণিপুবগী মীশীংগী অযাম্বা লাযববা লৌউবশিংনা মী ওইনা হিংদুনা লৈবা ঙম্নবা লৌগী খাজনা হম্নবা, লৌ লৈতবদা লৌ পীনবা থৌবাঙ, লৌউবশিংগী খুদোংচাদবা কোক্লবা নিংথিনা আইন শেম্বীদুনা মণিপুববু চীং-তমগী প্রজা লিংজেল মান্ননা লৈবা, অপুনবা সনা লৈপাক শেম্নবগী অশা থমজবি"। ধর্ম্মদা ইবাবতকী ব্রাখল - মীৎযেং পান্দম মহাক্কী 'লোকমান্য তিলক' তা মযেক শেংনা পীবি - 'মসি হৌজিক্কী ধর্ম্মনি, বনদা, জঙ্গলদা, মন্দিবদা, মসজিদতা ভগবানবু থিবতনা থিবা, নীংবা নত্তে, ইবুংঙো মহাকপু থিগদবা মফমদি ফি শেৎনিঙাই লৈতবা তোল্লবা মীখা পোল্লবা মীগী মবক্তা থিগদবনি। মখোয়গী সেবাতনা মীওইবগী অথোইবা ধর্ম্মনি" নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভাগী মবিশুবা মীফমদা লৌখিবা ব্রাবেপশিংগী মনুংদা চীং-তমগী শাসন পুনশিনগদবনি, বানী গাইডিনলিউ জেলদগী থাদোক্কদবনি হায়বা দাবীশিং পুখৎতুনা ব্রাবেপ তাখি'। চীং-তমগী অপুনবা কায়হনদনবগীদমক ইং ১৯৪৭ নবেম্বব ৩০ দা চীং-তমদা লৈবা মীয়াম গী ওর্গেনাইজেসন মাপলগী মীহুৎশিং পুনবা মীফম অমা ফমদুনা চীং-তমগী ফীভম অদু খন্নদুনা চান্ন-চিন্ন তাইশিন্ননা অমত্তা ওইনা তাইশিন্নবা য়ুনাইটেট ফ্রন্ট অমা শেম্নবগী থৌবাং চঙশিল্লি। ওর্গেনাইজিং কর্ম্মীটিগী প্রসিদেন্ট, ইবাবতনা ওইবগা তাখুলোংগী মীহুৎ এম.কে সিমবেবুনা সেক্রেটবি খনখি। ইবাবত অমসুং কুকি নেসনেল এসেমব্লিগী লুনে অনিবু কোহিমাদা চৎত্তুনা নাগাগী ঈহৌ নৈনকনবা থানবগীদমক খনখি। খোঙচৎ অদুমক চীং-তমগী অপুনবা কায়হন্দনবা অচৌবা মায়পাকপা অমনি। এম.ডি.য়ু. গী মীফমদুদা তাংখুলোং, কে.এন.এ, কবুই এসোসিয়েসন, খুলমী য়ুনিয়ন, মিজো য়ুনিয়ন, মণিপুব কৃষক সভা,

নোংপোক অপুনবা মরুপ, মণিপুব প্রজা সঙ্ঘ, যাইবিপোক্তগী মুসলিম মীহুৎ যাওখি। মসিগী মমাঙ প্রোফেসব কুপলেন্দনা পায়খৎলিবা অৱাং-নোংপোক চীংলমদম অমা শেম্বগী থৌবাঙবু যানিংদবা, মদুগী মাযোক্তা লেপ্তুনা পুখৎখিবা ১৯৪৫ মার্চ্চ কুনমাথোই কুননিথোইদা শিলংদা ফমখিবা অৱাং নোংপোক লমদম ফুরুপশিংগী মীফমদসু ইবাবত যাওখি। ইং ১৯৪৭ মণিপুব ষ্টেট কনষ্টিটুসন এক্ট শেম্লবা কম্মিটি শেম্লকপগী মতাংদসু গনতন্ত্র যাওদবা, লৈপাক্কী ভোট যাওদবা, চীং-তম খাযদোকপগী থৌবাংনি হায়না য়ানীংদবা ফোঙদোকখি। চীং-তমগী মীযাম পুন্না থেংননবা কৌখি। অপুনবগী শক্তম ঙাক্লবা হোৎনবদা অশোক অপন অশি অনা যাওবদগী ইবাবতকী মথক্তা ব্ৰাবেন্ট থমদুনা অন্দবগ্রাউন্দ তাহনখি। মপুম্সিচুপ্পা কৎথোকখি। অমনা ইবাবত মণিপুববু ব্রহ্মদেশতা তিনশিনবগী মতাংদা য়াখিদে। ইং ১৯৩৭ তা জেনবেল ব্রহ্ম কউন্সিল এসোসিয়েসন হাযবা অমা ভাবত্তগী ব্রহ্মদেশ খাইদোকপা মতমদা মণিপুববু ব্রহ্মদা পুনশিন্নবা দাবী তৌবকপদসু য়াখিদে। নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভাগী অহুমশুবা মীফম য়াওবা মন্দলেদা চৎপা ১৯৩৭(ফেব. মার্চ্চ) মতমদা ব্রহ্মগী মতমদুগী নুংতিগী চেফোঙ 'টুবিযা' (দ-সন) হাযবদুদা মথক্কী ব্রাফমশি ফোঙবা থেংনবকপদগী ইবাবতনা চেফোঙদু পুবক্লগা মহাসভাদা পুথোক্লুনা খন্নখি অমদি মদুগী মায়োক্তা থেংননবা লেপখি।

## কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়া

## (১৯৪৭ কী অবোইবদা লৈবা পাঙ্গল)

(এ) ১৯৪৭ কী লোইবমদাইদা লৈবম্বা মপাঙ্গল অমসুং কনষ্টিট্যুসনগী থাক : ১৯৪৭ কী লোইবমদাই ফাওবা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিযা (সি পি আই ) অসি আইননা য়াবা লুপ অমা ওইবম্মী (মদুবু হায়দ্রবাদ ষ্টেটতদি মসি চৎনবমদে)। মতম অদুদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর মশিং অসি ৫০,০০০ মুক ওইগনি হায়না পানৈ, অদুবু মেম্বরশিং অসি অযাম্বনা বোম্বে, বেঙ্গোল অমসুং মাদ্রাজ প্রোভিন্সতা তাশিন্দুনা লৈ। পার্টি অসিনা খুৎপু নাইবা শিন্মী কাঙলুপ অমসুং ইন্দষ্ট্রিদা থবক তৌবা শিন্মীশিংগী লুপশিংদগী মপুং ফাবা মতেং ফংবগা লোযননা শিন্মীশিংগী অপুনবা লুপ ওল ইন্দিযা ট্রেদ যুনিযন কংগ্রেস (এ.আই টি যু সি ) তা মপুং ওইবা ফিদা কনবা ঙম্লম্মী, অদুম্মদি ওইবগা কংগ্রেস পার্টি অমসুং সোসিযেলিষ্টশিংনা মসিবু কন্না শীংনব হৌনবম্মী। সি.পি আই গী মপাঙ্গল অমসুং ইথিল অসি লৌউ-শিংউবনা মপুং ওইবা লমশিংদসু ওল ইন্দিযা কিষান সভাগী খুত্থাংদা মকা ফন্না শন্দোক্লম্মী। মহৈবোইশিংগী লুপ ওইনসু ওল ইন্দিযা ষ্টুদেন্টস ফেদবেসনগী খুত্থাংদা পার্টি অসি মপাঙ্গল লৈনা থবক তৌবম্মী। গর্বনমেন্টকী শিন্মী অমসুং লোকেল গর্বনমেন্টশিংদা লৈবম্বা লেজিসলেচব (লো শেম্বা) গী মীহুৎশিংগী মবক্তা পার্টি অসি থোইদোক্লা শিংথানিংঙাই ওইবমদে। বৃটিশনা ইন্দিয়া হেক থাদোক্লুনা চৎখিবগা সি.পি.আই না যুনিযন গর্বনমেন্ট (ইন্দিয়া গর্বনমেন্ট) কা লৈনবা মবীগী মতাংদা লেপ্পা ফিবেপ-থৌশিল অসি অকক্লবা হীবম খবদা মবী থম্বা ওইবম্মী, অদুম ওইনমক ১৯৪৭ কী নবেম্বর, দিসেম্বর থা য়ৌবকপদা হান্না লৈবম্বা থৌশিল অসিগী মতাংদা ৱাহং কয়া হংনবা হৌবক্লে হায়বা খঙনবে।

**পার্টিগী ফিবেপ হোংলকপা :** পার্টিনা মহাক্কী অনৌবা মায়ওন হোংনবগী থৌশিল থৌবাং পায়খৎপা অসি দিসেম্বর ৭ - ১৭, ১৯৪৭ ফাওবা ফমখিবা সেন্ট্রেল কম্মিটিগী মীফমনা হৌজিক চথ্খিবিবা থৌশিল থৌবাং অমসুং সি পি আই না তৌগদবা থবকশিং (On the present policy and tasks of the CPI) হায়না মমিং থোনবা ৱাবেপ অসি লৌখ্রে, ৱাবেপ অসি লৌবা মতমদা সি পি.আই. গী জেনবেল সক্রেটবি ওইবিবা পি.সি জোসি অমসুং কাণ্ডলুপ থবনা কন্না য়েৎখি। চেবোল অসিদা ইশাগী অশোয়বা নৈনবা (Self-Criticism) অমদি পার্টিগী চৎন-লীক্লমদগী থৈদোক্লবনা মবম ওইদুনা ফৌমাই চাবীগী মওংদা "Burgeois National Government" (কংগ্রেসনা লুচিংবা গর্বনমেন্ট) কা মীচং ওইবগী মওং অদু কন্না হুল্লম্মী। চেবোল অসিনা ইন্দিয়া গর্বনমেন্ট অসি মবনাইগী অপাম্বা মতুং ইন্না থবক তৌবা অমসুং "Anglo-American Imperialist" শিংগা মীচং ওইবা বিযেক্সনবি গবর্নমেন্টনি হায়না মবাল শীবম্মী। নিংথিজনা শেম শাববা প্রোপগেন্দা কেম্পেইন অমগা লোয়ননা মথক্তা পনখ্রিবা চেবোল, ৱাবোল অসি কোলকাতাদা মার্চ, ১৯৪৮ দা ফমখিবা সি.পি.আই.গী অনিশুবা পার্টি কংগ্রেসনা অযাবা পীখি। মীফম অসিদা মকপ-মপাং ওইবা য়ুরোপকী লৈবাক কয়াদগী কম্যুনিষ্ট পার্টিশিংগী দেলিগেট কয়া তিনখিবদা নত্তনা রুসিয়া অমসুং মসিগী সেটিলাইট ষ্টেটশিংগী মীহুৎ কয়ানা সি.পি.আই. না পায়খৎকদবা থবক থৌবমশিংগী মতাংদা লোন্না ৱা তান্নখি।

সি.পি আই গী ফিবেপ, থৌশিল হোংবগী মহয অসি ইকুই কুইদনা বেঙ্গোল প্রোভিন্সতা উবা ফংখি। বেঙ্গোল গর্বনমেন্টনা সি.পি.আই. অসি লোনা য়াদবা লুপ অমনি হায়না লাউথোকপদা নত্তনা পার্টি অসিগী মেম্বর কয়ামুক ফাবা পুনবা হৌখি। অতৈ প্রোভিন্সশিংদা পার্টি অসি ইল্লিগেল ওইবে হায়না লাউথোকপদি তৌবমদে অদুবু পার্টি অসিগী মেম্ববশিং ফাবা পুনবা অমসুং থি-হুম্বগী থবক চথবম্মী। পার্টি অসিবু অথিংবা থম্বা অমসুং মেম্বরশিং ফা-পুনবগী থবক্তা সেন্ট্রেল গবর্নমেন্টনা নিংথিজনা শিন-লাংবা তৌরমদবনা কম্যুনিষ্ট লুচিংবা

কযামুক্রা মীবোৎ ওইনা অন্দবগ্রাউন্দদা লৈবা ঙমখি। ইকুই কুইদনা শিন্নী কাঙলুপকী ঈহৌ (অন্দোলন) থোক্লকখি, অদুম ওইনমক বেঙ্গোল অমসুং বোম্বেদা ঈহৌ অসি খবা মায় পাকপগা লোযননা নেমথবকখি। ১৯৪৮ গী এপ্রিল - মে থাদা মদ্রাজদা কম্যুনিষ্ট অমসুং পুলিসকা খুৎ থোক্লখি অমসুং অন্দ্রগা তাইনবদা লৈবা হাযদ্রবাদ ষ্টেটকী লমদমশিংদা কম্যুনিষ্টশিংনা মখোয়গী থবক থৌবমশিং হেন্না কনখলকপনা মবম ওইদুনা হান্নদগী ঈবাংনা শোকহল্লবা লমদম অদোমদা লৈঙাক মপু পান্দবগী ফিভম ওইহনখি। হায়দ্রবাদতা হৌবিবা কম্যুনিষ্টকী ঈহৌ অসি থা খবদি সি.পি.আই গী মকওইবা প্রোপেগন্দগী মচাক ওইখি অমসুং পার্টি চেফোং 'পিপল এজ' না হায়দ্রবাদকী অপুনবা লমগী শকুক ৬ থোকপগী ১ লৌমীগী খুৎতা লৈবে হাযনা ফোঙদোকখি। সি.পি.আই. গী মথক্তা থম্বা অথিংবা লৌথোকপগা লোযননা তায়শিন্নবা যাকা, পোইবৈ হাযদ্রবাদকী নিজাম (নিংথৌ) গী মায়কৈদগী ফোঙদোক্লনসু ষ্টেটকী লাম্মী অমসুং কম্যুনিষ্ট কাঙবুগা খুৎ থোক্লবা লেপ্পমদে। হায়দ্রবাদতা ইন্দিয়াগী লৈঙাক্লোয অমসুং পুলিস থাজিল্লকপনা কম্যুনিষ্ট গী মখুৎতা লৈবা মনীং তম্লে হাযবা লমশিংদা ইন্দিয়ান লাম্মীশিংগা হকথেংননা মুক্লবকপা য়াবগী ফিভম অমা লৈবে। অদুগা হান্না মায়থীবা নংখ্রবা বাজাকবশিংনা কম্যুনিষ্টশিংদা মতেং পাংশিনবা য়াবগী ওইথোকপসু লৈতবা নৎলমদে।

বেঙ্গোল প্রোভিন্স খক্তদা পার্টি অসিগী মথক্তা অথিংবা থম্লগসু সি.পি.আই. গী লুচিংবা কয়া অন্দবগ্রাউন্দদা অদুম্মক লৈবম্মী। হান্না বোম্বেদা লৈবম্বা পার্টিগী হেদকার্টব অদু কোলকতাদা হোংলে হায়বা পাউ পন্নবম্মী। চৈবক অসিদা শীন্নীশিংগী থবক্তা কম্যুনিষ্টনা কন্ট্রোল তৌবা এ.আই.টি.য়ু.সি. গা লম্বা তৌননবা নেহক গবর্নমেন্টনা শেমগৎখিবা ইন্দিয়ান নেস্নেল ট্রেদ য়ুনিয়ন কংগ্রেস (আই.এন.টি.য়ু.সি.) মশা মবেং ফনা খুমাং চাউশিল্লকখি অমসুং লৌমীশিংগী মরক্তা লৈবম্বা সি.পি.আই. গী ইথিল অদুবুদি শিংনবীনবা লম্বা লৈবমদে।

ফাবা ঙমদনা অন্দবগ্রাউন্দদা লৈবিবা মতীক ময়াই চেল্লবা কম্যুনিষ্ট লুচিংবশিংনা লৈঙাক্কী মাযোক্তা মখোযগী ঈহৌ অদু মখা চথনবগী থৌবাং পাযখৎলমগনি হাযবা অসিদা কবিসু চিংননিংঙাই লৈতে। সি.পি.আই. না সেপ্তেম্বর থাদা খুৎলায পায়বা লালহৌ অমা হৌগনি হাযনবা রিপোর্ট লৈবগসু পার্টি অসিনা থবক অদু কবম্বা মওংদা পাঙথোক্কদৌবিবনো হায়বগী তাংদাংবা পাউদম লৈত্রি। ঈ-পাউ থাবগী থবক্তা অমাং-অতা থোকহনবা, থুগাযবা, ইন্দষ্টিদা ঈবাং থোকহনবা অমসুং লৌমীশিং টেক্স থিহন্দনবগী থবক থৌবমশিং অসি মখোয়গী থৌবাংশিংগী মনুং চনবা য়াই। মখোয়না হেন্না ফিভম ফনিংঙাই ওইবা মফমশিং, অদুগা গর্বনমেন্টকী লাম্মীশিং লৈবাক মনুংগী থবক্তগী মফম হোংদুনা মপানগী ওইবা তৌদবা য়াদবা থবক্কীদমক শীজিন্নখিবা মফমশিংদা সি.পি.আই. না খুৎলায় পায়বা লালহৌবগী থবকশিং পায়খৎপগী ওইথোকপা লৈ।

## বর্ম্মা কম্মুনিষ্ট পার্টি

## (১৯৪৭ কী অরোইবদা লৈবা মপাঙ্গল)

১৯৪৭ কী অবোইবা শকুক্তা বর্ম্মা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মেম্বর মশিং অসি চাউবাক্লা ৪,০০০ মুক্কি। ওল বর্ম্মা ত্রেদ য়ুনিয়ন কংগ্রেস (এ.বি টি.য়ু.সি) গী খুত্থাংদা পার্টি অসিনা মহাক্কী মশা মবেং শন্দোক্লবা হোৎনববস্ Bunneedaw অমসুং Syriam দা লৈবা থাউ শুংদোকফমশিং লোযননা বর্ম্মা ওইল কম্পেনিগী দিপোটশিংদা লৈবা শিন্মীশিং নত্তনা অতৈ মফমশিংদা পার্টিগী ইথিল শন্দোকপা ঙম্লমদে। লৌউ-শিংউবগা মবী লৈনবা হীবমশিংদা All Burma Peasants' Union গী খুত্থাংদা বি.সি.পি. গী ইথিল শিংথানিংঙাই ওইবম্মী। Irrawaddy গী নোংপোক থংবদা লৈবা Pegu অমসুং Mandalay গী মবক্তা লৈবা মফমশিংদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী ইথিল অসি মপুং ফানা লৈবম্মী অদুগা সেন্ত্রেল বর্ম্মা অমসুং দেলটা লমদমদনা ইথিল অসি খবা হন্থবম্মী। দেমোক্রেটিক পিপর্লস য়ুথ লিগ হায়না খঙনবা লুপ অমগী খুত্থাংদগী বর্ম্মিজ কম্যুনিষ্ট পার্টিনা নহাবোল লুপশিংদা নীংথিজনা ইথিল পীবা ঙম্লম্মী, তৌবগীদি হায়বিবা লুপ অসি হান্না বেদ গার্দ হায়না খঙনবা ময়ায় ওইবপ ইচং থৌবা লুপ অদুগী অনৌবা মমিংনি। অদুবু বর্ম্মিজ কম্যুনিষ্ট পার্টি অমসুং মসিগা মবী লৈনবা লুপশিংনা তৌবিবা থবক থৌবমশিং অসিদা Anti-Fascist People's Freedom Leauge না শৌগৎপা লুপ কয়ানা অয়েৎ অপন পীবম্মী।এ.এফ.পি.এফ.এল. হায়বা কাঙলুপ অসিদি পান্দম মান্নদবা চোইখোম খোম্বা চুংশিন্নবা অদুদি লৈঙাক থৌদা পুবা পার্টি ওইবম্মী। লৈবাক অদুগী কন্সটিট্যুয়েন্ট এসেমব্লিদা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মীহুৎ তবেৎ য়াওবম্মী।

H N Ghosal কৌবা বি.সি পি. দা অরাংবা থাক্তা লৈবা ইন্দিয়া মচা কম্যুনিষ্ট অমনা ১৯৪৭ কী দিসেম্বব থাদা কোলকাতা তান্না চৎতুনা বেঙ্গোলগী সি পি.আই. লুচিংবশিংগা রা়া তান্নখি হায়। উনবা অদুদা সি.পি.আই. না মখোয়গী থৌশিলগী মতাংদা অহোংবা লাকখিবা অদুগী মতাংদা খন্ন-নৈনখি হায়বসিদা কবিসু চিংননিংঙাই লৈতে। Ghosal না Burma দা হল্লকপগা ইকুই কুইদনা ১৯৪৮ গী জানুৱাবী থাদা "On the present political situation in Burma and our Tasks' (Burma গী হৌজিক ওইবিবা পোলিটিকেলগী ফিভম অমসুং ঐখোয়গী থৌদাং) হায়না মিংথোনবা অশাংবা রাবেং অমা ইখি, রাবেং অসি Ghosal মথন্তনা ইখিবনি লৌনৈ। দোকুমেন্ট অসি ইন্দিয়াগী সি.পি.আই. না লৌবা অনৌবা ফিবেপ অদুগী খুদুং ইল্লি। চেবোল অসিনা Thankin Wu না লুচিংবা গর্বনমেন্ট অদু মথৌ পাঙথোকপা ঙমদবা অমসুং মদুবু মুখৎকদবনি হায়বা অদু বি.সি.পি. না খঙবা ঙমজদবা অমদি থবক পাঙথোকপা ঙমদবগী অশোনবা অদুবু য়াজবা ফোঙদোকই। বি.সি.পি.না এ.এফ.পি.এফ.এল. গী লুচিংবশিংবু কেপিটেলিষ্ট অমসুং ইমপবিয়েলিষ্ট কাঙবুশিংগা মীচং ওই হায়না মবাল শীবদা নত্তনা Anglo-Burmese Treaty (বৃটিশ-বর্ম্মা রাখৈনবা) দা য়াওবা শেল থুম অমসুং ঙাক শেলগী রাবমশিং অদুবু মশান খোক্লা য়ানিংদবা উংলম্মী। মথক্কী চেবোল অদুনা বি.সি.পি. না হান্না চত্থবম্বা থৌবম থৌশিলশিং অদু অহোংবা পুবক্রবা তকশিনবগা লোয়ননা মীয়ামগী অপুনবা ঈহৌ অমা শাগৎতুনা Thakin Nu গী লৈঙাক অদু মহুৎ শিন্দোক্লবা রাফম থল্লম্মী।

মার্চ্চ ১৯৪৮ দা কোলকাতাদা পাঙথোকপা সি.পি.আই. গী অনিশুবা কংগ্রেসতা বি.সি.পি. গী অরাংবা থাক্কী লুচিংবা অয়াম্বনা শরুক য়াবদা নত্তনা বি.সি.পি. গী লুচিংবা Than Tun না মীফম অদুদা অকনবা রাফম ফোঙদোক্লদুনা লোইলম অমসুং মচেং ওইবা লোইলম লৈবাক্কী মীয়াম খুৎশম্বনা থবক তৌমিন্নবা অমসুং চাইনিজ কম্যুনিষ্ট পার্টিগা খুৎশম্ননবগী রারোল থমখি।

চহী অদুগী মার্চ থাগী ২ শুবা চযোলদা ফমখিবা All Burma Peasants' Union Conference না লৈবাক মনুংগী লালহৌ শাগৎনবগী থৌবাং যাৎথোকখি। চৈবক অসিদা খোঙজং অসিগা মরী লৈননা শীম্মীশিংগী ষ্ট্রাইক অমা বেঙ্গুনদা হৌখ্রে। অবোইবা পুংজাদা গর্বনমেন্ট অমসুং বি.সি.পি. অনীগী মরক্তা শন্তাইননবা হোৎনববা মতুংদা গর্বনমেন্টনা বি.সি.পি. গী লুচিংবশিং ফাননবা যাথং লাউথোকখি অদুবু মখোয় অয়াম্বদি হান্ননা অন্দবগ্রাউন্দ তাখ্রে। বর্ম্মা গর্বনমেন্টনা বি.সি.পি. গী মথক্তা অথিংবদি থন্নমদে।

বি.সি.পি. গী থৌশিলদা হোংলকপগী মহৃয অসিগী মবম চাবা ব্রাখৈ অদু লৈবাক মনুংগী লালহৌ অসিদা উবা ফংবগা লোয়ননা লালহৌ অসি হৌজিকসু মখা চখবি। বি.সি.পি. মনুংগী কাঙলুপ অমনা পার্টিগী মায়ওন হোংবা অসিদা য়ানিংলমদে অমসুং Politbureau গী মেম্বর ৩ গী মনুংদা য়াওবা Thein Pe কৌবা মীওই অসিদি Politbureau গী ফম থাদোকখি। বর্ম্মা গবর্নমেন্টনদি Thein Pe অসি মখোয়না Leftist Unity Party শেমগৎনবা হোৎনবা অসিদা মক ওইবা মীশক অমা ওইগনি হায়না লৌবদা নত্তনা এ.এফ.পি.এফ.এল. মনুংগী দিসিদেন্টশিংবু তাশিন খোমজিনবদা নত্তনা বি.সি.পি. গী ফম পায়বা অমসুং পায়দবা মীওই কয়ামুকপুসু তাশিন-খোমজিনগনি হায়না খল্লি। Thein Pe না বি.সি.পি. দগী তোকখিবা অসিনা পার্টি অসি মপাঙ্গল শোত্তহল্লে হায়না লৌবা য়াবা থাজনিংঙাই ওইবা মবম লৈতে। Thein Pe মশামক্রা মহাক হৌজিক কম্যুনিষ্ট অমা ওইবি হায়না ফোঙদোকই) লালহৌ অসিগী অনিশুবা মহৃয় অমনা হান্ননা মবী ফৎনদ্রবা এ.এফ.পি.এফ.এল. গী মনুংদা খাইবুং খাইবুং তৌনবা অদু হেন্না ময়েক শেংহল্লে অমসুং পি. ব্রাই.এ. না ১৯৪৮ গী জুলাই থা লোইবমদাইদা মচেৎ তাবদুনা খুৎলায় পায়বা পুলিস অমসুং লাম্মী কাঙলুপ খবগী মরক্তা লালহৌ থোকহল্লে।

ওইবিবা ফিভমশিং অসি অসুক্কী মতিক য়াঙনা অহোংবা লাকখ্রে। মদুদি হৌজিক কবি ওইবিবগে হায়বা খঙনবা হোৎনবিঙৈদা অনৌবা থৌদোক কয়া মথং-মথং থোক্লকি। আগষ্ট ২০, ১৯৪৮ দা বি.সি.পি. গী

খুৎলায় পায়বা লালহৌবশিংনা মখোযগী মক ওইবা মফম Pegu লমদমদা পেবেলেল গবর্নমেন্ট অমা শেম্বা ঙমখ্রে। Than Tun অমসুং Ghosal না Pyinmana দা লৈবিঙৈদা Politbureau গী ৩ শুবা মেম্বর Than Pe না খুৎলায পায়বা কাঙবুবু লমজিংলম্মী। মফম অতৈদা কম্যুনিষ্টশিংগী থবক থৌওং অসি তশেংনা হাযববদা লন-থুম মুনবদা মপুং ওইবম্মী। অদুগা কম্যুনিষ্টকী ব্রাবোল শন্দোকপা (Propaganda machine) কাঙবুগী মথৌদি শিংথানিংঙাই ওইবা মওংদা নীংথিজনা পাঙথোক্লম্মী।

পি.ৱাই.এ গী কাঙবুদা যাওবা "White Band" (অঙৌবা খুৎপু) হায়না খঙনবা Dissident কাঙলুপ অসিনা Thakin Nu না পায়খৎলকপা Leftist শিং পুনশিন্নবগী থৌবাং অসি য়ানিংদুনা মচেৎ তাখ্রে অমসুং লালহৌ অদুদা Special Police Reserve অমসুং বর্ম্মা রাইফলসকী য়ুনিট খবনা মপুঙ ফানা য়াওশিনখিবম্মী। গবর্নমেন্টকী মায়োক্তা বি.সি.পি. অমসুং অঙৌবা খুৎপু পি.ৱাই.এ. কাঙলুপ্না ঈহৌ লাঞ্জং চংশিন্নববসু মখোয় অনি অসি পুনশিন্ননা খোঙজং চঙশিনমিন্নবগী মওং লৈবমদে।

হৌজিক লৈবিবা ফিভম অসি অসুক্কী মতিক চময়খ্রে অমদি লৈবিবা ঈহৌ অসিগী মহে কবি ওইগদগে হায়বা খঙদ্রিমখৈদি ফিভম অসিগী মশক মওং নৈনবা অসি য়াম্নমক লুখ্রবা ৱাফম অমনি। পাল্লিবা গর্বনমেন্ট অসিগী য়াংলেন শক ওইবিবা সোসিয়েলিষ্ট পার্টিগী মীয়াম্না য়াবগী চাং অসি অসুম-অসুম ময়েং তাথবক্লি। মসিদি তশেং তশেংলে, মদুদি পি.ৱাই.এ. না ফোঙদোক্লিবা ৱাফম হায়বদি লৈবিবা গর্বনমেন্ট অসি মপাঙ্গল কনখৎনবনি হায়দুনা কম্যুনিষ্টশিংগা য়াশিন্নবা পুবক্লবা থবক পায়খৎলবদি Karen, Mon অমসুং ঙমখৈ লমদমদা খুন্দাবিবা মীওইশিংনা চপ চানা শীংনবা অসিমদি শোয়দ্রবনি, হায়বিবা কাঙলুপ ফুকপশিং অসিদি কম্যুনিষ্টশিংবু খুৎ থোক্লবা, য়ৌনা তাথিবা ঙাক্তনি। গর্বনমেন্টনা শেল থুম অমসুং ঙাক শেলগী মতাংদা Anglo Burmese Treaty দা য়াওবা ক্রোজশিং অদু লৌথোক্তিমখৈ, চৎনহনদ্রিমখৈ মওং অমদা হেক্তা কম্যুনিষ্টশিংনা মখোয়গী লালহৌবগী থবক থৌরমশিং লেপখিগনি হায়বা

থাজনিংঙাই ওইদে। গর্বনমেন্টনা ব্রাখৈনবগী ব্রাফম হৌদোক্লবসু মখোয়গী মায়কৈদগী পাউখুম অমত্তা পীবক্তবনা উৎলিবা ব্রাফমদি কম্যুনিষ্টশিংনা মখোয়গী খোঙজং, ঈহৌ অসি মখা চত্থনবগী অনীংবা লৈবিবা অদু ফোঙদোকপনি।

সি.পি. (বি) অসি বর্মিজ কম্যুনিষ্ট পার্টিদগী মচেৎ তাবকপা Thakin See না লুচিংবা Dissident কাঙবুনা শেম্বনি অমসুং মখোয়না মতম লৈবা খিবিক্তা অফোংবা লালহৌবগী থৌশিল পায়খৎলি। লুপ অসিগী লুচিংবা জেলদা লৈবি অমসুং মখোয মশেল চুংশিন্নবা (তাশিন-খোমজিনবা) ব্রাৎলি। অদুবু লৈবাক্কী ওইবা তং-তাদবা ফিভম অসিদা অমুক্কা হেন্না চমন্নবা হেনগৎহন্নবগী মবম ওইবি। Bassein, Maubin অমসুং Pyapon District শিংদা লুপ অসি হুবান-চিন্থি, পোৎলাক-চৈবাকপা কাঙবু ওইনা থবক তৌবি। বি.সি.পি. গা মান্নদবা মওংদা সি.পি. (বি) অমসুং বেদ ফ্লেগ কম্যুনিষ্ট লুপশিং অসিদি হেক লিংখৎপদগী হৌনা অথিংবা থমগ্রে।

## THAKIN THAN TUN'S SPEECH OF GREETINGS TO THE 2nd CONGRESS OF THE COMMUNIST PARTY OF INDIA

**February 28, 1948**

***Comrade Chairman and Comrade!***

On behalf of the Communist Party of Burma, I greet the Second Congress of the Communist Party of India

At this Congress, we are represented by a strong delegation This, we believe, will strengthen the ties which already exist between the Communist movement in India and the Communist movement in Burma.

Like your country, our country is passing through a most critical phase in the history of our national liberation struggle

Faced with unprecedented upsurge of the colonial peoples, imperialism is resorting the new tactics and manoeuvres - that of drawing away the national bourgeoisie, which had hitherto been in the people's camp, that of splitting the national front of the peoples against imperialism, utilising the colonial bourgeoisie against the people and bringing about civil wars.

This is what is happening in our country, in your country, in China and in other colonial and semi-colonial countries, though in differing patterns.

You will remember that the people of Burma played, a heroic role in 1945 during the great Anti-Japanese rising. It is to the eternal glory of our Party that it is our party which initiated, organised and led the anti-Japanese resistance, bringing it to a successful conclusion.

We also take pride in the fact that after the fall of the Japanese, we took the initiative and had a major share in building up the Anti-Fascist People's Freedom League (AFPFL) - a national movement unprecedented in the history of our liberation struggle - the national movement which continued resistance against the British imperialist's plans of re-establishing their political, economic and military domination

Owing to our shortcomings and weaknesses, we were out-manoeuvred, and since September 1946, the national bourgeois leadership inside the AFPFL began to compromise with imperialism with imperialism This compromise was finalised in the Anglo-Burmese Treaty By this treaty the national bourgeoisie has finally agreed not to fight British imperialism any more and has gone over completely to subservient collaboration with imperialism

On January 4, 1948, Burma was formally declared a fully "Independent Sovereign State" But behind this facade of sham independence the old colonial social order is retained, British imperialism continuing its domination, though the form has changed

Imperialism did not hand over power to the national bourgeoisie until it was sure that the national bourgeoisie had given up the path of opposition and that, it was going to use the power so transferred not against imperialism but against the people The record of the AFPFL Government after the declaration of "Independence" clearly shows that it has not, and cannot, solve a single fundamental problem of the people.

In all fundamental questions, it has come out against the people It is today advocating industrial peace, workers and peasants producing more, more exports and less imports, etc In short the AFPFL Government has come today a subservient tools in the hands of imperialism to suppress the people's movement for real independence and people's democracy.

That is only one side of the picture Our great people who fought the Japanese Fascists and British colonisers - and fought with arms are not daunted Today they are resisting these new imperialist attacks

The movement of the working-class for confiscation of British capital and nationalisation of key industries, the struggle of the peasantry for food and land, the struggle of the oppressed middle-classes for better living conditions, the general democratic movement of the entire people for democratic liberties, the heroic struggle of the people in Arakan and central Burma against military suppression the democratic movement of the Karens (though it is still weak because of the reactionary feudal leadership which is exploiting for its own selfish ends the honest desire of the Karen masses for national self-determination), the struggle of the people in the Shan States for the overthrow of feudal-autocracy - all these are developing in opposition to British imperialism in opposition to the national bourgeoisie which is making desperate efforts to disrupt and crush the rising tide of the democratic forces

The forces of democratic revolution are marching forward - marching forward to shape their destinies with their own hands

The Communist Party of Burma is today making all-out efforts to unite all these diverse current into one stream of general revolutionary democratic movement for real independence, for a people's democracy and for lasting peace.

Faced with a might revolutionary upsurge, imperialism, with the subservient collaboration of the national bourgeoisie, has brought Burma on the brink of a disastrous civil war, in order to crush the impending revolution.

Our entire party is today concentrated on the building of a Democratic Front based on AFPFL-Communist Party (CP) unity (without the collaborating bourgeois leadership) to avert

civil war, to smash the imperialist-feudal-bourgeois combine, to set up a new people's democratic State - a state based on the class alliance of workers, peasants and oppressed middle-classes, in which the working-class is in firm leadership, in which all exploiting classes are kept out - a new State which is transition to Socialism

We are advocating AFPFL-CP unity because the majority of the AFPFL masses, who still nurse illusions about their leadership, stand for real independence and people's democracy We are firmly convinced that they can be won over to the side of democratic revolution But as for their leaders, they have completely deserted the people's camp

When after the assassination of General Aung San we made efforts for AFPFL-CP unity, the present AFPFL leadership obstructed unity under the direction of American imperialists They are today continuing with this Anti-Unity Activities We, therefore, specifically say that AFPFL-CP unity without the collaborating leadership - the leadership which following the dictates of Anglo-American imperialism

Forging a fighting united front under new conditions on the one hand, we are, on the other hand, making all-out efforts to avert the civil war instigated by Anglo-American imperialists and their running-dogs, the collaborating AFPFL leadership

But we are not afraid of the consequences We are prepared to return blow for blow We are conscious of our own strength. In spite of the combined attacks of the imperialist, feudal-bourgeois combine, our Party is taking singly, still a major party that is the strongest single party inside our country The role of our Party in relation to the national movement is greater than our numerical strength. At the same time, we are the party of tens of thousands of the finest cadres in our country. Behind us is the experience of partisan warfare, the experience of anti-Japanese armed struggle, the experience of the militant

resistance, struggle against the "Anti-Communist Annihilation Drive" of the imperialists-bourgeoisie Government through "Operation Flush" and "Operation Arakan"

We have more than a lakh of class conscious militants who have had military training, many of whom have had experience of partisan warfare and who can be swung into action whenever the occasion demands it We also have lakhs of workers, peasants and common people behind us

Let me repeat again We are making all-out efforts to prevent civil war But if the national bourgeoisie, backed by Anglo-Americans, insists on having it, well they will have it We are prepared to return two blows for every blow struck against us - smash the imperialist-feudal-bourgeois combine - establish real independence, a people's democracy and a lasting peace

You, comrades of the Communist Party of India, have a special role to play You will have to take up the banner of national independence and sovereignty in your own hands and smash the imperialist-feudal-bourgeois combine By doing so, you will be assisting the movements in Asia for real independence

Comrades, the great victories of the People's Liberation Army led by the Chinese Communist Party have greatly heartened the oppressed peoples in Asia. But the victories by themselves are not enough The democratic movement in China must become closely linked up with that in other colonies and semi-colonial countries

We in Burma have a special role to play in this connection. We are doing our best to forge links between the victorious Chinese People's Liberation Army and the onward march of the Burmese democratic movement.

Comrades, 1948 is a decisive year for the liberation movements. It will decide the fate of the liberation movements in South-East Asia.

The Anti-Imperialist Democratic Camp has been formed. It is led by the great Soviet Union It is composed of the New Democracies, the working-class movements in all capitalist countries, the democratic movement of China and the national liberation movement of all colonies and semi-colonies Unitedly and firmly led by the Communist Parties, our camp is far stronger than that of the imperialists, the Anti-Democratic Camp led by American imperialism

We firmly believe in the just nature of our cause We know that world reaction, led by American imperialism, is doomed to defeat As Comrade Mao-Tse-Tung, the leaders of China's millions, has said. "The light of dawn is upon us" Comrades, your struggle against the imperialist-feudal-bourgeois combine is one with us for real national independence, for a People's Democracy and for a lasting peace

Let us never forget the oneness of our common struggle Let us, therefore, unite and the victory will be ours Comrades, lastly on behalf of the Communist Party of Burma, I am presenting to this Congress a banner to solidify the oneness of our struggle for real independence and People's Democracy, and for a lasting peace

*Long live the Democratic Camp headed by the Soviet Union!*

*Death to the imperialist, Anti-Democratic Camp led by the American imperialism!*

*Long live the Communist Party of India!*

## টেলঙ্গনাদা খুৎলায় পায়বগী লালহৌ থোবকপা

ফেব্রুৱারিগী তাং ২৮ দগী মার্চ তাং ৬ ফাওবা পাঙথোকখিবা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়াগী কলকটাদা ফমখীবা অনিশুবা কংগ্রেস মীফম্না খুৎলায় পায়দুনা লাল হৌনবা থৌবম পবেং য়াৎলি। রুসিয়াদা অমদি চাইনাদা চখখিবা লালওং অনিগী মবক্তা কবম্বা লালওং ইনগদগে হায়বগী মতাংদা পার্টি মনুংদা য়ানবা অমা পুবকপা ঙমদে। রাফম অসি কেমিনফোবম (কম্যুনিষ্ট ইনফোবমেসন ব্যুবো) দা থাঙ্গৎলি। এসিয়াদা লৈবিবা কম্যুনিষ্ট পুম্নমক মাওগী লালওং অদু ইন্নবা হায়বকই। বর্ম্মাগী কম্যুনিষ্ট লুচিংবা থাকিন থানতু, ১৯৪৩ দা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়াগী মেম্বর ওইখ্রবা অসামগী মীহুৎ ওবজববগী থাক্তা লময়ানবা ইবাবতসু য়াওখি। মালেমগী ওইনা কম্যুনিজম, ইম্পেবিএলিজম, ফেসিজম, ফ্যুদেলিজমগী মুক্রবা মবক্তা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়াগী মনুংদা এসিয়াগী ওইনা বি.টি. বনদিবগী রাখল্লোন্দা চাইনিজ কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লিক্লমদা লৌশিংগী খুৎলায় পায়বগী লালহৌনা চুমগনি হায়না ফীবেপ লৌই। মহাক্না ইম্পেবিএলিজম, ফেসিজমগী মায়োক্তা অদুগা ভাবতকী দ্রাফ্ট কনষ্টিট্যুসনসু য়াদে, ১৯৫০ গী খুৎলায় পায়বগী লালহৌনা (১) বুর্জুৱা -ফ্যুদেলিজম্সু মুখৎপা (২) পিপলস দিমোক্রেসি লিংখৎপা (৩) ফেসিজমগী মায়োক্তা লেপ্পী। ১৯৫১ ফাওবদি সোভিয়েৎকী লুচিংবশিংনা ইন্দিয়াদা খুৎলায় পায়বগী লালহৌ লেপ্প্রবা খণ্ডহলক্লিবা ফাওবগী মনুং বি.তি. বনদিব পার্টিগী জনেবেল সেক্রেটবিদগী চিংথগ্রিঙৈগী মবকসি ফাওবা খুৎলায় পায়বগী লালহৌ চঙশিনখি। ভাবতা ১৯৫১ গী মতুংদা খুৎলায় পায়বগী লালহৌ থিংজিল্লবসু বর্ম্মদদি মাওইস্তকী লীক্লমদা অদুমক চংশিনখি। বৃটিশনা ইন্দিয়া থাদোক্লুনা চৎখিগদৌববা ফীভম লাকপা মতমদা ইন্দিয়া মনুংগী নিংথৌ শানবা লৈবাকশিং অমদি প্রোভিন্সশিংগী

মনুংদা খুৎলায় পায়বগী লালহৌ থোবকখি। কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিযাগী মনুংদা লুচিংবা চিংথনবা অমদি সোভিযেট, চাইনাগী মবক্তা চাওনা মীৎযেং খেৎনবা থোবকই। অসিগুম্বা ফীভম কয়াশিংগী মবক্তা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী পোলিট ব্যুবোনা লাল খুদিংমক বিজোলুসনবি লোমদা ওনশিন্নবা ব্রাবেপ লৌদুনা ফেব্রুৱাবি, ১৯৪২ দা পীপলস ৱাদা ইন্দিয়া মীয়াম্বু থৌদাং লৌহল্লু হাযনা খঙহনখি। ১৯৩৯-৪০ দা তেলঙ্গনা হাইদ্রবাদ ষ্টেট কী তেলগু ভাঙবা মীওইশিংগী নাৎ অমসুং বাজনিতগী অপাম্বশিংগা লোয়ননা অন্ধ মহাসভাগা পুন্না কম্যুনিষ্ট পার্টি লিংখৎতুনা ১৯৪৪ দগী লৌয়াম চাবশিংগী মায়োক্তা খুৎলায় পাযবগী লালহৌ চংশিনবা হৌখি। অনিশুবা মালেমগী লাঞ্জাও মনুংদা মওং মবিল তাদ্রিবসু নিংথৌশিংগী মায়োক্তা মীযামগী লাল ওস্থোকপা, ইং কুমজা ১৯৪৮ গী ফেব্রুৱাবি ২৬ তগী মার্চ্চ তাং ৬ ফাওবা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিযাগী ২ শুবা কংগ্রেস ফমখি। পুন্না দেলিগেট ৬৩২ য়াওবা মীফম অদুদা ইবাবত সিংহ য়াওখি। মীফম অদুদা ভাবত্তা পীপলস দেমোক্রেটিক বিভোলুসনগী থৌবম ১৭ খক পাঙথোক্লবা পোলিটিকেল থেসিস ব্রাবেপ্লখি। কলকতাদা ফমখিবা মীফমদুদা (অনিশুবা কংগ্রেস) ফ্রেটর্নেল দিলিগেট ওইনা য়াওখিবা বর্ম্মা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী প্রসিদেন্ট থানকিন থান তুনগসু উন্নদুনা ব্রাবি শান্নখি কলকতা মীফম্না খুৎলায় পায়বা লাঞ্জংগী ব্রাবেপ লৌখি।

ইং কুমজা ১৯৪৭ কী জুন থাদা বৃটিশ ইন্দিয়ানা শক্তি শিন্নবগনি হায়বা ব্রাবেপ অদু লাওথোক্লম্মী অমসুং অগষ্ট ১৫ দা শক্তি শিন্নগদৌবিবা অদুগী মতাংদা সি.পি.আই. দা চমন্নবা কয়া অমা থোক্লম্মী। বৃটিশ ইন্দিয়ানা মখোয়গী শক্তি অদু কংগ্রেস লিদবশিংদা শীন্ননবা হোৎনবম্মী মসি কংগ্রেস অমসুং বৃটিশ অনিগী মবক্তা য়ান্নবা থৌশিলনি। সেপ্টেম্বর থাদা, কমিনফোমগী মীফম হৌদোকপদা Zhdanove না মহাক্কী অশাওবা অমগা লোইননা লোইলম শন্দোকপগী মায়োক্তা চপ্ চানা থেংননবা কম্যুনিষ্টশিংনা হোৎনগদবনি হায়না লাওথোকখি। ভাবতকী Context তা খল্লিবা ব্রাফমদি ইন্দিয়া অসি হান্ননা Capitalist Country নি, Semi Feudal নৎত্রগা Semi-Capitalist নত্তে মবম অদুনা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা

পার্টিগী প্রোগ্রাম মখাদা Revolution গী মাইওল অমখক ওন্থোক্‌লুনা থেংনগদবনি হায়বা ৱাফম অসিনা পার্টিগী মকওইবা ৱাফম ওইখি। মসিনা মবম ওইদুনা অনিশুবা কংগ্রেস অসি খ্বাইদগী মকওইবা মীফম অমা ওইনা লৌখি।

কম্যুনিষ্ট পার্টিগী পার্টি প্রোগ্রামদা চয়েৎনবা কযা লৈবনা মবম ওইদুনা অন্ধ্র কম্যুনিষ্টশিংনদি লৌমীশিংনা মপুং ওইবা খুৎলায পায়বগী লালহৌ পায়খৎখি। অনিশুবা পার্টিগী কংগ্রেসকী মমাংদা দিমোক্রেটিক বিভোলুসনদা চঙশিল্লিবা খোঙজংগী বিভোলুসনবি সিগনিফিকেন্স অনৌবা পোলিটিকেল থিসিস অসিনা খুৎলায় পায়বগী লালহৌ অসি অনিশুবা কংগ্রেসনা চপ মান্নবা খোঙজং অমখক লৈপাক্কী অতৈ মফমশিংদা চঙশিনবা, ৱার্কিং ক্লাস মুভমেন্টতগী খুৎলায় পায়বগী লালহৌবোমদা ওনশিনবা হায়বা ৱাফমশিং অদুনা ৱার্কিং ক্লাসনা জেনবেল ষ্ট্রাইকতগী খুৎলায় পায়বগী লালহৌ ওন্থোকখি। অন্ধ্রগী কম্যুনিষ্ট লুচিংবশিংনা পুথোক্লিবা থেসিস অসি ক্লাসসিকেল কসিয়ান বিভোলুসনদগী খেৎনবা কয়া লৈ অদুবু চাইনিজ বিভোলুসনগী পিসেন্ট বিভোলুসনগা য়াম্না নক্লবা মান্নবা য়াম্না য়াওবম্মী। জেনবেল ষ্ট্রাইক, ডিমোক্রেটিক ওইবা খোঙজং চঙশিনবগী মহুত্তা, লৌমী-শিন্মীশিংগী লালহৌ (এগ্রবিয়ান বিভোলুসন) চৎথদুনা শক্তি মুননবা হোৎনগদবনি হায়বা উপাই অসিদা য়ুম্ফম ওইদুনা অন্ধ্র, কেবেলা, বঙ্গাল অমদি অতৈ ষ্টেটশিংদা "Guenlla Warfare" নৎত্রগা "Chinese Way" বোমদা চঙশিন্দুনা Nehru Government পু থেংনদুনা শক্তি মুনবা হায়বশিনা পার্টিগী অখন্নবা মীৎয়েং ওইখি। মবম অদুনা তোঙান তোঙানবা খুঙ্গং অমদি সহবদা খুৎলায় পায়বা Guenlla লালহৌ চঙশিন্দুনা Liberated Zone পাকশন্না শেমগৎতুনা থেংনবা অসিনা Nehru সবকাব অসিনা পার্টিবু মাঙহন্নবা হোৎনবা থিংবা ঙমগনি হায়বসি পার্টিগী থাজবনি, Guenlla Warfare অসি মফম কয়াদা শেমগৎখিবা অসি লৈঙাক্লোনগী শক্তি মুননবনি। মসি মনিংতম্ন বগী অমত্তা ঙাইরবা উপাই ওইনা খুৎলায়গী শক্তি শিজিন্নগদবনি হায়বসিনি। ঠেসিস অসিনা অপুনবা ফ্রন্ট (য়ুনাইটেড ফ্রন্ট) লৌয়ামচাবা,

Middle Bourgeoisie অমদি লাইববা উপাই লৈজদ্রবা লৌমী- শিন্মীশিংগী Alliance Peoples' Democratic Revlolution দা যাওহন্দুনা পার্টিগী লিচিং মখাদা খুৎলায় পায়বগী লালহৌগী অচৌবা ফ্রন্ট অমা লাওথোকপা হায়বসিনি। Academician V Balabushevich না ভাবত্তা অহানবা দিমোক্রেসিক শেম্নবগী অহানবা খোঙথাংদি Agrarian Revolution না মাংজিন থানা চঙশিনগদবনি হায়বা অপিকপা চিঠি অমদা ফোংদোবকপা ৱাফমদুমক যাম্না পূক্লিং থৌগৎপা ৱাফম ওইখি।

Peoples' Republic of China (October 1, 1949) মতেং পীনবগীদমক লাউথোককখি, ইং কুমজা ১৯৪৯ গী নভেম্বর দা Liu-Shao-Chi না পেকিংদা 'মাওগী লম্বীশিংনা' লোইলম শন্দোকপশিংগী মখাদা লৈবিবা লৈপাকশিংগী অমত্তা ঙাইববা লম্বীনি অমদি মতম পূন্নমক্তা অমদি মফম খুদিংমক্তা খুৎলায় পায়বগী লালহৌ অসিনা যাওলগী মকওইবা উপাই অমনি হায়না লাওথোকখি। মদুগী মতুংতাবকপদা Cominform গী Journal গী Editoral না Liu-Shao-Chi গী লাওথোক ৱাবোল অদু ফোঙদোবকখি অমদি Liu-Shao-Chi গী Formulation Declaration অমা পীবকখি। শুবী নোম্নীবা শিন্মী (Working Class) অমসুং মসিবু লমজিংলিবা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা লুচিংবা য়ুনাইতেট ফ্রন্টনা লোইলম শন্দোক্লীবশিং অমদি মখোয়গী খোঙলোইশিংবু লাম্থেংনবা পাম্বা কাঙলুপশিং পুনশিন্দুনা National Liberation Struggle তৌদুনা মায়পাকখিবগী Experiance Chinease মীয়াম্না থেংনখি। ঈহৌ অসিনা অকনবা লাঞ্জং অমগী থাক্তা ৱাংখৎলকপা মতমদা লোইলম ওইবীবা লৈপাক কয়াদা চঙশিল্লিবা National Liberation Movement না কবি থৌদাং লৌখিবগে হায়বসি Vietnam, South Korea, Malaya, Philippines, Indonesia, Burma, China অমদি অতৈ লৈপাক কয়াবু খুদম পীবদুনা Cominform দা তাক্লি। অদুবু ইন্দিয়াগী খুৎলায় পায়বগী খোঙজংনি হায়না থাজবা থমদদুনা লিষ্টশিং অসিদা হাপ্পমদে। মে-জুন, ১৯৫০ দা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী

লৌমী শিন্নীশিংগী ওইবা Partisan ওইনা Line অদু মহৈ য়াল্লবসু Moscow না মখোয়গী খোঙথাং অদু নমথনবা অনৌবা কম্যুনিষ্ট পার্টিগী লুচিংবশিংনা শন্নকপা অনৌবা থন্ননবগীদমক পুথোবক্লিবা পোলিটিকেল লাইন অদুগী মনুংদা খ্বাইদগী মকওইর্বদি .

১) ইনাকখুনবা লৌয়ামচাবা Bourgeoisie পুম্বা পিপলস দিমোক্রেটিক বিভোলুসনগী যেক্লবা ওইনা লৌবগী ৱাখল্লোনবু য়াদবা,

২) Agrarian Struggle অসি য়াবিবমখৈ খুঙ্গংগী মফম খুদিংদা পাক চাওনা শন্দোকপা অমদি চাওখৎহন্নবগীদমক্তা হৌবিবা ইন্দিযান বিভোলুসনগীদমক চাইনিজ বিভোলুসনগী ৱাখল্লোনবু লেঙদনা থম্বা অসিনি।

অনৌবা সেন্ট্রেল কম্মীটি, জুন ১, ১৯৫০ দা নেসনেল লিবেবেসনবু ঙাক্কুনা থম্ননবগীদমক খুৎলাই পায়বগী লালহৌগী থৌদাং অদু খঙহল্লদুনা অসিগুম্বা লাঞ্জংদু মাঙজৌননা হায়বিবা ফীভমশিংদু লৈবে হায়না খঙহল্লম্মী। অদুবু খুৎলায় পায়বগী লালহৌ অসি লৈবে হায়দুনসু মফম অমদা হেক্তা খুদক্তা শেমগৎকদবা নত্তে। পার্টিগী পাঙ্গল মপুং ফানা লৈববা, অয়াবা ফংলবা খুঙ্গংগী থৌশিল খুদিংমক্তা মবি লৈননা Guerilla Warfare হায়বা খুৎলায় পায়বগী Tactics অসি শিজিন্নগদবনি। সেন্ট্রেল কম্মীটিনা টেলেঙ্গানাগী লাঞ্জং মওং অসি ভাবতকী অতৈ মফমশিংদা পাকথোক চাওথোক্লবা অয়াবা পীবম্মী। খুঙ্গংগী মফমশিংদা পার্টিনা খুৎলায় পায়দুনা লালহৌবগী লম্বী চঙশিনবগুম সহ্ব অমদি ৱার্কিং ক্লাসগী ওইবা অনৌবা লাইন অমদি টেকটিস অমা শেমদুনা খোঙজং চংশিনবা পামখি।

কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়াগী মনুংদা থোরক্লিবা অনৌবা পোলিটিকেল ওইবা লম্বীশি পার্টি মনুংখক্তদগী থোবকপা নত্তে। বোম্বে জেলদা লৈরিবা SA. Dange, Ajoy Ghosh, SV. Ghatte অমদি কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ গ্রেট বৃটেননা থাদোরকপা চেয়োল ময়াম অমসু

য়াওবী। ইং ১৯৫০ গী মতমদা Cominfrom গী জর্নেলদা (জনুৱারি ২৭, ১৯৫০) কম্যুনিষ্ট পার্টিগী মনুংদা যান্নবশিংগী মবমদা লিখুল লিবকই। খুৎলায় পায়বগী লালহৌ অসি ভাবতকীদমক্তদি শাসন তৌবা নত্তে, সি.পি আই গী ফীভম অমসুং লৈপাক অসিগী Struggle তুংগী যাইফনবা খুদক্কী ওইবা থৌবাং পায়খৎতে। সি.পি.আই. না আইনগী ওইবা খুদোংচাবা ঙাইদুনা জেনবেল ইলেক্সনগীদমক শেম শাদুনা লৈবম্মী মদুগী মথক্তা চিঠি অদুদা সি পি.আই. গী লিদবসিপ হোংদোক্লবগী ৱাফম য়াওবগা লোয়নননা বাজেশ্বরা বাওবু দিমোক্রেটিক ওইনা মীয়াম্না ভোত তৌদুনা খনখিবা নত্তে মবম অদুনা পার্টি মনুংগী মুক্লবা অমদি মুক্লবগী ফল কোক্লবা পান্নেদি মপুঙফাবা অমসুং মনিংতম্না মওংদা খনগদবনি হায়বা য়াওবি। চিঠি অদু সেনত্রেল কম্মীটি খক্তদা পীবা তোঙান-তোঙানবা লিদবশিংদা খঙহন্দবা কনফিদেন্টসিয়েল ওইবা চিঠিনি। চিঠি অদু ফংবা থা অহুমগী মনুংদা ইং ১৯৫০ গী দিসেম্ববগী মমাংদা বাজেশ্বরা বাওবু য়াদ্রে হায়না পার্টিনা সার্কুলব তৌদুনা খঙহনখি। লোইননা অনৌবা লিদব খল্লগা পার্টিগী য়ুনিটি শাগৎপা, পোলিটিকেল আইদোলোজিকেল ওর্গনাইজেসনেল য়ুনিটি শেমগৎনবগীদমক সোভিয়েতগী মতেং লৌনবা ৱাবেপ্লখী।

P Sundarayya না লুচিংবা Telengana গী Struggle অমদি সি.পি.আই অনিগী মবক্তা চাওনা খেৎনবা উই মকওইবা প্রোগ্রামদি- কবম্না কাঙলুপ্তা বৃিটিশকী শক্তি শিন্নগদগে? ইন্দিয়াগী বিভোলুসন অমসুং কবম্না কাঙলুপকা পুনবা নৎত্রগা এল্লাইন্স শেম্না, Russia নৎত্রগা Chinese, Telengana লালহৌগী মওং-মতৌ, তোঙান-তোঙানবা তাক্কত্তা লৈবিবা বাজনিতিগী শক্তি পয়নবগী চঙশিল্লিবা লৌমীশিংগী খুৎলায় পায়বগী লালহৌ অমদি মসিদা থোবক্লিবা সমশ্যাশিংগী থেংনবিবশিংনি। মতাং অসিদা বৃিটিশ পার্টিনা অকনবা প্রেসব তৌবকখি। Soviet কী Foreign Policy হোংদোক্লবা Directive হোংদোকপা তাবকপা অচুম্বা ওইবে। Directive শিং অদু R.Palme Dutt না ইন্দিয়াগী ফিভমদা ৱাহং ৫ গী পাউখুম পীবগী মওংদা

লাকখি। মদুদি থাংজিল্লক্লিবা শক্তিগী খোঙথাং অদুদি Anglo-United States Imperialism গী মায়োক্তা এসিয়াগী নিংতম্নবগী খোঙথাংনি, নেহরুগী ফোবেন পোলিসি থাজনিঙাই ওইদে, শান্তি অমসুং মনিংতম্বা অনীমক পুন্না কমন ওইবা থবক অমদা য়ুম্ফম ওইবা পাকচাওবা দেমোক্রেটিক ফ্রন্ট অমখক ভাবত্তা লিংবা দবকাব ওই, Arm Struggle হায়বসি ভাবতকী কন্দিসনদা চান্নদে হাযবা মবৈনি। Dutt না ইন্দিয়ানা কম্যুনিষ্টশিংবু উনদুনা ফম্মীন্নবা পান্নম্মী। ফীভমশিদা সোভিয়েটকী খুৎ থিংজিল্লক্কুনা, সি.পি.আই. গী মনুংদা লৈবিবা ফেক্সন অমদি সি.পি.আই. গী মনুংদা লৈবিবা Inner Party Struggle অদু লোইশিন্নবগীদমক ইং ১৯৫১ দা Moscow দা অৱাংবা থাক্কী মীহুৎ কাওবু অমা চৎখি, মীহুৎ অদুদা মকওইনা Telengana গী খুৎলায় পায়বগী ল্যালহৌবু লুচিংলিবা C Rajeswara Rao, M Basavapunniah অদুগা মদুগী মায়োক্তা লৈবিবা লুচিংবা SA Dange অমসুং Ajoy Gosh য়াওবম্মী। সোভিয়েট পার্টি কম্মীসনদা Stalin, Malenkov, Molotov অমসুং Suslov য়াওনা Draft Programme শেম্নবা হোৎনখি। Draft Programme গী ৱাবোলদুদি-বৃটিশনা মখোয়গা Class Collaborate তৌবিবা কংগ্রেস সবকাব অসি Imperialist শিংগী ইন্তবেষ্ট ওইবা সবকাবনি, Draft অসিনা Indian Bourgeoisie শিংবু মাইথীবা পীবা, অমদি লৌথোক্লবগী ওইথোকপা য়াবা লম্বী পুথোকপা, বিভোলুসনগী Stage অনি তোখায়-তোখায় থম্বা অসিনি।

অসিগুম্বা Tactics অসিগী দোকুমেন্ট অসি "Statement of Policy" হায়না খঙনদুনা কসিয়া নৎৱগা চাইনিজগী লম্বী নত্তনা ইন্দিয়াগী মীয়ামদা ইন্দিয়াগী ফীভমগা চানবা Leninism পানশিনগনি হায়বা পাউখুম্নি। লৌমী শিন্মী পুনশিন্দুনা সহর মফমশিংদা General Strike, Working Class Movement চঙশিনবা হায়বা খুৎলায় অসিগী মকওইবা পান্বেদি পুনশিনবনা ওইগদবনি। ৱারোল অদুনা থবক শুবা লৌমীশিংগী অপুনবা অদুদা ৱার্কিং ক্লাসনা হেন্না মরুওইবা থৌদাংশিং হেন্না তাকলম্মী। "Statement of Policy" অসি Moscow দা

সি.পি.আই. টীম অমনা শেন্বা মীযামগী ফোংদোক্লিবা "Tectical Line নি। ৱাবোল চেশিদা থিওবিটিকেল ইসু, আইদোলোজি পীবা অদুগা সোভিয়েট পার্টি কম্মীসন অমসুং সি পি.আই গী মবক্তা খন্না নৈনখিবগী অকুপ্পশিংদু য়াওবী। সোভিয়েট পার্টি কম্মীসননা ইন্দিয়ান কন্দিসনদা পানবা যাবে হায়না শেন্নীবা প্রোগ্রাম, টেক্তিক্স লাইন অদুনা আর্ম বিভোলুসনবু খুদক্তা লৌখৎকদবা থবক নত্তে হায়বন্মী। অকক্লবা মফম খবদা লৌমীশিংগী যাইফনবা আর্ম বিভোলুসন তৌগদবা নত্তে হায়বন্মী। ইন্দিযাগী মফম খুদিংমক্তা লৌমীগী খোঙজং চঙশিনবগী অযাবা পীবোইদবনি, অতোপ্পা মান্নদবা ফীভম অমদনা খুৎলাই পাযবগী লালহৌগী মওংশিং মফম কয়ামুক্তা থোবকপা য়াই। খুদম ওইনা লৌযামচাবশিংদগী লৌ শৎপা অদুফাওগী থাক্তা লাকপা মতমদা লম মুনবা অমসুং মুনখিবগী লম ঙাকপা হায়বা ৱাহং অসি থোবক্লনা মীযামগী ঈহৌদা লিংজেল মান্নদবা যুম্ফম ওইববদি মদুগী মহুত্তা চুম্না শেমগৎপা অমদি লমজিংদুনা খোঙজং ফগৎহনবা ঙমগনি হায়বসি সোভিয়েট পার্টি কম্মীসনগী মীৎয়েংনি।

চাইনাগী চপ চাবা ফীবেপ-কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ চাইনানা ইন্দিয়াগী কন্দিসনদা শেমদোক্লিবা পোলিসিগী মতাংদা যাওখিবা লুচিংবশিংনা থওইখিদবনি হায়না মবাল শিববসু সোভিয়েট অমসুং Comniform গী থৌদাংদি তুমিন্না লৈ। ইং ১৯৬৭ আগষ্ট ২ গী এন.এস এন.এ. না ফোঙদোকখিবা ৱাফমদা মতম কুইনদগী ইন্দিয়ান কম্যুনিষ্টকী মুভমেন্টনা লম্বী অনিগী মবক্তা তোঙান-তোঙানবা ঈহৌশিং থেংনখ্রে, Arm Struggle গী মতেংনা শক্তি পাযবগী হোৎনবদা অযেৎপা পীববসু চাইনিজ মীয়ামগী লম্বীদা মাওগী ৱাখল্লোন্না লমজিংদুনা মাইপাকপা পুবকখি হায়বশিনি। ইন্দিয়ান কম্যুনিষ্টনা শেমদোক্লে হায়না লুচিংবা খবনা হায়ববসু হাথু হাথুবা Revisionist-Parliamentary গী লম্বীদা চৎলম্মী মদুনা ইন্দিয়ান বিভোলুসনবু মীয়ামদা থাজবা মাঙহন্নবা মবম ওই হায়না মবাল শিবি। ইন্দিয়ান Revisionist শিংনা লৌমীশিংনা চঙশিনবা Arm Struggle বু খুদোংথিবা ওইবা য়াবা অমসুং লনাই ওইবা লালহৌনি হায়না শন্দোক্লবসু Struggle অদু Mao-Tse-Tung গী ৱাখল্লোনগী

লুচিং মখাদা বিভোলুসন চাওখৎহল্লী হায়না খুল্লি। চাইনিজ কম্যুনিষ্ট পার্টি না লাউথোক্লিবা ৱাফমদি চাইনিজ বিভোলুসনগী চৎন লোনচৎশিং অসি মমাংগী ফীভম কয়াদা ফংলকপা Experiance দুগী মতুংইন্না লোইলম ওইববা লৈবাকশিংগী লালহৌ খুদিংদা খুৎলাই পাযবগী লালহৌ হৌবদা কাযদে হাযবগী ৱাফম Trade Unions Confrence কী Peking World Federation দা Liu-Shao-Chi গী Opening Address কী ৱাহৌদোক্লা মযেক শেংনা পন্দুনা লাউথোকখি অমদি Comniform. Journal (জনুৱাবি ২৭) দা ফোংদোকখি। জর্নেল অদুদা BT Ranadive না সি পি আই গী জেনবেল সক্রেটবি ওইবিঙৈগী মতমদা চাইনিজ বিভোলুসন গী ফজববা মচৎশিং পানশিন্দুনা নেসনেল দিমোক্রেটিক ষ্টেট অমগীদমক মাইপাক্লা লমজিংখিবগী ৱাবোল অদু ৱাবোইশিন্দা যাওবি।

নেসনেল দিমোক্রেসিগী ৱাখল্লোন অদুনা ১৯৫১ গী দোকুমেন্ট, নেহরুগী থৌশিল অসিনচিংবা য়ান্নদবা অদুনা সিনো-ইন্দিয়ান বোর্দবদা মশা মবেং ফন্দোবকপা অমদি সি.পি আই গী মনুংদা পিপলস দিমোক্রেসি অমসুং নেসনেল দিমোক্রেসিগী খোঙথাংদা চঙশিন্নবগী চয়েৎনবা ইসু মুৎপা নাইদনা মুক্লবা অদুমক চৎথবকপনি হায়না থম্মি। সোভিয়েটকী মতেং ফংলবা সি.পি.আই.গী মীৎয়েংদি ভাবতকী Bourgioise Democracy দগী নেসনেল দিমোক্রেসি পুবকপা অদুগা Left-Wing গী মীৎয়েংদদি লৈপাক মনুংগী থেংনবিবা খুদোংচাদবা সমশ্যাশিং অদু Bourgioise শিংনা লোইলম শন্দোক্লিবা লৈপাকশিংগা য়াশিন্নবে হায়বশিনি। তোঙান তোঙানবা মুক্লবা, য়ান্নদবা ৱাফম কয়ামুক্লা মবম ওইদুনা সি.পি.আই. বু ১৯৬৪ দা তোখায় তোখায়বা মীৎয়েংনা মবম ওইদুনা সি.পি.আই. (এম). শেমদুনা মশাগী মনিংতমজবা প্রোগ্রাম শেমজগনি হায়দুনা মপান থোকখি। মসিগী মতুংদা চক মজুমদব অমসুং কানু সনয়ালনা লুচিংবা খুৎলায় পায়বা লৌমীগী লালহৌ অমা চংশিনবগীদমক সি.পি.আই (এম) দগী থাইদোক্তুনা ৱেষ্ট বেঙ্গালগী নাক্সলবাবি হায়বিবা মফমদুদা পোকখি।

নেক্সালিজমশিংনা চাইনিজ কম্যুনিষ্ট বিভোলুসনাবিগী লুচিংব' Mao-Tse-Tung গী ৱখলোন থবক্তা ওম্বোক্লবগীদমক নোংমৈগী বেবেলনা শক্তি মুনগদবনি হায়বগী থাজবা অমগা লোয়ননা ১৯৬৭ কী মে থাদগী নেক্সলববি দগী নেক্সল মুভমেন্টদা চংশিনবা হৌখি, ঈ তান্নবগী খোঙথাং ১৯৬৯ দা হেঙ্গৎলকখি, All India Coordination Committee of Communist Revolutionaris (AICCCR) হায়না Naxalites না শিন্দুনা পাংথোক্লবা মতুংদা Communist Party of Indian (Marxist-Leninist) পোকখি। ঙসি ঙসিমক তোঙান তোঙানবা ৱাফম কয়াগা লোয়ননা Maoist/Naxalism Movement গী খুৎলায় পাযবা Wing ওইবিবা People's Guerrilla Army (PGA) না খুৎলায় পায়দুনা শোকহল্লবা ষ্টেট ১৩ - Andhra Pradesh, Bihar,Chhattisgarh, Jharkhand, Madhya Pradesh, Maharastra, Orissa, Uttar Pradesh, West Bengal, Kerala, Karnataka, Haryana অমসুং Tamil Nadu গী তোঙান তোঙানবা ডিষ্ট্রিক ১৪০ বোমদা অকনবা মওংদা লাল অসি চৎথবি। থমজনিংলিবা ৱাফমদি ওইবক্লিবা ফীভমশিমক ইং কুমজা ১৯৪৬- ৫১ ফাওবগী মনুংদা Communist International Movement গী শকক্তা মকওইনা তোঙান তোঙানবা Sino-Soviet কী ওইবা মীৎয়েং অমদি অকনবা ইথিল অদুমক ঙসিমক Indian Communist Movement গী শকক্তা মমি তাবি অমদি খেৎন্নবম্না মীৎয়েংশিংদুগী তোঙান তোঙনবা ফীবেপশিং লৌনবকপনি হায়বসিনি। মথক্তা নৈনবিবা ৱাবিশিং অসিমক লময়ানবা ইবাবতকি খুৎলায় পায়দুনা লাম্হেংনবগী উপাই অসি কদাইদগী লাকপনো হায়বসে ৱাহংগী পাওখুম অখঙ অহৈশিংনা খুম্বীগনি।

## মালেমগী মীওৎ-মীনৈগী মায়োক্তা থেংনখিবা লান (লময়ানবা ইরাবতগী ইন্টরনেসলিষ্ট ওইবা মথোং লোৎপা শক্লোন খিবা অরাইবা নত্তে)

"খুৎলায় পায়দুনা লালহৌ চখবা হায়বসি বাজনীতিগী লালগী থোযদোকপা মখল অমনি, থোইদোকপা কাঙলোন খবগী মথা পোল্লি, মসিগুম্বা কাঙলোনসিদা পূক্রিং বাখল তৌগদবনি লেনিন আর্টিকল গুবিল্লা বাবফেয়াব।"

### মালেমগী মীওৎ-মীনৈদা ইন্টরনেসনেলিষ্টশিংগী মীৎয়েং:-

মীনা মীবু ওৎপী নৈবীবা কয়াদগী মীওইবা খুন্নাইগীদমক শুজ নোমজবগা হিংজবিবা তুহৎ নৈহৎপীববা প্রোলিটবিয়েটশিংগী মপুং ফাবা ফিলোসোফি অমা পুথোক্তুনা সমাজগা মবী লৈনবা বাখল্লোনশিংগী মবক্তা মুকখায়ননবগী খ্বাইদগী হেন্না অচৌবা শাফু কয়া পীখিবা অমদি খুৎলায়শিংসিগী মপান্না মীওইবগী পুবাবিগী মমায় লৈহনখিবা ঙসিসু কাওদ্রি। অসিগুম্বা ইন্টবনেসনেলিজমগী খোঙ্গাং অসি পীকচববসু পীকচনা ঐখোয়গী ইবৈপাক ইবমদম অসিদসু "লময়ানবা ইবাবতনা" লমদমসিগী মীওৎ-মীনৈ চৈথেংশিংদগী নাম্থোক্লবা খোল্লাও কয়া চীং-তমদা লাওবকখি। মার্ক্স অমসুং এঙ্গেলনা ইবা কম্যুনিষ্ট মেনিফেষ্টোদা মীয়ামগী ঈহৌ খুদিংমক বিভোলুসনবি ওইবা খোঙথাংনা হান্নগী খুন্নাই অদু অনৌবা অমনা শিন্দোকই হায়বা কয়া মচা বায়না ফোংদোক্তুনা সবেদিনেট ক্লাসশিদা অনৌবা আশা কয়া ফাওহনখি। নৈহৎপীববা মীয়াম কাঙলুপকী অওনবা অহোংবা লানফমগী অহানবা খোঙথাংদি তুহৎ-নৈহৎপিরবশিং অসিবু পুনশিন্দুনা লৈঙাক কাঙলুপ্পু ইন্দুনা অনৌবা মান্নবা খুন্নাই অমা লিংবনি, দিমোক্রেসিগী লানফম্বু জয় তৌবনি। মসিমক ইং কুমজা ১৯৩৮,

দিসেম্বব তাং ২৯-৩০ গী চিংঙা মীফম্না "নিখিল মণিপুবী মহাসভা" হায়না "হিন্দু" হাযবা ব্রাহৈশিং লৌথোক্তুনা অনৌবা মাযওন পুবক্লবা হোৎনখি। লাইনিং নাৎকী মিংদা পালা লোযশঙগী শেন্তেক, চন্দোনগী শেনখায়, নাপেৎকী শেনখায, মাংবা শেংবগী চৎনবী তোঙান-তোঙানবা চৎনবী কযা পোলিটিকেল ওইনা বিফোর্ম তৌনবা হোৎনখি অমদি মীফম্না দাবী কযা তৌখি। দাবীশিং অদুগী মনুংদা পনবা যাবা খবদি - পুর্ন দাইত্বশিল সাসন লিংবা (ফুল বেস্পোনসিবল গভর্নমেন্ট), সবালোক ভোটনা (এদল্টফ্রাঙ্কাইজ) মীখল তৌবা, লাঙ্গোল পাযবনা লৌগী মপু ওইবা হায়বনচিংবা কযানি। অসিগুম্বা লৈপাক্কী ওইবা খোঙথাং অসিনা ইং কুমজা ১৯৩০ গী এপ্রিল তাং ১ দা হাপখিবা সদব পঞ্চাযগী মেম্বব ফ্যদেল সমাজগী খ্বাইদগী চাওবা ফমথোল ওইবিবা, লৌচা ফংইবা, মীনাই পীবিবা, তলব ফংলিবা অকা অকুম দোলাই তোংলিবা ফম অসি কল্লকপা যাওদনা থাদোকখি। অসুম্না মীচম প্রজাগীদমক মপুন্সি চুপ্পা কথোকখিবা কনাগীদমক্তনো? মবন্নাইগীবা, মীংচৎকীবা নত্তে, মীয়ামগীদমক্তনি। বৃটিশ লোইলম ব্রায়েল লৈমাযসিদগী তাম্থোক্তুনা অমদি নিংথৌগী মীওৎ-মীনৈ লোযশিন্দুনা নিংতম্বা লৈঙাক ব্রায়েল লিংদুনা মীয়ামগী মথক্তা ওৎলিবসি কোক্কনি হাযবসি মতমদুগী লাইবিক লাইশু হৈববা মীয়াম্না অঙাওবনি হায়নববসু ওৎপী নৈবীববা প্রজা মীযামগীদমক্তদি নিংতমনিংবগী ঈন্থল ফাওহনখিবা লময়ানবা অমনি হাযনা শোন্নবি। অদুনা লময়ানবা ইবাবত পোলিটিকেল বিফোর্মস অমা ওইনা চংশিল্লম্বদু ইং কুমজা ১৯৩৮ দগীদি মণিপুবগী পুৱাবীদা অনৌবা বাজনীতিগী মায়ওল অমদা চঙশিনখ্রে হায়না লৌবা য়াই। মতাং অসিদা নৈননিংঙাই ওইবা ব্রাফমদি লময়ানবা ইবাবতনা মতৌ কবম্না বিফোর্মগী খোংথাং লৌখৎলম্বগে হাযবগদি অসুম্না নৈননিংই ফৎত্রবা চৎনবী অমবু শেমদোক্তুনা ফগৎহনবা (বিফোর্মেসন) অদুগা পুমনৌ নৌবা, হান্নদগী লৈবম্বা মওংদগী খেৎনবা, হেন্না ফবা খুন্নাইগী পুন্সি মহিংগা চুশিন্নবা মওং অমদা শেমগৎপা (বিভোলুসন) নি। শেমদোকপা নৎত্রগা শিন্দোকপা অনিমক মীয়ামগী ঈহৌনা লোয়না তৌই। শেমদোক শাদোক্লগা চাশিন চুশিন্নগদবা ওইবগদি শেমদোক্রে অদুগা হোংলক্লিবা খুন্নাইগী, ব্রায়েলগী ফিভমগা চাশিন চুশিন্নবা য়াবক্লবদি

শিন্দোক্লবা খোঙথাং লৌখৎপা তাই, শিন্দোকপগী খোঙথাং অসিদি অবাইবা খোঙথাং নত্তে। অদুনা ব্রাফমশিং অসিদগী খঙলিবদি ইং কুমজা ১৯৩৮ গী পুৱাবীগী তাক্কক অসি বিফোর্মেসন অমসুং বিভোলুসন অনিগী লংদাইনি হাযবসি খঙবা ঙম্মী। লৈপাক্কী হোংলক্লিবা বাজনীতিগী ফিভম্না মাযখুম উপ্তুনা প্রজা মন্দল, প্রজা সম্মেলনগী, মহাসভানচিংবা কয়ানা মীবু ওৎপা লৈতবা, মীয়ামগী অব্রা-অনা, লৈত-লায়বদগী কন্নবা হোৎনবা মদুগীদমক থেংননবা মাগী তৌগদবা মাংদা তাবিবা থবক ওইনা চঙশিনখি। অসিগুম্বা মহাক্কী ব্রাখল অসিনা লুচিংদুনা মীয়াম্বু লৈপাক্কী ঈহৌদা শরুক য়াহন্দুনা অকনবা শক্তি অনিবু থেঙ্গাইনখি। তুহৎ নৈহৎপীববা কাঙলুপশিংনা নৈবিবিবা কাঙলুপশিংগী মায়োক্তা বাজনীতিগী মপু ওইনবা, বাজনীতি অমদি শেলমিৎলোনগী ব্রাখল অমদি অপুনবগী পাঙ্গল শাগৎপদা লময়ানবা ইবাবতনা মীয়াম্বু লুচিংদুনা পুখিবা ব্রাখল্লোন খোঙথাং অসিমক ব্রাখল্লোন অসিমক ইন্টবনেসনেলিষ্ট অমা ওইবগী লাববা খুদমনি । ব্রাহৈসিমক্রুসু খঙহল্লি মদুদি মীখা পোল্লবা মীয়ামদা ইন্টনেসনেলিষ্ট অমা ওইনা প্রোলিটবিয়ান ইন্টবনেসনেলিজমগী স্লানদুমক মীযামদা ফাওহনখি - 'শকউ শকউ জয় জয়, অপুনবগী জয় জয়, কিগনু অপুনবা, ওইগনি জয় ওইনি জয়, মীখা পোনবা ঐখোয়দি, অপুনবনা খুৎলায়নি, অপুনবা নত্তনা, কবি লৈবি থেংননবা, স্বাধিন্তা লালসে, নত্তেনে নবনাই, মায়কৈ মবি কোয়না য়েংউ, অপুনবনা ওইবি জয়।'

ইবাবতকী ব্রাখল্লোন অসি ব্রাববা মণিপুব খুন্নাইগী, লাইববা লৌমী-শিন্নী মীয়ামগীদমক খোঞ্জেল থোক্লা লাওখিবা ঙাঙখিবা পুম্নমক মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী অসুক্কী মতিক চাশিন চুশিন্নহল্লি। বৃটিশ লোইলম লৈঙাক অমদি নিংথৌ পানবা সমাজগী মখাদা ওৎপগী নীতি, তৌনিংবা অপান্বতা তৌবা নিতি কয়াগী মায়োক্তা থেংনখিবা লাল অসিমক কাঙলুপ নাইবা সমাজদা নৎত্রগা নাববা মীনা মশা ফগৎনবগীদমক হিদাক দবকাব লৈবগুম অঙম্বা থাক্তা লায়রবা মীয়াম পুনশিন্দুনা দোমিনেন্ট ক্লাসশিংগী বায়েল ইম্বুদুনা বায়েলগী শক্তি গায়শিনবা হায়বা সাইন্টিফিক

সোসিয়েলিজমগী ব্রাফমদুমক লময়ানবা ইবাবতকী ব্রাখলল্লোনদা য়াওবি অমদি লৈহাওসিগা চান্ননা থেঙনবি, তশেংনমকসু মার্ক্সিজম হায়বসি "গাইদ টু এক্সন" হায়বনি, অদুনা ইবাবতকী ব্রাখলল্লোন অসিমক মার্ক্সিজম এক্সটেন্সননি হায়না ফাওবা লৌবক্কদৌবিবনি। তৌবতবু মাগী মাগী লৈপাক লৈপাক্তা থেংনবিবা তোঙান তোঙানবা সমস্যাশিং পুথোক্কুনা থেঙনখিবা কার্ল মার্ক্স, ফেড্রিক এঙ্গেল, ভি আই লেনিন, মাওজেটুং, হো চি মিনহ, চে গুইভেবা গুম্না লাময়ানবা ইবাবতসু মালেমগী ফাওববা য়াওল্লোইশিংগী মনুংদা অমনি। মহাক্কী ব্রাংলবা ব্রাখল্লোন মীৎয়েংদা মবৈপাকনীংবা (পেট্রিওতিজম), মালেম শিনবা থুংবা মীৎয়েং (ইন্টবনেসনেলিজম) মীনা মীবু ওৎপা (এক্সপ্লোটেসন টু মেন বাই মেন) হায়বা নিতি অসি ফুক্তোক্লবা ব্রাখল্লোন পুম্নমক যাওলগীদমক থেংনবিবা কাঙলুপকী মশাগা শাগোন্নজবা গুণ অমনি। অদুনা পুব্রাবীগী খোঙচৎতা কনাগুম্বা কাঙলুপ অমত্তনা ঈহৌ শাগৎপা অমসুং লমজিংজবা ঙম্বা বাজনীতি লূচিংবা শক্লাইববা মীহুৎশিংগী কল্লবা যাওলগী ঈথিল অদু নত্তনা শক্তি ফংখিবা খক লৈতে হায়বা লেনিনিজমগী ব্রাফমনি। মসি ইন্টবনেসনেলিজমগী ব্রাফমনি।

**লৈঙাক্কী মীওৎ-মীনৈ অমসুং ঙসিগী মণিপুর :-**

মণিপুব অসি মমাংঙৈদগী হৌনা ব্রাথোক চাওবা, মীশিং য়ামজদবা তোঙান তোঙানবা য়েলহৌমী কয়ানা খুল্লিংবা মবম্না অপুনবা থৌবাং কয়া লৌখৎপদা অপনবা ওইদুনা লাকখি। লম্বী থোংগী খুদোংচাদবা, চীংলম ওইবা, মপানগী মীওইশিংগা লোন-লি ফাওনদবা, নিংথৌগী শুপ্নম সাসনগী অমদি ফত্ত লৌশিং হৈ শিংলবা বৃটিশ লোইলম ব্রায়েল অনিনা চপখায়ববা লমদম অসিগী প্রজাশিংদা অঙকপা ফংনা অব্রাবা পীখি। মখোয় ব্রায়েলগী অবোনবা থৌশিল মখাদা মতম কুইনা চীংমী তম্মী য়েলহৌমীশিংগী মবক্তা নকশিন্নবা য়াদনবা লৈঙাক্কী অমদি শেলমিৎকী থৌশিল কয়ানা চীংলম্বু তোপ তোপ্না ব্রায়েল্প থৌদা পায়শিন্দুনা তোখায়না থমদুনা মতম শাংনদগী লৈমিন্নরক্লগা মীয়াম মবক্তা খাইবুং খাইবুং তৌনহন্দুনা মণিপুবগী অপুনবগী শক্তমদা নকশিন্নবা য়াদনা

লৈহন্নবগী মচাক ওইবকখি। অমবোমদা মীয়ামগী খনবা ঙমদ্রবা শুপ্লম সাসনগী মখাদা ব্রায়েলনা মনিং তৌনা শক্তি পুম্বা পায়শিন্দুনা অঙকপা ফংনা অব্রাবা পীবা, লৈপাক ব্রায়েলগী মতাংদা মীয়ামগী ব্রা তাবদি লায়বদনা ইমুংদা ফাওবা নিংতম্না ব্রাবী ব্রাতাই শান্নজবা ঙমদবা, মদুগী লায়ববা প্রমানদি 'নিংথৌ মনাদি ফাক্লংদা থেৎলি' হায়বা ব্রাহৈসিমক্রা অফোংবা শাক্ষিনি। মী অমবু ইম্বোক্লিংবা মতমদা ইম্বোকপা, শেল পীবগা শেংবা, দন্দি পীবা, হাৎপা ফাওবা নিংথৌগী অনিংবদা তৌবা, মীয়াম্বু অশুমল পীদনা শুহনবা, কোনুংদা লাল্লুপ কাহনবা, শা লান কয়াদা মীয়াম্বু নমদুনা কবম্না শিজিন্নবগে হায়বা অদুসু 'মৈহুম মোবোকী' চৎনবী অসিনা ঙসিসু নিংশিংহল্লি। মতমদুগী পোখোক্কী খুৎলায় মওং অদুনা হিংনবা শুজবা ফাওবা ঙমজদবা মতমদুদা নিংথৌ অমসুং মাগী খোঙলোয় অঙম অথৌ, তাংবল্লোইশিংগীদমক্তা মতম কায়থোকপা অবাইবা নত্তে। ধর্ম্ম অমসুং চৎন পথাপকী মিংদা মী কয়াবু অমাং অশেং খায়দুনা সমাজদগী, মীওই মবক্তগী তোখায় তাহনবা, মখল মখা কয়াগী পুবা থাংবা ঙম্লবোইদবা শেনখায় কয়া নমজা নমথেক্লদুনা লৌবা, অফোংবা অমসুং অবোৎপা ব্রায়েলগী মীওৎ মীনৈনি। অসিগুম্বা তমথিববা মপু অনিগী ব্রায়েল মখাদা মীনাই নাইথাংগী পুন্সি মহিংদা হিংলিবা মীয়াম্না বাজনীতি অমসুং শেলমিৎলোনগী নিংতম্নবগী হক ফংদ্রবা মীয়াম্না থেংননবগীদমক লুচিংবা অমা থৌবাংনা ঙাইবিবা মতমনি। হায়বিবা থবকশিং অসিমক থবক্তা ওম্মোকপা, হ্যমেন ইসেন্সকী থাক বাংখৎহন্দুনা ঈহৌ থেংনবা হায়বসি অবাইবা থবক অমদি নত্তে। অদুগীসু মথক্তা কল্লবা বায়েল অনিবু অমুক্তদা থেংননবা হোৎনবা, য়াওল ঈহৌ শাগৎপা, অওনবা খুন্নাই অমা পুবক্লবা হোৎনবা হায়বসি অচম্বা থৌগায়গী বাফম নত্তে। পুম্নমকসি মবৈপাক নীংবা কখোকপা, হুনবা লৈত্রবা থৌনা লৈবা মীশকশিংতনা ঙমগদৌরিবনি। অদুগীসু মথক্তা মালেমগী বাজনীতিগী হোংলক্লিবা ফিভমগা চান্নবা মীয়ামদা চাওখৎপগী লৌশিং ফংহন্দুনা অকনবা অচেৎপা রাজনীতিগী ফিবেপ অমগা লোয়ননা থেংননবা হোৎনরকপা হায়বসিসু চাওরবা থবক অমনি। ইপা ইপুশিংনা

হাযনবম্বা বাফমদা 'লাম্ফোং চংবা লাইবনি লাম্ফোং য়াৎপা লুবনি' হায়বা পাউবৌদু নিংশিংহল্লি। অসিগুম্বা লুববা তানফম অসিদা চাওখৎপগী থাক নেল্লিবা মীয়ামদা য়াওল লাম্ফেংগী মচাকশিং শুগাইনা খঙহন্নবা হোৎনবদা মহাক্না ঠেটবিয়ান অমা ওইনা, জর্নেলিষ্ট অমা ওইনা, সাহিত্যকাব অমা ওইনা, যাওল্লোই অমা ওইনা, তোঙান তোঙানবা লৌমীগী অখণ্ড অহৈশিংগী, বাজনীতি দলগী, নুপীশিংগী লুপ কযা মায়খুম উপ উণ্ডুনা মীয়ামগী অব্রাবা কোক্লবা ঈহৌ কয়া তপ্পা তপ্পা শাগৎলকখি। মসি মহাক্কী হৈ শিংবা 'ষ্ট্রেটেজি এন্দ টেক্তিস' নি। মদুগীসু মথক্তা খাইবুং খাইবুং তানহল্লবা ব্রায়েলগী, থৌশিলগী, বাজনীতিগী, শেলমিৎলোনগী অমদি তোঙান তোঙানবা সমস্যাশিংগী মবক্তা অমুক হন্না অপুনবা লুপ (যুনাইটেদ ফ্রন্ট) শাগত্তুনা চীং তম অনিগী ওইবা প্রজাগী দাবী কয়া তকশিন্নবা ব্রাবেপ কয়া লৌখিবা অসিমক খাইবুং তান্নহনবগী থৌশিলবু শিঙনবা খোঙথাং অমনি। তশেংনমক 'লময়ানবা' হাযবা মীঙ্গৌসিমক অনিশুনবা পীবদা মতিক চাববোইদবা, তান্নবা ঙন্নবোইদবা মীয়াম্না লাম্ফোকপা খুদোল অমনি। তমথিরবা লৈঙাক অসিগী মখাদা বাজনীতি দল লিংখৎপা য়াদ্রিবা মতম অদুদা মীযামগীদমক য়াম্না হৈ শিংনা নিংথৌবু প্রসিদেন্ট ওইনা 'নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা' লিংখত্তুনা মীয়ামগী অব্রাবা কোক্লবা খোঙথাং লৌখৎখিবা অবাইবা নত্তে।

**মতমদুগী লৈঙাক ব্রায়েলনা মীয়ামদা করি করি ব্রাবা পীখিবগে হায়বদু খরা নৈনদুনা য়েংবা য়াই।**

**১। আমিন চাকথাক :-**

খুঙ্গং খুঙ্গংদা লৈঙাক ব্রায়েনগী আমিনশিংনা লাকপা মতমদা মীচম প্রজাশিংনা মহাক্কী চান থক্লব অমদি সেবা তৌবা হায়বসি খুঞ্জাশিংগী মথৌনি, ব্রায়েলগী আইননি। হায়বিবা আইন অসিগী মায়োক্তা লৈবা খুদিংমক ব্রায়েলগী অহকপা চৈবাক ফংবা তাই।

২। **পিওন চাকথাক :-**

লৌকং শঙগী মীহুৎশিংনা খুঙ্গংদা খাজনা খোম্না লাকপা মখোযনা থুংলুবিবা মফমদুগী খুঞ্জাশিংনা রায়েলগী মীহুৎশিং অদুগী চাক থাকপা মখোযগী মথৌনি। কবিগুম্বা মখোয়গী অপাম্বগী মাযোক্তা ঙাঙবা অমত্তা য়াবোই, রায়েলগী দন্দি ফংগনি।

৩। **দোলাইরেং :-**

রায়েল লোইশঙগী মীওই অমনা খুঙ্গং-খুঙ্গংদা চখোক চৎশিন তৌবদা খুঞ্জাশিংনা দোলাইদা তোংহন্দুনা পুগদবনি।

৪। **য়ারেক সন্থ্রি :-**

লোয়শঙগী মীওইশিংনা খুঙ্গংদা রায়েলগা মবী লৈনবা থবক চৎপা নৎত্রগা খাজনা খোমগৎপা লাকপদা লেকপা তাববদি খুঙ্গংদা লৈবা নহাবোলশিংনা অহিং য়াবেক্লিবা মীওইশিং অদু অহিং চুপ্পা ঙাক শেনগদবনি, করিগুম্বা পোৎমাং চৈমাং নৎত্রগা ফত্ত-নুংদা থোক্লবদি রায়েলগী মতুংইন্না অহকপা চৈবাক ফংগনি।

৫। **পোথাং পুবা :-**

রায়েল লোয়শঙগী মীওইশিংনা লংফৈ চৎপা মতমদা ফম্নাইবশিংগী মপোৎ মচৈ অরামল পিদনা পুগদবনি।

৬। **পোথাং শুবা :-**

লম্বী থোং অমদি অঙম অথৌশিংগী লোয়শঙ, বঙ্গলো শাবদা অরামল পীদনা থবক শুগদবনি।

হায়বিবা আইনশিং অসিনা লমদমসিগী লাইরবা লৌমী শিম্মী মীয়ামদা নম্ফুদা থবক শুহন্দুনা মীনা মীবু ওৎপী নৈবীবগী থবক কয়া চথে হায়বসি খঙবা ঙম্মী। অদুগীসু মথক্তা লাইরবা লৌমী মীয়ামগী হিংনবা লম্বী ওইজবিবা মহৌশাগী পোখোক কয়া অথিংবা থমজিন্দুনা মীয়ামদা ওৎ নৈ হায়বসি মখা তানা খরা নৈনদুনা য়েংবা য়াই।

১। তেবা পোখোক্নী শেনখায় :-

মীয়ামগী পট্টা লম, ইঙ্খোল তেবা পাম্বী হৌবা, উ য়ানবা, খুদেং পুবদা মাশুন লৌগনি, তেবা মশা অমত্তং তেক্নুনা তাদুনা লৈবমবা থেংনবদা লুপা ৫০ জবি মনা থিহল্লি নৎত্রগা থা ৬ জেলদা থম্বা হায়বসি মতমদুগী ব্রায়েলগী অহকপা হুকুমনি।

২। জল সন্ধীগী শেনখায় :-

তম্পাক্তা লৈবিবা পাৎ, তুবেল নিলাম লাউই, নিলাম ওকপা মীবু পাৎ চাবা হায়না খঙনৈ। কবিগুম্বা ঈশিং ঈচাওনা পাত্তগী খোংবান অমদি অনকপদা লৈবিবা লৌফমশিংদা ঙা চেঙ্খোকখিবা কনা অমত্তনা ফাবা য়াবোই। ঙাশিং অদু পাৎ চাবা মীওইশিংদুগী ওইগদবনি ।

৩। শেঙ্কেক শেনখায় :-

পাৎতগী থমচেৎ, থম্না, থম্বৌ তানবা, থবো থাংজিং হেকপা সবকাবদা শেনখায় পীদনা হেকপা য়াদে।

৪। খেবা শেনখায় :-

খুঙ্গংগী লমদা তুবেল মথক্তা শাবিবা উবোক থোং লানবা, হি শিজিন্নবা শেনখায় পীদনা লানবা অমত্তা য়াদে।

অসিগুম্বা নিংথৌ অমদি ব্রহ্মাসভাগী মীওৎ-মীনৈ, শেনখায় থুমখায়, ধর্ম্মগী মিংদা চৎনবীগী মিংদা, থল্লম্বা অথিংবা মাংবা-শেংবগী ব্রাফম, নাপেৎ, চন্দন শেনখায় লৌবম্বা, লৈবম্বা চৎনবী কয়ামকম ফংনা মুখৎখি। প্রজা সম্মেলনগী অমসুং কৃষকসভা পুন্না পাক-শন্না ঈহৌ চঙশিনবা হৌখ্রে। প্রজা মীয়াম্না সবকাব তাক্তনা তেবা হেক্তোক্রে, উ য়ান্দুনা যুম শাবা হৌবে, চীংদগী মাশুন পীদনা শীঙ য়ানবা হৌবে, ই ফাল্লগা মাসুল পীদ্রে, পাৎ তুবেল প্রজা মীয়াম্না হৌদুনা পাৎশেল পীদনা নৈখায়দুনা ঙা ফাবগা চাথোক্রে, খেবা লানবদা শেল পীদ্রে, খেবা শঙ থুদেক্রে, থবো, লেম্ফু, থমচেৎ হেক্রে, হয়িংখোই লোক্লগা নিংথৌদা কৎত্রে প্রজানা চাথোক্রে, পিয়ন-অমিনগী চাকথাক তৌবিদ্রে। তশেংবদি লৌমী মীয়াম্না

অসিগুম্বা মুক্লবকপা মতম কুইনা চৎনবী অমা ওইনা লৈবল্লবা আইন কয়া পোত্থাং বেগাবি, পিয়ন চাকথাক, দোলাইবেং, ধর্ম্মগী শেস্তেক খায়বনচিংবা কোকখ্রে। ইং কুমজা ১৯৪০ জানুৱাবীগী তাং ৭ তা পুলিসলেন্দ লম্পাক্তা প্রজা সম্মেলনীনা শিন লাণ্ডদুনা তৌবা পব্লিক মীটিং অমদা লময়ানবা ইবাবতনা পীখিবা ৱাঙাং (ভাষন) ষ্টেট দববাবনা বিচাব তৌবদা মবাল পীবগী বাইদা ইবাবতনা ঙাংখিবা ৱাফম - "মণিপুবী ইমা ইবেলশিংনা চেঙ খুজোক অমত্তং পীয়ু চবা হেল্লে হায়জকবদা সঙ্গিন্না থিনবীবে। ঈ খুজোক ওইনা পীবে। চাক্কীদমক মৈতৈ নুপীশিংগী ঈ তাবে, টেলিগ্রাম ওফিসকী থৌদোক নিংশিংবীয়ু, কশিয়াদা প্রজা মীয়াম্না হৌদুনা চংশিনখ্রে। মখোয়গী থৌনা ঐখোযসু কবিগী লৈবোই। জেলদা চংবদা ঐখোয় কিবোইদবনি। অসুম্না লময়ানবা ইবাবতনা লেপ্পা লৈতনা ঈহৌ চংশিল্লকপনা সবকাবনা ইং কুমজা ১৯৪০ মার্চ তাং ২১ দা বিচাব তৌবগা, ভাবত দণ্ড বিধি আইন ১২১ (ক) গী মতুংইন্না চহি অহুম জেলগী ফাদোক পীখি। ইবাবতনা মণিপুব জেল মনুংদা লৈবল্লিবা মওং - বন্দিশিংবু ষণগী মহুৎ শিন্দুনা থাউগী কোলু শুমহনবা, পুখম তেঙ্গোৎ যাওদনা লৈবাক্তা তৌথোক্লগা পিজবা, উপাক মথক্তা হিপহনবা, শা ষণগুম্না বন্দিশিংবু থম্বীবা কযাদগী জেল বিফোর্ম অন্দোলন চঙশিন্দুনা মীয়ামগী অবাবশিংদু কোকহনখি। মতৌ অসুম্না চংলু চংলুবা মফমদা মীওৎ-মীনৈগী মায়োক্তা লেপ্তুনা থেঙনখিবা লুচিংবা অসি শিলেট জেলদা ট্রান্সফব তৌখি। মতৌ অসুম তৌনা ঙসি ঙসিমক লমদমসিদা থোক্লিবা মীওৎ-মীনৈ, মীহাৎ-মীপুন মবকসিদা লময়ানবগী মায়থোংলোংবা ঈহৌগী মশক মগুণ অদু তঙাইফদ্রে। ঙসিগী মণিপুবী খুন্নাইসিদা পামদবা মওং মবিল তাদবা থৌওং কয়া থেংনবি, থেংনবিবা ফিভমশিং অসিনা খুন্নাই অমা ফগৎহন্নবগী মায়কৈবোমদা চংশিনবদি ঙমদ্রি।

**মণিপুরগী খুন্নাইদা খুৎলায় পায়বগী লালহৌ চথরকপা :-**

তশেংনমক মালেমগী পুৱাবীদা বিভোলুসন পোক্লকপগী ৱাবী লিখুল লোইবা নাইদনা চত্থক্লবনি, মীও-মীনৈ লৈবিবমখৈসু চত্থখিগনি। লোয়লম শন্দোকপা অমদি নিংথৌগী মীওৎ-মীনৈ খাদা খাঙবা ৱাববা মীয়াম্না মীরৈবাক্কী ৱায়েল চুপ্পি মখাদা শাংথনা হিংনিংলক্তবদগী মীনাই

ওইবগী পুন্সিবু মবাইবক্কীনি হায়না খাঙদুনা য়েংদুনা লৈবা য়াবক্তদুনা থৌনা ফববা মবৈপাক নিংবা মীওই কয়া চোংথোবক্কুনা খুৎলায় পায়বগী লালহৌ চখবকখি। অদুবু অওনবা অমগীদমক চখবিবা ঈহৌশিংদা লৈঙাক্লা কাউন্টব বিভোলুসনগী থৌশিল কযা চখদুনা লোয়লম লৈঙাক্কী খুৎচাবী সবকাবনা হকথেংননা নমথনবা হোৎনবি। মখোয়গী খুবামুংদগী শেত্তোকখিদনবা কুপশেন শেন্নদুনা মীযাম্বু 'নেসনেল কেসন' দা ঈবাক্লহন্দুনা অওনবগী খোঙথাংদা খুবৌ ওইহল্লি। মমাংঙৈগী চাশিন চুশিন্নৌ হাযবা যাববোইদবা অবিবা নাৎকী চৎনবী, পুন্নবীবু হঙ্গৎনা যেংহনবা কয়ানা ঙসিগী সাইন্টিফিক ইবাসিদা নেবো নেসনেলিজমগী মক হুলহন্দুনা "ইথনিক নেসনেলিজম" গী মক হুন্দুনা মীয়ামগী মবক্তা হু কাম্লি। যেলহৌ মীশিংগী কোক্তা অচুম্বা মানবা ৱাহং মযাম অমা হংহন্দুনা মাংলোমদা চঙশিনগদবা "প্রোগ্রেসিভ আউট লুক" তগী নাথৈহন্দুনা চাওখৎহনবা ঙমহন্দ্রি। পূম্নমকসি সোসিয়েল কন্সিসনেসকী থাক নেল্লিবা চউখৎত্রিবা অমদি চাওখৎলক্লিবা লৈপাকশিংদা লোইলম শন্দোকপশিং অমদি শন্দোকপা পাম্বশিংনা য়াওল ঈহৌবু নাথৈন্দ্বা শিজিন্নবা অচৌবা খুৎলায় অমনি। অদুবু য়াওল লাম্হেং চখবিবশিংগী পান্দমসু মথক্কীসিগা ওন্ন-তৈনবদা লোয়লম লমচৎ চৎপা ৱায়েলশিং অসিগী বাজনীতি অমসুং শেলমিৎলোনগী থৌশিল মক ফুক্কুনা লংথোকখিবনি। অসুম্না য়াওল ঈহৌবু নাথৈনবা শিজিন্নবা অচৌবা খুৎলায় অমনি। অদুবু যাওল লাম্হেং চখবিবশিংগী পান্দমসু মথক্কীসিগা ওন্ন-তৈনবদা লোয়লম লমচৎ চৎপা ৱাযেলশিং অসিগী বাজনীতি অমসুং শেলমিৎলোনগী থৌশিল মক ফুক্কুনা লংথোকখিবনি। অসুম্না য়াওল ঈহৌবু নমথনবগীদমক ৱায়েলগী শক্তি পায়বিবশিংনা মখল মখা কয়াগী আইন কযা শেমদুনা থেংননবা হোৎনবগী চৎনবী ঙসিসু হোংদ্রি। অসিগুম্বা আইন অসিগী মখাদা মখল মখা কয়াগী হিংশাগী থৌওং, কিহন খঙহনবা, চিংনবা মীওইশিং ফাবা হাৎপগী থৌওং কয়া ফোংনা নৎত্রগা লোৎনা চখবি, খোঙথাং অসিমক অচুম্বা অমবা হায়বদুদি খক খম্বুদে। ফনা কন্না অথিংবা অয়েৎপা পিদুনসু মমৈথংদা মশিং য়াম্বা লাইববা চৈথেং

ফংলিবা মীয়াম্না ব্রায়েলগী শক্তি মুন্দুনা শক্তি পায় হায়বসি পুব্রাবীগী ঈচেলদা তিনখিবা ঙাক্তনি মসি ঙক্লিংঙাই ওইদে। অদুনা মতাংসিদা ভি.আই. লেনিন্না হায়বা ব্রাফম অমদা - (১) সর্বোদিনেট ক্লাসশিংদা দোমিনেন্ট ক্লাসনা চথবিবা খুন্নাইগী অবিবা মওংগী চৎন-পথাপ্তা হিংদুনা লৈবা পাম্নবক্তবা, (২) সর্বোদিনেট ক্লাসশিংদা দোমিনেন্ট ক্লাসনা ষ্টেট মেছিন ঙাক্লবগীদমক চথবকপা মীওৎ-মীনৈগী খম থেংবা থাক য়ৌবকপা, (৩) ইবাং লৈত্রিঙৈগী মতমদা মশাবু মঙন খোকপমখৈ শিজিন্নবা, মনম্ তেকপমখৈ শিজিন্নবদা কবিসু হায়দবা অদু ঈবাং লৈববা মতমদদি মখোয়গী অনিংবা অপাম্বা অদু হনবা লৈতনা কনশিনবা মীয়ামগী থাক। হায়বিবা ফিভমশিং অসিনা বিভোল্যুসনগী ওইহনগদবা শক্তমশিংনি। সবজেক্টিভ কন্দিসনগী মনুং চন্না অবিবা সবকাব অদু ইষ্টুনবা মতিক চাবা লালহৌগী অকনবা থবক পায়খৎপা ঙম্বা অমসুং লালহৌদা অচুম্বা লম্বী অমা পুবা ঙম্বা, মীয়ামগী ঈহুল খঙনা লমজিংবা ঙম্বা (বিভোলুসন্নবি পার্টি) অমা চঙই হায়বসি নিংশিংমিন্নবা য়াই।

মালেমগী পুব্রাবীগী লৈমায়দা থোকখিবা ব্রাথোকশিং অমদি বাংলমচৎশিং অসি নৈনকববদি লমদমসিদা লময়ানবা ইবাবতকী লিচিং মখাদা শেমখিবা "বেড গার্দ" অসিমকসু লৈঙাক্লী তমথিববা মীওৎ-মীনৈ, আইনশিং অদু ফুক্তোক্তুনা লংথোকখিনবগীদমক থোবকপনি হায়না লৌগনি। লৈঙাকপশিংনা খ্বাইদগী পামদবা মখোঙদা তুম চংবা মীশক অমা ওইনা ইং কুমজা ১৯৪৮ গী সপ্টেম্বর ২১ গী 'পুন্দোংবম ঘটনা' গী খুদোংচাবা লৌবগা লময়ানবা ইবাবতপু ফাননবা হোৎনখি। অদুবু পুলিসনা ফাবা ঙমদবদগী অন্দবগ্রাউন্দদা চঙখি। লুচিংবা অসিবু হিংনা নৎত্রেগা শিনা ফাবদা লুপা লিশিং ১০,০০০ গী মনা পীগনি হায়না 'ব্রান্টেদ' লাওথোকখি (ইং ১৯৩৯ দা ফৌ শংবাই (৩০ কে.জি) দা পৈশা ৫০ নি অদুনা মহাকপু 'ব্রান্টেদ লাওখিবা শেলগী ভেল্যুসি অপিকপা নত্তে) অদুনা ব্রায়েলগী হোংলক্লিবা ষ্ট্রেটেজি এন্দ টেক্তিক্সকী মতুং ইন্না ইং কুমজা ১৯৪৮ ওক্টোবব তাং ২৯ দা তোপতা ফমখিবা মীফম অমনা কুপ্না খন্না নৈনরবা মতুংদা অন্দবগ্রাউন্দ মুভমেন্টকী অকনবা ব্রাবেপ লৌবগা

লোয়ননা এক্টিভিটিশিং চংশিন্নবা কুপ্না খন্নখি। ১৯৫০ মার্চ ৯ দা পার্টিগী খুৎলায় পায়বা 'বেড গার্দ কাউন্সিল' লিংখৎখি। মপান্দা ওভবগ্রাউন্দশিংনা মখল মখা কয়াগী ঈহৌ শাগৎপা খুদম ওইনা লৌমীশিংগী লৌশান হন্থনবা, আইননা য়াবা মওংদা লৌশাল ফৌপোৎ ১২ গী মহুত্তা ফৌপোৎ ৯ খক্তমক তমগদবনি, লৌপুদা ফৌদম শেল হেন্না পীবোইদবনি, লৌমীদগী লৌপুনা লৌ শৎপা য়াবোইদবনি হায়বা দাবী কয়া পুখৎলকই। ছাত্র ফেদবেসন্না চেজাই কযা চাইথোক্তুনা অকনবা খোঙজং কয়া চঙশিল্লি। 'বেড গার্দ' কী কদবশিংগী টেক্তিক্স, ঙাক্কদবা লমচৎ-শাজৎ, য়েক্লবনা ফাখিদনবা নিতি নিয়ম অইবা সার্কুলব ওইনা য়েম্থোকই। খুঙ্গংশিংদা 'ভিলেজ গার্দ' শিং শেমদুনা হুবান-চিন্থি ঙাক্লবা অহিংদা বাউন্দ চৎলি। সিফাই লাক্লবসু সিগনেল পীদুনা ফাহন্দনবা হোৎনৈ, খুঙ্গংশিংদা সন্ত্রি থমদুনা সিফাই লাকপদা মোইবুং খোংবা, পুঙ য়ৈবা, মাঙ্গং য়ৈবা, হুইশেল খোংবনচিংবা কয়া তৌই। মসি মহাক্কী হে-শিংবা টেক্সিস অমনি। মতৌ অসুম্না 'বেড গার্দ' কী কদবশিং খুৎলায় শিজিন্নবা তমহনবা, অকক্লবা ট্রেনিং পীবা, পোলিটিকেল ক্লাস তৌবা অমদি মশাগী খুৎলায় অমমম লৈহনবা হায়বনচিংবা, ৱাবেপ কয়া মথৎ-মথৎ লৌখি। অসুম্না বেড গার্দশিং খুন-খুন্দা য়েক্লবা কাংবুশিংবু মাগী-মাগী মতিক চাবা দন্দি পীবা হৌখি। ইং কুমজা ১৯৫০ মার্চ ১৮ ইংদা মতমদুগী এস. পি. পাটিলনা লমজিংদুনা অসাম বাইফলসকী ফোর্স, পুদুনা কৈবী মনিং চীঙদা লৈবিবা 'কি কেম্প' তা 'বেড গার্দ' কী কেদবশিং লৈবে হায়না অসাম বাইফলসনা শা তানবা লকপদা শামিন ফংখিবদু 'বেড গার্দ' না য়াম্না হে-শিংনা মতম চানা কেম্প থৈদোকহৌবদগী অসাম রাইফলসকী এটেক অবেন্বা তাখি। ইং কুমজা ১৯৫০ এপ্রিল ১৮ ইংদা নহাকপ মায়কৈগী ইমা ইবেলশিংনা 'ভিলেজ গার্দ' শিংগা লোয়ননা সি.আই.দি. অহুম ফাখি, তোপ মায়কৈদগী সি.আই.দি. অমা ফাখি, ফারবা সি.আই.দি. মরিদু মতিক চানা লৈবাক মমাংদা খোঙ্গোইনববা মতুংদা 'রেড গার্দ' কী কদবশিংদা খুৎশিন্নখি। মসিগী মতুং তাবকপদা সবকাবগী মায়কৈদগী মফম কয়াদা এটেক তৌবা হৌবকখি। মতৌ অসুম্না সবকারনা চিংনবা মফমশিং অমদি নুপী নহাশিং

খাক্তনা ওৎ-নৈবা, ফুবা চৈবা, ফাবা পুনবগী থবক খুদিংমক ইমা ইবেলশিংনা ইচং থৌনা থেংনখি, মসি কবিগীদমক্তনো হায়বগদি লময়ানবা ইবাবতনা নুপীশিংদা য়েংবা মীৎয়েং অমদি 'নুপী লাল ১৯৩৯' দা চোকথববা নুপী মীয়ামগী থৌনা হাপ্লীখিবা মখোয়গীদমক চহি অহুম জেলদা লৈকখা অদুগী মহৈনি হায়না লৌবসু য়াই। য়াম্না শিংথানিংঙাই ওইবা অমদি অৱাং জিবি মায়কৈদা লাম্লীশিংগী মখুত্তগী নোংমৈ মুনবা ঙমখিবা অদুসু অমনি। 'বেড গার্দ' কী পনবা য়াবা কেম্পশিংগী মনুংদা নুংশিগুম, খামেনলোক, হৈঙাংলোক, টিনসিদ, তেবা উবক, তুবেল অহনবী, কাংমোংনচিংবা পনবা য়াই । 'বেড গার্দ' কী ট্রেনিং কেম্পতা লৈবশিং অয়াম্বা মেবা, মৈত্রম শামু, চীংশুবম নবান, থোকচোম গন্ধ, মৈত্রম চিংখম, লাইশ্রম য়াইমা, লাইশংবম মাঙ্গোল, বাবুধন, মতুম থানিল, লাইশংবম তোম্বা, খুমন্থেম বীব, নহাকপম লাসমোন, নহাকপক বাবু, মোইবাংথেম নিল্লমনি, সঞ্জেনবম থাগুনচিংবনি। নিপামচা (সি.আই.দি) না তাক্লকপদগী সিফাইনা মায়কৈ-মায়কৈদগী কাংমোংদগী চুম্না কৌবোক চীংলোমদগী অমা, মোইদাংপোকলোমদগী অমা এটৈক তৌবকখি, নুমীৎ চুম্না কাপ্লখি, 'বেড গার্দ' কী খুৎলায় ৱাৎলকপদগী চীংয়া পবেংদা কাপ্লা কাপ্লা হন্দোকই, থৌদোক্তুদা চীঙথমদি ফাহৌই। ইয়ুমপোক কুল্লনা এবিয়া কমান্দবনি। লোঙা কোইবেংগী হৈঙাং লোক্তা লৈবা কেম্পশিং হোংদোকখিনবা বিপোর্ট ওভবগ্রাউন্দ ইন্টলিজেন্স থাংজম বাবুনা পাউ পীরবা ফাওবা হোংদবদগী সিফাইনা লান্দরকখি। তুবেল অহনবী উরক্তা 'রেড গার্দ' কা কাপ্লখি। চীংঙাবম কালা, সোবাইসম ধবল্লি, থাংজম অমু, এলাংবম ধর্ম্ম থোমজিল্লকই, কলাদি নোংমৈনা পানবদগী চেনবা ঙমদনা ফাখি, সঞ্জেনবম থাসু মফৈগন্দা নোংমৈ মক অনি পাল্লি অদুবু ফাবা ঙমখিদে। খুদ্রাকপম তাম্না পুরগা ডাক্তর লৈরেংমা নোংমৈ মক লৌথোকই। মোইদাংপোক কাচিখুল মনিংগী কেম্পতা লৈবা কদরশিংদি রামসিং (কাংমোং), কহাই (বমদিয়ার), হৈক্রুজম নোদিয়া অমসুং ইবোহল (চঙাংগৈ) নি। কাপ্লবগী থৌদোক্তা সাগম ইবোহল নোংমৈ মরুনা পাল্লি অদুগা শৌগ্রাকপম নোদিয়া, ধর্ম্ম, খোমৈ, কহাই

ফাহৌই। বেড গার্দনা মদুগী পাউখুম ওইনা, অবোনবা পাউ পীবা মীওই খবা ফাই, হাংখি, উনশা খোক্তোকপা মবৈ ককথৎপনচিংবগী ব্রাবি লৈ। ময়াং ইম্ফাল সিফাই কেম্প থুগায়নবা হোৎনখিবা 'বেড গার্দ' কী কেদবশিংদি - যুম্নাম গোকুল (অব্রাং জিবি), খুমন্থেম কুবেব অমসুং ইবোহল (চঙাংগৈ), লৈতান্থেম অচৌ অমসুং লাইশ্রম য়াইমা (অব্রাং জিবি) নি।

মসি 'বেড গার্দ' না সিফাইগী কেম্পতা এটেক তৌবা অহানবনি। এটেক অদু বেদ গার্দকী খুৎশু খুৎলায মতিক চাদ্রবসু সিফাইদগী খুৎলায মুনখি মসি সাপম ইবোহল অমসুং গোকুলসিংহগী লিদবশিপ মখাদা পাঙথোকপনি। অদুবু সিফাইনা হেঞ্জিল্লক্লুনা হৈবোক চীংদা পোজিসন লৌদুনা কাপ্লদুনা লৈবগা অতে বেদ গার্দকী কেদবশিংদু হন্দুনা চেলহনখি। গোকুলসিং ফাখি, ইবোহলনা হৈবোকচীংদা লোত্তুনা লৈখি অদুবু নুমিৎ যুংবদা সিফাইনা মী লৈব্রা য়েংবদা উখিদুনা ফাখি। সবকাবনা বেড গার্দশিং ফানবা থিবা হম্বগী থবক চখবদা ইং কুমজা ১৯৫০ মার্চ ২৭ তা হোদাম লৈবক্তা লৈবা অঙাংজাওগী ময়ুমদগী সিফাইনা বেইদ চখবদা বাইফলস ৩০০, ষ্টেঙ্গল ২৭ ফাগৎখি। মার্চ্চ ৩১ দা মোইবাংকম্পুদা বেদ গার্দনা অসাম বাইফলদা এম্বুস তৌবদা য়েক্লবা লাম্মী অমা বের্দ ৩ শিখি। ইং কুমজা ১৯৫০ গী মে থাদা ঙাঙোম মহেন্দ্রো অমসুং থোকচোম বোড়ো অনিবু বর্ম্মাদা অহানবা খুমাং য়ানবা চৎহন্নবা ব্রাবেপ লৌখি। অদুবু লুবিবদি মণিপুব তম্পাক্তা বেড গার্দ ট্রেনিং তৌফম মতিক চানা লৈতবা ঙাকশেনগী থৌবাংসু (সিক্যুবিটিসু) ব্রাৎপা, চীঙদসু মাশ এবিয়া শাগৎতুনা প্রোটেক্টেদ এবিয়াম ওইবা ঙমদবা, খুৎশু-খুৎলায়সু ব্রাৎপা মবমনা বর্ম্মাদা চৎতুনা ট্রেনিং তৌফম শিল-লাংলুনবা অমদি অব্রাৎপা পম্নমকসি থীক-মেনশিল্লুনবা বর্ম্মাদা থানবা পার্টিগী সেক্রেটবীসু ওইবিবা বেড গার্দগী কমান্দব ইন-চিফসু ওইবিবা কমবেদ থোকচোম বোড়োগা বেড গার্দ ট্রিনিং ইন-চার্জ ওইবিবা ঙাঙোম মহেন্দ্রগা অনিবু থানবা ব্রাবেপ লৌবনি। বর্ম্মা কম্যুনিষ্ট পার্টিদগী কান্নবা ফঙগনি হায়বসিসু মুন্না খঙবনি। (ইং কুমজা ১৯৪৮ গী ফেব্রুবাবি কলকতাদা ফম্বা ভাবত কম্যুনিষ্ট পার্টিগী

অনীশুবা কংগ্রেস মনুংদা বর্ম্মাগী কম্যুনিষ্ট লচিংবা থাকিন থানতুনগা ইবাবতকা ৱাবীৱাতাই শান্নখি)। অদুবু ইং কুমজা ১৯৫০ মে তাং ৭ তা মখোয় অনি খাগেম্পল্লিদগী বিভোলবব ১, টাপ বাইটব অমা, দোকুমেন্ট খবগা কোন্ননা ফাগৎখি। ইকুই কুইদনা জুলাই তাং ১ দা নিংথৌজম বিনোয় অৱাং জিবিদগী ফাখি, জুল্লাই ২৭ তা তমগী মফম কয়াদা অসাম বাইফলস, মণিপুব বাইফলনা বেদ কযা পাংথোকই। আগষ্ট তাং ৩ দা অথোকপমদা বেইদ তৌবদা 'বেড গার্দ' অনি ফাখি। আগষ্ট তাং ৭ তা কুমাবী থোইবীগী যুমদা বিনয় অমসুং বেড গার্দকী কেদবশিং মতেং পাংই হায়বগীদমক বেইদ তৌই। আগষ্ট তাং ১৫ দা ইম্ফালদগী নোংচুপ্তা মাইল ৬ লাপ্পা লৈবা অৱাং খেৱাদা অমুবা ফিবাল হাযগত্তুনা মীটিং তৌই, মীওই ১০০ বোম তিনখি অদুবু সিফাই লাকপদা অমত্তা ফাবা ঙমখিদে। নভেম্বব তাং ২৫ দা মোইবাংথেম ইবোহল অমসুং তোংব্রম কুন্দো কোংপালদগী ফাখি। ইং কুমজা ১৯৫০ সেপ্টেম্বব থাদা চন্দ্রখোংদা বেড গার্দশিং ফাননবা লাকপা সিফাই অনিবু ফাদুনা মতিক চাবা দন্দি পীখি।

হিজম ইবাবতনা ইং কুমজা ১৯৫০ গী সেপ্টেম্ববগী অহানবা চয়োলদা বর্ম্মদা চৎখি। ইবাবতগী খোঙচৎসিদা মখাগী কমবেদশিংসি লোয়নখি , (১) মোইবাংথেম বীবসিংহ, হৈবোক, (২) অবাম্বম মেবাসিং, কাংমোং, (৩) থাংজম লিলাসিংহ, উখোংশাং, (৪) মাইবম মাইমু সিংহ, শলুংফম, (৫) কমবেদ লৈশং (ৱাংজিং, হৈবোক, য়াইঙংপোকপী, মোবে, টুমু মফমশিংসি মাগী যুম ওইনা তৌই, খেৱাইবী হায়বগসু খঙনৈ। ইং কুমজা ১৯৫০ সপ্টেম্বব ১১ দা ব্রহ্মাদা থুংই হায়না পাউ থাবকখি। য়াইঙংপোকপীদা মতম খবা লৈদুনা লমিৎ-তুমিৎ য়েংশিল্লম্মী। অদুগা খুৎলাই পায়দুনা বিভোলুসন তৌবিবা বর্ম্মা কম্যুনিষ্ট পার্টিশিংগা শম্লনবা য়াম্না থুনা হোৎনবম্মী। থবক অসিদা কমবেদ লৈশংগী মতেংনা য়াম্না থুনা খুমাং চাওশিল্লম্মী। লৈশংদি বম্মসি ময়ুমদৌনা তৌই। লম্বীসু নিংথিনা খঙই। বর্ম্মা মরোনসু নিংথিনা খঙবনি। মতম অদুদদি ব্রর্ম্মাগী উনু সরকাবগী মথক্তা খুৎলায় পায়বা লালহৌ চথরম্বা

থাক্লিন-থান তুননা লুচিংবা কম্যুনিষ্ট পার্টি ওফ বর্ম্মা (সি.পি.বি.) থাক্লিন সোনা লুচিংবা বর্ম্ম কম্যুনিষ্ট পার্টি (বি.সি.পি) অমসুং বেদ ফ্লেগ কম্যুনিষ্ট পার্টি(পি.সি.পি) অদুগীসু মথক্তা তোঙান-তোঙানবা য়েলহৌমী কাবেন, সনা, মোন, অবাকনিজনচিংবা খুৎলায় পায়বা মচা-মচা থাক্লিন সবকাবগী মথক্তা থেংননবা উন্নবা মফমদা কাপ্লবগী থৌদোক উকব্বদগী মহাক্লা লুচিংবশিং পুনশিন্দুনা 'য়ুনাইটেদ ফ্রন্ট' শেমদুনা থেংননবগী বাখল্লোন হৌদোকখি। ইবাবতকী হোৎনমল্লা খোমজিন-তাশিন্নদুনা অচৌবা মায় পাকপা ঙমখি। ইবাবতকী তৌবিমল অদুগী নুংঙাইবা ফাওববা বর্ম্মাগী কম্যুনিষ্টশিংনা মণিপুব কম্যুনিষ্টপু মতেং পাংবা য়াবা পাংগনি হায়খিবনি।

ইবাবতনা মণিপুবগা তাইনবা বর্ম্মাগী বোর্দব এবিয়াদা প্রোটেক্টেদ এবিয়া অমা থম্লবা হায়বম্মী। মণিপুবগী এবিয়াদা থমজবদি য়াম্লা কোমই। অদুবু মণিপুবগী আর্মিনা ওপবেসন চত্থবকপদা প্রোটেক্টেদ এবিয়া ওইবোই। বর্ম্মাগী বোর্দব এবিয়াসিদি বর্ম্মা বিভোলুসনাবী পার্টিশিংনা লিববেৎ তৌববা লম ওইবনিনা য়াম্লা খুদোংচাগনি। প্রোভিন্সিয়েল বিভোলুসনাবী গভর্নমেন্টনা প্রোটেক্টেদ এবিয়া অমা ওইবদা অয়াবা পীবম্মী। মণিপুবগী বিভোলুসনবী এবিয়াবুদি মণিপুবগী বোর্দব এবিয়াদা ওইগনি। অদুগা মক ওইবা মফমদি, হেদ ক্বাটবদি বর্ম্মাদা ওইনবা থৌবাংনি।

ইং কুমজা ১৯৫১ মার্চ্চ থা চঙলকপদদি সবকাবনা বেইড তৌবগী থবক অসি অমুক্তা হেন্না কনশিল্লকখি। থাসিগী কুম্লামাথোইদা ওইবক্লিবা ফীভম অসিগী লাম্লোং লৌখৎনবা নোংমাইজিং চীংগী অয়োক হাওদা পার্টিগী মীটিং অমা তৌখি। লুচিংবশিং মথং মথং ফাগৎখিবদগী কমবেড লীকমাবম অমুবা অমসুং থবী অনীনা শিন্ন-শিন্নদুনা সভাপতি ওইখি। মতমসিদা অঙোম লৈকায় অমসুং তৃমুখোঙদা লাম্লীগী কেম্প অনি লৈ। মসিগী সিফায়শিং লায়েংনবগীদমক ডাক্টব অমা মবিশুবা আসাম বাইফলসকী সিফায় অনিনা ঙাক্লুনা (ক্বার্ট তৌদুনা) মখোঙনা টিনসিদ লম্বীদা লাকপনি। মতমদুদা খুদ্রাকপম বীবচন্দ্র, ইবীল মপান্দগী কোম্বৈজম অচৌ অমসুং সোবোকখাইবক কোন্দুমনি। মখোয় অহুম শুরবসু

নোংমৈদি অমত্তমক পায়বম্মী। আসাম রাইফলসশিং অদু লাকপা উবদা খুৎলায় মুন্নবগীথৌবাংদা চীংমায় অমদা ঙাইদুনা লৈবগা নকশিল্লকপা মতমদা কোন্দুমনা কাপ্পদা সিফায় অমা খূদক্তা শিখি, অমনা তুবদগী চীংখাবোমদা ওন্থখি। ওন্থখিবদু শিববনি খন্দুনা নোংমৈ লৌনবগীদমক মখোয় অহুম্মক য়াম্না কোমনা চঙশিল্লুবদা শিবমদদুনা নোংমৈ হন্দুনা কাপ্পকপদগী কমবেড অহুম্মক পানখি। বীবচন্দ্র অমসুং কোন্দুমনা খূদক্তা মফমদুদা শিখি অদুগা অচৌনা হোসপিটালদা শিখি।

পার্টিগী মীটিং খূদক্তা লোইশিনখি। পাউ অদু হেক তাবদগী অভোম লৈকায় অমসুং তুমূখোঙদা লৈবা সিফায়শিং মফমদুদা চঙশিল্লকখি। কমবেডশিং হন্দোকখিনবা লম্বীগী খুদোংচাবা ফংদবদগী চীংলক্রুদা লোত্তুনা অহিংদুমা লেনখি। বেড গার্দ কমবেড অহুমগী হৈ-শিংবা রাংহৌবদগী থোকহন্নিংদ্রবা থৌদোক অদু থোকখি। মখোয় অহুম্মকীদমক তিনখিবা মীয়াম্না থম্মোয় শোক্লা অরাবা ফোঙদোকখি।

ইং কুমজা ১৯৫১ এপ্রিল তাং ২৮ দা বেদ গার্দশিংনা ময়াং ইম্ফাল পুলিস ষ্টেসন বেইদ তৌখি, খাবী মায়কৈদা ইমা ইবেলশিংনা পুলিসতগী খুৎলায় মুনখিবশিং শিংথাবা য়াবশিংনি। অসুম্না সবকাবনা লময়ানবা ইবাবতপু মফম খুদিংদা থিবা হুমবা হৌগৎলকপদগী ইং কুমজা ১৯৫০ মে থাদা অরাং জিবিদা ফমখিবা মীফম অমনা ব্রর্ম্মাদা চত্তুনা বেদ গার্দকী মপাঙ্গল শাগৎপা, খুৎলায়গী মতেং লৌবনচিংবা য়াওবি। অসিগুম্না খোঙথাং অসিনা মবম ওইদুনা বেড গার্দকী লেপটিনেন্ট খবগা লোয়ননা বম্মগীদমক খোঙশানখি (মসি ইং কুমজা ১৯৫০ মেদা লৌখিবা রাবেপ মতুংদনি) অমদি অওইবমক খুৎলায় পায়বগী রাবেপ অসি হেক লৌখিবদগীদি ইবাবতপু ফানবগী থবক অসি হেন্না কন্না সবকাবনা লৌখৎলকখিবনি। বর্ম্মা চৎপগী লম্বীদা ইবাবতনা তোপ, ইবিল, কোংপালদগী হৈরোক তাখি। ইরাবত শোয়দনবক লৈবে হায়বগী সি.আই.দি. গী মিংনা উবা পাউদম ফঙবদগী মফমশিং অমসুং থংনবশিং মথং মথং ওপরেসন তৌখি। কান্নবদি ফংখিদে।

অতোপ্পা অমনা কবো ভেলি অসি বর্ম্মাগী মনুং চন্নি হায়না বর্ম্মাগী পার্টিনা হায়রম্মী। কবো ভেলি বর্ম্মা সরকায়না মখোয়গী মখাদা

লৈবনি হায়না ক্লেম তৌববসু লমশিংগী প্রজানা চহী কয়া চুপ্পা বর্ম্মা সবকাবদা খাজনা থীদনা লৈবক্লিবনি হায়বসি ইবাবতনা থীজিনবদা তশেঙনা খঙলম্মী। পাউংবিন অমসুং থাংদুট এবিয়াদা বর্ম্মা সবকাবনা খাজনা পীনবা শোমোনসু থাবক্তে। অমবু ওইববসু, অমবু ওইবে কবো ভেলিবু মণিপুরগী ফুল প্রোটেক্টেদ এবিয়া অমা ওইখিবদা বর্ম্মা পার্টিনা যাবে। অদুম অদুমক ওইদুনসু মকওইবা হেদ ক্লাটবদি বর্ম্মা বোদবদা ওইগদবনি। মবমদি মণিপুরগী আর্মিনা ওপবেসন চখবকপদা সেব ওইববা প্রোটেক্টেদ এবিয়া ওইনবনি। মবমদুনা কবো ভেলিবু তুং-কোইনবগী ফাওবা ওইহৌনবা য়াওনা বর্ম্মা বিভোলুসনাবী প্রোভিন্সিযেল কমিটিগা নেগোসিয়েৎ অমা তৌনবম্মী। ইং কুমজা ১৯৫১ দগী থবকসি পাঙথোক্লবা থৌবাং তৌবম্মী। অওইবমক, মসিমক ওইথোক্লনি মদুদি মণিপুব পার্টিনা বিভোলুসনগী থবক্তু মখা তানা চখদুনা লৈবল্লবদি কবো ভেলি মণিপুবগী ওইগনি, ওইদুনা লৈগনি। হৌজিক ফাওবা বিভোলুসন চখবিবা বর্ম্মা কম্যুনিষ্টনা মায় পাক্লবদি কবো ভেলি মণিপুবগী ওইবা য়াখিগনি হায়বগী আশা লৈবি।

বর্ম্মাগী বোর্দব এবিযাদা লৈবিবা লমশিংসি চীংলম ঙাক্তা ওইবা, কম্যুনিকেসন লৈতবা, লম্বেল-থোঙ লৈতবা মফমনি। বর্ম্মা সবকাবনা শাসন ফাওবা যৌশিনবা ঙমদনা লৈবা লম য়াম্না লৈবিবনি। মবমদুনা বর্ম্মাগী লালহৌবশিংনা মখোয়গী লম ওইনা লৈবিবনি। কম্যুনিষ্ট লালহৌবশিংগী লৈফমনি খঙলবসু সবকাবগী সিফাইনা চঙবা ঙমদে। কবিগুম্বা চঙলক্লবসু মখোয়দি মশক থোক্লা লাকপনিনা কম্যুনিষ্টকী গবিলা ব্রাবফিয়াবনা য়াম্না কোম্না লাকশিল্লি। মখোয় মফম-মবাং, মায়কৈ-সলাই খঙহন্দে। বর্ম্মা আর্মিনা কেম্প তৌদুনা লৈববসু অন্দবগ্রাউন্দশিংনা অহিং লাল তাশিল্লি। চীংনুং-জঙ্গলদা লাম্নীশিংদি চেনফম লাকফম মায়কৈ শলাই খঙদে। সবকাবগী আর্মিনা মনুং হুনজিন্না চঙশিনবা ঙমদে অকিবা ফাওই। মবমদি অহিং ওইদ্রিঙৈদা মপান থোবকহৌদ্রবদি, অহিংদদি মখোয়গী হিংনিংঙাই লৈতে। অন্দবগ্রাউন্দশিংদি চীন-উইন্দ অমসুং নিংথি তুবেল মবিন্দা লম্বী ওইনা খোঙনা চংপসিদি ওম্বোক্লা খুদোংচাব্রবা মওংনি।

মবম অদুনা অসিগুম্বা এবিয়াসিদা প্রোটেক্টেদ এবিয়া শেম্বদা ওম্থোক্লা খুদোংচাম্ব্রবা মফমনি।

বর্ম্মা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা ট্রেনিং তৌফম প্রোটেক্টেদ এবিয়া পীবতা নত্তনা মখোয়না ঙাক-শেল্লবা ট্রেনিংসু মখোয়না পীগনি হায়বম্মী। ইবাবতনা মাগী প্রোটেক্টেদ এবিয়া শেম্বগী বাবোয়নববা মতুংদা খুৎলাই লৈবগীবোমদা মায় ওনশিল্লম্মী। মোবেবোমদা পাও চৎনবম্মী। য়াইঙাংপোকপী খুঙ্গংদা কন্টেক পোইন্ট থমদুনা চঙশিলম্মী। অসুম্না ইবাবতনা প্রোটেক্টেদ এবি¯া অমগী থৌবাং লৌখৎলকপসি মফম অমত্তদা লেঙদনা খক লৈতে। মোবে অমসুং মণিপুবগা কন্টেক্ট তৌনফমদি মণিপুবগী বাউন্দবীদা ওইবম্মী। হৈবোক য়ৌনা পাও লৌবগী থবকসু চৎনবম্প্রী। অদুগা অয়াম্বা মতমদা বর্ম্মা বোর্দবগী মনুং হুনজিনবা লমদা ইবাবতকী পোৎথাফম ওইবম্মী। মতম শাংনা অব্বাবা খাঙলকপা লোয়ননা অহল ওইশিল্লকপগা পোৎথাবগী তঙাইফদবা য়াম্না লাক্লম্মী। ইবাবতকা চৎমিন্নখিবা কমবেদ মবিদি গার্দ ওইনা লেঙদনা লৈ। কমবেদ অবাম্বম মেবাদি ইবাবতকী গার্দ ওইনা লৈবনি। কমবেদ লৈশংদি গার্দ ওইদে। চৎথোক-চৎশিন, ঈ-পাউ লৌথোক-লৌশিন তৌদুনা লৈবা বর্ম্মা মবোন খঙবা, বর্ম্মা সিটিজনগী বোলসু লৌবা ওম্থোক্লা মমল য়ামখ্রবা সার্ভিসনি মাগীদি।

ইং কুমজা ১৯৫১ গী জুলাইগী অনিশুবা চয়োলদদি ইবাবত বর্ম্মাগী শার্জোক্তা লৈবম্মী। মহাক্কা লোয়ননা থৌবাল পুলিস ষ্টেসনগী মনুংদা লৈবা লৌবেম্বম খুন্দগী চাওবী অমসুং তোম্বী কৌবা অনি মতম খরা লৈবম্মী। ব্রার্কবশিং তাশিন খোমজিল্লুনবা থাদোকখিবম্মী। শার্জোকসি বর্ম্মাগী মৈতৈশিং কন্টেক্ট তৌনবা মফম ওইবম্মী। কমবেদ লৈশংনা বর্ম্মাদা লৈবা মৈতৈশিং তাশিন-খোমজিন্নবা হোৎনবম্মী। ইরাবতনা মহাক্লা লুচিংবশিং পুনশিন্দুনা 'য়ুনাইটেদ ফ্রন্ট' শেমদুনা থেংননবগী বাখল্লোন হৌদোকখি। অসিগুম্বা মহাক্কী খোঙথাং মীৎয়েং অসিদগী পি.সি.পি গী ব্যুরো নম্বর ১ গী সার্কুলর নম্বর ৫৪/এ৩/৫ আইয়ুবি ২০/৬/৫১ না য়ুনিট খুদিংদা খঙহনখি। কিভম.অসি লৈপ্রবা

মতুংদা পি.সি পি গী এবিয়া ওপবেসন ওইবিবা কবো ভেল্লিগী মফমশিংদা পার্টিগী পাঙ্গল শাগৎনবা ব্রাফমশিং থাঙ্গৎখি অমদি যান্নখি। ব্রাবোলদি -

১। মণিপুবগী তাইনবা কবো ভেল্লি মনুংদা পার্টিগী বিযাব বেজ অমা লিংখৎপা,

২। লমদম অদু নাকল অনিমক্পা ঙাকমিন্নবা,

৩। খুৎশু খুৎলায শেম শাবগী ব্রার্কশোপ অমদি খুৎলায শিজিন্নবগী ট্রেনিং পীবা,

৪। দবকাব লৈবা অতৈ হিবমশিংদা মতেং পীননবা হায়বনচিংবা ব্রাফম কয়া যান্নখি।

ইং কুমজা ১৯৫১ গী আগষ্ট থা লোয়শিল্লকপদা পি.সি পি গী ব্যুবো নম্বব ১ গী হেদ ক্বার্টবদা অকনবা মওংদা এয়াবফোর্স শিজিন্নদুনা লান্দাবকপদগী মোলাইক দিষ্ট্রিক্ট লোমদা পার্টিনা শিজিন্নবকখি। মফম অদুদা নোংমা নিনি পোত্থাবন্নবা মতুং সপ্তেম্বব থা হৌগৎলকপদা মোলাইক দিষ্ট্রিক্টতগী মণিপুবলোমদা পার্টিগী পাঙ্গল শাগৎনবা চংশিল্লকখি।

অদুবু ইবাবতনা চঙশিল্লক্লিবা থৌবাংসিবু বর্ম্মাগী মিলিটবি সবকাবনা ইবাবতনা বিভোলুসনাবী গভর্নমেন্ট অমা শেম্লে, মদু ভাবতকী অন্দবগ্রাউন্দ কম্যুনিষ্টশিংগী থবক্লি হাযনা বর্ম্মাগী ইন্টলিজেন্স বিপোর্টতগী লৌবম্মী। অদুনা অবাং থংবা বর্ম্মাসি লৌশিনখিগদৌবে হায়না মীপাইবা পোক্লম্মী। পাউশিংসু বর্ম্মাগী ইন্টলিজেন্স দিপার্টমেন্টতগী কুপ্পা ফঙবনি হায়বি। তৌবগীদি পাউংবিনগী এবিয়াদা মৈতৈ মচা কেদব খবা তাশিন-খোমজিন্দুনা কেদব মীটিং তৌবা, খবা তত্তনা লৈবকপদুদা এবিয়াসিগী নিংথৌ সনাজাওনা হোমালিন্দা কিবকপদগী থৈদুনা লৈখিবা, মানা বর্ম্মা সবকাবদগী প্রোটেক্সন নিখিবদগী বর্ম্মা সবকাবনা থী-হুম্বগী ইন্টলিজেন্সকী থবকসি তৌবা হৌবকখিবা ওইগনি। মখোয়না ইবাবতকী বিভোলুসনাবী গভর্নমেন্টসি মণিপুবগী বাউন্দবিদা লৈজবম্বদগী বর্ম্মা লানশিল্লক্লে, বর্ম্মাগী লম লৌশিল্লক্লবনি হায়না লৌবা ওইবমগনি। অদুনা ওপবেসন তৌনবা হোৎনবকপনি।

বর্ম্মাগী মিলিটবি পুলিসনা ওপবেসন তৌবসি ইং কুমজা ১৯৫১ গী জুলাই ১৯ দগী হৌবক্লম্মী। সনাজাওবা নিংথৌনা থৈদুনা লৈবিবা হোমালিন্দগী হৌবকখিবম্মী। অদুদগী থাংতুক লানশিল্লকপনি। ইবাবতনা লৈবিবা মফমদুদগীদি য়াম্না তাম্লে। বর্ম্মাগী ওপবেসন্দি মতাইব্রাই, কম্যুনিকেসন ফবা লমদা তৌবনি। অদুম ওইনমক ইবাবতনা হেন্না খুদোংচাবা মফমদা থৈদোকহৌনবা বর্ম্মা পার্টিনা দাইবেক্সন পীবক্লম্মী। মবমদুনা ইবাবতনা বর্ম্মাগী বোর্দবদা লৈবা টাউন মীন্থাদা থৈদোক্নুনা লৈবম্মী। বর্ম্মা আর্মিগী ওপবেসন্দুগী খোঙজঙদুগী পাউ লৌনবা লমদমদুদা লৈবনি। ওপবেসন্দু মতাই-ব্রাইদা তৌবম্বদগী মনুং হুনজিন্না চঙশিনবা অমুক হৌবক্লম্মী। বর্ম্মাগী অন্দবগ্রাউন্দ কম্যুনিষ্টশিংনসু কবিগুম্বা মখল অমত্তগী মাযোক্লবা তৌকদ্রে। কনানসু মায়োক্লবকত্রবদুদা মথং মথং পংচঙদা চঙশিলম্মী। অসুম্না বর্ম্মা আর্মিনা চঙশিল্লকপসিদা ইবাবতনা মণিপুবগী এবিযাদা থৈদোক্নুনা লৈবনি। বর্ম্মা আর্মিনা মণিপুবগী লমদদি ওপবেসন চঙবা য়াদে চঙসু চঙলক্তে। কবিগুম্বা অমত্তসু থেংনদ্রবা অদুদগী মমৈথংদদি ওপবেসন্দু হন্দোকখিবম্মী। ওপেবেসনগী বিপোর্ট মতুং ইন্না ইবাবতকী বিভোলুসনাবী গভর্নমেন্ট বর্ম্মাদা লৈতে হায়না অব্রাংবা থাক্তা খন্নবম্মী।

মতাং অসিদদি ইবাবত অমসুং মাগী পার্টিনা মণিপুবগী বোর্দব এবিয়াদা বিভোলুসনাবী প্রোভিজনেল গভর্নমেন্ট অমা শেমগ্রে হায়না মণিবপুব সবকাবনা অবোনবা পাউ ওইনা ফঙলম্মী। মসি বর্ম্মা সবকাবনা পাউ পীবদগী ওইবম্বা যাই। মবমদি বর্ম্মা বোর্দবদদি লৈত্রে অদুনা মণিপুবগী বোর্দবদা লৈজবা ওইগনি। মবমদি ভাবত সবকাবগী মথক্তা হৌজবা লালহৌনি। বর্ম্মা সবকাবদা নত্তে অসিনি। অদুবু মণিপুব সবকাবনা অব্রাংবা থাক্তা খন্নববা মতুংদা মণিপুব বোর্দব এবিয়া কোথাদা আসাম বাইফমল থাজিলম্মী। অকনবা চেকশিন-থৌবাং কনখৎলম্মী। লোয়ননা তাইনবা মণিপুরগী চিঙগী লম লৌশিনখিবা য়াই হায়না চিংনবদগী চশাদ অমসুং মোবেদসু মিলিটবীগী অনৌবা ফোর্স থমজিল্লম্মী। চেকশিন-থৌরাং য়াম্না কনখৎলম্মী। মণিপুরগী বোর্দর এবিয়াদা পেত্রোলিং চৎথরম্মী। মদুদসু, কবিসু খুদম অমত্তা থেঙনদে। খুঙ্গংগী মীশিংদা হংবদসু

কনা অমত্তনা কবিগুম্বা অমত্তা হেক তাক্লদে। মাংজৌননা ইবাবত অমসুং মাগী কাংবুদি বর্ম্মা বোর্দবগী প্রোটেক্টৈদ এবিযাদা চঙশিনখ্রবনি। বর্ম্মা আর্মিনসু লাক্লবোইদবনিনা কেদব ট্রেনিং, গবিলা ট্রেনিং থৌবাং লৌখৎতুনা লৈবিবনি। মণিপুবদগী বেড আর্মিগী ট্রেনিংগীদমক কেদবশিং থাজিল্লকউ হায়খ্রবনি।

ঈ-পাউ লৌনবা ইবাবতনা মিন্থাদা অমুক লাকপা কান্দা ইং কুমজা ১৯৫১ গী আগষ্ট তাং ২৯ দা শলুংফমগী তোম্বা, ব্রাজিংগী মোইবাংথেম অঙৌ, য়াইস্কুলদগী কাংঙবম লালা লাক্লম্মী। মখোযনা ষ্টেঙ্গল অহুম, মেছিনগন অমা, জাপান অমসুং বৃটিশকী বাইফল পুবক্লম্মী। চীঙলক্তগী থিবকপনি। মখোয় চৎখ্রবা মতুংদা ইবাবত অমসুং মাগী কাংলুপতি গার্দকা লোয়ননা বর্ম্মাগী লৈচিক খুনলোমদা খুদোংচাবা য়েংদুনা চৎখিবম্মী।

মতৌ অসুম্না সবকাবগী মায়কৈদগীসু সবকাবনা 'বেড গার্দ' কী কেদবশিং থেংননবা হোৎনবদা অসাম বাইফলস ইহান হান্না শিজিন্নখি। মখোয়না মণিপুব পুলিস, মণিপুব বাইফলস, অসাম বাইফলস, কুমাউণ্ড বেজিমেন্ট ফাওবা শিজিন্নখি। মবাল লৈজদ্রবা প্রজা অমদি কেদব কয়া ফাবগা ঈহিং নাহিং শাবমখৈ ফুদুনা জেলদা নমশিনবা, অকন অকনবা আইন কয়া পানশিন্দুনা চহি কয়া অলিপুব, মিদনাপুব, ভাবমপুবনচিংবগী জেলশিংদা তোঙান তোঙান্না থমখি। লময়ানবা ইবাবত অমসুং মাগী মকওইবা 'বেড গার্দ' কী কেদব ৪৩ গী মথক্তা লালহৌবগী কেশ পানখি। মদুগী মনুংদা কেদব ১৭ মিয়াৎ তাখি। মকওইবা কেদব খবনা চহি ২৬ জেলদা লৈবগী দন্দি পীখি। সেপ্টেম্বব তাং ২১, ১৯৫১ দা মতমদুগী এস.পি. পার্টিলনা কোর্টতা পিখিবা জবানদি -

"The Red Guard Camp-The camp was camoflaged both from the ground and from the air that no sign of it could be detected even when at a distance of only 25 yards Just on entering the camp there were 3 well made striff trenches. Next to the trenches there was a small parade ground where 50-60 men could parade and just behind this a little higher elevention 2 more still trenches. There

was 2 newly build cokshed and some bushes each providing accomodation for 6-7 men There was also found wha appeared to be a place for giving open air lectures, tiers of seats having been cut in the ground

বিচাবপতি ই পি মুনগী বায়দগী - "In March 1950 there came into existence under the auspices of the Manipur Communist party a Secret Organisation Known as" Red Guard" the avowed object of which was to collect arms and ammunition with a view to harassing and fighting the police and overthrowing, the Govt of India The accused many of whom as well already have been clear from the evidence Summened above were prominent members of "Red Guard organisation"-

অদুবু লময়ানবা ইবাবতমক্তি মহাক্কী মথক্তা লালহৌবগী তমথিববা কেশ কয়া পাল্লবসু য়েক্লবগী খুত্তা তাদনা পুন্সি লোমখি। ঙসিগী তংদু লৈতাদ্রবা, হিংবগী মফম খঙদ্রবা, হাৎন-শুনবা, তমথিববা আইন কয়াগী মকমদা লৈঙাক্কী মতেং লৌদুনা লাম্মী কয়া থমজিন্দুনা মীহাপুং ওহ্নোকপীবি, শেঞ্জা-থুমজা, অচান মীবাই, পোৎতাং চৈতাং, শম্না হায়ববদা অকি তুজুংবনা থল্লবা ঙসিগী মণিপুব অসিদা মশাগী ওইজবা থিদবা মীৎয়েংশানবা লুচিংবা অমদি ফিভমসিনা দিমান্দা তৌববনি। ব্নাববা মীৎকুপ অসিদা মীয়ামগী মীহুৎ, খুন্নাইবু লৈখা তানা চিংথদুনা নৈহৎলিবা তমথিববা ব্নায়েল অসিদগী মীয়াম্বু কন্নবা হোৎনবা, জাতিগী অনৌবা ময়োল অমগীদমক প্রোগ্রেসিভ ওইবা মীৎয়েং, ইন্টবনেসনেলিজম ওইবা খোঙথাং লৌখৎপা দবকাব ওইবি। অসিগুম্বা ফিভম কয়াশিং অসিদা, ব্নাববা মীয়াম্না লময়ানবা ইবাবতনা খুন্নাইসিগী মীওৎ-মীনৈদা কবম্না থেংনখি, মহাক্কী মতিংদু কবিনো অমদি মহাক্কী ব্নাংলবা 'ব্নাখল্লোন' বু খুন্নাই নৈনরোলশিংনা নৈনবা হেঙ্গৎলক্লি, অদুবু লময়ানবা ইবাবতকী মায়খোং য়াম্বা শক্রোন নৈনবা হায়বসি অন্নাইবা থবক অমা নত্তে হায়বসি খুন্নাইসিগী অখণ্ড-অহৈশিংনা য়ান্নরবা ব্নাফমনি।

